ওঁ নমো গণেশায়

শ্রীশ্রীরাধাগোবিন্দঃ জয়তি

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

দশমঃ স্কন্ধঃ ষট্ চত্বারিংশো সপ্ত চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা

ব্যবস্থাকারী

তাং ২০।১।৯৬ ইং

শুভাকাঙ্ক্ষী—

শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা

ব্যবস্থাকারী

তাং ২০ । ১ । ৯৬ ইং

শুভাকাঙ্ক্ষী—

শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা শাস্ত্রী, ফুরাইলাৎপম

স্মৃতি, ব্যাকরণ, কর্ম্মকাণ্ড, ধর্ম্ম শাস্ত্রী,

*গভর্নমেণ্ট ইম্ফাল সংস্কৃত টোলাধ্যাপকঃ ।

প্রকাশিক :—

১। শ্রীজয়দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী ফুরাইলাৎপম — রাইখোম লৈকাই।

২। শ্রীদেবানন্দ দেব শর্ম্মা, মধ্যমা, ফুরাইলাৎপম ,, ,,

৩। শ্রীজিতেন্দ্র দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী ,, ,, ,,

৪। শ্রীপ্রেমানন্দ দেব শর্ম্মা, শাস্ত্রী ,, ,, ,,

৫। শ্রী[illegible] দেব শর্ম্মা, প্রাক্ শাস্ত্রী ,, ,, ,,




[illegible] মশিং — ১০০০ (লিশিং অমা)

[illegible] পূর্ণিমা, (মেরা-রাফূকপা)— তাং ২০।১১।২০০২ ইং.

মমল্ --- লুপা ১৫০/- (চামা য়াঙ্খৈ) ভনি।



নমফম্ — দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেস, বাবুপাড়া, ইম্ফাল।

ওঁ নমো গণেশায়

# রাহৈ খরদং

নত্বা চ পিতরং ভূয়ঃ মাতরং চ করুণার্ণবম্।
শিক্ষাগুরুং দীক্ষাগুরুং চাপ্যহং তমুপাশ্রয়ে॥

শ্রীমদ্ভাগবতগী দশম স্কন্ধ ৪৬-৪৭ অধ্যায়বু পাণ্ডজদ্রবা ননাইনা খোঁরাংজরি (ফোংজরি)। মসিনা খ্বায় মীয়াম ইচিন-ইনাও গুইবা (ব্রাহ্মণ) শিংগী খরদং মতেং গুইগদ্রা খঞ্জহনা তৌজখিবনি।

লাইরিক অসিদি শ্রীকৃষ্ণ কাইনবগী অরাবা খাংণমদ্রবা বৃন্দাবন বাসীশিংনা. ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন থাদোক্লুনা মধুপুর লীলাগী লেংখ্রবদা বৃন্দাবন বাসীশিংবু সান্ত্বনা তৌরু হায়দুনা মনাই উদ্ধব থারক্লুনা নন্দ মহারাজ অমদি যশোদা রাণী, গোপ-গোপী খিবিকপু সান্ত্বনা তৌজরকপনি। অহানবদা শ্রীনন্দ যশোদানচিংরা, ২শুবদা শ্রীমতি রাধিকাগী নাক্তা য়োঁজরক্লুনা ভ্রমর গীত কৌবা প্রসঙ্গনা, চিত্রজল্পগী ভল্প মথল ১০না ঈশৈ শক্লুনা শ্রীকৃষ্ণ বার্ত্তা হংজবা অম্মা সখীশিংনা খোঁগল্লিবী রাধিকা অমদি ভ্রমর উদ্ধব অনিগী সংবাদ, বৃন্দাবন বাসীশিংগী কৃষ্ণ প্রেম বর্ণনা তৌরদুনা থংহনববু হায়বনি।

মতাং অসিবু আশা তৌজবদি নোংমা ঐগী ইয়াম্বা শ্রীহঞ্জবম নন্দকিশোর শর্ম্মা শাস্ত্রী, ইম্ফাল সংস্কৃত টোল প্রধান অধ্যাপকনা তৌবিরম্মি; মতুদা ঐশু তাজখি য়াম্না নিংখিগ্রে, হৈজনিং থংজনিংখি, ওঝা গুরুদেব মিং গুইমা হঞ্জংচরবদা শ্রীঅরিবম গোকুল শাস্ত্রী শর্ম্মা স্মৃতি-ব্যাকরণ শাস্ত্রী, ইম্ফাল সংস্কৃত টোল প্রধান অধ্যাপক। শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ ব্যবস্থাকারী, সর্ব্ব শাস্ত্র শিরোমনি, ওঝাদা চংজহুনা নিংখিনা আদ্যন্ত তাৎপর্য্য লোইননা তমজখিবনি।

পঞ্চত্রিবা অধ্যায় অনিসি মরি লৈনবা শাস্ত্রশিং সাহিত্য দর্পণ, উজ্জ্বলনীলমণি, গোবিন্দ লীলামৃত, ভক্তিরসামৃত সিন্ধু, বিদগ্ধ মাধব, ললিত মাধব, গীত গোবিন্দ, ১দি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত, শ্রীধর বৈষ্ণব টোষণী গ্রন্থশিংনা য়ুমফম ওইজহুনা ইজখিবনি। করিগুম্বা চিংনবা ওইরগদি নিংশিংজরিবা গ্রন্থশিংদা মিয়েং চিংশিঞ্জরি। লান্দনবা হোৎনজৈ লানবা য়াওখি, রাহৈগী অরুম-অয়াং ই-ঈ, ন-ল, ি-ী করিগুম্বদসু "রাধা" হায়গদবদা "বাধা" ওইখিদবসু নত্তে। দোষ ভাকপিয়ু, মথংগী থুংনমদা চুমথোকচগে।

ঐগী মাতুল মান্য :— শ্রীবাচস্পতিময়ুম ভুবনেশ্বর দেব শর্ম্মা, শিক্ষা গুরু পুত্রগী মফমদা চংজহুনা লাইরিক অসি ফজনবা মগুন লৈননবা থগৎজৈ। তাৎপর্য্য-বাঙ্গলী ভাষা পায়ার, শ্রীধরস্বামী বৈষ্ণব টীকা অয়াম্বা মরোল কয়া কয়া ইহুনা তাকপিখি অরা-শরুক কয়া থৌজানবিখি। অসিগুম্বা শ্রীগুরুগী কৃপানা পাডথোকচবনি, অরাবা শরুক পুন্সিগী লম্মন তোঞ্জরবনি।

গুরুদেব স্বর্গীয় গোকুল শাস্ত্রী দেব শর্ম্মা, ইম্ফাল সংস্কৃত টোল প্রধান নাচার্য্য ব্যবস্থাকারী ওইরম্বা, ঐগী ওঝাগী থরাইনা ওইরক্লিবা তাং ৩০। ১১। ০২ ইং রাফুকপা মহারাস মুমিত্ত শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ চরন্দা শ্রীমদ্ভাগবত, লাইরিক অসি কৎপিয়ু কোটী প্রার্থনা কচ্চরি।

অয়োইবদা লাইরিক অসি নম্বদা "দি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেস" বাবুপাড়া ইম্ফালগী মেনেজর, ইমাম্বা শ্রীঅকোইজম ইবোবী সিংহ, অমসুং ইনাও—শ্রীলোংজম্ ফাল্গুনি সিংহ, ভদ্রলোক অনিনসু প্রুফ য়েংবিবা, অমদি মতম চান পুথোকপিবগীদমকসু ধন্যবাদ তৌজরি।

শুভাকাঙ্ক্ষী

শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা ফুরাইলাৎপম

শিংজমৈ, রাইখোম লৈকাই।

# রাহৈ খরদং

কৃষ্ণাতীরে কোকিলা কেলীকুঞ্জে, গুঞ্জাপুঞ্জে দেব পুষ্পাদি কুঞ্জে।
কণ্ঠগ্রীবৌঙ্ক্ষিপ্তবাহূ চলন্তৌ, শ্রীগোবিন্দৌ মঙ্গলং মে ভবেতাম্॥

ঐগী মুংশিজরবা শ্রীব্রজবিহারী দেব শর্ম্মা শাস্ত্রী, ফুরাইলাৎপম শ্রীশ্রীগোবিন্দজীউ ব্যবস্থাকারী ওইরিবা, স্মৃতি-ব্যাকরণ, কর্ম্ম কাণ্ড, ধর্ম্ম শাস্ত্রী জীগী শ্রীমদ্ভাগবত উদ্ধব সংবাদ ভ্রমরগীতম্ অন্বয় মণিপুরী অর্থগা লোইনরবা 'মন্তব্য) থোইনা হেন্না হন্না হন্না পারগা মহাও অমুম অমুম হেনগৎলক্কদবা ওইরবা, মরু ওইনা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই উদ্ধব অচানববু বহিরঙ্গ মপানথোংদনা শ্রীবৃন্দাবন্দা থারগা, বৃন্দাবন-বাসীবু সান্ত্বনা তৌবা হায়রবা, অন্তরঙ্গদনা (মুংদনা) শ্রীবৃন্দাবন করিনো নিংথিনা থংহল্লগা বৈষ্ণব ধর্ম্মগী রাগানুগা ভক্তি মৈরা শন্দোকনবা অমদি প্রেম ভক্তি ফংহনবিগে হায়না থৌজানবিবা অসিগুম্বা ভক্তি শাস্ত্র কয়ানা পান্দম ওইনা ইরিবা, থংহল্লিবা অমদি শ্রীকৃষ্ণ ভক্ত উদ্ধবনা বৃন্দাবন্দগী য়ায়া থুনা হল্লকে খঞ্জবনা শ্রীরাধাগী নিকুঞ্জ কদলী বন্দা ইবেম্মগী "ভ্রমর গীতম্" মপান্দনা চিত্রজল্পগী জল্প ১০না ঈশৈ শকুনা কৃষ্ণ বার্ত্তা থৌরাঙ্জবা মুংদমা শ্রীকৃষ্ণ বিরহ প্রেমানলনা বিলাপ তৌজবা অমদি মথল কয়াগী ব্রজ প্রেমবু ফংজহুনা "কতিচিন্মাসান্" থা কয়া লৈজখিবা মমৈদা শ্রীকৃষ্ণ চরণ ফংজথিবা, শ্রীবৃন্দাবন বাসী থুদিংমকী বিলাপ শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মনাইনা হঙ্গৎচবা পুম্নমকী প্রেম বর্ণনা অইবগী "মন্তব্য" কলমদা হাপ্তুনা য়োমশিল্লিবা শক্তমবু ঐনা হন্না হন্না পাজরে, মৈর-মৈর

অমৃত ফংলে, মুডাইজরে। মরম অসিনা অরোইবদা ঐগী ইনাও মুংশিজরবা মতম কুইনগী মরুপ লেখক্কী লেখনীবু প্রোৎসাহ পিজবগা লোইননা অতৎপা লৈতনা শুভ মঙ্গলাশীর্ব্বাদ চিরায়ু পিবিরক্কবা শ্রীশ্রীগোবিন্দগী চরন্দা হয়া হয়া প্রার্থনা কচ্চরি।

প্রার্থনা অসিগা ঈরোই ঈরোইননা ব্রাহ্মণ বৈষ্ণব বৈষ্ণবী মুংশিজরবা ঈরৈপাকচা অঙম-অথৌ খ্বাই খিবিক্কা "কামিনী জিজ্ঞাসা ন্যায়া বলম্বিদা" খোংদাবিদুনা লাইবিকসি পাবিযু লৌবিযু থৌন হাপ্পিযু কৃষ্ণ প্রেম ফংগনি হায়না কোটী প্রার্থনা তৌজবি—

খ্বাই পুন্নমক্কী
শ্রীনন্দকিশোর দেব শর্ম্মা শাস্ত্রী, হঞ্জবম।
রাষ্ট্রপতি এরার্ডি
নিংথেম পুখ্রি নিবাসী, ইম্ফাল।

# শ্রীমদ্ভাগবতম্

দশমঃ স্কন্ধঃ। ষট্ চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

"ওঁ নমো ভগবতে বাসুদেবায়"

শ্রীশুক উবাচ—

বৃষ্ণীনাং প্রবরো মন্ত্রী কৃষ্ণস্য দয়িতঃ সখা।
শিষ্যো বৃহস্পতেঃ সাক্ষাদুদ্ধবো বুদ্ধিসত্তমঃ॥ ১

শ্রীকৃষ্ণনা বলরামগা লোইননা মধুপুরদা কংসগী ধনুর্যাগ যজ্ঞগী অক্রূরন পুথ্রগ পুক্‌চন ফত্রব মধুপুরগী নিংথৌ মনাই কংস লানবিরগ দেবকী বসুদেবনা মচা ওইন ফংজরব বলরাম-কৃষ্ণবু গর্গাচার্য্য গুরুন উপনয়ন সংস্কার পাংথোকপিরগ গুরু সান্দীপনি মফমদা বেদ-বিদ্যা পুম্বা তমদুনা গুরুদক্ষিণা কংথ্রে।

অন্বয়ানুবাদ—শ্রীশুক উবাচ=শ্রীশুক মহামুনিনা হাইখি, উদ্ধবঃ কৃষ্ণস্য দয়িতঃ=উদ্ধব অসি শ্রীকৃষ্ণগী থোইদোক্ন চান্নজব মরূপনি, সখা সাক্ষাৎ বৃহস্পতেঃ শিষ্য বুদ্ধিসত্তমঃ=কৃষ্ণগী মরূপ তশেংনা শগোলশেন গুরুগী শিষ্য অওকপা বুদ্ধি লৈথ্রবা মীনি, বৃষ্ণীনাং= বৃষ্ণীবংশশিংগী, প্রবরঃ=অথোইবা মতামত থেন্নদ্রব, মন্ত্রী=উদ্ধব কৌবসি করিগুম্ব অমা তান্নবদা লৌশিং য়াম্ন লৈব অথোইবা কৃষ্ণ-সখা মরূপনি।

---

শ্রীশুকদেব মহামুনিনা হাই, হে মহারাজ পরীক্ষিৎ উদ্ধব হাইবা মী অসি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী থোইদোক হেন্দোক্না চান্নথ্রবা মরূপনি, নহাক অসি বৃহস্পতিগী প্রিয় শিষ্য সর্ব্ববুদ্ধিমাননি অমসুং বৃষ্ণীবং-শগী প্রধান মন্ত্রিসু ওইরিবনি॥ ১

তমাহ ভগবান্ প্রেষ্ঠং ভক্ত মেকা ন্তিনং ক্বচিৎ।
গৃহীত্বা পাণিনা পাণিং প্রপন্নার্ত্তি হরো হরিঃ॥ ২
গচ্ছোদ্ধব ব্রজং সৌম্য পিত্রো র্নঃ প্রীতিমাবহ।
গোপীনাং মদ্বিয়োগাধিং মৎসন্দেশৈ র্বিমোচয়॥ ৩

অন্বয়ঃ—প্রপন্নার্ত্তিহরঃ=অথোইবা চংজরক্লিবা ভক্ত ওইবশিংগী অরাব অহু কোকপিব, ভগবান্ হরিঃ=শ্রীকৃষ্ণনা, ক্বচিৎ=কনাগুম্ন, একান্তিনং=ভক্তশিংগী মনুংদা, প্রেষ্ঠং=অথোইবা ওইরিব', ভক্তং তং=ভক্ত ওইরিবা উদ্ধবপু, পাণিনা=শ্রীহস্তন খুৎমক্ত, পাণিং= মনাই উদ্ধবকী খুৎপু, গৃহীত্বা আহ=পাইরগা রা অসি হাইখি॥ ২ হে সৌম্য উদ্ধব! =হে চান্নববা মরূপ উদ্ধব নহাক, ব্রজংগচ্ছ= ঐগী ব্রজবৃন্দাবন্দা চৎলু ঐখোই অনিগী, পিত্রোঃ=ইমা ইপা নন্দ যশোদাগী, প্রীতিম্=পেন্নব মুঙাইনব, আবহ=তৌরুরো খংহল্লুরো, মৎসন্দেশৈঃ=বলরাম কৃষ্ণগী মহুৎ শিন্দুনা ঐখোইগী রাশিং অসি, গোপীনাং=অমদি ব্রজরমণীশিংনা, মদ্ বিয়োগাধিং=ঐ কাইনবদগী পোকপা মনগী অরাবশিং অহু, বিমোচয়=কোকহল্লুরো॥ ৩

---

চংজরকপা অয়াম্ব ভক্তশিংগী অরাব কয়াবু কোকপিরিবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ চন্দ্রনা নোংম হুমিৎ অমদা ভক্ত পুন্নমকী অথোইবা অমদি থোইদোক্ত চান্নবা মরূপকী খুৎ অহু পাইরগা মখাগী রা কয়া অসি হাইখি। ২ হে থোইদোক্ত নুংশিন চান্নরবা উদ্ধব! নহাক ব্রজদা চৎলো, মফম অদুদা চৎলগা ঐখোইগী ইমা-ইপা নন্দ-যশোদা অনিগী পেন্নবা মখোইগী চিংনবা পুন্নমক কোকনবা হাইরুরো। অমুক হন্না ঐখোইগী রা পাও অসি তমলুরো গোপী-শিংনা ঐখোই কাইনবদগী পোকলিবা পুক্লিংগী অরাবশিং অহুসু মংনা মখোইবু খামজন্দুনা অরাবশিংছু কোকহল্লুরো। ৩

তা মন্মনস্কা মৎপ্রাণা মদর্থেত্যক্তদৈহিকাঃ।
মামেব দয়িতং প্রেষ্ঠমাত্মানং মনসা গতাঃ।
যে ত্যক্তলোকধর্ম্মাশ্চ মদর্থে তান্ বিভর্ম্যহম্॥ ৪

অন্বয়ঃ—যতঃ=মরম অসিদগী, তাঃ গোপ্যঃ=অদুগুম্বী গোপিশিংগী, মন্মনস্কাঃ=ঐঙোন্দা সঙ্কল্প বিকল্প তৌদুনা মখোইগী মপুক্কিং অদু থমগ্রবী গোপিশিংনি, মৎ প্রাণাঃ=ঐগীদমক মখোইনা হিংলিবা, মদর্থেত্যক্তদৈহিকাঃ=ঐগীদমক্তা মখোইগী পতি পুত্রনচিংব দেহগী ওইবা মুঙাইবা পুম্নমক থাদোক্লবা, দয়িতং=চাম্নরবা, প্রেষ্ঠং=থোইদোক্ল মুংশিনরবা কাওনদ্রবা, আত্মানং মাং এব মনসা গতা=অখোইবা পরমাত্মা ওইবা ঐঙোন্দা মখোইগী হাইবদি অয়াম্ব গোপিশিংগী মপুক্কিং অদু হাপগ্রবা, যেচমদর্থে=ঐ অসিনা মখোই পুম্নমক্কী চান্নবা ওইরদুনা, ত্যক্তলোকধর্ম্মাশ্চ=ঐগী থোজানত্তা য়েংদুনা জগৎ অসিদা ঐতবু ফংলগা ইহলোক-পরলোক অনিগী মুঙাইবা পুম্নমক থাদোক্লুনা, অহং তান্ বিভর্ম্মি=ঐ অসিতবু ফংলগা মখোইনা মুঙাইজবা, মখোইবু খল্লদুনা পেন্না অমম্বুং মুঙাইনা মতম লেল্লি॥ ৪

---

ব্রজ অসিদা লৈরিবা গোপি পুম্নমক ঐঙোন্দদা মথম্নাই হাপগ্রবনি। ঐ অসি মখোইগী থম্নাইনি, ঐগীদমক্তা খল্লদুনা পতি পুত্রনচিংবা দেহগী মুঙাইবা ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোকই। থম্নাইদগী প্রিয়তম ওইবা আত্মানি খনগ্রবনি, মখোই পুম্নমক্তা ঐতবু ফংননবগীদমক ইহলোক-পরলোক অনিগী মুঙাইবা পুম্নমক থাদোকথ্রে ঐনা মখোইতবু খন্দুনা মুঙাইরি॥ ৪

ময়ি তাঃ প্রেয়সাং প্রেষ্ঠে দূরস্থে গোকুলস্ত্রিয়ঃ।
স্মরন্ত্যোঽঙ্গ ! বিমুহ্যন্তি বিরহৌৎকণ্ঠ্যবিহ্বলাঃ ॥ ৫
ধারয়ন্ত্যতি কৃচ্ছ্রেণ প্রায়ঃ প্রাণান্ কথঞ্চন।
প্রত্যাগমনসন্দেশৈ র্বল্লব্যো মে মদাত্মিকাঃ ॥ ৬

অন্বয়ঃ—হে উদ্ধব ! প্রেয়সাং = অ:পম্ব হাইবশিংসিগী মনুংদা, প্রেষ্ঠ = অথোইবা হাইবদি থোইনা পেম্ব ওইবা, ময়ি দূরস্থে = ঐ অসিনা লাপথুবদা, তাঃ = মথোইনা ব্রজদা লৈরিবী রমণীশিংনা, গোপকুলস্ত্রিয়ঃ = গোপ কুলদা লৈরিবী গোপিশিংনা, ( মাং )স্মরন্ত্যঃ = ঐতবু থন্দুনা লৈবদগী, বিরহৌৎকণ্ঠ্যবিহ্বলাঃ = ঐবু উনদব কাইনবগী অরাব অহুনা তৌফম খংদহুনা, বিমুহ্যন্তি = অঙকপা ফংহুনা ভাওহুবা লৈরিবনি ॥ ৫ মদাত্মিকাঃ = ঐগী মকমদা মথোইগী থরাই কথোকখুবা, বল্লব্যঃ = গোপিশিং অহুনা, মে = ঐ অসে, প্রত্যাগমনসন্দেশৈঃ = গোপিশিংগী মফমদা ঐ থুনা লাক্কনি হাইনা ঐনা মখোইবু থাজহল্লমই, কথঞ্চন = করিগুম্ব মরম অমদগী, অতিক্লেশেন = থোইন রান, প্রায়ঃ = চাওরাক্না, প্রাণান্ ধারয়ন্তি = মথোইগী থরাই অহু হিংলিবনি ॥ ৬

---

হে উদ্ধব ! ঐ অসি গোপিশিংগী থোইনা চান্নরবা দয়িতনি, মতম অসিদা ঐনা মফম অসিদা লাপ্প লৈরি। ঐগী অবস্থা অসি গোপিশিংনা ঐতবু হন্না হন্না নিংশিংহুনা ঐ কাইনবদগী পোক-লকলিবা অঙাওবগুম তৌকম খংদবা চঙকহুনা লৈরিবা ব্রজ গোপি-শিংনি মরূপ ॥ ৫ ঐ ব্রজদগী মথুরা যাত্রা তৌবকান্দ, ঐ অসিদা মথোইগী থরাই হাপথবা গোপিশিংগী মফমদা ঐনা হাইরমই। ঐ য়াম থুনা লাক্কনি, চৎতব য়াদব অমগীদমক ঐ চৎপনি হাইহুনা মথোইবু থাজহল্লমই, মরম অসিনা প্রিয় উদ্ধব ! নংনা ঐ শকনা মখোইবু সান্ত্বনা তৌরুনে ॥ ৬

(ক) ব্রহ্ম সংহিতায়াম্—তথাহি শ্রীমতি গোকুলে প্রেমা খলু বিবিধো দৃশ্যতে। শ্রীভগবান শ্রীকৃষ্ণনা হাইখিবা ৱাক্যসিং কয়াসে ব্রজদা লৈরিবা গোপিশিংগী মফমদা হাইখিবনি। ঐনা গোকুলদগী থোক্লকপা মতমদা ঐভোন্দা গোপিশিং অসি মখোইগী লৈজবা সম্পত্তিদা নত্তনা থম্মোইফাও কখোকপা ডমলি অমদি গোপিশিংগী মফমদা "ঐনা থুনমক হল্লকনি" ৱাহৈ অসি তাবদা চিংনমা য়াম্ন ৱান মতম অতু য়েংতুনা লৈখিবনি গোপিশিং দশমি-দশাগী অৱোইব চৈথেং ফংখ্রিবনি।

মতাং অসিদা শ্রীগোপনন্দনা হাইখি, হে উদ্ধব! নহাক অসি লাইবক কৈ, থোইদোক্ল নহাক অসি কৃষ্ণনা লুনা চানবিৱবা "দেবভাগ"গী মচানি, মরম অসিদগী মশাগী ওইবা মী আত্মীয়নি। মরম কয়া অসিদগী নহাক "অহোভাগ্য মহোভগ্যম্" হাইবনি। ৱাফম অসিদগী তুস্ত্যজশ্চানুরাগোঽস্মিন্ সর্ব্বেষাং নো ব্রজৌকসামি ত্যাদিভ্যঃ। কালিয়হ্রদ প্রবেশোত্থানয়োঃ পশূনাং স্থাবরাণামপি তুঃখ সুখবর্ণ নাচ্চ। মরম অসিদগী থোইদোক্ল থনগদবা ওইবা স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণসে ঐগীদি কাওডমদ্রব থৱাইনি দিবানিশিদ চংজফমনি। ৱাফম অসি হে উদ্ধব ঐতা নত্তনা উপনন্দনচিংবা ঐখোই পুন্নমক কৃষ্ণদা থোইদোক্না চংজফমনি শ্রীদামনচিংবসু মফম অসিদা লৈবা হাইব অসিমক কোংদোকলবনি। মরম অসিদগী শ্রীব্রজরাজনন্দনা হাইখিবনি মতুদি—"অপি স্মরতি নঃ কৃষ্ণো মাতরং সুহৃদঃ সখীন্। গোপান্ ব্রজঞ্চাত্মনাথং গাবো বৃন্দাবনং গিরিমিতি" তথাপি যস্তেষা মন্নুল্লেখ স্তস্মাদিদং গম্যতে। কেষুচিৎ শ্রীপিত্রাত্যস্তঃ পাতিত্বেন সান্ত্বনং, কেষুচিৎ তু অভিপ্রায়বি-শেষেণ সান্ত্বনাভাব এব সান্ত্বন মভি প্রেতমিতি। অমুম ওইতুনমক্ শ্রীমতিনা গোকুলদা প্রেমগা লোইননা মথল মথা কয়ানা উরিবনি।

উৎকণ্ঠানপ্রধান লা বিশ্রম্ভনা প্রধান লা হাইব অসিগী বিবেক লৈখিদরে। অতুগুম্ব মহাক্ল অমদি অতোপ্প পুম্নমক্লস্তু পুম্নমক্তগী থোইদোকপনি খ্বাইদগী অহেনবনি তশেংনা ফোংদোকলবনি। যথা—শ্রীলীলাশুচক চরণৈরপি বর্ণিতং "স্নিগ্ধতি চুম্বতি জলধর কল্পং হরিরুপগত" "তিমিরমনল্পম্" ইতি। মতাং অসিদা মফম অসিদা হাইরিবনি শ্রীনন্দমহারাজনা "মনো যাতি তদাত্মতামিতি" অত্রোত্তরোভয় ভাবানাং সাক্ষাৎ কার বুদ্ধি জনিকৈব সা ভবেং॥ বিশ্রম্ভ অমস্থং বিবেক অনি অসিদগী তোঙানব অমা থংব ভাবদগী অহানবদা অতুমক ফোংদোকলিবা অসিদা করি অমুক চাইগনি কোংদোকপা হাইব অসি উত্তর কালদস্থ মতম পুম্নমক্তা উৎকণ্ঠাদো বিকল্পস্বভাব ওইবদগীনি, মতুদি দ্বারকাগী জলবিহারদা অমাম্ব মহিষীশিংগী দমক বর্ণনা তৌরকই। মতুমক মফম অসিদা হাইরি উৎকণ্ঠা প্রধানবদ্ প্রমানঃ পিতরৌ প্রেয়স্থশ্চ বিয়োগমানিন এব আসন্, যথৈবোক্তং গচ্ছ উদ্ধব অসিনচিংবনি। তথাহি গীত গোবিন্দ মঙ্গলাচরণে—পরম্ পরা ধর্ম্মনা যণ শেল্লি নন্দ নিংথৌ স্থংশিব মচা থন্নম্বা ঙমদবনা কৃষ্ণবু পম্নগ গোষ্ঠ যাত্রা তৌথি, নোং যাম্ন কম্না তাথি সুমিত্তুস্থ মচা চোৎকনি য়াম্না য়াই কৃষ্ণস্থ থেম্ব ঙমদনা কপ্পি, ভাণ্ডির বন য়ৌরকই, রাধাদা রাধে নংবু খংই ঐনা, ইচাসে মমা যশোদাদা পিরু শিন্নে। রাধানা মবুঙো শ্রীকৃষ্ণ হেক পম্বদা শ্রীনয়ন্দগী প্রেম (পিরাং) শিন্থখি। কৈশোর বয়স ওইখি শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙো ইবেম্মা অনি জলকেলি শান্নখি, যমুনাগী জলনা চোৎলবা শ্রীকৃষ্ণ উজরগা রাজরবী রাধানা সনা ফিগে, বাশিগা লোইননা কৎখি। শ্রীরাধিকাগী প্রথম বিবাহ ওইখি, শ্রীরাধাগোবিন্দ যুগল ওইখি। শ্রীকৃষ্ণবু যশোদা মাতাগী মফমদা থিনখি।

স্মৃতি উক্তাঃ—

কণ্ডনী পেশনী চুল্লী উদকুম্ভী চ মার্জ্জনী।
পঞ্চসূনা গৃহস্থস্য তাভিঃ স্বর্গং ন বিন্দতি॥

---

(খ) শুম্বল, য়াংকোক, লৈরং, মুরাচফু, শুমচিং মঙাগী পাপ্না য়ুম্বানবশিং স্বর্গ ফংদে। পাপ এ চংদনবা মনুসংহিতানা হায়রি—

অধ্যাপনং ব্রহ্মযজ্ঞ পিতৃযজ্ঞস্তু তর্পণম।
হোমো দৈবো বলির্ভৌতো নৃযজ্ঞোঽতিথি পূজনম্॥

নিতিগী বেদ তম্বা (গায়ত্রী জপ তৌব) ব্রহ্ম যজ্ঞ কৌই। দেবতাশিং পিতৃশিং পেলহনবা তর্পণ কৎপনা পিতৃ যজ্ঞ, দেবতাবু পূজা হোম কৎপনা দেব যজ্ঞ, জীবশিং পেলহনবনা বলি যজ্ঞ অদুগা অতিথি পূজা কৎচবনা নরমেধ যজ্ঞ কৌই। যজ্ঞ এ অসি তৌদ্রবদি পঞ্চসূনা পাপ চংই; পাপ এ ফংদনবা ধর্ম্মগী ওইনা চাক চাবদা ভোজন প্রণালী নিয়ম্না পুম্নমক্কী চাক থাদোকনি আচমন পিগনি। ঐগু মন্ত্রনা আচমন তৌগনি, পঞ্চাঙ্গুলী মুদ্রানা অপিকপা চখোম এ চাগনি আচমন তৌরবগী মতুংদা পুক থন্নবা চারগনি, অরোইবদা মন্ত্রনা আচমন তৌগনি। চাক থরদং লেমহনগনি। ঐগী চানিং-বগী মতুং ইম্নদি খোংবা, দেবতাগী শরুক তমদবদি ধর্ম্ম ওইদে, লাইগী মরলদি ঐনা চাবা ঐনা তৌফম থোকপা অঙম, ধর্ম্মদি তৌদনা চাবদি হুরানবনি হায়রি গীতা শাস্ত্রনা।

(গ) শ্রীবৃন্দাবনগী নিংথৌ মহারাণী নন্দ মহারাজ যশোদানা মচা কৃষ্ণগীদমক্ নিত্য ধর্ম্ম পালন তৌই। পঞ্চ মহা যজ্ঞ তৌই, ধূপ দীপ কৎলি মাখন শুংই পিজ-পিথক তৌই গোচারণগী অরা নুঙাই কয়া পাংথোকই। সথাশিং শ্রীকৃষ্ণ বলরাম অনি য়াওদনা যণশেন চৎলি, যণবী যন্নাও গোপ গোপিপুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী বাশি খোঞ্জেন তাদ্রবদা বংশীধারি কৃষ্ণ বলরাম উবা ফংখিদ্রবদা শ্রীবৃন্দাবনগী বৃক্ষলতা উচেক-ম্বায়া কয়া কয়া য়াতোং, কোকিল খিবিক্সা মধুপুর বৃন্দাবন্দ মমাই ওল্লগা মাগী মাগী মরোম্না শ্রীকৃষ্ণ কৌহুনা বিলাপ তৌরি তত্তুনা।

মাতা যশোদানশু তেংথারি— ইমাগী গোপাল কৃষ্ণ অশুক শাংলবা মতম চহি কয়া অসি নবুক চাউবা ইচানি খন্দুনা যশোদা রোহিণী নমা ওইবী ঐখোইনা, হাওরগদবা ইচানা পামজবা ঙাক থোংহুনা বলরাম কৃষ্ণ নখোয়গী মুখদা, ঐখোইনা ইল্লি পিজরি। ইচাগী নুংশিবা নশকুদি উবা ফংদ্রে। অমুকংদি উজরগা শিরবদি পেনগনিদকো ইমানা।

সিদাম, সুদাম, সুবোল, মধুমঙ্গল সথাশিংনা ইঙাও কহ্নাই, য়াম্নুং বলরাম নখোই য়াওদনা যণ শেনবা, শান্নমিন্নবা, চামিন্নবা ঐখোই ফংদ্রে। বনগী মন্নুংদম্ব নখোইগী ফমফম হাংলে যণ কয়া কয়া লোইননা, ঐখোই পুম্নমক চাফম থকফম খংদনা হুন্দোকপিরম্বসে ঐখোইবু করি ওইরসিগে। ঐখোইনা কপ্প-কপ্পহুনা নিতি থুদিং শোক্লিবসি লাকলোগবা।

উত্তর রাম চরিতে—

দলতি হৃদয়ং গাঢ়োদ্বেগং দ্বিধা তু ন ভিদ্যতে ;
বহতি বিকলঃ কায়ো মোহং ন মুঞ্চতি চেতনাম্ ।
জ্বলয়তি তনু মন্তর্দাহঃ করোতি ন ভস্মসাৎ ;
প্রহরতি বিধি মর্ম্মচ্ছেদী ন কৃন্ততি জীবিতম্ ॥

---

(ঘ) শ্রীরামনা সীতা বিরহ বর্ণনা তৌদুনা অরাব থাংলি। ফংলি সীতা কাইনা মৈচাক রাম্না ওইরি ক্ষণ ক্ষণ খুদিং মুর্চ্ছা অতং লৈতনা, অদুবু ফংহন্দ মপান থোংদদি মতুপ অনি থোকপস্তু (দো) ঙমদে থাদোকপস্তু হকচাংন, মাগী শোক প্রবাহ কান্নদব মৈচাক্তো।

চাকলি অতং লৈতনা থম্মোই কাচিন হুংদ মাগী কাইনা মৈনা, য়ৈরি মখোন থোক্নম মাগী বিরহ তাপনা রাম এবু, ওইহন্দে উং ওনবনা চাক্লবা হকচাং মাবুস্তু, কংহল্লি এবুস্তু তৎতনা অরা মৈচাক নোংদম্বা নংনা। তৌবিদে মাংগ্রগদবা পুল্লি (বু) অরেম্বদা শিবস্তু, হে নোংদম্বা নংগী হুংশি হৈত খুৎশেম কনখ্রেদা। অস্তুম্না বিলাপ তৌরি খুদিংমক্লা।

নন্দ মহারাজনা কপলি তেংথারি—হরি মাগী মফমদা হে নন্দ-লাল। নংবু মপা ওইনা ফংজবা ঐসে নহাক্কী হুংশি রাহৈ কয়ানা অরা সমুদ্রদা ইরাক্লদুনা শিবস্তু ঙমদা লৈরিবসি নহাক উদ্রবরা অমুক্তদি ইপাগী অরাবশি কল্লরোগবা।

মহাপ্রভু বলিতেছেন বঁশীশিক্ষা—

যেমন নর্ত্তকী শিরে কলস রাখিয়া
সঙ্গীতের তালে নাচে কটী দোলাইয়া।
তথাপি শিরস্থ কুম্ভ কভু না পড়য়া।
তার হেতু কুম্ভে মন সদা রাখয়।
সেইরূপ ধীরজন রহিয়া সংসারে।
বিষয়া লোচনা করে অনেক প্রকারে।
তথাপি তাহারা সেই শ্রীকৃষ্ণচরণ।
লব নিমেষার্দ্ধ নাহি হন বিস্মরণ॥

---

(ঙ) মহাপ্রভুনা তাকপিখি বঁশীশিক্ষা—অদুগুম্বী জগোয় শাবীনা কোকথক্তা চফু অমা হাপ্লগা সঙ্গীতকী নিংখিবা তালদা হকচাং কায়াৎ কয়া শোক্লা হায়-হুমতুনা জগোয় শায় রঙ্গ মফদা, অদুম ওইনমক কোকথক্তা লৈরিব চফু কৈদৌঙৈদ লৈমাইদা তাখিদে, মরমদি—মানা চফুদা পুক্নিং হাপখিবনা। অদুগুম্ ধীরজনশিংনা সংসারসিদা গৃহস্থ বৈষ্ণব ওইনা বিষয় লোইনরবস্থু মাপী অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণচরণ পদ্মবু ক্ষণ মিকুপ অমত্তাও থাদোকচদে।

অদুগুম্ শ্রীবৃন্দাবনবাশী গোপিশিংনা মশাগী অরা মুংভাইগী বিচার তৌদে। শ্রীকৃষ্ণগী সুখগীদমক্তি মফম মতম পুম্বা পুম্নমক ব্যবহার তৌরে, শ্রীকৃষ্ণগী ওইদবা খুদিং হন্দোকই শ্রীকৃষ্ণপ্রীতি ওইবা থৌরম পুম্নমকী শেংপ্রবা অনুরাগনা সেবা ফংজরি। অসুমনু চৈতন্য চরিতামৃত মধ্যলীলাদন্থু তাকপিরি।

## শ্রীকৃষ্ণগী বাশি (মুরলী) যড় রক্সনি মখুল ৬নি

অহানবা রক্সনা—হৈপাল লৈপালপুম্বা খুদক্তা ময়োন চোংই, লৈ শাংলি মহৈ য়াল্লি। শ্রীকৃষ্ণগী রাস লীলাদা মুরলী খোঞ্জেন তাবদা পুম্নমক মহৈ য়াল্লি। ২শুবা রক্সনা—যমুনা ইন্সংনা চেল্লি, কৃষ্ণগী লীলাদা। ৩শুবা রক্সনা—মুং মহি চেল্লি। ৪শুবা রক্সনা—মনিং তম্না গোবর্দ্ধণগী চীংয়া তময়াদা শক্তিক চারিবা বণবী যম্নাও পুম্বা আকর্ষণ তৌই। ৫শুবনা শ্রীকৃষ্ণ ভক্তি পরিপুর্ণ ওইরবী জগৎ রমনী কয়া আকর্ষণ তৌই। ৬শুবনা শগোল তরেৎনা য়াংনা চেল্লিব রথ সূর্য্য দেববু লেপহনবা ওম্বা শ্রীকৃষ্ণগী বাশি মুরলীনি।

শ্রীকৃষ্ণ ফংনবা প্রেম মখল ৬নি। শান্ত-দাস্য-সখ্য-বাৎসল্য মধুরনি। শান্ত ভক্তিনা শ্রীকৃষ্ণ পংগ্রে, ব্রহ্মা নারদনচিংবা। দাস্যনা হনুমানচিংবা ভক্তশিং কয়ানা। সখ্য প্রেম ভক্তিনা অর্জ্জুনচিংবা। বাৎসল্য প্রেম ভক্তিনা শ্রীবৃন্দাবনগী নন্দ মহারাজ অমদি যশোদা রাণীনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু মচা ওইনা ফংজে; যশোদাগী স্তনামৃত শ্রীকৃষ্ণনা থকখি। তথাহি শ্রীমদ্ভাগবতে নন্দ কিমকরোদ্ ব্রহ্মণ্ শ্রেয় এবং মহোদয়ং। যশোদা বা মহাভাগা পপৌ যস্যাঃ স্তনং হরিঃ॥ মধুর প্রেমতনা ব্রজগোপিনা শ্রীকৃষ্ণবু কৃষ্ণ সেবাদা ফংজখি।

শান্ত, দাস্য, সখ্য, বাৎসল্যানচিংবা ভক্তিগী গুণ পুম্নমক মধুর প্রেমদা তিল্লি, শ্রীমদ্ভাগবতে শ্রীকৃষ্ণ বাক্যং—

মযি ভক্তি হি ভুতানা মমৃতত্বায় কল্পতে।
দিষ্ট্যা যদাসীন্মৎ স্নেহো ভবতীনাং মদাপনঃ॥

রাধা রস সুধা নিধি :— ফংঙমদ্রবা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা থৌগল-জরিবা সিদাম সখাবু শ্রীরাধিকাগী শাপনা শঙ্খসুর ওইখি, ইবেম্মসু ব্রাহ্মণ সিদাম শাপনা শ্রীকৃষ্ণ চহি ১০০ কাইনৌ শাপ তৌখি মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণ কাইনরবী রাধিকাসু শ্রীকুঞ্জ সেবাদা শ্রীকৃষ্ণ প্রেম বিলাপ ওইরি। শ্রীবৃন্দাবন বাসী নন্দ যশোদা গোপ গোপি যণবী বন্নাও পুন্নমক শাংলবা চহি কয়া অসি শ্রীকৃষ্ণ বিরহ ওইদুনা নিতি নিতি সুমিং খুদিং শ্রীকৃষ্ণ বিলাপ তৌরি।

গর্গবচনং—রময়া তু রকার স্যাদাকারস্ত্বাদি গোপিকা।
ধকারো ধরয়া হি স্যাদাকারঃ বিরজানদী ॥

রাধেতি—র, না লক্ষ্মী, আ, না গোপিকা (রাধিকা), ধ, না ধরা পৃথিবী, আ, না বিরজা ৪ অসিনা তিনবী রাধানি, শ্রীকৃষ্ণদগী তোঙাল্লবী প্রাণ প্রতিমানি। শ্রীরাধানা হ্লাদিনী শক্তম ওইদুনা প্রেমঘন বারিনা শ্রীকৃষ্ণগী সেবা ফংজৈ, সন্ধিনী—সেবাগী সম্বন্ধদা সম্বন্ধি ওইজৈ, চংজরক্লিবশিং চংজফমনি, সম্বিৎ—সখী মঞ্জুরীনা শ্রীরাধা গোবিন্দগী সেবা ফংজবিনি। রা, না ভক্তশিংবু প্রেম চাওখৎহল্লি, ধা, না প্রেম সেবা ফংহনবি, রাধিকা লীলাময়ী ছায়া রাধানি মহাভাব স্বরূপনি। অসিগুম্বী শ্রীরাধিকানা শ্রীরাধা গোবিন্দগী কুঞ্জ লীলাদা থৌগনজৈ সখীশিংনা মশা মশাগী অপাম্বা লৈতনা মতম পুম্বগী লীলাদা সেবা ফংজরি অমুম্না রায় রামানন্দনা প্রভুগী চরন্দা হঙ্গৎচৈ। শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা উদ্ধবনা শ্রীবৃন্দাবন মকম কয়াগী শক্তম পুম্নমক দর্শণ যংজরি।

শ্রীশুক উবাচ—

ইত্যুক্ত উদ্ধবো রাজন্ সন্দেশং ভর্তুরাদৃতঃ।
আদায় রথমারুহ্য প্রযযৌ নন্দগোকুলম্ ॥ ৭
প্রাপ্তো নন্দব্রজং শ্রীমান্ নিম্লোচতি বিভাবসৌ।
ছন্নযানঃ প্রবিশতাং পশূনাং খুররেণুভিঃ ॥ ৮

অন্বয়ঃ—শ্রীশুক উবাচ = শ্রীশুকনা হাইখি, হে রাজন = মহারাজ পরীক্ষিৎ, ইতি (এবং) উক্তঃ = মতৌ অসুম উদ্ধবকী মফমদা থাংহল্লবা, উদ্ধবঃ আদৃতঃ ভর্তুঃ = উদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণগী রা অদু ইকাই খুম্নরদুনা, সন্দেশং = পাউ অদু, আদায় = পুরগা, রথং আরুহ্য = দোলাইদা কাখৎলগা, নন্দ গোকুলং প্রযযৌ = নন্দনা লৈরিবা গোকুল বৃন্দাবনদা চৎখরে ॥ ৭ বিভাবসৌ = সূর্য্যনা, নিম্লোচতি = তাগাদৌরক্লব মতম অদুমক্তা উদ্ধবনা, প্রবিশতাং = যণশিংনা কারকপা মতম, পশুনাং খুররেণুভিঃ = যণশিংনা চৎপা মখোংদগী থোকলকপা উফুনা, ছন্নযানঃ = আকাশ শিনবা থুংনা কুপসিল্লদুনা, শ্রীমন্ = উদ্ধবনা, নন্দব্রজং = নন্দ মহারাজগী (শংগাই) কোম্বুং, প্রাপঃ = ফংখি থুংলখি ॥ ৮

---

শ্রীশুকদেবন হাইখি, হে মহারাজ পরীক্ষিৎ ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মতৌ অসুম হাইরবদা, উদ্ধবনা পুকচেল শেংনা প্রভুগী রা-অদু পুরদুনা নন্দ মহারাজনা লৈরিব শ্রীবৃন্দাবনতম্ন রথ তোংদুনা য়াম্ন থুনা চৎখি ॥ ৭ উদ্ধবনা মথুরাদগী মজালরুদা থুংলব অসি সূর্য্যনা অস্তাচল কোৱা চীং লৈথরক্লবা মতম অসিমক্ত নিংথিজবা সম্পত্তিনা তিরবা অয়াম্ব যম্বী যন্নাউ থিবিরা সম্পত্তি ওইরিবা নন্দগী কোম্বুংদি হাইরিবা মতম অসি যণ কারকপগী মখোংশিংগী থোক্লকপা উফুনা উদ্ধবকী রথ ১দি আকাশ শিনব থুংনা যুজরক্রা কাংদা থুংলখি ॥ ৮

বাসিতার্থেঽভি যুদ্ধ্যদ্ভি র্নাদিতং শুষ্মিভি র্বৃষৈঃ।
ধাবন্তীভিশ্চ বাস্রাভি রূধোভারৈঃ স্ববৎসকান্॥ ৯
ইতস্ততো বিলঙ্ঘদ্ভি র্গোবৎসৈ র্মণ্ডিতং সিতৈঃ।
গোদোহ শব্দাভিরবৈ র্বেণূনাং নিঃস্বনেন চ॥ ১০

অন্বয়ঃ—কথম্ভূতং নন্দগোকুলং বাসিতার্থে=অয়াম্ব মঙ্গীশিংহুনা ময়াই কাব মহৈ মহৈ ইননবা. য়াইনবা, অভিযুদ্ধ্যদ্ভিঃ=মহৈ মহৈ য়াইনবা অসিদা, শুষ্মিভিঃ=থোইনা ময়াই কারবা, বৃষৈঃ=যণ লাবশিংনা, নাদিতং=থোংলকপা অমদি, ঊধোভারৈঃ=মঙ্গী-শিংগী থোম্মিগী অরুম্ব অহুনা, স্ববৎসান্=মচাশিং লৈবা মফমদা, ধাবন্তীভিঃ=চেনসিন্নকলিবা মঙ্গীশিংনা, মণ্ডিতং=তিম্ব মতমনি। ৯
ইতস্ততঃ=মাইকৈ পুন্নমক্তা যণশিংনা চোংবা, সিতৈঃ=ভৌরোক ভৌরোক ভৌবা, গোবৎসৈঃ=যম্নাও মচাশিংনা, মণ্ডিতং=তিনব নিংথিরবা, গোদোহশব্দাভিরবৈঃ=শঙ্গোম শুম্বগী মথোনগা লোই-নরবা মফম অহু, বেণূনাং নিস্বনেন চ মণ্ডিতং=বাশিংগী তরুবা বাঁশীশিংগী খোঞ্জেল অহুনম্ব তিনব নন্দ মহারাজগী কোম্মুংনি॥ ১০

---

মতম অসি যণশিংগী ঋতু লাকপা হৌরকপা মহৈ মহৈ ইননবা য়াইনবা অমদি ময়াই কারবা যণ লাবশিংনা থোংলকপা অমদি মঙ্গীশিং খোম্মিনা লুমথরকপনা মচাশিংনা লৈবা মফমদা অমৃত পিথরুবা কোয় খোংলহুনা চেনসিন্নব মতমনি॥ ৯ নন্দ মহারাজগী কোম্মুং অসিদা ভৌরোক ভৌরোক ভৌবা যম্নাও মচাশিংনা মফম পুন্নমক্তা চোংহুনা শান্নবা মহুনম্ব কয়ামুক কজরিবা, শঙ্গোম শুম্বগী মথোন কয়া অমদি বাঁশীগী মথোন কয়া অসিনা থোইনা হেন্না কজবশিং তার উরবদম্ব থোইনা হেন্না মুত্তাইব পোকচল্লি॥ ১০

গায়ন্তীভিশ্চ কর্ম্মাণি শুভানি বলকৃষ্ণয়োঃ।
স্বলঙ্কৃতাভি র্গোপীভি র্গোপৈশ্চ সুবিরাজিতম্॥ ১১
অগ্ন্যর্কা তিথিগোবিপ্র পিতৃদেবার্চ্চনান্বিতৈঃ।
ধূপদীপৈশ্চ মাল্যৈশ্চ গোপাবাসৈ র্মনোরমম্॥ ১২

অন্বয়ঃ—বলরামকৃষ্ণযোঃ=বলরামকৃষ্ণ অনিগী, শুভানি= ফজবা লৈতেং কয়া, কর্ম্মানি=মখোই অনিনা তৌব কর্ম্মশিংদু, গায়ন্তীভিঃ=শক-শোল্লিবা, স্বলঙ্কৃতাভিঃ=নিংথিজনা লৈতেংলবা গোপি থিবিক, গোপৈঃ চ=গোপ থিবিকসু, সুবিরাজিতং= নিংথিনা ফজহল্লিবা নন্দ মহারাজগী সনা সঙ্গাইনি॥ ১১ অগ্ন্যর্কা তিথি গোবিপ্র পিতৃদেবার্চ্চনান্বিতৈঃ গোপবাসৈ=শ্রীকৃষ্ণ প্রিয় ভক্ত উদ্ধবনা নন্দালয় য়ৌরকপা মতমসি সন্ধ্যাগী ধূপ-থাওমে কংনবা মতম ওইরকপা থোইদোক্লা গোপ-গোপিশিং লৈরিবা বৃন্দ গোপিশিংনা, ধূপ-দীপৈঃ মাল্যৈশ্চ মনোরমঃ=হাইবদি ধূপদীপ-নচিংবা লৈ পরেং কয়ানসু তিনবা অহুগুদা পুক্লিং কুপ্তাইবা মতম অহুদা উদ্ধবনা ব্রজ য়ৌরকপনি॥ ১২

মতম অসিদা থোইদোক হেন্দোক্লা অলঙ্কার তৌরবা রামকৃষ্ণ অনিগী ইবুঙো অনিমা তৌথিবা শান্নখিবা কর্ম্ম কয়া লীলাবু শিংথা-রুহুনা গোপিশিংনা রামকৃষ্ণ অনিগী গুণ হোঞ্জবা বাল্য লীলানচিংবা শক-শক্লহুবা অমসুং গোপশিংনা লৈতেংলিবা নন্দ মহারাজগী কোন্নুং কয়াগী মতিক ফজবনি॥ ১১ উদ্ধবনা নন্দালয় ব্রজ য়ৌরক-পসি, সন্ধ্যাগী ধূপ থাওমৈনা অমদি লৈরী পরেং পরেং কয়ানসু তিবা মতম ব্রজরমনিশিংগী যুমদা অগ্নি-সূর্য্য-গো-ব্রাহ্মণ-পিতৃশিংবু পূজা তৌনবা মতমনি॥ ১২

সর্ব্বতঃ পুষ্পিতবনং দ্বিজালিকুলনাদিতম্।
হংসকারণ্ডবাকীর্ণৈঃ পদ্মষণ্ডৈশ্চ মণ্ডিতম্॥ ১৩
তমাগতং সমাগম্য কৃষ্ণস্যানুচরং প্রিয়ম্।
নন্দঃ প্রীতঃ পরিষ্বজ্য বাসুদেবধিয়ার্চ্চয়ৎ॥ ১৪

অন্বয়ঃ—সর্ব্বতঃ পুষ্পিতবনম্=নন্দ মহারাজগী উপবন পুম্নমক মখল কয়াগী লৈ শাৎপা বননি হাইরিবা বন অসিদা, দ্বিজালিকুল-নাদিতম্=খোইমুশিং অয়াম্বা উচেকশিং মপৈ মপৈগী খোঞ্জেল্লা, হংসকারণ্ডবাকীর্ণৈঃ=কাংঙাশিং ঈশিংদা লৈবা উচেক কয়ান তিনবা পদ্মষণ্ডৈঃ=থম্বাল কয়াসু শাৎলিবা পুখ্রি কয়ানসু, মণ্ডিতম্=খোইনা হেন্না ফজরবা নন্দ মহারাজগী কোন্নুংনি॥ ১৩ নন্দঃ=গোপ রাজনন্দনা, কৃষ্ণস্য প্রিয়ম অনুচরম্=শ্রীকৃষ্ণগী চান্নরবা সেবকসু ওইরিবা, তং উদ্ধবং=উদ্ধবনা, আগতম্=লাকই হাইবসি উরগা তারগা, প্রীতঃসন্=পেনখিহুনা, সমাগম্য=মনাক্তা চংশিন্দুনা পরিষ্বজ্য=আলিঙ্গন তৌরগা, বাসুদেবধিয়া=বাসুদেব কৃষ্ণমক্তি খন্দুনা, অর্চ্চয়ৎ=পূজা তৌখি॥ ১৪

---

উদ্ধবনা ব্রজদা চংলকপা মতম অসি ব্রজগী মাইকৈ মরিমক্তা লৈরিবা বন পুম্নমক মখল কয়াগী লৈনা শাৎলিবনি। বনশিং অদুদা রাহোং কাংঙা তেনরাশিং অমদি ময়াই কায়বা খোইমুশিং অসিনসু লৈতেংলিবা সরোবর পুখ্রি অদুদনা মখল কয়াগী থম্বাল অঙাংবা অঙৌবা কয়ানসু শাৎলিবা ফজরবা নন্দালয়নি॥ ১৩ শ্রীবৃন্দাবনগী নন্দ মহারাজনা শ্রীকৃষ্ণগী চান্নরবা সেবকসু ওইবা উদ্ধবনা লাকপা উরগা নুঙাইমনখিহুনা মহাক্কী মনাক্তা চংশিন্দুনা আলিঙ্গন তৌরগা কৃষ্ণ মহাক্ক পেখ্রিনবগীদমক মতিক চানা পূজা তৌখি॥ ১৪

ভোজিতং পরমান্নেন সংবিষ্টং কশিপৌ সুখম্।
গতশ্রমং পর্য্যপৃচ্ছৎ পাদসংবাহনাদিভিঃ ॥ ১৫
কচ্চিদঙ্গ ! মহাভাগ ! সখা নঃ শূরনন্দনঃ।
আস্তে কুশল্যপত্যাদ্যৈর্যুক্তো মুক্তঃ সুহৃদ্বৃতঃ ॥ ১৬

অন্বয়ঃ—ততঃ=অদুগী মতুংদা নন্দ মহারাজনা, পরমান্নেন=অথোইবা থুমবা শজোম ক্ষীর মিস্তান্ননা, ভোজিতং=পিজরগা, কশিপৌ=মতিক চাবা আসন্দা, সুখং সংবিষ্টং=নুঙাইনা ফমদুনা লৈরিবা সখাবু, পাদসম্বহনাদিভিঃ=খোং খুং হামদোকপনচিংবা লোইরবা, গতশ্রমম্=অৱাব পোথারবা উদ্ধবকী মকমদা, পর্য্যপৃচ্ছৎ=খংনিংবা য়া কয়ামরুম হংখি ॥ ১৫ হে অঙ্গ মহাভাগঃ=হে লাইবক ফবা পুকচেন চাওবা ! নঃ=ঐখোই ব্রজদা লৈরিবশিংগী, সখা শূরনন্দনঃ=বসুদেবনা, মুক্তঃ=কৈন্তমশংদগী থোরকলবা, সুহৃদ্ভিঃবৃতঃ=চান্নবা মরূপ মপাংশিংনা কোইশিন্দুনা, অপত্যাদৈঃ=মচা মগুশিংনা কোইশিন্দুনা, যুক্তঃসন্=অৱাবা কয়া কোরুদুনা, কুশলী আস্তে=নুঙাইনা লৈরিবরনে ? ॥ ১৬

---

নন্দনা উদ্ধবপু আলিঙ্গনে ভৌরবা মতুংদা অহাও অথুম্বা তিনবা কয়া চারবদা অমসুং নুঙাইনা পোথাদুনা কম্নবা হাইরদি লাপ্না লাকপগী অৱাব লৈত্রবা মতম অদুদা নন্দ মহারাজনা খংনিংবা হংনিংবা বাফম কয়ামুক হংখিরমই ॥ ১৫ হে লাইবক ফবা কৃষ্ণগী মরূপ ওইরিবা উদ্ধব ! ঐখোইগী চান্নবা শূরসেনগী মচা বসুদেবনা কংশগী কারাগারদগী থোরকগা চান্নবা মরূপ মপাংশিংনা ইকোই-কোইশিন্দুনা মচা মগুশিংগা লোইননা নুঙাইনা লৈরিবরবে ? ॥ ১৬

দিষ্ট্যাকংসোহতঃ পাপঃ সানুগঃ স্বেন পাপ্মনা।
সাধূনাং ধর্ম্মশীলানাং যদূনাং দ্বেষ্টি যঃ সদা ॥ ১৭

অপি স্মরতি নঃ কৃষ্ণো মাতরং সুহৃদঃ সখীন্।
গোপান্ ব্রজঞ্চাত্মনাথং গাবো বৃন্দাবনং গিরিম্ ॥ ১৮

অন্বয়ানুবাদ—যঃ=অদুগুম্বা কংসনা, সদা=মতম পুম্নমক্তা, সাধূনাং ধর্ম্মশীলানাং=সাধু ওইবশিং অমদি ধর্ম্মদা পুক্নিং চংবশিং, যদূনাং চ দ্বেষ্টি=য়েক্নবা ওইদুনা মাহনখিবা, সঃ=দুরাচার লমচং ফত্রবা কংসবু, দিষ্ট্যা=ঐখোইগী লাইবক ফবনা, পাপঃ=পাপ চেল্লবা, কংসঃ=কংস অদু, স্বেন=মশানা তৌখিবা পাপ অদুনা মরম ওইদুনা, পাপ্মনা=লমচং ফত্তবনা মরম ওইদুনা, সানুগঃ=মশামউ ফরবা মচিন মনাওগা লোইননা, হতঃ=মাংজখ্রবনি ॥ ১৭ কৃষ্ণঃ=শ্রীকৃষ্ণনা, নঃ=ঐখোইবু, মাতরং=যশোদাবু, সুহৃদঃ=মরূপ-মপাং মাতৃ পিতৃশিং, সখীন্=শ্রীদামমচিংবা, আত্মনাথং=গোপশিং, গাবঃ=যণশিং, বৃন্দাবনং=বৃন্দাবনবু, গিরিং=গোবর্দ্ধন অমদি যম্বী যগ্নাও কনবিখিবা, স্মরতিঅপি=নিংশিংজিবরনে ? ॥ ১৮

মহাপাপী ওইরবা কংস মশানা তৌজখিবা পাপ ওইরবা সাধুশিং বৈষ্ণবশিং ধর্ম্মশীল যদুবংশশিং ওৎ-নৈখিবা অদুনা মরম ওইরগা মশা মতোমতা নগুম্বা কল্ল-কল্লবা মচিন মনাওশিংগা লোইননা মশা মশা লোইনা মাংজখ্রবনি হৌজিক্তি ॥ ১৭ শ্রীকৃষ্ণনা পিতৃ মাতৃ যশোদা, শ্রীদামনচিংবা মশাগী শামক্তম ওইরিবা বৃন্দাবন থোইদোক্না তমথিরবা অকনবা নোং মুংশিত্তগী গোবর্দ্ধন চীংবু থাঙ্গতুনা জীব পুম্নমক শিরগদবগী অরাবা কয়াদগী ভাকপিখিবদো কাওরমগত্রাও ? ॥ ১৮

অপ্যায়াস্যতি গোবিন্দঃ স্বজনান্ সকৃদীক্ষিতুম্।
কর্হি দ্রক্ষ্যাম তদ্বক্ত্রং সুনসং সুস্মিতেক্ষণম্॥ ১৯
দাবাগ্নের্বাতবর্ষাচ্চ বৃষসর্পাচ্চ রক্ষিতাঃ।
দুরত্যয়েভ্যো মৃত্যুভ্যঃ কৃষ্ণেন সুমহাত্মনা॥ ২০

অন্বয়ঃ—গোবিন্দঃ = শ্রীকৃষ্ণনা, স্বজনান্ = ঐখোই পুন্নমকপু, দ্রষ্টুং সকৃৎ = অমুক্তং য়েংগে নিংতুনা, কদাপি = করিগুম্বা কান্দা, আয়াস্যতি অপি = করিগুম্বদা লাকখিদ্রাও? সুনসং = নাতোন য়েংবদা থোইনা ফজবা, সুস্মিতেক্ষণং = কাওবা য়ায়রোইদবা মিৎ-য়েংনা তিনবা, তদ্বক্ত্রং = অদুগুম্বা শ্রীকৃষ্ণগী মাইথোং অদু, কর্হি = অমুক্তং করম্বা কান্দা, দ্রক্ষ্যামঃ = ঐখোইনা উজবা ফংখিগদ্রাও? ঐখোই পুন্নমকপু, দাবাগ্নেঃ = কম্না চাকলবা লাম্মৈদগী, বাতবর্ষাৎ = ইন্দ্ররাজ (সোরারেন) না তৌরকপ নোংগা লোইনবা নুংশিত্তগী, বৃষসর্পদগী, দুরত্যয়েভ্যঃ = লাকশিনবদা য়ায়গদবা অদুদগী, মৃত্যুভ্যঃ চ সুমহাত্মনাং কৃষ্ণেন রক্ষিতাঃ স্মঃ = ঐখোই শিরগদবদগী পুকচেন চাওবা শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোইবু কনবিরকখিবনিনে॥ ১৯-২০

---

নবু ডো শ্রীগোবিন্দসে ঐখোই পুন্নমক করম্বা কান্দা অমুক্তং উজবা ফংজখিগদ্রাও? নাতোন ফজবা কৃষ্ণগী মোমোন নোকপা মিৎয়েং মাইথোং অদু উবা ফংখিগদ্রাও? অদুকী মতিক পুকচেন চাওরবা শ্রীকৃষ্ণ অসিনা ঐখোই পুন্নমক শিরগদবা দাবাগ্নিদগী অমদি ইন্দ্রগী অথাক-অরাওবা লোইনবা অকনবা নোং নুংশিত্তগী নুমিৎ ৭নি চুপ্পা ওইগী খুৎনা গোবর্দ্ধন চীংবু থাঙৎলগা অমদি মত্থ ফজবা কালিয়দগীসু কনবিরকপ্রবা মহু বংশগী অথোইবা শ্রীকৃষ্ণনিনে॥ ১৯-২০

স্মরতাং কৃষ্ণবীর্য্যাণি লীলাপাঙ্গ নিরীক্ষিতম্।
হসিতং ভাষিতং চাঙ্গ ! সর্ব্বা নঃ শিথিলা ক্রিয়াঃ ॥ ২১
সরি-চ্ছৈল বনোদ্দেশান্ মুকুন্দ পদভূষিতান্।
আক্রীড়ানীক্ষ্যমাণানাং মনো যাতি তদাত্মতাম্ ॥ ২২

অন্বয়ঃ—অঙ্গ=হে উদ্ধব ! কৃষ্ণবীর্য্যাণি=কৃষ্ণগী তৌবা ওস্বা গুণশিং অমদি গোবর্দ্ধন থাঙৎপনচিংবা, লীলাপাঙ্গ নিরীক্ষিতম্=লীলাগ লোইননা মোমোন মিনোক মিৎস্নানা, সহাসং=হরাওবগা লোইনবা, ভাষিতং=ওাংথিবা রাঙাং ১দি, স্মরতাং=নিংশিংলুরগা নঃ=ঐথোই পুম্নমকী, সর্ব্বাক্রিয়াঃ=নিংশিংলুর চাগদবা থকপবা থৌরম পুম্নমক, শিথিলাঃ=যত্তন পুম্নমক লোইনা কাওরেনে উদ্ধব ॥ ২১ মুকুন্দ পদভূষিতান্=শ্রীকৃষ্ণগী চরণ অনিগী রেখা-ধ্বজ-বজ্র কুশগী খুদমশিংনা, ভূষিতাং=লৈতেংলবা, অঙ্কিতম্=খুদমশিং আক্রীড়ান্ শান্নরম্বা মফমশিং, সরি-চ্ছৈল বনোদ্দেশান্=যমুনাগী মপান কয়া চীংশিংগী মফম কয়াদা বনগী মচি মচি খুদিংদা, ঈক্ষমাণানাং=থেংউ থেংউবা মফম খুদিং, মনঃ তদাত্মতাং=কৃষ্ণ মাগী শক্তমদো কাইনবগী মৈচাক ওইনা ফংলবনি ঐথোই ॥ ২২

---

হে উদ্ধব ! কৃষ্ণনা তৌরম্বা লীলা কয়া পুতনা হাংখিবা অগ্রকপা কয়া লীলা কয়া অসি নিংশিংলুরগা থম্লুরগা ঐথোইগী হৌজিক হৌজিক তৌগদৌবা চাগদৌবা থকদৌবা ইথৌ পুম্নমক ইকাও কাওরবনি ॥ ২১ উদ্ধব ! মুংশিরবা ইচা শ্রীকৃষ্ণনা যমুনা মপান্দা কোইনা চৎলম্বগী খোংফম কয়া অমা, অমদি বনগী মচি খুদিং গোবর্দ্ধন চীংগী মফম কয়াদা শান্নরম্বগী খুদম কয়াশিং উত্তরগা ঐথোই অসি কৃষ্ণ কাইনরবনি থম্লুবদা রাবনিবে ॥ ২২

তালত্রয়ং মহাসারং ধনুর্যষ্টিমিবেভরাট্ ।
বভঞ্জৈকেন হস্তেন সপ্তাহমদধাদ্ গিরিম্ ॥ ২৫
প্রলম্বো ধেনুকোঽরিষ্ট-তৃণাবর্ত্তৌ বকাদয়ঃ ।
দৈত্যাঃ সুরাসুরজিতো হতা যেনেহ লীলয়া ॥ ২৬

অন্বয়ঃ—ইভরাট্=গজেন্দ্রনা, যষ্টিইব=লফু পাম্বীবু তৌবগুম, কৃষ্ণ তালত্রয়ং=সপ্তবিংশতি তালবৃক্ষগী পরিমান শাংবা য়োংকুম কল্লবা, ধনুঃ বভঞ্জ=লিরুংবু অনি থোক্না থুদেকখি, সপ্তাহং=হুমিং ৭নি চুপা, একেন হস্তেন=ওইগী খুদোম্বীনা. গিরিং=গোবর্দ্ধনবু, অদধাৎ=পুক্ত্রিবনি ॥ ২৫ . তথা=মতৌ অদুম্না, যেন=শ্রীকৃষ্ণনা, ইহ=বৃন্দাবন অসিদা, প্রলম্বঃ ধেনুকঃ অরিষ্টঃ তৃনাবর্ত্তঃ বকাদয়ঃ সুরাসুরজিতঃ=মপাঙ্গল থৌনা লৈরবা ধেনুকাগুম, কল্লবা তৃনাবর্ত্ত, বকাসুরনচিংবা লাইমিংনা জয় তৌবা চমত্রবা, দৈত্যাঃ=হিংচাবশিং কয়া কয়াবু লীলয়া=ইলাই লাইনা, হতাঃ=যাংহনবিখিবা কৃষ্ণ-বলরামনিনে উদ্ধব ॥ ২৬

---

মুষ্টিক কৌবা শামুগী মপাঙ্গলগুম কল্লবা হিংচাবশিং অমদি কুবলয়াপীরবুসু লাইনা হাত্তোকই ॥ ২৪

গজরাজ শামুনা ইলাই লাইনা যষ্টি থুগাইখিবা অদুগুম্না কৃষ্ণনা তালবৃক্ষ অহুমগী পরিমান ওইবা য়াম কল্লবা শাংলব লিরুংবু অনি থোক্না থুদেকখি । হুমিং ৭নি চুপা গোবর্দ্ধন চীংবু ওইগী খুদোম্না পাম্বতুনা থমখি ॥ ২৫ হে উদ্ধব ! শ্রীকৃষ্ণ অমসুং বলরাম ২ অসিনা মপাঙ্গল মথৌনা হাইনিংঙাই লৈত্তনা কল্লবা তমখিরবা, ধেনুকাসুর-তৃণা-বর্ত্ত-বকাসুরনচিংবা অথোইবা হিংচাব কয়া অসি ইলাই লাইনা কত্রি চিংনবা লৈত্তনা হাত্তোকখিরমি ॥ ২৬

# উদ্ধবঃ ব্রজে আগমনং

ব্রজরাজনন্দ শ্রীকৃষ্ণ পিতান চৈশিংবা, মপাম নাইদবা সেবা অমদি প্রেমা মপুং ওইবা সাধান্ত ওইবা সেবা অহুবু উরগা উদ্ধবনা খোইদোক্না পেঙ্খি মুঙাইখি। চাকখকপা পুন্নমক লোইরবা তুংদা কজরবা আসন্দা ফমজখরে। নন্দগী অয়াম্বা মনাইশিংনা পদ সম্বাহন তৌখি। মতৌ অসুম্না উদ্ধব লম্বী লাকপগী অরা পুন্নমক শান্ত ওইখরে, গোপরাজ নন্দনা অহানবমক্তদা খংহনখি শ্রীবসুদেবগী মঙ্গল পাউ হংখি। মতম অসি ব্রজরাজনন্দগী জীবনসে শ্রীকৃষ্ণনি, শ্রীকৃষ্ণ নত্তবা রাখাল অমা অমুক খনহিত্রবনি। শ্রীকৃষ্ণ সংবাদদা মহাক্কী অখোইবা মোং পামজরিরনি। অহুম ওইনমক অহানবমক্তদা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা রা হংলিবনি মসিদা মহাক্কী পি শিন্দ্রকপনা খোনাওদা রা ডাংথোকপদা ঘর ফুল্লিবনি অসিগুম্বা তৌকম খংদবা ভাবকী বিহ্বল ওইরকপা অবস্থা অসি ওইরকই। মহাক মতম অহুদা আম্বাহারা ওইখি পংথখি, মহাক রা অমা হংবা ফাও ঙমখিদে। পুন্নমক খমুরগা নন্দরাজনা অতামবদা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা অমুক হংবা তৌরদমা শ্রীবসুদেবগী মঙ্গলগী রাবু হংখি।

শ্রীনন্দনা হাইখি—হে মহাভাগ্যবান উদ্ধব! থাজৈশংবনি নহাক থোইনা লাইবক ফবুনা তিনবনি। মরুমদি নহাক অসি মতম পুন্নমক্না শ্রীকৃষ্ণতগা লোইননা লৈবনি অমসুং লেবাসু তৌরিবনিরো। তৌইগুম্বসুং ঙসি ঐদি অতিদুর্ভাগ্যনি ঐখোইনা ঙসি শ্রীকৃষ্ণগা নক্না লৈমিন্নরবদি মহাক্কী ফজরবা মাইথোং উরমগনি

অমসুং সেবাসু তৌরমগনিদো। কৃষ্ণগী সেবা ফংত্রবা মখোই মখোইগী পুক্নিংদি কারি ওইগনি অতিদুর্ভাগ্য ওইরবনি। ফরে পুন্নমক হৌগ্রসন্ধু, ঐনা হংজরি ঐগী মরূপ শ্রীবসুদেব [illegible] তৌরি মঙ্গল ওইরিব্রা?

শ্রীবসুদেব ১দি আইবক করবা উদ্ধব বং ১সুং ঐ, ঐখোই পুন্নমকসে মহৈ ২ আত্মীয়গণনি-সম্বন্ধিনি। মতৌ অদুনা ঐখোই অসে পিতামহগী সন্তান মচা ওাকুনি। শ্রীবসুদেবগী পিতা "শূর" নুহাক্কী পিতা "দেবভাগ" অমসুং ঐগী পিতানা "পর্জন্য" নি অসি শুম্বা ও অসিগী পিতু অহুম অমতুনি, পিত্যামহ "দেবমীঢ়" নি মচানি মতম অসিদা ঐখোই পুন্নমকী মাতা ইমাদি অমত্তা ওইদে। মরমদি ঐখোইগী পিতামহ "দেবমীঢ়" অসি অনিরক বিবাহ তৌখি লুহোংখি। ক্ষত্রিয় পত্নীগী গর্ভদা ঐগী ইপা পর্জন্য পোকখি। মরম অসিদগী ঐখোই অহুম অসি য়াম্না নক্কবা আত্মীয়গণনি। হাইরিবা অসিগী মসুংদা বসুদেব অসি ঐগীদি অতিপ্রিয় সখানি মরূপনি অওাং ওইরিবেদগী শান্তিবিরকপা সখানি। অসিগুম্বা শ্রীবসুদেব মঙ্গল ওইনা লৈরিব্রা? অমচৎ ফত্রবা কংস শিঙ্গবনিনা কারাগারদগী লোখোকখরে অমসুং মরূপ-মপাংশিং ১মি মচাশিংগা লোইননা লৈব্রবা মুংশি চারবা বসুদেবকী পাউ কন্নিনা হাইবু ঐহাক য়াম্না তানিংঙি।

ঐখোইগী সৌভাগ্যনা পাপীগী থবক তৌবা পাপী কংসদো মহাক্কী পাপকী ফলনা অনুগত ওইদুনা মচিন-মনাওশিং অমসুং হিংচাবশিংগা লোইমনা, ঐখোইগী কৃষ্ণগী খুত্তা লোইনা তুমখরে। অদুগুম্বা দুরাচার কংস অহৈনা বসুদেব অমসুং দেবকীগী মচমচা য়াম্না হাইজ-লোজরমইসু হারি।

অসিগী মতুংদা কংসহন্তা শ্রীকৃষ্ণগী য়া অমুক হৌগৎলক্রে, শ্রীনন্দরাজ ইংনা লেম্না লৈজবা ওয়থিদরে। থম্মোই লাংতক্লনা উৎকন্ঠিত ওইদুনা হংলকই—শ্রীকৃষ্ণনা কাওথোকপ্রব্রা ? নিংশিং-লিবরা ঐগী য়া অমদি মাজরবী যশোদা মমাগী মানা করি ? ব্রজগী চায়রবা, শ্রীবলরামচিংবা মরূপশিংগী অমসুং অতোপ অতোপ্পা গোপ অমসুং গোপীশিং মিংচৎ ফত্তবা অমদি ফবগী মামা করিনো অমুক নিংশিংলিবরা ? অতোপ্পা ১না বন্নী পুম্নমক গোষ্ঠদা চৎলি মথোইগী থম্মোইবু চিংলিবা বেণুধ্বনি তারগা হাইবদি মহাক্কী বাঁশি খোঙ্গেল তারগা মবুক লায় চারিবা নাপি (শজিক) চাবা কাওখিদুনা ইবুঙো মহাক্কী মনাক্তা চেনশিল্লকপা ষন্নীশিংবু নিংশিংলিবরনে উদ্ধব।

শ্রীবৃন্দাবন, গোবর্দ্ধন পর্ব্বত (চীং) অমসুং ব্রজধামগী মথল-মথা অয়াম্বদা কোইনা চৎপা ফজবা মথলগী লীলা, শায়বদা হৈশিংবা, অরা-মুচাই পুম্নমকপু ওাকপি হৈবা শ্রীকৃষ্ণনা বৃন্দাবন অমদি ব্রজধামবাসি ময়াম্বু কাওথোকপ্রবরনে, মথোইগী মানা করি অমুক হয়া নিংশিংব্রবরনে ? অদু নত্রগা মথোইবু কাওথোকপ্রব্রা ? মরমদি কংস হাৎখ্রবা মতুংদা মহাক্কী শ্বশুর (মকুবোক) জরাসন্ধনা কল-থৌরবা, চাওরবা সৈন্যদলগা লোইননা মথুরাদা আক্রমন তৌরকপদা মহুগী প্রতিকার ওইবা মাইয়োক্না লান তৌনবগীদমক মতিক চানা ব্যবস্থা তৌখিবা হোৎনখিবা, কংসগী অত্যাচারদা কিরদুনা যাদবশিংনা মথুরা থাদোক্তুনা মফম কয়াদা চেনখিবা, মথোই পুম্নমকপু অমুক ঙন্না মথুরাদ পুরক্লগা মফম অতুদা লৈননবা ব্যবস্থা তৌবা মথুরা মণ্ডলগী ফজবা সাসন য়াম্না চথোক্লি নিংখিজ্রে, অসিনচিংবা মথল মথা অয়াম্বা য়াম্না নুম্বা থবক্কী মওং

মতৌশিং পুম্নমক অসি খল্লুরগা ঐগী অঙাং ওইরিবা কৃষ্ণগী মথক্ত লোইনা তাবনিদো অসিগুম্ব মথল মখা অয়াম্ব লুম্নবা ভার মহাকী মথক্ত তারবদা ইচা শ্রীকৃষ্ণগী দেহদো করি ওইরিগবা। মহাকী আহার বিহার কাওথোকপ্রবরা মতমসিদা ঐখোইগী অমদি ব্রজগী রাখল্লা কদাইদা···? মতাং অসিদা ঐখোইবু কাওথোকখ্রবরনে হাইবসিস্থু অঙকপনি হাইনিংঙাই লৈত্রবনি। প্রসঙ্গ অসি বৈষ্ণব-তোষণী টীকাদা শ্রীল গোস্বামীচরণনা হাইখিবনি।

মারিতেহপ্যেকস্মিন্ কংসে তত্র তৎপত্নীদ্বয়াম্ন বর্ত্তিনা মন্তত্রচ তদ্দ্বয়পিত্রাদীনাং পরঃ কোটীনাং দুরুত্তম ভাজাং প্রতিঘাতার্থং, স্বজনানামপি যত্নুনাং ততঃ আনীর সুখ বাসার্থং ব্যগ্রচিত্তত্বাদাত্মনঃ স্মরণমপি তস্য তত্র তত্র প্রতিরুদ্ধস্য ন সুঘটতে কিমুতান্যেষ্যামিতি ভাবঃ।

শ্রীকৃষ্ণ কাইনবগী রারি শ্রীনন্দ মহারাজনা অমুক হল্লা হাইখি— তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণ মথুরা চৎনবা মতম পিখিবনি হাইরিবা মতম অসিদা থুনমক হল্লকনি। "ঐনা মধুপুরগী চান্নরবা যাদবশিংগা মুংশি চান্না লৈরগা অমুক হল্লা নখোই পুম্নমক উন্নবা লাকখিগনি" মতম অতুদা হায়রমখি ঐখোইগী করি অরাবনা অতুবু হায়রু পুম্নমকপু উন্নবা অমুক লাক্লরোইদরা শ্রীকৃষ্ণদো? ঐখোইনা মহাকী মতম চুপ্পা কজ্জরব পুক্লিং হুরবা শকফম অমুক উররোইদরা? মমাংঙৈদা ব্রজধাম অসিদা মথল কয়াগী অরা অনা ভাকপিরক-খিবনি, অসিগুম্ব কৃষ্ণনা হৌখিবা ঐখোই পুম্নমক্কী দাবানল-ঝর-বৃষ্টিদগী লিনদগী অমসুং অঘোপ অতোপ্পা (শিগদবদগী) লাকদবা

অরাবা কয়াদগী ঙাকপিখি অতুব় ঙসিদি জগৎ অসিদা কৃষ্ণ কাইনা ব্যাধিনা অরাব তারবশিংবু ঙাকপিররোইদরা ? য়েংবিররোইদরা ? ব্রজবাসিশিংনা কৃষ্ণ কাইনবগী বেদনা অরাব অসি থুনা কোকপিররোইদরা, মতমসিদা কৃষ্ণ লাক্লগা ঐখোইবু অমুক উনররোইদরা মসিবু ওইফম থোক্কবরা ? ঐখোইগী অবস্থাসি খংবিরিরোইদরনে হায়য়ু উদ্ধব থুন্মু মসিবু ওইথোক্কবরনে ? শ্রীবৈষ্ণবতোষণী টীকাদ অমুম্না হাইখরে যথা —"তত্র ইক্ষিতুমিতি স্বেবাং মহাব্যাধিতানামিব তাপঃ সূচীতঃ। সকৃদিতি তত্রাপ্যসম্ভাবিত জীবনানামিব ...... অসিনচিংবা।

শ্রীশুক উবাচ—

ইতি সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য নন্দঃ কৃষ্ণানুরক্তধীঃ।
অত্যুৎ কণ্ঠোঽভবৎ তুষ্ণীং প্রেমপ্রসরবিহ্বলঃ॥ ২৭

অন্বয়ানুবাদ—শ্রীশুক উবাচ = শ্রীশুক দেবনা হাইখি (হে মহারাজ পরীক্ষিং) কৃষ্ণানুরক্তধীঃ = কৃষ্ণগী মফমদা পুক্নিং লুপ্লবা, নন্দঃ = মহারাজ নন্দনা, ইতি পূর্ব্বোক্তং = মথক্ত হাইপ্রবা রাশিং অতুবু, সংস্মৃত্য = হন্না হন্না নিংশিংলুরগা, অত্যুৎকণ্ঠঃ = প্রেমা ফুনগৎলক্লহুনা, তুষ্ণীং অভবৎ = করিমত্তা ঙাংদনা লৈখ্রে॥ ২৭

শ্রীশুকদেবনা হাইখিবা পরীক্ষিৎকী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা পুক্নিং লুপখ্রবা নন্দনা মথক্ত হাইপ্রবা রাশিং অতুবু নিংশিং নিংশিংলুরগা খল্লুরগা কৃষ্ণ মুংশিবগী রাখলদা প্রেম অতুন. ফুনগৎখিহুনা করিমত্তা ঙাংদনা তুমিন্না লৈখরে॥ ২৭

যশোদা বর্ণ্যমানানি পুত্রস্য চরিতানি চ।
শৃণ্বন্ত্য শ্রূণ্যবাস্রাক্ষীৎ স্নেহস্নুত পয়োধরা ॥ ২৮

তয়োরিত্থং ভগবতি কৃষ্ণে নন্দযশোদয়োঃ।
বীক্ষ্যানুরাগং পরমং নন্দমাহোদ্ধবো-মুদা ॥ ২৯

অন্বয়ঃ—বর্ণমানানি=অসুম মথং মথং বর্ণনা তৌরকপদা, পুত্রস্যচরিতানি=মচা ওইবা কৃষ্ণগী চরিত্রশিং, শৃণ্বন্তী=পুক্লিং চংনা তারিবী যশোদান, স্নেহস্নুত পয়োধরা=কৃষ্ণ মচাবু নুংশিবদগী অমৃত সিন্থরক্লবা পয়োধর ২ (অনি) পুরিবী, যশোদা=কৃষ্ণ জননিনা, অশ্রূনি=মিস্তুগী তারকপা পি অহুনা, অবাস্রাক্ষীৎ= সিন্থখরে চোংখরে ॥ ২৮ উদ্ধবঃ=কৃষ্ণদয়িত উদ্ধবনা, তয়োঃ নন্দ যশোদয়োঃ=নন্দ যশোদা অনি অহুনস্তু, ভগবতি কৃষ্ণে=ভগবান ওইবা কৃষ্ণগী মফমদা, ইত্থং=মতৌ অসুম তৌনা, পরং=থোইদোক হেন্দোক্ল, অনুরাগং বীক্ষ্য=পুক্লিং চংবা অহু উরগা, মুদা= য়াম্ন হরাওনা, নন্দং আহ=নন্দগী মফমদা উদ্ধবনা হাইজখি ॥ ২৯

---

নন্দ মহারাজ মচা ওইরিবা কৃষ্ণগী চরিত্রশিং বর্ণনা তৌরকপা অহু মুন্না পুক্লিং চংনা তারিবী যশোদানস্তু মচাবু হেন্না নুংশি অহুদগী পয়োধর অনি অহুদগী সিন্থরকপা অমৃত অহুনা মশা অহু পুমচোৎ চোংখি ॥ ২৮ উদ্ধবনা নন্দ যশোদা অনিনা কৃষ্ণগী মফমদা থোইদোক্লা প্রেম নুংশিবা কয়া অসি উরকপদা পেনখিবদগী গোপ নিংথৌ নন্দ মহারাজগী মফমদা য়া অসি হাইখিবনি ॥ ২৯

শ্রীউদ্ধব উবাচ—

যুবাং শ্লাঘ্যতমৌ নূনং দেহিনামিহ মানদ।
নারায়ণেঽখিলগুরৌ যৎ কৃতা মতিরীদৃশী॥ ৩০
এতৌ হি বিশ্বস্য চ বীজযোনী রামো মুকুন্দঃ পুরুষঃ প্রধানম্
অন্বীয় ভূতেষু বিলক্ষণস্য জ্ঞানস্য চেশাত ইমৌ পুরাণৌ॥ ৩১

অন্বয়ানুবাদ—উদ্ধবঃ উবাচ=উদ্ধবনা হাইখি, হে মানদ= মীথোাই মীওইবা, যৎযস্মাৎ=মরম অসিদগী, অখিলগুরৌ=অয়াম্ব ব্রহ্মানচিংবা জীবগীসু গুরু ওইরিবা, নারায়নে=নারায়নগী মফমদা ঈদৃশীমতি কৃতা=অসুকী মতিক সুংশিনা পুন্নিং হাপপ্রবা নখোাই অনিসে, ইহজগতি=সংসার অসিদা, দেহিনাং=অয়াম্ব প্রাণিশিংগী মনুংদা, যুবাং=নন্দ যশোদাবু. নূনং=শোইদনমক, শ্লাঘ্যতমৌ= থোইদোক্ল থাগংনিঙাই ওইবনি॥ ৩০ মুকুন্দঃ=মুক্তি পিনবিবা কৃষ্ণরামঃ চ এতৌ=কৃষ্ণ বলরাম অনিসি, হি বিশ্বস্য বীজয়োনি= জগৎ অসিদা লৈরিবা জীব পুম্নমক পোকফম হৌরকফম ওইরিবনি, পুরুষঃ প্রধানঃ=অংশ ওইবা পুম্নমকী হৌরকফম প্রধান ওইবনে, ইমৌপুরানৌ=অনি অসি কদাই লাকপনো থংদবা অনাদি পুরুষনি, ভূতেষু=প্রাণি পুম্নমক স্থাবরজঙ্গমশিংগী, অন্বীয়=তুংনফম, চংজ- ফমনি, বিলক্ষণস্য=হাইরিবশিং অসি বিলক্ষণ অন্তর্য্যামি ওইরিবা, জ্ঞানস্য=জ্ঞানগী তুংনফম ওইবা, জীবস্য চ ঈশাতে=জীবশিংগী নিয়ন্তাসু ওইরিবনি॥ ৩১

---

উদ্ধবনা নন্দ মহারাজগী মফমদা হাইখি নন্দরাজ অমদি ইমা যশোদা অনিনা কৃষ্ণগী মফমদা অয়াম্ব প্রানিশিংমক্লসু অসুকী মতিক মুংশিনরিবা অসি পুম্নমক উজরকপদা হে নন্দরাজ ইমা যশোদা অনিবু ঐনা থম্মোই য়াওনা থাগচরি॥ ৩০

যস্মিন্ জনঃ প্রাণবিয়োগ-কালে ক্ষণং সমাবেশ্য মনো বিশুদ্ধম্।
নির্হৃত্য কর্ম্মাশয়-মাশু যাতি পরাং গতিং ব্রহ্মময়োঽর্কবর্ণঃ ॥ ৩২

অন্বয়ানুবাদ—ব্রহ্মময়ঃ=প্রকৃতি মায়াদগী লাপ্তোকপ্রবা ব্রহ্মাদা পুক্নিং চংপ্রবা, জনঃ=জীব অদুনা, প্রাণবিয়োগকালে=থবাই থারমদাই শিরমদাইদা, ক্ষণম্=য়াম্নপ্রবা মতম খজিক্কুং, যস্মিন্=অদুগুম্ব শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা, বিশুদ্ধম্=সংসার মায়াগী চিন্তা অসি থাদোক্লুনা, মনঃ সমাবেশ্য=ইবুঙো মাগী মফমদা লেংদনা পুক্নিং অসি হাপচিঞ্জরবদি, কর্ম্মাশয়ং=সংসার কর্ম্মগী হৈনবা বাসনাদু, নির্হৃত্য=থাদোক্লগা, অর্কবর্ণঃ=মঙালনগী মশক ওইনা, আশু=থুনমক, পরাং=অথোইব ওইবা, গতিং=পদবি অদু, প্রাপ্নোতি=ফংলিবনি ॥ ৩২

---

মুকুন্দ শ্রীকৃষ্ণ অমসুং বলরাম অনি অসি জীবশিংগী হৌরকফম ওইরিবা উপাদান কারণ পোক্নফম ওইবনি, অসিবু অংশ অবতারনি বলরাম কৃষ্ণদগী তোঙানবা অমা নত্তে। মরম অসিনা জগৎকী হৌরকফমনি অমত্তনি, পুরুষ অমসুং প্রকৃতি হাইরিবনি হাইবদি ভগবান মুকুন্দগী শরুক (অংশ) শক্তিনি হাইদুনা মুকুন্দগী তোঙানবদি নত্তে। হাইবদি তোঙাল্লি হাইরবসু অমত্তনি তোঙান্দে মতম অমত্তদা ভিন্না ভিন্ন ভেদা ভেদ অনি অসি সম্বন্ধনি, পুরাণ পুরুষ অনি অসি ( শ্রীকৃষ্ণ অমসুং বলরাম অনি অসি ) প্রাণি পুম্নমক্কী থম্মোইদা চংশিল্লগা জ্ঞানগী মশক ওইবা জীব পুম্নমক্কী নিয়ন্তা ওইদুনা মতম পুম্নমক্তা লৈরিবনি ॥ ৩১

ব্রহ্মদা পুক্নিং চংলবা মুক্তি ফংগে থল্লিবা জীবনা প্রাণ থারমদাই কান্দ য়াম্নপ্রবা মতম খজিক্কুং অদুদা মহাকী শেংলব। মন পুক্নিং

তস্মিন্ ভবন্তাবখিলাত্মহেতৌ নারায়ণে কারণ-মর্ত্ত্য-মূর্ত্তৌ।
ভাবং বিধত্তাং নিতরাং মহাত্মন্ কিংবাবশিষ্টং যুবয়োঃ সুকৃত্যম্॥ ৩৩

অন্বয়ঃ—তস্মিন্=অয়াম্ব জগৎ অসিগী হৌরককম ওইরিবা মঙোন্দা, কারণ-মর্ত্ত্য-মর্ত্তৌ=মরম অসিদগী জগৎ পৃথিবীগী অরুম্বা অরাব কোকপিবা ওম্বা ইবুংঙো মঙোন্দা, মহাস্তং=মতিক মগুণ লৈবা, নারায়ণে=জগৎকী নারায়ণ ওইবা, ভবন্তৌ=ইবুঙো মাগী মফমদা, নিতরাং=অতৎপা লৈতনা, ভাবং=রাথল ভক্তি অদু, বিধত্তাম্=পুক্নিং চেৎনা লেংদনা থমগনবা, অত্র=হাইরিবসিদা, হে মহাত্মন্=হে পুকচেন চাওরবা মহারাজ! যুবয়োঃ=নখোই অনিগী (নন্দ যশোদা) নখোই অনিনা, সুকৃত্যং=তৌগদৌরিবা, কিংবা অবশিষ্টম্=লেমহৌরিবা করম্ব থবক অমা অদুক লৈরি-বগেনে করিস্থু লৈররোইনে॥ ৩৩

---

অদু ভগবান্দা হাপচিনবা সংসারগী কর্ম্মবাসনা থাদোকপা মঙানগী মশক ওইবা শেংলবা মুক্তিদু নিংশিংজদুনা লৈরবদি থুদক অদুমক্তদা ভগবান ফংলিবনি॥ ৩২

হে নন্দ যশোদা নখোই অনিনা জগৎ অসিগী পরমাত্মা ওইরিবা পৃথিবী অসিগী অরুম্ব অরাব কয়াবু কোকপিবা ওমলিবা নারায়ণ ইবুঙো মাগী মফমদা আত্মা সমর্পণ তৌবা ওমলিবা নখোইগী জগৎ অসিদা তৌহৌদবা রাংলিবা করিবু লৈরিবগে করিগু লৈত্রবনি লৈরোইদবনি॥ ৩৩

আগমিষ্যত্যদীর্ঘেণ কালেন ব্রজমচ্যুতঃ।
প্রিয়ং বিধাস্যতে পিত্রোর্ভগবান্ সাত্বতাং পতিঃ॥ ৩৪

হত্বা কংসং রঙ্গমধ্যে প্রতীপং সর্ব্বসাত্বতাম্।
যাদহ বঃ সমাগত্য কৃষ্ণঃ সত্যং করোতি তৎ॥ ৩৫

অন্বয়ঃ—সাত্বতাং = যদুবংশগী, পতিঃ = অধিশ্বরঃ মপু ওইরিবা শ্রীভগবান্, অচ্যুতঃ = ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, অদীর্ঘেণ = য়ামত্রবা, কালেন = মতম অদুদা, ব্রজং = বৃন্দাবন অসিদা, আগমিষ্যতি = সোইদনা লাকনি, পিত্রোঃ = পিতৃ মাতৃ ওইবা নন্দ যশোদা ২গী, প্রিয়ং চ = নুঙাইননবা সোইদনা, বিধাস্যতি = তৌরথিগনি॥ ৩৪ কৃষ্ণঃ = ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, রঙ্গমধ্যে = মল্লযুদ্ধ তৌবদা, সাত্বতাং = যদু বংশগী ভক্ত ওইবশিংগী, প্রতিকূলং = প্রতিকুল ওইবা মফমদা, কংসং হত্বা বঃ = পুকচেন কত্রবা কংস মাবু হাৎলগা নখোই পুম্নমক হাইবদি ব্রজদা লৈরিবা য়ানা মতম ঙাইদুনা লৈরিবা ব্রজবাসি নখোই পুম্নমক, জ্ঞাতীন্ = জ্ঞাতিশিং, বো দ্রষ্টুমেষ্যমান বিধায় = নখোই পুম্নমক য়েংলগনি সোইদন, সুহৃদং প্রিয়ম্ = চান্নরবা থোইনা নুংশিরবা কৃষ্ণনা, যৎ আহ = হাইরমথিবদো, সমাগত্য = ব্রজ অসিদা লাক্লগা, তৎবচনং = য়া অসি, সত্যং করোতি = সোইদনা পাংথোক্লগনি॥ ৩৫

---

ব্রজ বৃন্দাবন্দা যদু বংশগী মপু ওইরিবা নচা ইবুঙো কৃষ্ণনা মতম থরগী মমুংদা সোইদনা লাকনি তাকপিরকই। অদুগা পিতৃ-মাতৃ ওইরিবা নন্দ যশোদা অনি অসিগীস্তু সোইদনা নুঙাইনবা পেলহনবিরক্লগনি সোইদনা॥ ৩৪ ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মল্লযুদ্ধদা

মা খিদ্যতং মহাভাগৌ দ্রক্ষ্যথঃ কৃষ্ণমন্তিকে।
অন্তর্হৃদি স ভূতানা-মাস্তে জ্যোতিরিবৈধসি॥ ৩৬
নহ্যস্যাস্তি প্রিয়ঃ কশ্চিন্না-প্রিয়ো-বাস্ত্যমানিনঃ।
নোত্তমো নাধমো বাপি সমানস্যা-সমোঽপি চ॥ ৩৭

অন্বয়ানুবাদ—মহাভগৌ! =হে লাইবক যবা নন্দ হে লাইবক ফরবী যশোদে! মাখিদ্যতাম্=নাবিরুয়গনু, কৃষ্ণং অন্তিকে=কৃষ্ণবু ননাক্তা, দ্রক্ষ্যথঃ=সোইদনা উরকলগনি, যতঃ=মরমদি, এধসি=শীংগী মমুংদা, জ্যোতিঃ=মৈনা, ইব=লৈবগুম্না, সঃ=কৃষ্ণদো, ভুতানাং=প্রাণি পুম্নকক্কী, অন্তর্হৃদি=জীব পুম্নমক্কী থম্মোইদা, আস্তে=সোইদনা লৈরিবনি॥ ৩৬ অমানিনঃ=প্রাকৃত দেহশিংদা ঐগী মাগী নাইত্রবা অভিমান লৈত্রবা, সমানস্ত অস্ত প্রিয়ঃ কশ্চিৎ ন হি অস্তি=পুম্নমকপু অচান-মিরাই লৈতবা শ্রীকৃষ্ণ চান্নবা কনানো তোঙানবা অমা লৈতে, অপ্রিয়ঃ বা ন=চান্নদবা মুংশি-দবসু কনা তোপনা লৈতে, অধমঃ অপি বা ন=অতোনবনা কনানো হাইবসু লৈতে, সমঃ অপি চ=মান্নবনা কনা অমনো হায়বসু লৈতে হাইবদি পুম্নমক চপ মান্নবা অচান-চানদা চপ মান্নবা উবিরিবসু ইবুঙো মহাক্তনি॥ ৩৭

---

যদু বংশগী য়েক্নবা ওইরিবা কংসবু হাত্তোকপ্রবা মতুং অসিদদি পুম্নমক্কী মপু ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণনা জ্ঞাতি বন্ধুবর্গ অমদি নন্দ যশোদা অনিশীবু পেননবা মুঙাইনবা সোইদনা তৌরগনি॥ ৩৫

লাইবক ফবা নন্দ লাইবক ফরবী যশোদা থোইনা রাক্নগদবু থরাই পানবা পুম্নমক্কী মপু ওইরি কৃষ্ণদো লোইদনা উরগনি মরমদি

ন মাতা ন পিতা তস্য ন ভার্য্যা ন সুতাদয়ঃ।
নাত্মীয়ো ন পরশ্চাপি ন দেহো জন্ম এব চ ॥ ৩৮

অন্বয়ঃ—তস্য=শ্রীকৃষ্ণগী, মাতা ন=মমা লৈতে, পিতা ন=মপা লৈতে, ভার্য্যা ন=মুপী লৈতে, সুতাদয়ঃ ন=মচা-মশুস্থ লৈতে আত্মিয়ঃ ন=মশাগী ওইবা সম্বন্ধি লৈতে, পরঃ চ ন=মতোপ্পগী অতোপ্পা ১স্থ লৈতে, দেহঃ ন জন্ম এব চ=মশাগী ওইনা পোকপা হাইবস্থ মকম মতম পুম্বদা লৈতবনি ॥ ৩৮

---

শীংদা মৈ লৈবগুম থরাই পানবা জীবশিংগী থম্মোইদা কৃষ্ণ সোইদনা লৈরিবনি মরম অসিনা রাক্ষবগী কাননদে হাইবনি ॥ ৩৬ ভগবান শ্রীকৃষ্ণ ইবুংঙো মাবু থোইনা হেন্না নিংজরিবা নন্দ যশোদানচিংবা বৃন্দাবনবাসি পুম্মক থাদোক্লম্লগা চৎপ্রে মধুপুর বৃন্দাবন্দা ক্ষুঙাইনা লৈপ্রে হন্নক্লরোই কৃষ্ণ বলরাম ইচা অনিদো হাইনা থল্লুরিবা অরা মৈদো থবিরস্থ. ইবুংঙো মহাক্তি অচান-মিরাই থাইদনা জগৎ জীব পুম্মক অমত্তনি হাইনরি প্রাণি পুম্বদা লৈরিবস্থনি, মহাকী কনানা চান্নবনো করিনা য়েক্লবনো অচৌবনা অমদি অতোনবনা করি থেন্নবগে তোঙান্দনা পুম্মক য়েংথিরিবা মান্নবস্থ নত্রবা থেন্নবস্থ মাওপ্রব অম্থুগুবা শ্রীকৃষ্ণবে ॥ ৩৭

কৃষ্ণ মাগী মপা, মমা, মচিন-মনাও, সম্বন্ধি অমা লৈতবনি, মা কদাইদগী লাকপনো কনানস্থ থংবা ভমলোই, মথক্তা হাইপ্রিব-শিংসিগী ওইদবস্থ মক্তে ॥ ৩৮

ন চাস্য কর্ম্ম বা লোকে সদসন্মিশ্রযোনিষু।
ক্রীড়ার্থঃ সোঽপি সাধূনাং পরিত্রাণায় কল্পতে। ৩৯
সত্ত্বং রজস্তম ইতি ভজতে নির্গুণো গুণান্।
ক্রীড়ন্নতীতোঽপি গুণৈঃ সৃজত্যবতি হন্ত্যজঃ। ৪০

অন্বয়ঃ—অস্য=অসিগুম শ্রীকৃষ্ণগী, কর্ম্মবা ন চ=মানা ভৌরিবা থবক্তা করিনো হাইবস্স নৈভবনি, সঃ অপি=মচাক অসে পোকপস্ নৈভবনি, ক্রীড়ার্থং=থবকী কান্নবদি ওই, সাধূনাং পরিত্রাণায় লোকে=সাধুশিংবু ঙাকপিগে হাইবগী দমক জগৎ অসিদা, সদসন্মিশ্রযোনিষু=মী লাইনচিংবা পুন্নমকী যোনিদা, কল্পতে=ওইনিংবদা ওইরিবনি মহাক্তনা। ৩৯ (শ্রীভগবান কৃষ্ণসে) নির্গুণঃ=সত্ত্বরজনচিংবা মায়াগী গুণ অসিগী রাংমদা নৈবনি, অপি=অমসুং, সত্ত্বং রজঃ তমঃ ইতি গুণান্=হাইরিব গুণশিং অসিগী, ভজতে=হৌরকফমদি মান ওইরিবনি, তথা সংসারাৎ=অমদি সংসারদগীসু, অজঃ=পোকপা অসিগী মথা পোন্দে, অতীতঃ অপি ক্রীড়ন্=সাধু ওইবশিংবু কন্নবগী ওইবা থবক্তা, গুণৈঃ সৃজতি=সেমলিবনি, অবতি=ঙাকপিরিবনি, হন্তি=অমুকসু মাংহল্লিবনি। ৪০

---

মহাক্কী হাইবা অমা নৈতবনি অদু ওইরবসু থবক পুন্নমকী হৌরকফমদি ওইরিবনি, মহাক্ত সাধু ওইবশিংতবু ঙাকপিগে হাইবগীদমক জগৎ অসিদা মী লাইশিংগী যোনিদা হেক্তা পোক্লিবনি ইবুংঙো মহাক্তনা। ৩৯ শ্রীভগবান মায়াগী রাংমদা নৈবনি, সত্ত্বরজ তম হাইরিবা মায়াগী গুণ অহুম অসিদি সৃষ্টিগীদমক্ত পুখোকই অমসুং মহাক্তি পোকপা হাইবসি নৈত্রে, হাইবদি মহাক নিত্যনি

যথা ভ্রমরিকাদৃষ্ট্যা ভ্রাম্যতীব মহীয়তে।
চিত্তে কর্ত্তরি তত্রাত্মা কর্ত্তেবাহং ধিয়া স্মৃতঃ ॥ ৪১
যুবয়োরেব নৈবায়মাত্মজো ভগবান্ হরিঃ।
সর্ব্বেসামাত্মজো হ্যাত্মা পিতা মাতা স ঈশ্বরঃ ॥ ৪২

অন্বয়ঃ—ভ্রমরিকাদৃষ্ট্যা = উচি-খোইনা কোইনা লৈহুনা লৈবগুম কর্ম্মগী মখা পোন্দুনা, যথা = অদুগুম্ম উবগুম, মহী = পৃথিবীসিদা, ভ্রাম্যতীব প্রতীয়তে = কোইচৎ চত্তুনা ফোংদোক্লি, তথা = মদৌ অদুগুম্না, তত্রকর্ত্তরি = মহুদা কর্ত্তা ওইরিবা, আত্মা = ভগবাম্না, অপি তু অহং ধিয়া = কোইনা চৎলিবা মপা ওইবগী পাউতাক্না, চিত্তে = থম্মোইগুংদা, কর্ত্তাইবস্মৃতঃ = এনা তৌরিবনি হাইনবগুম ফোংদোকলি ॥ ৪১ (ভক্তি ভাবতা) অয়ং ভগবান্ = শ্রীকৃষ্ণ অসে, যুবয়োঃ = নন্দ যশোদা অনিগী, এব আত্মজঃ = মচানি হাইবত্তু এবম্ = অদুমক্তি ওইদবনি, সর্ব্বেষাং = জীব পুম্নমকীস্তু মচানি, পিতা মাতা চ হি = মমা মপাগীসুনি, সঃ ঈশ্বরঃ = ঈশ্বরনি নিয়ন্তা ওইরিবনি, হরিঃ = হরি হাইবসি অরাব মাংহনবা, আত্মা চ = ঈশ্বরনি ॥৪২

---

চিন্ময়নি অদুম ওইরিবনি মহাক্তি স্বষ্টিগী নম্নুংদা লৈতবা গুণ অদুমগী রাংমদা লৈরিবনি, মহাক্ত জীবগী কাননবা থবক্তি তৌরি. মরম অসিদগী গুণ অদুম অনিনা জগৎ সেমনি ডাকপিবনি অমসুং অমুক মাংহল্লিবনি ॥ ৪০

ভ্রমরিকাগুম পোকপা লৈতবা ভগবান্ন তক্তশিংমী পুক্লিংগী অপান্বা অদু ফংনবগীদমক লৈম্নিবনি। মরমদি মহাক অসি অতোপ্পা পুরুষ অমনা পোকপনি হাইবা রাখল অসি ওইদবনি।

দৃষ্টং শ্রুতং ভূতভবদ্‌ভবিষ্যৎ স্থাস্নুশ্চরিষ্ণুর্মহদল্পকঞ্চ।
বিনাচ্যুতাদ্বস্তু তরাং ন বাচ্যং স এব সর্ব্বং পরমাত্মভূতঃ॥ ৪৩

অন্বয়ানুবাদ—অচ্যুতাৎ - ময়েং তাবা লৈতবা কৃষ্ণদগী, বিনা= মতোন্দগী নত্তবা, বস্তু তরাং= পুম্নমক্ত, দৃষ্টং= উত্রবা, শ্রুতং= তাব্রব, ভূতভবদ্‌ভবিষ্যং=হৌব্রব ওইরিবা ওইরক্কদবা, স্থাস্নুঃ=লেংদ্রবা, শ্চরিষ্ণুঃ=অচংপনচিংবা, মহৎ=অচৌবা, অল্পং চ বস্তু নবাচাম্= খজিক্কং ওইববস্তু হাইগদবা নত্তে, যতঃ=মরমদি, পরমাত্মভূত= পুম্নমক্কী অথোইবা ওইরিবা, সঃ এব=অসিগুম্ব কৃষ্ণসে, সর্ব্বং= পুম্নমক্ত তিল্লবা জগৎ অসিদগী তোঙানবা ওইরিবা ভগবাননি॥ ৪৩

মতৌ অসুম্না সৃষ্টিগী কর্ত্তা ওইরিবা ভগবানগী মরমদা পুরুষ অতুনা ঐ মপানি মতৌ অসুম্না মশাগী পোত্থাকম থংদ্রবা বুদ্ধিনা মরম ওইদুনা পৃথিবী মপাগী মতৌগুম ফোংদোকই, তশেংবদি ভগবানগী অবতারনি জনকদি নত্তে॥ ৪১

তৌইগুবসুং ভক্তিগী রাথন্দা অসিগুম্ব শ্রীকৃষ্ণ অসি নখোই অনিতগী নচা নত্তে, মহাক অসে নখোইতগী অমদি অতোপ্প পুম্নমক্কী মচানি অমসুং পিতা মাতাগী সুম্ব নিরুন্তানি ঈশ্বরনি পুম্নমক্কী অরাব কোকপিব পুম্নমক্কী থবাইনি॥ ৪২ অচ্যুত শ্রীকৃষ্ণদগী হেন্দোকপা মহাক অসিতবু হাইরগা থংনরিবা উবরিবা অনসুং হৌব্রবা ওইরিবা ওইরক্কদবা চীং-মান, জঙ্গল অচৌবা, মচা মহাক নত্তবা অমা লৈতে অমসুং মহাকইনি হাইরগা মতোন্দ তোঙানবা অমা লৈত্তে, পুম্নমক্কী অথোইবা ওইরিবা লেংদ্রবনি মহাক অসি থম্মোইগী মশকনি, পোৎ পুম্নমক্কী আত্মানি ঃসুং শ্রীকৃষ্ণদি জীবগী লেংদ্রবা পরমাত্মানি॥ ৪৩

এবং নিশা সা ব্রুবতোর্ব্যতীতা নন্দস্য কৃষ্ণানুচরস্য রাজন্।
গোপ্যঃ সমুত্থায় নিরূপ্য দীপান্ বাস্তূন্ সমভ্যর্চ্চ্য দধীন্যমন্থন্॥ ৪৪
তা দীপদীপ্তৈর্মণিভির্বিরেজূরজ্জূর্বিকর্ষদ্ভুজকঙ্কণস্রজঃ।
চলন্নিতম্বস্তনহারকুণ্ডল-ত্বিষৎকপোলারুণ-কুঙ্কুমাননাঃ॥ ৪৫

অন্বয়ঃ—হে রাজন! =মহারাজ পরীক্ষিৎ! এবং=মথক্তা হাইগ্রবসি মথং মথং, কৃষ্ণানুচরস্য=শ্রীকৃষ্ণগী চান্নরবা উদ্ধবকী, নন্দস্য চ ব্রুবতোঃ=নন্দ অমসুং উদ্ধব অনিগী ঙাংনবদা, সা নিশা-ব্যতীতা=সাংগ্রবা অহিং হৌখবা থংহৌব্রে মতম অসিদা, গোপ্য-সমুত্থায়=গোপ গোপিশিং হৌগৎলদুনা, দীপং নিরূপ্য=মৈ থাঙত্তুনা, বাস্তূন্=ইমুং মাঙোল তরু তরু শেংদোক্লগা, সমভ্যর্চ্চ্য= গন্ধ পুষ্পনা পূজা তৌরগা, দধীনি অমন্থন্=মাখন শুংখ্রে॥ ৪৪
ততঃ=অসিগী মতুংদা, রজ্জুঃ বিকর্ষন=মাখনগী থৌরি চিংবদা, ভুজকঙ্কনস্রজঃ=গোপিশিংগী খুজি নাচী অমদি মালাশিংগী. চলন্নি-তম্বস্তন-হারকুণ্ডলত্বিষৎ-কপোলারুণ-কুঙ্কুমাননাঃ = মাখন চিংবগী হাইবা অদুদা ভুংয়ান নিংজোন অমদি হকচাং (থবাক) লিককী পরেং নাগী কুণ্ডলগী মঙানশিং চাইরুংদা লৈবা শুণ কুঙ্কুমগুম ঙাংতক তৌরবা মাইখোংশিং পুরিবা, তাঃ=ব্রজ গোপিশিংনা, দীপদীপৈঃ =থাওমৈগী মঙান, মনিভিঃ=মমনীশিংগী শিরিবা মনিশিংগী মঙান অদুনা, বিরেজুঃ=থোইদোক্ল ফজখি নিংথিজখি॥ ৪৫

---

মহারাজ পরীক্ষিৎ মন্তৌ অদুম তৌদুনা উদ্ধব অমসুং নন্দ অনিনা মুভাই বারি সান্নবদুদা অহিং হৌখিবা থংহৌব্রে অমসুং গোপিশিং ওস্তা হৌগত্তুনা ইমুং মাঙোল সেংদোক্লগা ধূপ থাওমৈ কৎলগা মাখন চিংবা হৌখরে॥ ৪৪

উদ্‌গায়তীনামরবিন্দলোচনং ব্রজাঙ্গনানাং দিবমস্পৃশদ্ধ্বনিঃ।
দধ্নশ্চ নির্মন্থনশব্দমিশ্রিতো নিরস্যতে যেন দিশামমঙ্গলম্ ॥৪৬

ভগবত্যুদিতে সূর্য্যে নন্দদ্বারি ব্রজৌকসঃ।
দৃষ্ট্বা রথং শাতকৌম্ভং কস্যায়মিতি চাব্রুবন্ ॥ ৪৭

অন্বয়ানুবাদ—অরবিন্দ লোচনং = মিং থম্বাল য়ানবা শ্রীকৃষ্ণবু নিংশিংদুনা, উৎগায়ন্তীনাং = য়াংনা, হৌনা ঈশৈ শক্লিবী, ব্রজাঙ্গনানাং = ব্রজ গোপিশিংগী, ধ্বনিঃ = মখোন অদুনা, দধ্নঃ নির্মন্থন-শব্দ চ মিশ্রিতঃ = মাথন চিংবগী খোঞ্জেনগা তৌরিবা থবক মখোন অনি তিন্নদুনা, দিবম্ = আকাশ, অস্পৃশৎ = য়েৌখি, যেন = মখোয়না, দিশাম্ = মাইকৈ পুম্নমক, অমঙ্গলং নিরস্যতে = মঙ্গল ওইখি ॥ ৪৬

অথ = অসিগী মতুংদা, ভগবতি সূর্য্যে উদিতে = ভগবান সূর্য্যনা থোক্লকলবদা, ব্রজৌকসঃ = গোপিশিংনা, নন্দদ্বারি = নন্দগী থোংগান্দা, শাতকৌম্ভং = সনান অলঙ্কার তৌবা, রথং দৃষ্ট্বা = দোলাইদু উরগা, কস্যায়ং = কনাগীনো, ইতিচঅব্রুবন্ = মহৈ ২ হাইনখি ॥৪৭

---

মতম অসিদা ব্রজরমনীশিংগী মাথন চিংব অদুদা রমনীশিংগী পাম্বোম অনিনা থৌরি চিংবদা থুত্তা শিন্নিবা থুজি, নিংজোল, হকচাং (থবাক) খ্বাংগী মেখলাশিংগী মঙাল কয়ানি অমসুং থবক তৌবদা য়ারবা মাইথোংনা হুমাংগা লোইননা ঙাংতক তৌবা মাই-থোংশিং অদু য়েংবদা কয়াগী মতিক ফজে ॥ ৪৫

মতমসিদা ব্রজাঙ্গনাশিং কৃষ্ণবু নিংশিংদুনা ঈশৈ কয়া শকই অমসুং শক্লিবা ঈশৈগা, মাথন চিংবগী মখোনগা অনি অপ্নি তিন্ন-থিদুনা কঙ্গরবা শব্দ অমা ওইনা আকাশ পকনা নিনখি। ৪৬

অক্রূর আগতঃ কিংবা যঃ কংসস্য র্থস ধকঃ।
যেন নীতো মধুপুরীং কৃষ্ণ কমললোচনঃ ॥ ৪৮
কিং সাধয়িষ্যত্যস্মাভির্ভর্ত্তুঃ প্রেতস্য নিষ্কৃতিম্ ।
ততঃ স্ত্রীণাং বদন্তীনামুদ্ধবোঽগাৎ কৃতাহ্নিকঃ ॥ ৪৯

অন্বয়ানুবাদ—যঃ=মহাক্না, কংসস্য অর্থ সাধকঃ=কংসগী থবক পাংথোকপা, যেন=অদুগুম্ব অক্রূরনা, কমললোচনঃ=মিৎ থম্বাল মাল্লিবা, কৃষ্ণঃ=শ্রীকৃষ্ণবু, মধুপুরীং=মধুপুর তমনা, গতঃ=চৎখিবা, অক্রূর আগতঃ=অমুক লাক্লবরা, বা কিং=করিনো ॥ ৪৮

সঃ অক্রূরঃ=অক্রূর মহাক্ন, প্রেতস্য=শিথ্রবা, ভর্ত্তুঃ=কংসগী, নিষ্কৃতিম্=জলক্রিয়া কর্ম্মবু, অস্মাভিঃ=মাংস (শা) না পিণ্ড পিরগা সাধয়িষ্যতি কিম=সোইদনা পিণ্ড পিরমগনি, ততঃ=মতৌ অমুম্না, বদন্তীনাং স্ত্রীণাং=অম্মুম্ন হাইরিবা মুপীশিংগী, তস্মিন এব সময়ে=হাইরিবা মতম অসিমক্তদা, কৃতাহ্নিকঃ=নোংমগী তৌগদবা স্নান কর্ম্ম লোইরক্না, উদ্ধবঃ=উদ্ধবনা, অগাৎ=থোক্লকখ্রে। ৪৯

---

অসিগী মতুং নোং ঙানবদ নন্দগী থোঙ্গান্দা সনান অলঙ্কার তৌবা রথ অমা লৈরিবসি কনাগী রথনো হাইনা ব্রজরমনীশিংনা হাইখি ॥ ৪৭ মহাক অসি কংসগী লোকান্তর ফংননবগী দমক্তা হোৎনরিবা মীনি। মহাক্ন কমললোচন শ্রীকৃষ্ণবু মথুরাদ পুথিবনি, মহাক অমুক মধুপুরদগী হল্লকলবরা করিনো ॥ ৪৮

মতৌ অমুম্ন অক্রূরনা শিথ্রবা কংসগী ক্রিয়া কর্ম্ম লোইরগা লাকখ্ররব্রা করিনো? হাইবদি মহাক্কী কংসগী জলক্রিয়ানচিংবা তৌথ্রব করিনো? মহারাজ পরীক্ষিৎ গোপিশিংনা অমুম্ন ঙাংনরিঙৈদা উদ্ধবনা সন্ধ্যাবন্দনচিংবা লোইরদুনা মপান থোকই ॥ ৪৯

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং দশমস্কন্ধে উদ্ধবযানং নাম ষট্ চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥ ৪৬ ॥

মতাং অসিদা শ্রীমদ্ভাগবত হায়বদি ভক্ত অমা ওইরগা শ্রীগৌরাঙ্গ প্রভুগী শ্রীচরণবু গুরু অনুগত ওইরগা শ্রীবৃন্দাবনগী শ্রীরাধাগোবিন্দগী শ্রীচরণবু গুরুরূপা সখী মঞ্জুরী ফংজরগা কুঞ্জ সেবা ফংজনিংলবদি শ্রীমদ্ভাগবত তাবা, লৌবা, কংপা, সেবা থৌদনদি সৌদনদি সেবা ফংবা ঙমদে। অসিগুম্বা ভাগবতগী ১০ ম স্কন্ধগী ৪৬ শুবা অধ্যায়দা শ্রীকৃষ্ণনা মনাই উদ্ধবপু শ্রীবৃন্দাবন্দা থারগা কৃষ্ণ-বিরহ তাপনা অরাব কোকপা গুমদ্রবা বৃন্দাবন বাসি পুম্নমকপু সান্ত্বনা তৌহনগে অমদি উদ্ধব বৃন্দাবন কয়ারক চংখ্রবসু হন্দকী অসিদদি শ্রীবৃন্দাবন করিনো ? কনানো হায়বসি নিংথিনা খংহল্লগা উদ্ধবপু বদরিকাশ্রমদা কৃষ্ণ ঐবু নিংহুনা কৃষ্ণ ভজন হৌদোক-হল্লমগে কৃষ্ণ ঐনা ঐগী লীলা লোইরগা ঐগী ধামদা শ্রীমদ্ভাগবত অবতার তৌরগে, হনথগে হায়না নিংলিবা জগংকী মবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা মনাইবু শ্রীবৃন্দাবন্দা থারকপা উদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণগী কৃপানা ঙসি বৃন্দাবনগী তোঙানবা শক্তম অমা ফংজহুনা শ্রীবৃন্দাবন্দা লাকপা অধ্যায় মতাং অসিদা লোইরে।

---

## দশমঃ স্কন্ধঃ। ষট্‌ সপ্তচত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ

শ্রীশুক উবাচ—

তং বীক্ষ্য কৃষ্ণানুচরং ব্রজস্ত্রিয়ঃ প্রলম্ববাহুং নবকঞ্জলোচনম্।
পীতাম্বরং পুষ্করমালিনং লসন্মুখারবিন্দং পরিমৃষ্টকুণ্ডলম্॥ ১

অন্বয়ঃ—শ্রীশুক উবাচ = শ্রীশুক দেবনা হাইখি, হে রাজন্ = হে মহারাজ! প্রলম্ববাহুং = পাম্বোম্ন থুকউ য়োন চোম্বা, নবকঞ্জ-লোচনং = হৌজিক্ক শাৎকাইরিবা থম্বালগুম মিৎনা মহাক্কী ওইবা, পীতাম্বরং = সনা ফিগে শেং-ইল্লিবা, পুষ্করমালিনং = থম্বালগী মালা শিরিবা, লসন্মুখারবিন্দং = মীৎন থম্বাল মাল্লিবা, পরিমৃষ্টকুণ্ডলং = লংলবা কুণ্ডল্না তিনবা, কৃষ্ণানুচরং = শ্রীকৃষ্ণগী চানবা, তং = উদ্ধবপু বীক্ষ্য = য়েংলগা, ব্রজস্ত্রিয়ঃ = গোপিশিংনা য়েংখি॥ ১

---

শ্রীশুকদেবনা হাইখি, হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! উদ্ধবকী পাম্বোম্না থুকউ য়োরবা, মিৎ অনিনা থম্বাল মানবা, সনা ফিগে শেংলিবা, পদ্মমালা শিরিবা মাইথোং থম্বালগুম ফজবা, কুণ্ডল নাইন অনিনা লংলিবা অসিগুম্না ফিজেৎ লৈত্তেংলবা উদ্ধবপু উরগা ব্রজরমণিশিংনা য়েংহুনা লৈখি॥ ১

সুবিস্মিতাঃ কোঽয়মপীব্যদর্শনঃ কুতশ্চ কস্যাচ্যুতবেষভূষণঃ।
ইতি স্ম সর্ব্বাঃ পরিবব্রুরুৎসুকাস্তমুত্তমঃশ্লোকপদাম্বুজাশ্রয়ম্॥ ২

তং প্রশ্রয়েণাবনতাঃ সুসৎকৃতং সব্রীড়হাসেক্ষণসূনৃতাদিভিঃ।
রহস্যপৃচ্ছন্নুপবিষ্টমাসনে বিজ্ঞায় সন্দেশহরং রমাপতেঃ॥ ৩

অন্বয়ঃ—সুবিস্মিতাঃ = থোইদোক্না ঙকখিদুনা, অচ্যুতবেষ-ভূষণঃ = কৃষ্ণগী বেশ অলঙ্কার শেৎলিবা, অপীব্যদর্শনঃ = ঐখোইনা খৌরাংনা উনিংবদুরা, অয়ং কঃ = ময় সি কনানো ? কুতঃ = কদাইদগী লাকপনো ? কস্য চ অসি = কনাগীবু মনাইনো ? ইতি = অসুম্না খল্লগা, সর্ব্বাঃ = গোপিশিংনা, উৎসুকাঃ = লাংতক্লদুনা, উত্তমশ্লোক পদাম্বুজাশ্রয়ম্ = থোইদোক্না কৃষ্ণগী পদাম্বুজতবু নিংজরদুনা, তং = উদ্ধবপু, পরিবব্রুঃ = কোইসিনখরে ৷ ২

(ব্রজগী অয়াম্ব রমণিশিংনা) তং = উদ্ধব মহাক অসে, রমাপতেঃ = শ্রীকৃষ্ণগী, সন্দেশহরং = পাউপুবনি হাইবসি, বিজ্ঞায় = খংলদুনা, প্রশ্রয়েন = য়াম্না ইকাই খুম্মনা, অবনতাঃ = নোল্লুক্লা, সব্রীড়হাসেক্ষণ-সূনৃতাদিভিঃ = ইকাই মিনোক মিৎয়েং খুমলবা রাহৈনা, সুসৎকৃতং = ফজবা রাহৈনা পেনহল্লগা, রহসি = শেংলবা, আসনেউপবিষ্টং তম্ = আসন্দা ফম্লিবা উদ্ধবকী মফমদা, অপৃচ্ছৎ = হংখিরমই ॥ ৩

---

থোইদোক্না ঙকখিদুনা অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মতৌগুম্ন বেশ অলঙ্কার তৌরিবা পুরুষ অসি কনানো ? মফম কদাইদগী লাকপনো অমসুং কনাগী ভৃত্তনো ? অসুম্না রমণিশিংনা মহৈ মহৈ মান মান থোকপা ঙাংনরি কৃষ্ণ উননিংবগী রাথলনা অডাওবীগুম্নবীশিংনা, শেংলবা শ্রীকৃষ্ণ পাদ পদ্মগুম্না নিংথিজরবা উদ্ধবপু ময়াম্না কোইসিনখরে ॥ ২

জানীমস্ত্বাং যদুপতেঃ পার্ষদং সমুপাগতম্।
ভর্ত্রেহ প্রেষিতঃ পিত্রোর্ভবান্ প্রিয়চিকীর্ষয়া। ৪
অন্যথা গোব্রজে তস্য স্মরণীয়ং ন চক্ষ্মহে।
স্নেহানুবন্ধো বন্ধুনাং মুনেরপি সুদুস্ত্যজঃ। ৫

অন্বয়ঃ—হেভদ্রঃ=পুকচেন চাওবা, সমুপাগতং ত্বাং যদুপতেঃ= লেংবিরক্লিবা নহাক অসে শ্রীকৃষ্ণগী, পার্ষদং=অচানবা মনাইনি হাইবসি, জানীমঃ=ঐখোই খংজরে, পিত্রোঃ=নন্দ যশোদা ২গী, প্রিয়চিকীর্ষয়া=পাউ অনিনা নন্দ যশোদা অনিবু পেনহলনিংদুনা, ভর্ত্রা=নবুঙো কৃষ্ণনা, ভবান্ ইহ=ব্রজসিদা অদোম্ব, প্রেষিতঃ= থারকইবনি। ৪ অন্যথা=অদু নত্রবদি, হাইবদি নন্দ যশোদা ২বু নত্তুনা, তস্য=শ্রীকৃষ্ণগী, গোব্রজে=শ্রীবৃন্দাবন ব্রজভূমি অসিদা, স্মরণীয়ং=নিংশিংগদবা অমা লৈবতনি হাইবা অসি, নচক্ষ্মহে= ঐখোইনা উদে, মুনেঃ=মুনা খল্লুরবম্ব, অপি বন্ধুনাং=পিতৃনচিংবগী লেংব য়াদ্রবা, স্নেহানুবন্ধঃ=নুংশিবগী থৌরিনা পুনগ্রব হাইবসিস্ব, সুদুস্ত্যজঃ=হেক থাদোকপা ঙমদবনে। ৫

---

ব্রজরমণিশিংনা উদ্ধবপু কৃষ্ণগী পাউ পুরকপনি খংলদুনা নোল্লুক্না ইকাই খুম্নবগা লোইননা অমস্যুং ইকাইবগা লোইনবা মিংয়েং অমদি থুম্নবা রাহৈ কয়ানা মফম চান আসন অমদা ফমহনখরে। মহাক্ আসন্দা ফম্নবা মতুংদা মখোইনা উদ্ধবকী মফমদা য়া খরা হংজখিবনি। ৩

গোপিশিংনা উদ্ধবকী মফমদা হাইখি, হে পুকচেন চাওবা নহাক্না ব্রজসিদা লাকইবসি যদুপতি শ্রীকৃষ্ণনা থারকপনি হাইবসি ঐখোই খংজরে অমস্যুং নন্দ যশোদা অনিগীসু পেনহলগে নিংলদুনা প্রভু শ্রীকৃষ্ণনা মফম অসিদা থারকপনি। ৪

অন্যেষ্বর্থকৃতা মৈত্রী যাবদর্থবিড়ম্বনম্।
পুম্ভিঃ স্ত্রীষু কৃতা যদ্বৎ সুমনঃস্বিব ষট্ পদৈঃ॥ ৬
নিঃস্বং ত্যজন্তি গণিকা অকল্যং নৃপতিং প্রজাঃ।
অধীতবিদ্যা আচার্য্যমৃত্বিজো দত্তদক্ষিণম্॥ ৭

অন্বয়ঃ—পুম্ভিঃ=লমচৎ ফজদবা পুরুষশিংনা, স্ত্রীষু=লমচৎ নাইদবী নুপীশিংদা, কৃতামৈত্রী=অপান্বন মরম ওইদুনা অপান্বদুদা পুক্নিং চংলুবা, যদ্বৎ=অদুগুম্না, ষট্ পদৈঃ=খোইমুশিংনা, সুমনঃসু লৈশিংগা চান্নরুবা, অন্যেষু=অতোপ-অতোপ্পশিংদসু, মৈত্রী-অর্থকৃতা = তিন্নরুবা হাইবসি কান্নবা অমগীদমক্তনি অদুগুম্বা, যাবদর্থবিড়ম্বনং ইব=কান্নবদু ফংদুনা মুংশিবদু উৎলকপগুম্বনি॥ ৬

গণিকাঃ=লমচৎ নাইদবী নুপীশিংনা, নিঃস্বং=লাইরবা, লন লৈতবা অনংবা নুপাবু, ত্যজন্তি=থাদোকই, প্রজাঃ=প্রজাশিংনা, নৃপতিং=প্রজা শাসন ঙমদবা নিংথৌবু থাদোকই, অধীতবিদ্যাঃ= লাইরিক নিংথিনা তম্বীবা ১দি তম্বা লোইরবা শিরাশিংনা, আচার্য্যং =গুরুবু থাদোকই. ঋত্বিজঃ=পুরোহিত ব্রাহ্মণশিংনা, দত্তদক্ষিণং =দক্ষিণা ফংলবা মতুংদা যজমানবু, ত্যজন্তি=থাদোকই॥ ৭

---

পিতা মাতাগী পেম্নবা নত্তনা শ্রীকৃষ্ণনা ব্রজ অসিদা নিংশিং-গদৌবা অমা অমুক লৈতে হাইবসি ঐখোইনা মুম্না খংলবনি। মুম্না খল্লুরগা মপা মমা অমদি স্বজনশিংগী মুংশিবগী থৌরিনা পুল্লবদা মদু হেক থাদোকপা অরাইবা থাফম নত্তে খংলবনি॥ ৫

চরিত্র ফত্তবা পুরুষনা চরিত্র ফত্রবী নুপীশিংদা মরূপ ওইবসি খম্ননিংঙাইনি। খোইমুশিংনা লৈহি পামদুনা লৈশিংবু মরূপ ওই হাইবসি মশাগী ওইজবা ফংনবা তৌবনি, তিম্নবা মুংশিবা হাইবসি কান্নবগী মথা পোজবনি॥ ৬

খগা বীতফলং বৃক্ষং ভুক্ত্বা চাতিথয়ো গৃহম্।
দগ্ধং মৃগাস্তথারণ্যং জারা ভুক্ত্বা রতাং স্ত্রিয়ম্ ॥ ৮
ইতি গোপ্যো হি গোবিন্দে গতবাক্ কায়মানসাঃ।
কৃষ্ণদূতে সমায়াতে উদ্ধবে ত্যক্ত লৌকিকাঃ ॥ ৯

অন্বয়ঃ—খগাঃ=উচেকশিংনা, বীতফলং=মহৈ য়ান্দবা উশিংবু, ত্যজন্তি=থাদোকই, অতিথয়ঃভুক্ত্বা=অতিথিশিংনা চাব-থকপা লোইরব মতুংদা, গৃহংত্যজন্তি=য়ুম অদু থাদোকই, তথা=অদুগুম্ন মৃগাঃদগ্ধম্ অরণ্যম্=শজিশিংনা লাম্মৈ চাকখ্রবা মফমবু থাদোকই, তথা=মতৌ অদুম তৌনা, জারাঃ = পরস্ত্রী ভোগ তৌরুরগা, রতাং স্ত্রিয়ং =জার পুরুষনশিংনা পরস্ত্রী অদুবু, ভুক্ত্বা = সম্ভোগ তৌরবা মতুংদা, ত্যজন্তি=শোইদনা থাদোকই ॥ ৮ কৃষ্ণ দূতে উদ্ধবে সমায়াতে=কৃষ্ণগী দূত ওইবা উদ্ধবনা লাকপা মতম অসিদা, গোবিন্দে=শ্রীকৃষ্ণদা, গতবাক্ কায়মানসা = কায়ন্নচিংবা লোইনা কথোকখ্রবা, গোপ্যঃ ইতি হি=মথক্ত হাইখ্রিবা ব্রজরমণিশিংদুনা ত্যক্তলৌকিকাঃ = মপান থোংগী লোক্কী ওইবা পতিদা ব্যবহার পুন্নমক থাদোকপা হাইবসি মহৌশানি। ৯

---

হাইরিবা অসিমক শোইদ্রবা রা ভাক্তনি মহুদি বনিতাশিংনা লাইররবা শেল পাইদব নিপাবু থাদোকই, উচেকশিংনা মহৈ য়ান্দব উবু থাদোকই, শিষ্যশিংনা বেদ তন্ত্র লোইরগা গুরুবু থাদোকই, প্রজাশিংনা, সাসন তৌদবা নিংথৌবু থাদোকই, পুরোহিট্ শিংনা দক্ষিণা ফংলবা মতুংদা যজমানবু থাদোকই, শজিশিংনা লাম্মৈ চাকখ্রবা বন থাদোকই ॥ ৭-৮

গায়ন্ত্যঃ প্রিয়কর্ম্মাণি রুদত্যশ্চ গতহ্রিয়ঃ ।
তস্য সংস্মৃত্য সংস্মৃত্য যানি কৈশোরবাল্যয়োঃ ॥ ১০
কাচিন্মধুকরং দৃষ্ট্বা ধ্যায়ন্তী কৃষ্ণসঙ্গমম্ ।
প্রিয়প্রস্থাপিতং দূতং কল্পয়িত্বেদমব্রবীৎ ॥ ১১

অন্বয়ঃ—গতহ্রিয়ঃ=ইকাই ইকি থাদোকথ্রবনি অছুম ওইবী গোপিশিংনা, তস্য=মাগী, কৈশোর বাল্যয়োঃ=অঙাং ওইরিভেদগী চাওখৎলক্র কয়া ফাওবদা শামখিবা বাল্য লীলা ১দি কৈশোরবু, যানি প্রিয় কর্ম্মাণি=মীবু পেলহনবা অমসুং মুংশিখিব পুন্নমক, সংস্মৃত্য=নিংশিং নিংশিংলুরগা (নিংশিংতুনা) ব্রজরমণিশিংনা মাবু শিংথাতুনা ঈশৈ শকলি, বিলাপ তৌরি, কপলি ষুমথোং ষুমথোং খুদিং ॥ ১০ কাচিৎ=কনাগুম্বী গোপি অমনা, কৃষ্ণসঙ্গমঃ ধ্যায়ন্তী =কৃষ্ণ মহাক্তগা লোইনজবা পামতুনা, শ্রীকৃষ্ণতবু নিংশিংতুনা লৈ, মধুকরং=খোইমুবু, দৃষ্ট্বা = উরগা, তংপ্রিয়প্রস্থাপিতং =চান্নবা কৃষ্ণনা থারকপা, দূতং কল্পয়িত্বা ইদং=দূত অমনি থল্লতুনা মথাগী রা অসি, অব্রবীৎ=হাইখিবনি মতুদি অসিগুম্বা উদ্ধবসি কৃষ্ণনা থারকপনি, মধুপুরদগী লাকপা খোইমুনি খন্দুনা হাইখিবনি ॥ ১১

---

মহারাজ পরীক্ষিৎ ! মতৌ অসুম্ন গোপিশিংগী বাক্যমন শরীর পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লোইনা কখোকখ্রবনি, শ্রীকৃষ্ণগী মনাই উদ্ধবনা লাকপসিদা মঙোন্দা হাইর হাইরতুনা লোককী ব্যবহার পুন্নমক থাদোকপা হাইবসি মহৌশানি ॥ ৯

শ্রীকৃষ্ণ অঙাং ওইবদগী চাওরক্লবা মহাক্ত তৌরম্বা, ভাংলম্বা কয়া নিংশিংলুরগা ঈশৈ অমুক শক অমুক কপ তৌদুনা লৈখি ॥১০

# ভ্রমর গীতম্

ভক্তি রসামৃত সিন্ধৌ—

সা ভক্তিঃ সাধনং ভাবঃ প্রেমা চেতি ত্রিধোচ্যতে ॥ ১

সাধন ভক্তিঃ—

কৃতি সাধ্যা ভবেৎ সাধ্যভাবা সা সাধনাভিধা।
নিত্যসিদ্ধস্য ভাবস্য প্রাকট্যং হৃদি সাধ্যতা ॥ ২

সা ভক্তিঃ সপ্তম স্কন্ধে ভঙ্গ্যা দেবর্ষিনোদিতা। ৩

যথা—তস্মাৎ কেনাপ্যুপায়েন মনঃ কৃষ্ণে নিবেশয়েৎ। ইতি ॥

বৈধী রাগানুগা চেতি সা সাধনাভিধা ॥ ৪

বৈধী—যত্র রাগানবাপ্তত্বাৎ প্রবৃত্তি রুপজায়তে।
শাসনেনৈব শাস্ত্রস্য সা বৈধী ভক্তি রুচ্যতে ॥

---

ভক্তি হাইবা অসি মথল অহুমনি সাধন, ভাব অমসুং প্রেম। ইন্দ্রিয়শিংনা ভগবৎকী সেবাদা চংশিনববু সাধন ভক্তি কৌই, সাধন্না সাধ্য ওইনবা ( ফংনবা ) হোৎনবা ওয়ববু ভাব ভক্তি কৌই, য়ান্না চেৎশিনববু প্রেম ভক্তি কৌই। অহানবদা সামান্য ওইবনি, মথং মথং হোৎনরকপা সাধন্না নিত্য সিদ্ধ বস্তু ওইরক্নি অহুদগী অওইবা (অচুম্বা) প্রেম ফংলক্নি। মসি শ্রীমদ্ভাগবত সপ্তম স্কন্ধ ১ অঃ ৩০ শ্লোকতা শ্রীনারদনা যুধিষ্ঠিরগী মফমদা উত্তর পিখ্রে, হে রাজন্! অপাম্বনা ফংদ্রিববু ওয়বা তোৎনবদা সাধন প্রবৃত্তি ওইগনি, শাস্ত্রগী বিধান ভাকপা সাধন্না বৈধী ভক্তি কৌই। মরম অসিনা প্রেম ভক্তি ফংননবা নববিধা ভক্তি একান্তিক ওইহনা পালন তৌগনি।

যথা— শ্রবনং কীর্ত্তণং বিষ্ণো স্মরণং পাদ সেবনং।
অর্চ্চনং বন্দনং দাস্যং সখ্যমাত্ম নিবেদনম্।

নাম তাবনা পরীক্ষিৎ মহারাজনা, নাম শোনবনা শুকদেব, নিংজবতনা ভক্ত প্রহ্লাদ, শ্রীপাদ সেবানা লক্ষ্মী, পূজানা পৃথুরাজ, বন্দনা—অক্রুর, দাস্য—হনুমান, সখ্য—অর্জ্জুন, আত্মনিবেদন—বলিরাজ ভক্তশিংতনা শ্রীকৃষ্ণ ফংজখ্রে।

(ক) প্রেমেতি প্রথমং ত্রিবিধা :— উজ্জল নীলমনি প্রৌঢ়, মধ্য, মন্দাঃ।

(খ) পঞ্চবানং—মদন, মাদন, পোষণ, মোহন, স্তম্ভনাঃ।

(গ) প্রেমাঃ দশবিধাঃ—রতি, প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়ন, রাগ, অনুরাগ, ভাব, রৌদ্র, মহাভাবাশ্চেতি।

(ঘ) দশমী দশা — চিন্তা, জাগরণ, তপন, মলিনতা, প্রবচন, ব্যাধি, উদ্ধত, উন্মত্ত, মোহ, মৃত্যুঃ, এতে হি, মৃত্যু স্বীকারাৎ স্ব ভূতৈরপি তং সঙ্গ তৃষ্ণা।

(ঙ) চন্দ্রাঃষোড়শকলাঃ—অমৃতা, মানদা, পুষা, তুষ্টি, পুষ্টি, রতি, ধৃতি, শশিনী, চন্দ্রিকা, কান্তি, জ্যোৎস্না, শ্রী, প্রীতি, অঙ্গদা, পূর্ণা চ পূর্ণামৃতাঃ ইতি।

---

(ক) প্রেম মথল অহুমনি। (খ) কামদেবগী টেন ৫নি। (গ) শ্রীরাধিকাগী প্রেম মথল ১০নি। (ঘ) দশমী দশা ১০নি। (ঙ) থাগী কলা ১৬নি, ১৬শুবা পূর্ণামৃত কলা শঙ্করগী কোক্তা ডাল্লি যুগ যুগ থুদিংদা শ্রীকৃষ্ণগী চরি ভক্তি পরায়ণ ওইজবা ফংজরি, পুমনক অসি শ্রীমতিরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদা ফংলি।

মথাদা লাকদবা ভ্রমর গীতকী শ্লোক ১২দগী ২১ ফাওবদা চিত্রজল্পগী প্রেম মথল থুদ্বিংসু মফম মফম চানা শকলকনি।

নায়ক নায়িকাগী পুক্নিং ইহুন (স্থায়িভাব) কাওরকপগী মুঙাইব অদুবু রস কৌই। স্থায়িভাবঃ (সাহিত্য দর্পণে বিভাবেনা-মুভাবেন ব্যক্তঃ সঞ্চারিণা তথা। রসতামেতি রত্যাদি স্থায়িভাবঃ স চেতসাং॥

মহাক্কী মতেং পাংবা, মহাকপু মশা নোইহনবা অমসুং ময়াং কংহনবা, ভাব কয়ানা মাগী ঈচেল থদৎপা ওমদবা রসবু লৈ পরেংগী মমুংদা চৎলিবা লংগুম্না অদুম তৎপা লৈতনা চেল্লিবা ভাব অদুবু স্থায়িভাব হায়না খংনৈ। রসহুদি মথল ১০ থোক্না থাইদোকই। শৃঙ্গার=অনুরাগনা, হাস্য=নোকপা, করুণ=অৱাব, রৌদ্র= অশাওব, বীর=থৌনা ফবা, ভয়ানক=অকিব, বিভৎস=তুকচ্চবা, অদ্ভুত=অঙকপা, শান্ত=অয়িংব, বাৎসল্য = মচাগুম মুংশিবা, স্নেহ রস ১০ অসি স্থায়িভাবনি।

## উজ্জ্বলনীলমণি স্থায়িভাবঃ

উদাহরনং—

(ক) রাধায়াশ্চিত্র মীশ ভ্রমতি দিশি দিশি প্রেম নিশ্বাস ধূমে।
পূর্ণানন্দোহপ্যুষিত্বা বহি রিদ মবহি শ্চার্ত্ত মাসীদজাণ্ডং॥

অথ দিব্যোন্মাদঃ —

(খ) এতস্য মোহনাখ্যস্য গতিং কামপ্যু পেয়ুষঃ।
ভ্রমাভা কাপি বৈচিত্রী দিব্যোন্মাদ ইতীর্য্যতে॥

---

(ক) শ্রীবৃন্দাবনদা লৈরী শ্রীরাধা প্রোষিতভর্তৃকা (থাইন মৈশাগুম) অবস্থা ফংপ্রে। (খ) দিব্যোন্মাদ অবস্থাদগী উদ্‌ঘূর্ণা চিত্রজল্পগী মথল য়াম্না য়াম্মি হাইরি।

তত্রোদ্‌ঘূর্ণা লক্ষণং—

স্যাদ্বিলক্ষণ মুদ্‌ঘূর্ণা নানা বৈবশ্য চেষ্টিতং ॥

যথা উদ্ধবোক্তি শ্রীকৃষ্ণং—

শয্যাং কুঞ্জগৃহে কচিদ্বিতনুতে সা বাস সজ্জায়িতা।
নীলাব্‌ভ্রং ধৃত্ত খণ্ডিতা ব্যবহৃতি শ্চণ্ডী কচিদর্জ্জতি।
আঘূর্ণত্যভি সার সংভ্রমবতী ধ্বান্তে কচিদ্দারুণে।
রাধা তে বিরহোদ্ভ্রম প্রমথিতা ধত্তে ন কাং বা দশাং ॥

অথ চিত্রজল্পঃ—

১। প্রেষ্ঠস্য সুহৃদালোকে গূঢ় রোষাভি জৃম্ভিতঃ।
ভূরি ভাব ময়ো জল্পো য স্তীব্রোৎ কণ্ঠিতান্তিমঃ ॥

২। চিত্রজল্পো দশাঙ্গো ইয়ং—যথা প্রজল্প-পরিজল্পিতং-বিজল্প-উজ্জল্প-সংজল্পা, অবজল্পোঽভিজল্পিতং আজল্পঃ প্রতিজল্পশ্চ সুজল্পশ্চেতি কীর্ত্তিতাঃ ॥
এষ ভ্রমর গীতাখ্যো দশমে প্রকটীকৃতঃ ॥

৩। মথুরা নগরং কৃষ্ণে লব্ধে ললিত মাধবে।
উদ্‌ঘূর্ণেয়ং তৃতীয়াঙ্কে রাধায়া স্ফুট মীরিতা ॥

---

১। মুংশিজবা মাবু মরূপকুম উজ-য়েংজবা অথুপ্পা, অশাওবা কয়ানা হাইজ-ভাংজবা মথল কয়াগী ভাবনানা ফোংদোকপা অত্থুগুম্ব উৎকণ্ঠাবু চিত্রজল্পগী ইছুম থুদমনি। ২। চিত্রজল্প ১০ অসিগুম্বা ভ্রমর গীত ঈশৈশিংদা তোঙান তোঙান উৎলকনি। ৩। উদ্‌ঘূর্ণা ললিত মাধব ৩ শুবা অঙ্কদা উৎলি, মবুংগো কৃষ্ণ মথুরাদা লেংখ্রবদা প্রেমনা চাক্লবী রাধানা কুরুক্ষেত্রদা পার্থ সারথি কৃষ্ণ দর্শণ ফংজে।

৪। অসংখ্য ভাব বৈচিত্রী চমৎকৃতি সুদুস্তরঃ।
অপি চেচ্চিত্রজল্পোঽহয়ং মনাক তদপি কথ্যতে ॥

৪। মনিস্থু চিত্রজল্পগী শক্তমনি হাইরি।

মথক্তা উৎখিবা লক্ষণ কয়ানা শ্রীকৃষ্ণ প্রেম সেবা মংজরিবী শ্রীমতি রাধিকা মবুংডো শ্রীকৃষ্ণ মধুপুর বৃন্দাবন্দা লৈপ্রে, শ্রীরাধিকা কাইন মৈচাক ফংলে প্রেম মথল ১০বা মহাভাব শক্তমনা কৃষ্ণসেবা ফংজরবী রাধা থাগী কলা ১৬কী ফজবা উরগা থোইনা মৈচাক ফংলে মথল ১০গী প্রেম রসনা স্থায়িভাব ওইজবী রাধা দশমী দশা ফংলে, প্রোষিতভর্তৃকা ওইরে দিব্যোন্মাদ অবস্থা ফংলে, উদ্ঘূর্ণা লক্ষণনা লৈতেংলে।

শ্রীকৃষ্ণগী অনুচর কৃষ্ণভক্ত শ্রীউদ্ধবনা প্রাতক্রিয়াকর্ম্ম লোইরগা কৃষ্ণ প্রেয়সী গোপিশিংগী মনাক্তা লাকখরে। মফম অসিদা পুক্কিং অনি লোংদবা গোপিশিংনা ব্রজ অসিদা নৌনা লাক্লিবা উদ্ধবকী পরিচয়গী মরমদা য়াম্না খংনিংদ্রুনা মহৈ মহৈ রা অসি তানখি, খুদক অসিদা লাকইবা পরিচয় খংদ্রিবা উদ্ধবকী মমাংদা উথিদ্রিবা ফজবা মওং অমসুং শ্রীকৃষ্ণগী মতৌগুম বেষ ধারণ তৌরিবা অসিবু উরগা গোপিশিংনা ঙকপদা চমৎকার ওইখরে। "সু বিস্মিতাঃ ব্রজস্ত্রিয়াঃ" মথোইনা উথি উদ্ধবকী পাম্বোম্না শ্রীকৃষ্ণগী পাম্বোমগুমই থুকউ য়ৌনা চোৎথে, মিৎ অনি শ্রীকৃষ্ণগী মিৎকা মাম্লৈ নব কমলমকনি, শ্রীকৃষ্ণনা পীতবাস থোক্লি অদু মডাই, য়েংবদা ঙকশমদা শ্রীকৃষ্ণগী কণ্ঠদা থোনবা প্রসাদি (নির্মল্য) পদ্মমালা শি, নাকোং অনি কজে,

লংই, মাইথোং-থম্বাল ফজবনি। গোপিশিংনা থনখি অমম্নুং মহৈ মহৈ ভাংনখি—অচ্যুত শ্রীকৃষ্ণগী মতৌগুম ফিজেৎ লৈতেংবা অমম্নুং কৃষ্ণগী বয়স মানবা নবকিশর ওইবা, য়েংবদা ফজরিবা নিপা অসি কনানো? কদাইদগী লাকপনো মসি কনাগী পাউ পুবা মীনো? অসি হাইদুনা থন্দুনা গোপি পুম্নমক্না উদ্ধবপু কোশিনখরে। মসিদা মখোইনা পরিচয় পিনবা ইলাং লাংখি অমম্নুং থোইদোকপা অমনা মহাক্কী খোরিদা লৈরিবা পদ্মমালা অদুদগী শ্রীকৃষ্ণগী অঙ্গ গন্ধ থোক্লকখরে হাইদুনা মহাক্কী বেষ ভূষন্নচিংবা কৃষ্ণমক ওইনা উরিবা মখোইগী ভুংশিরবা কৃষ্ণগী রা অদু হংনিংদুনা মখোই থম্লি, উদ্ধবপু করম্বা অন্তরঙ্গ ওইবা সেবকনো হাইবসি থনখি অমম্নুং মহাকপু লন্নাইগী মীনি হাইনম্নু থনখি। অসিগুম্ব কয়া অসিনা মরম ওইরগা মশক থংদবা পরিচয় হংদ্রিবা কনাগুম্বা নিপা অমবু মখোইগী মফমদা লাক্লবদা চিংনবা পুম্নমক থাদোকখরে, মহাকসি প্রাণ কান্ত শ্রীকৃষ্ণগী অচানবা মরূপনি। মরম অসিদগী মখোই পুম্নমক্না উদ্ধবপু মখোইগী মীনি থংদুনা কোইশিনখরে।

শ্রীরাধা মতম চুপ্পদা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমদা লুপপ্রবনি। উদ্ধবনা উখি অষ্ট সখীনা কোইশিনবা কৃষ্ণ কাইনবগী দশাদ রারবী মুর্ত্তিনি। করিগুম্বদা মহাক্কী অন্তর্দশা, করিগুম্বদা অমুক হন্না অর্দ্ধবাহ্যদশানা কৃষ্ণ প্রেম ময়ীনি। বিপ্রলম্ভ-বিরহদশা অসিদা মহাক (শ্রীরাধা) মনুংদদি কৃষ্ণথক থাদোক্কে।

অহানবা মক্তদা হাইখরে মদুদি—অহানবা উনবগী মমাংদা যুক্তি ওইদবা অবস্থা নায়ক নায়িকা উনবা অমম্নুং উনদবা অবস্থা অসিদা মহৈ মহৈ অপাম্বা উৎকণ্ঠাগী মথা পোনবা অদুগুম্বা ভাব

অদু ফোংদোকই অসিবু বিপ্রলম্ভ কৌই। শ্রীরূপ গোস্বামিপাদনা মহাক্কী "উজ্জ্বলনিলমণি গ্রন্থদা যুণোরযুক্তয়ো র্ভাবো যুক্তয়োর্বা যয়োর্মিথঃ। স বিপ্রলম্ভো বিজ্ঞেয়ঃ।"

ব্রজগোপিশিংগী অসিগুম্ব বিপ্রলম্ভ অমসুং বিরহ অনি অসিগী লোইনবা প্রেমবু হাইবনি। মরাং অসিদা মসিমক বিপ্রলম্ভ ওইনা শিংথারি। সুখময় ওই হাইবসি অমগা অমগা উনবা অদুগী পেনবা মুডাইবা অদুগী রস অদুবু হাইবনি। বিপ্রলম্ভগী অবস্থাদ থংনবা উনবা অদুগী পোকখিবা কল্লবা উৎকণ্ঠানি। বিপ্রলম্ভনা উনবগী উৎকণ্ঠা অসি অদুকী মতিক কল্লি। কল্লবা উৎকণ্ঠাগী মতুংদা বিপ্রলম্ভ অমদি বিরহ অসি থোইদোক্লা সম্ভোক্কী অপেনবা অদুদি ওইদে। "ন বিনা বিপ্রলম্ভেন সম্ভোগঃ পুষ্টিমশ্নুতে" উজ্জ্বল-নীলমণিগী ৪শুবা শৃঙ্গার রসনি। নায়ক অমসুং নায়িকা অনিগী কাইনবা মতমদা কল্লবা উৎকণ্ঠাগা লোইননা মহে মহে নিংশিংনবা রাথল, মদুংগী ভাব মহে মহে স্ফুর্তি তমসুং আবির্ভাব মথল কয়া লোইনা লৈ মদুদি—রতি, প্রেম, স্নেহাদি লেংলবা ভাব রাথল অসিনা নায়ক নায়িকা অনিগী মহে মহে নিংশিংনবা অমদি মুডাইবা ফোংদোকপা রাথলগী হাইনিংঙাই নৈতনা কথোক্লবনি হাইরিবসি উজ্জ্বলনিলমণিনা হাইবনি। অশুম্বা ভক্তশিংনা রস অদু লৌরি—"সঙ্গমবিরহবিকল্পে বরমিহ বিরহো ন সঙ্গমস্তস্যাঃ। সঙ্গে সৈব তথৈকা ত্রিভুবন মপি তন্ময়ং বিরহে॥"

আনন্দচন্দ্রিকাধৃতবচননা হাইরি—সঙ্গম অমসুং বিরহ অনিগী মরক্তা বিরহনা অথোইবনি। মরমদি তিন্নবা হাইবা অসিদা থাজৈশেংনা প্রণয়িনী নত্রগা প্রণয়িকাবু কংডমই। প্রেমগী মথক ওইবা প্রেম ময় অদুতবু অনুভব তৌই।

বিপ্রলম্ভগী মতাংদা অমুক হুন্না বিষয় অমা লক্ষণা তৌব হাইবসি খনগদবনি। মদুদি—নায়ক নায়িকা অনিগী মাননি। অসিগুম্ব মান অসিনা মতম অসিদা লেংদবা ভাবতা রতি নত্রগা প্রেম কোংদোকপদা (প্রেমবিকাশ) কৃষ্ণরতি রায়া রান থুপ্ন ফংবনি, প্রেমগী ময়োন অদুদগী "প্রেম" অসিগী মথংদা "মান" "প্রণয়" অসিনচিংবা মথং মথং অস্নুম চাওথংলকপনি। মতৌ অস্নুম্না লেংদনা লৈব প্রণয় অসিগী মতুংদা "মান" হৌগংলকপনি। অস্নুম্না শ্রীরাধাগী মফমদা লৈরি। কৌটিল্য ওইবা মান অসে তোঙানবা লক্ষণ অমনি। প্রণয়গী আবির্ভাব অসি কুটিলতা শোইদনা ওইবনি। লিনগী শাজংতি মহৌশানা থোইবনি, অদুগী মতৌগুম তোঙাননা নায়িকাগী প্রেম অসি মহৌশানা থোইবনি। কৌটিল্য থোইব হাইবসি নায়িকাশিংগী লোইনররুবনি।

মহৈ মহৈ পুক্লিং লুপ্নবা নায়ক নায়িকানা মফম অসিদা লৈররে মথোইগী মশাগী ওইবা অভিমত অপাম্বদি শ্রীল গোস্বামিপাদনা হাইরি—"দম্পত্যোর্ভাব একত্রসতোরপ্যনুরক্তয়োঃ। মান উচ্যতে"। উজ্জ্বলনীলমণিগী মাননি।

অসিগুম্ব প্রণয় অসিগী মথাদদি "মান" অসি ওইরবদা প্রণয় অসি প্রোক্তরবদি বিপ্রলম্ভগী মান অদু ফজবা ওইদরে। অসিগুম্ব মান অসিনা বিপ্রলম্ভগী অমত্তা ওইবা আস্বাদন তৌরিবা রসনি। "অত্রচ মানাখ্যোয়ং রসঃ।"

প্রমান—শঙ্গোম-অফম্বা, ঘী, চিনি, গুণমরিচ অমসুং কর্পূরগা তিমথিবগুম্বনি।

ভাগবতকী ১০শুবা স্কন্ধ ৪৭শুবা অধ্যায়গী ১১দগী ২১ শ্লোক ১১ অসি ভ্রমরগীত হাইনা ফাওরিবনি। অসিগী মথুংদা শ্লোক ১০ অসিনা শ্রীরাধাগী মুখদগী থোরকপনি। মসিবু শ্রীরাধাগী উন্মাদময় প্রলাপ মমিং অসি কৌই। গৌড়ীয় বৈষ্ণব আচার্য্যশিংনা শ্লোক ১০ অসিবু "চিত্রজল্প" হাইনা মমিং থোনখরে। অসিগুম্ব "চিত্রজল্প" অসি পারিভাষিক শব্দনি।

শ্রীভগবান কৃষ্ণসে থোইদোক হেন্দোকপা রসগী মশক ওইবা আনন্দগী মশকনি। "রসোবৈ সঃ" "বিজ্ঞানমানন্দংব্রহ্ম" অসিগুম্ব শ্রুতিবাক্যনা ব্রহ্মবু আনন্দস্বরূপ অমসুং রসগী মশকনি হাইখরে। অসিগুম্ব আনন্দ অসিদগী জগৎ পোকই, আনন্দদা লৈ অমসুং আনন্দদা চংফম ওই। "আনন্দাদ্ধ্যেব খল্বিমানি ভূতানি জায়ন্তে" আনন্দেন জাতানি জীবন্তি, আনন্দং প্রয়ন্ত্যভি সংবিশন্তি আনন্দং ব্রহ্ম" অসিগুম্ব তৈত্তিরীয় শ্রুতি বাক্য অসিদা অসিগুম্ব বা অসি হাইখরে, অমদি অসিগুম্ব আনন্দ অমসুং রসগী চিৎ ঘন মূর্ত্তি ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি, মহাকপু রসব্রহ্মনি হাইরি। আনন্দগী অথোই-বদি প্রেমনি। আনন্দ চিৎ ময় রস অসি প্রেমগী আখ্যাননি হাই। অমুক হন্না শ্রীকৃষ্ণ প্রেয়সী অথোইবী শ্রীরাধানা অসিগুম্ব প্রেম অসিগী থোইদোকপা মরু ওইরিবদি মহাভাবকী প্রতি মূর্ত্তিনি। মহাভাব স্বরূপনী শ্রীরাধা ঠাকুরানীনি প্রেমগী মপুং ফারবা বিকাশদি মহাভাবনি। প্রেমগী অহৌবদগীনা লোইবা ফাওবগী অবস্থা পুরকপী মমিংদি— রতি, প্রেম, স্নেহ, মান, প্রণয়ন, রাগ, অনুরাগ, ভাব, রৌদ্র অমসুং মহাভাব অসিনি।

"প্রেমবৃদ্ধি ক্রমে নাম, স্নেহ, মান, প্রণয়। রাগ, অনুরাগ, ভাব, মহাভাব।" হাইরিবসি "শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত" মধ্যলীলানা হাইখ্রবনি। শ্রীকৃষ্ণদা য়াম্না হকচিন্না লৈরিবা অবস্থা অদু "প্রেম" কৌই। মসি ভক্তিরসামৃতসিন্ধুনা হাইবনি—পুক্লিং অহুনা য়াম্না হকচিন্না তনিক তনিকনা শ্রীকৃষ্ণবু খোইদোক্না ঐগীনি হাইবা রাখল অসি পোক্লবা ভাব পণ্ডিতশিংনা প্রেম কৌরিবনি।

"সাত্বিক ব্যভিচারি ভাবের মিলনে।
কৃষ্ণভক্তি রস হয় অমৃত আস্বাদনে॥
যৈছে দধি সিতা ঘৃত মরীচ কর্পূর।
মিলনে রসালা হয় অমৃত মধুর॥"

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতনা হাইবনি— বিভাব অনুভাব সাত্বিক ব্যভিচারী। স্থায়ীভাবরস হয় এই চারিমিলি॥ দধিয়েন খণ্ড মরিচ কর্পূর মিলনে। রসালাখ্য রস হয় অপূর্ব্বা স্বাদনে॥"

মসিসু শ্রীচৈতন্য বিভাব অনুভাব সাত্বিক ১সুং ব্যভিচারিভাব হাইরিবশিং অসি তিনশিন্নবা অসিবু ভক্তিরস কৌই। পুন্নমক অসি তিন্নরগা মমাংদা ওইখিদ্রিবা মহাও কয়ান তিনবা ভক্তিরস অহু পোকই। মহুদি—দধি মিহুরী নক্রগা সাদাচিনি, ঘৃত, মরিচ ১সুং কর্পূরগা তিন্নরগা "রসলা" অসি ওইবনি। অসিগুম্ব রসালা অসিদা শঙ্গোম-অক্ষম্বা, থীনচিংবা তেংগান তোঙানবগী মহাও অহুদি থংদরে, তোইগুম্বসুং পুন্নমক অসি তিন্নবদা অওকপা মহাও অমা পোকই। মতৌ অদুম্না বিভাগনচিংবা তিন্নবদসু অমুক্ত ওইখিদ্রিবা ভক্তিরস অহু ওইরিবনি।

অমুম্না বিভাব, অনুভাব, সঞ্চারিভাব, মহাভাব মথং মথং তিন্নতুনা শ্রীমতী রাধাতবু মহাভাব স্বরূপিনি হায়না থংই। মরমদি—বসন্ত লাক্লবগা প্রেমগী সঙ্গীত ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী বংশীধ্বনি তারগা শ্রীচরণগী নূপুরধ্বনি অমসুং কিঙ্কিনি খুজিগী মথোন্না নায়ক নায়িকাগী অভিসার চৎননবগী পরিবেশ অলঙ্কার তৌরিবা রস অসি উদ্দীপন বিভাব কৌই। অমুম্না শ্রীরাধা মাধবকী ভাবানুরাগসি স্বতসিদ্ধনি। "মহাভাবাৎ পার্থক্যেন মনসঃ ন স্থিতি" উজ্জল-নিলমণিনা মহাভাবকী স্বরূপ হাইপ্রে। মতাং অসিদা শ্রীল রায় রামানন্দনা মহাপ্রভুগী মকমদা হাইজে,

পহি লহি রাগ নয়ন ভঙ্গভেল।
অনুদিন বাঢ়ল অবধি না গেলো॥
না সো রমন না হাম রমনী।
দুহু মন মনোভব পেশল জানি॥
না খোজ লু দুতী না খোজ লূঁ আন।
দুহুক মিলনে মধ্যত পঞ্চবান॥

ঈশৈ অসি শকচখি। শ্রীকৃষ্ণবু অমুক্তং দর্শণ ফংখিবদা শ্রীরাধাগী অহানবা অনুরাগ পোকলিবনি, অসিগুম্বা অনুরাগ অসি অরোইবা নাইদে। শ্রীকৃষ্ণ প্রেম অদু হেন্না চাওথংলি, শ্রীকৃষ্ণ কাইনবগীসু অরাবা হেনগংলি। করিগুম্বদা তপথবা ফংদে নুমিৎ সুনিংকী ওইনা কাইনবগী অন্নাবসু থাংবদা অরাবা তমথৈ লৈখিদে। ঈশৈ অসিমক্তি দুর্জ্জয় মানগী লোমপ্রবা কলহান্তরিতদা অকনবা থাংবা তমম্রবা উৎঠাদা পূর্ব্বরাগ দর্শন্না দুতী সখীদা হাইরকপনি। ইতা রাধানা অহানবা মিৎ পাংবতনা পূর্ব্বরাগ ওইখিবনি।

মুমিৎ খুদিংগী কৃষ্ণ প্রেম চাওখৎলি অয়োম্বা ভমথৈ ফংদে, ঐহাক কনা অমত্তগী নত্তে কনাবুস্থ য়েংলয়োই, শ্রীকৃষ্ণ নত্তুনা হে ইত্তা অসিগুম্বা প্রেমগী য়ারম পুম্নমকপু প্রাণনাথগী মফমদা হাইবিয়ু কাওথ্রমানে অনিমকী পুমবদা কামগী তেন ৫নি, চথোনবা কৃষ্ণগী মুংশিবগী অসিগুম্বা মচৎসি করিনো ঈশৈ অসি তাবদা প্রভুগী খুৎমক্তা রায় রামানন্দগী মচিন কুপশিন্দুনা থামখি রাম রায় ঐ থাংবা ভমদ্রে অসি হাইনা কবিরাজ গোস্বামিগী মধ্যলীলাদা মহাভাবকী মশক ওইবী শ্রীরাধাগী অসিগুম্বা মাদনাখ্য মহাভাব-ময়ী প্রেমগী মতিক মগুণ বর্ণনা তৌরহনা হাইখি। মিং য়াওদে, অহবু অসিগুম্বা পদ অসিনা মরম ওইহনা শ্রীরাধাবু খংনবনি। পদ অসিদগী লক্ষ তৌরগা কনাগুম্বী গোপি অমা হাইনা খংলিবসি শ্রীল গোস্বামী পাদনা প্রেমগী মরমদা হাইগ্রে,

"আ সমন্তাৎ চিৎ জ্ঞানং যস্যাঃ সেতি।
কং সর্ব্বেষাং প্রেমসুখং আচিনোতি।
ক্ষণে ক্ষণে বর্দ্ধয়তি যা সেতি চ।"

বৈষ্ণব টোষণি টীকানসু হাইরি, শ্রীকৃষ্ণবু পুম্নমক্তা অফবতা থন্দুনা লৈবনি মুঙাইবদসু মুঙাইবা ওইহনা মুঙাইবহুতবু অনুভব তৌহনা আস্বাদন তৌজরহনা লৈজবী শ্রীরাধাতনি। অমুক হন্না অসিগুম্বা শ্রীকৃষ্ণ প্রেম অসি ভক্ত বৈষ্ণব পুম্বগী মফমদসু লাম্থোকই (পিবি) অমসুং অসিগুম্বা প্রেম অসি ক্ষণ খুদিং অসুম চাওখৎলকইবা "মাদনাখ্য" কৌবা মহাভাবকী মশক ওইবীদি শ্রীরাধাতনি হাইহনা প্রেমগী বর্ণনা তৌরহনা হাইখি।

"এই প্রেমদ্বারে নিত্য রাধিকা একলি।
আমার মাধুর্য্যামৃত আস্বাদে সকলি॥
গোবিন্দা নন্দিনী রাধা গোবিন্দ মোহিনি।
গোবিন্দ সর্ব্বস্ব সর্ব্বকান্তা শিরোমনি॥
আমা হইতে আনন্দিত হয় ত্রিভুবন।
আমাকে আনন্দ দিবে ঐছে কোন জন॥
আমা হইতে যার হয় শত শত গুণ।
সেই জন আহ্লাদিতে পারে মোর মণ॥
আমা হইতে গুণী বাঢ় জগতে অসম্ভব।
একলি রাধাতে তাহা করি অনুভব॥
প্রেমের স্বরূপ দেহ প্রেমে ছিঁ ভাবিত।
কৃষ্ণের প্রেয়সী শ্রেষ্ঠা জগতে বিদিত।"

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা হাই—অসিগুম্বা মাদনাখ্য মহাভাবময়ী শ্রীরাধাগী থম্মোই শোকপা প্রেমদা শ্রীকৃষ্ণবু খুত্থম চনবা ভাব পুন্নমক মহাক্কী মথা পোনবা অসিনি। রসগী মিৎয়েংদা সখীশিং শ্রীকৃষ্ণনি, মসিদা চংজকুমা রস ভাব অসি লৌজরিবা ভক্তশিংনি। মরম অসিনা শ্রীকৃষ্ণদা রতিভাব চংজকমদি শ্রীরাধানি। মরমদি ঈশিং হাইরগা থংনরিবা অসিগী আশ্রয়দি ঈশিংনি, অসিগুম্বা রসগী চংজকমস্তু শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্যনি। শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী মথা পোনবা রসদি ভক্তগী জীবনি থরাইনি, শ্রীকৃষ্ণনা রাধাগী প্রেমদা পেল্লি হাইতুনা শ্রীসংধানা শ্রীকৃষ্ণব প্রেম সেবানা নিংজৈ।

গোপ্যুবাচ—

মধুপ কিতববন্ধো মা স্পৃশাঙ্ঘ্রিং সপত্ন্যাঃ
কুচবিলুলিত-মালা-কুঙ্কুম শ্মশ্রুভির্নঃ।
বহতু মধুপতিস্তন্মানিনীনাং প্রসাদং যদুসদসি
বিড়ম্ব্যং যস্য দূতস্ত্বমীদৃক্॥ ১২

তত্র প্রজল্পঃ—(১) অসূয়েৰ্ষ্যা মদ যুজা যোঽবধীরণ মুদ্রয়া।
প্রিয়স্যা কৌশলোৎ গারঃ প্রজল্পঃ স তু কীর্ত্যতে॥

অন্বয়ানুবাদ—গোপী উবাচ=গোপীনা হাইখি, হে মধুপঃ= হে খোইমু, হে কিতববন্ধো=লৌবম চাওবগী মরূপ, নঃ অস্মাকং =গোপি ঐখোইগী, সপত্ন্যাঃ কুচবিলুলিত মালা কুঙ্কুমশ্মশ্রুভিঃ= সপত্নি ওইবী বক্ষ মগুলদা আলিঙ্গন তৌবদা নৈথাইখিবা মালাদা শংথ্রবা কুঙ্কুম, অমদি ঐখোইগী মিত্তগী ভাখিবা পি অতুনা হাইবদি নংগী লৈরিক কয়া তৈরবা মকোইনা, নঃ অস্মাকং=ঐখোইগী, অঙ্ঘ্রিং=খোংদা, মা স্পৃশ=শোকহনু, ত্বং=নহাক্না নবুঙোগী, যস্য দূতঃ=দূত ওইরবদি, তন্মানিনীনাং=মানবতী ওইবী অদুগুম্বী মখোইগী, ঈদৃক্=মুপী ওইবগী, বিড়ম্ব্যং=উপহাসগী মশক ওইবা, প্রসাদং=খোজানবু, মধুপতিঃ=যাদবশিংগী মপু ওইবা মানা ব্রজ থাদোক্লগা যদু পতি ওইনা পোকখিবা, যদু সদসি=যদুগী সভাদা মহাক্কী চরিত্রসে, বহতু=অদুমক পাইখ্রে, কিমস্মাকং বন চারিণাং প্রসাদেন=কান্নরোইদ্রবা বনচারি ওইবী ঐখোইবু চান্নবিক্লবনা।

---

গুণবু দোষারোপ তৌদুনা অসূয়া ঈর্ষ্যা (থম্বনবা) মদ না তিনবা মুদ্র ভঙ্গী উতুনা শ্রীকৃষ্ণগী কৌশল বার্ত্তা হঙববু প্রজল্প কৌই।

অন্তর্দ্দশায়াম্—

> জয়দেবঃ বাক্যং গীতগোবিন্দে।
> দহতি শিশির ময়ুখে মরণ মনু করোতি।
> পতন মদন বিশিখে বিলপতি বিকল তরোহতি॥

সখীনা হাইজে—ইংলবা থাগী মঙাল-উবগা ইবুঙোগী প্রেম্না, মৈগী ভেন ওইহনা মুংশি হৈতবা কামদেবনা ঐগী থম্মোইদা থাই, অশিবগুম লৈমাইদা তারি, জ্ঞান মাংন তেংথাহনা লৈজে। লেংবিরক্লো ইকুম্বা শ্রীবৃন্দাবন্দা, অসুম্না বিলাপ তৌজে।

য়েংউ ইতা কজরিবসে থণ ময়াম্না মনাক্তা, সখাশিংগী মরক্তা, ফুইনা হৌবা মোংহৌ ডমজবসে, হন্দকী মপোক্তা পুন্সিগী খোংচত্তা নিংজবসিদি থুংলরোইদ্রেমানে।

তথাহি :— পূর্ণানন্দময় আমি চিন্ময় পূর্ণতত্ত্ব।
রাধিকার প্রেম আমায় করায় উন্মত্ত॥
না জানি রাধার প্রেমে আছে কত বল।
যে বলে আমারে করে সর্ব্বদা বিহ্বল॥
রাধিকার প্রেম গুরু আমি শিষ্য নট
সদা আমা নানা নৃত্যে নাচায় উদ্ভট॥

---

মসি শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতদা হায়রনি। শ্রীভগবান হন্তমক্না ইশ্বরবা ঘোষনা কোংদোকপ্রে, তথাহি—গীতগোবিন্দে—ত্বমসি মম ভূষণং ত্বমসি মম জীবনং ত্বমসি মম ভবজলধিরত্নম্। দেহি পদপল্লব মুদারম্॥ মসিমক্ক জয়দেব কবিরাজনা গীতগোবিন্দ বাক্যনি।

হে কৃশাঙ্গি! অশংবা খরোনী কান্তিশুনী মিং থম্বালবু অশাওবগী কামাগ্নিনা চাকথদনী ভাংলব মিংনা কজরবী রাধে! রাধানা ঐগী ভূষণি (লৈতেংনি) ঐগী জীবননি প্রাণনি (হিংজবনি) নহাক্তনা কৃষ্ণ ঐগী সংসার ঈপাকী রত্ননি। শিনখিল্লো রাধে নহাক্কী পদপদ্মবতু ইরাম্না মপুং ফারবা কৃষ্ণগী কোক্তা হাম্মিরো।

তথাহি—গোবিন্দলীলামৃতে—

বংশীগানেন তাস্বেব জ্ঞাপয়ামাস বাঞ্ছিতং।

তন্নামৈর্বাংশু গানেন স তাভিশ্চানুমোদিতঃ।

বংশীধারি শ্রীকৃষ্ণগী বাশী খোংঙ্গেন্দা নুশাগী ওইজবী গোপিশিংগী মমিং হাপ্তুনা কোরক্লবদা। মুরলী খোংঙ্গেন তত্রিতে গোপিশিংনা পামজব সেবানা শ্রীকৃষ্ণবু কোইশিনথি।

মানিনী রাধানা ভ্রমরগী মফমদা হাইখি, ঐগী মান থুগাইরগা নংগী কান্নবা করিসু লৈতে নং মধুপুরদা চৎলো। মফম অতুদা কৃষ্ণদো ব্রজেশ্বরী যশোদা দেবীগী গর্ভজাত গোপ জাতি ওইরগা মখা পোনবা ক্ষত্রিয় জাতিগী চাওখৎলিবা মথুরাগী নিংথৌ ওইবা কৃষ্ণবু নিংলিবা ক্ষত্রিয় নুপীশিংদগী মান ভঞ্জন তৌরগা মহাক্কী থৌজাল ফংলবনি। ঐখোইদি গোপ জাতিনি, গোপি নুপীনি, মণ লোইবানি। ঐখোইগী মান ভঞ্জন তৌরগা কান্নবতু থাদোক্লো হাইয়ু হনগ্রো মধুপুর কোন্নুংদা।

** ভ্রমরগীত মতাংঅসিদা অন্তর দশা থাহ্ অনি থাইনা লৈরিবা অসি গোবিন্দ লীলামৃত, উজ্জল, ললিতমাধব, বিদগ্ধমাধব চিংবা গ্রন্থশিংদা তোঙান তোঙান থংহল্লিবসি শ্রীগৌরাঙ্গগী কৃপানা বর্ণনা তৌবনি। প্রভুদি রাধা কৃষ্ণ অনিনা পুন্না অবতার তৌবন থংবনি।

তথাহি—অন্তঃ কৃষ্ণং বহি গৌরং দর্শিতাঙ্গাদি দৈবতম্।
কলৌ সঙ্কীর্ত্তনাদ্যৈঃ স্বঃ কৃষ্ণচৈতন্য মাশ্রিতাঃ॥

অপিচ—রাধাকৃষ্ণ প্রণয় বিকৃতি হ্লাদিনী শক্তিরস্মা ;
দেকাত্মানা বপি ভুবি পুরা দেহ ভেদং গতৌ তৌ।
চৈতন্যাখ্যং প্রকট মধুনা তদ্দ্বয় ঞ্চৈক্যমাপ্তং ;
রাধাভাব দ্যুতি সুবলিতং নৌমি কৃষ্ণ স্বরূপম্॥

---

কলিদা মনুংদা কৃষ্ণ মপান্দা রাধাগী বর্ণনা লৈতেংবা গৌরাঙ্গ ওইবা শ্রীনিত্যানন্দ, শ্রীঅদ্বৈত, শ্রীবাস, পারিষাদ শ্রীগদাধর হরিনাম খিবিকসিগা পুন্না মাগী মশকপু ফংহল্লবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু হরি সঙ্কীর্ত্তনা পেনবিনবা ঐখোইনা চংজৈ।

শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণগী প্রেমগী মশক ওইবী হ্লাদিনী কৌবী শক্তিনি, মরম অসিদগী শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনিনা পুন্না অমতা ওইদুনা শ্রীবৃন্দাবন দ্বাপরদা শ্রীরাধা কৃষ্ণ অনি ওইদুনা তোঙান তোঙান্না পোকখি। হৌজিক কলিদা অনিনা অমুক অমতা ওইনা পুনসিল্লগা শ্রীরাধাগী পুক্চেল কুচু মশক্না তিল্লগা ফোংদোক্লবা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্যবু খুকমজৈ। মরম অসিনা অনিনী তোঙান তোঙানবা প্রেম অনিগী পুল্লপ পুনবগী প্রেম অহম অসি খংনিংদুনা শ্রীনবদ্বীপ ধামদা জন্ম ওইখি। অসিগুম্বা প্রভুনা মনাই শ্রীরূপসনাতন গোস্বামিনচিংবদা ঐখোই লাইরিক খরা খনমদ্রবদি শ্রীবৃন্দাবন মশক খংদদুনা কলি জীবশিং রাম্না অন্নাবা ওইরগনি তাকপিবদগী গ্রন্থশিং প্রভুগী কৃপানা লেংখি, চরন্দা কংখি অশোই অঙাম কয়া তাকপিখি অমসুং চুমথোকপি। মরম অসিদগী মুং পাব লীলা, রস, প্রেম, ভক্তি কয়া ফোংদোকুনা থম্বিরমবনি।..

সকৃদধরসুধাং স্বাং মোহিনীং পায়য়িত্বা ;
সুমনস ইব সদ্যস্তত্যজেঽস্মান্ ভবাদৃক্ ।
পরিচরতি কথং তৎপাদপদ্মং নু পদ্মা ;
অপি বত হৃতচেতা হ্যুত্তমঃ শ্লোকজল্পৈঃ ॥ ১৩

পরিজল্পিতং—উজ্জ্বলনীলমণি—

(২) প্রভোর্নির্দ্দয়তা শাঠ্য চাপলাদ্যুপপাদনাৎ।
স্ব বিচক্ষণতা বক্তি র্ভঙ্গ্যা স্যাৎ পরিজল্পিতং ॥

---

মরমসিনা হে ভ্রমর খোইমু নংসু লৈ পুন্নমক লৈমন চলহনবনি খোইমু নংগী নবুঙো খোইনিংখো (শ্রীকৃষ্ণ) মাবু ঐখোইনা করম থাজগনি। অচুম্বতনা মশাগী ধর্ম্মনি হাইবা ঐখোই ভমলরোই মসি ফোংদোকই। হাইবদি শাস্ত্র নিংথিনা থংলবা মুনি গর্গাচার্য্যনা "নারায়ণ সমো গুণৈঃ" হাইতুনা শ্রীকৃষ্ণদি নির্দ্দোষনি শাস্ত্রগী বচন্নি হাইরবসু হে ভ্রমর! খোইগী নিংথৌদি খোইমুনি, খোইমুগুম মহৌশানা শঠতানি নির্দ্দয়ত্বনি, চপলতা, বিচক্ষণতা, অকৃতজ্ঞতা প্রেম শুন্যত্বনি হাইবা ফোংদোকই, হৃদিদদি—ঐ শ্রীকৃষ্ণনা অপরাধি ওইরবীনি হাইনা নিংশিংঙি—তথাহি নৌকাবিলাসে 'ঐ' ভুজঙ্গিনী মুখে কৃষ্ণের আশা বলে, হৃদয়ে অন্য দেবতা ভজন করি। কৃষ্ণের নিকটে দূরে জাও বলি। নৌকা বিলাস লীলাদা, থা মচেৎ শাবা চিন্থগী চন্দন থিনখি রাধানা, ঐগী ইবুঙোনা তাকপিখি — ঐ লিল অমোম মপান থোংদনা কৃষ্ণ মঙাইবা, থম্মোই মুংদনা অতোপ্পা দেবতা নিংবীনি, কৃষ্ণ নাক্তগী লাপ্পা চৎপ্রো হাইবিখি তাবদা ঐনা শাওখি—হে রাধে নংগী লাইবক্তা অর্দ্ধচন্দ্র তিলক তোরে মহাদেব নিংবীনি নংদি, হৌজিক ঐ করি তৌগনি।

তথাহি বিদগ্ধ মাধবে—

(ক) সা সৌরভোর্ম্মি পরি দিগ্ধ দিগন্তরাপি ;
বন্ধ্যাং জন্তুঃ স্তুতন্নু গন্ধ ফলী বিভর্ত্তি ।
রাধে ন বিভ্রমভরঃ ক্রিয়তে যদঙ্কে ;
কামং নিপীত মধুনা মধুসূদনেন ॥

(খ) হে গোবিন্দ গোকুলানন্দ গোষ্ঠেন্দ্র কুলচন্দ্রমা ।
হে গোপীনাথ বৃন্দাবন বিধো গোষ্ঠ যুবরাজ মনোহর ।
ইত্যাদ্যা ব্রজদেবীনাং প্রেয়সী প্রণয়োক্তয়ঃ ॥

---

(২) শ্রীকৃষ্ণ মুংশি হৈত্তবা, মুংশি মশক খংদবা, লৌনম্বা অমম্মুং পুক্লিং তয়াং-তশোইবা, মশাগী য়াম্না বিচক্ষণতা ওইনা ফোংদোকপা ভঙ্গিগী লিচৎপু পরিজল্প কৌই ।

(ক) নোংমা ললিতা বিশাখা অনি পুল্লগা শ্রীকুঞ্জদা শ্রীরাধাগী মকমদা রারিসি শাখি, হে স্তুতন্নু তানফম অসি য়াম্না লুরবনি মতাং অসিদদি চেকশিনবিরো নিংথিনা, ফজনা শাৎলবা লৈহাও লৈনমনা মাইকৈ পুন্নমক শিন থুংগ্রে হাইবসি চুম্নবনি, মরম অসিনা লুরিবদি আশা পুম্নমকসি বিফল ওইরবা (মহৈ য়াস্রবা) মপোক তারগনি, মরমদি—হে রাধে ভ্রমর কৃষ্ণ মধুসূদনসে মনিং তম্না মধুপান তৌরে মহাকী ক্রোড় (তম্বাক্কী) বিভ্রম লীলাসে প্রকাশ তৌরম্নু, মতুদা পুন্সি শাংলুহুনা করম্বা প্রয়োজন কংগদগে ? রা অসি তাবদা শ্রীমতি "রাধা দুখিনী সদায় কলঙ্কিনী" মতাং অসিদা নৌহৌনখি ।

(খ) হে বৃন্দাবনগী থাজ গোবিন্দ, গোকুলবু নুংঙাইহনবা গোষ্ঠ কুলচন্দ্র, হে গোপীনাথ, হে গোবিন্দ গোষ্ঠ মনোহর যুবরাজ, অসুম্না ব্রজদেবী রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু বিলাপ তৌখি ।

অন্তর্দ্দশায়াম্—তববিরহে গীত গোবিন্দ—

(গ) বসতি বিপিন বিতানে ত্যজতি ললিত ধাম।
লুঠতি ধরনী শয়নে বহু বিলপতি তব ধাম ॥ ৫/৪

তববিরহে—

(ঘ) কিং করিষ্যতি কিং বদিষ্যতি চিরং বিরহেন।
কিং ধনেন জনেন কিং জিবিতেন গৃহেণ বা।
চিন্তয়ামি তদাননং কুটিলভ্রু মনোহরেণ।
শোন পদ্মমিরোপরি ভ্রমতা কুলভ্রমেন চ ॥

---

(গ) হে মধুমতি ! বৃন্দাবনগী নিকুঞ্জ বন্দা লেংবিরক্কনি তাজখি। কাউওমত্রেবা বদন চন্দ্র দর্শণ ফংজগনি খঞ্জরুবত্নুনা কুঞ্জবু থাদোক্তুনা কোইনা কোইনা চত্তুনা য়েংজবা, ইবুঙোগী নাম শোন শোন্দুনা থাংজবা, লৈমাই-থক্তা ওন থোইনা বিরহ দশা ফংজখিবা, ননাইমা ওসিদি কাউওমদনা বিলাপ তৌরৈ।

"শাগৈগীসু মৌনিদো কিজবসু মীনোক্তো কিজখিদো তত্তুনা ; ফংজনিংবসু ফংত্রেদো উজনিংবা মাইথোং পোকহনবীয়ু মীপোক্তো ; সথা ওইবা পুন্সিদো, পামজত্রেনে মপোকসে তোল্লবীগী মীপোকসে উজনিংই তত্তুনা য়ুমদসু বন্দসু লৈনিংই চরণ নাক্তা অহিং সুংখিল।"

(ঘ) কিং করিষ্যতি······মসি শ্রীকৃষ্ণনা রাধানা হাইখিবনি। ওহিদি ইবেম্মনা অমুক নিংশিংত্রে। হে রাধিকা নাথ ননাই রাধাদি বন্দা চাওজবীনি, পণ্ডত্রময়গী মুখদগী শরুকপা মুংশিবা নংগী হিংজক্তা ওমবা ঈশৈদো ভাহনবিরো। হৌজিক কৈদৌনি রাধানা শাংলবা মতম কয়া কাইনরে লেংবিরক্রে, লেংলকখিনি থাজরম্বনা ঐগী হেহনা লল ওইজহুনা হিংজক্কবা মপোক ১দি পুন্সি করি কায়খিনি,

তথাহি হংসদূতে—

(ঙ) প্রয়াতো মাং হিত্বা যদি কঠিন চূড়ামনিরসৌ ;
প্রয়াতু স্বচ্ছন্দং মম সময় কিল গতিঃ ।
ইদং সোঢ়ুং কা বা প্রভবতি যতঃ স্বপ্ন কপটা ;
দিহায়াতো বৃন্দাবন ভুবি বলান্মাং রময়তি ॥

তথাহি—গোবিন্দলীলামৃতে—

(চ) বিধায় রাধাং ললিতা বিশাখয়ো, র্মধ্যে তদং শার্পিত বাহুরচ্যুতঃ ।
গায়ন্ স গায়ন্তিরলং কদাপ্যসৌ, বভ্রাম নৃত্যন্ সহ নর্ত্তকী গনৈঃ ॥

---

থরাইগী লৈফম ওইবা য়ুম অসি মপু লৈত্রবনি করি ওইগনি রাধাগী কান্নদ্রবা মীপোক। খোই-খোইনা ফজরবা পিশুম পুক্লিং হুনা য়েংজরিবা থম্বালশুম নিংথিবা মাইথোংনি, চংব ধর্ম্মস্থ কাউথোকচৈ কোইচৎ চৎনা শোঞ্জরুবদি ফজ্জগ্রবা চীংগ্রাও কৌবা লৈগদ্মে।

(ঙ) অসুম ওইবা কঠিন চূড়ামনি ব্রজগী কৃষ্ণনা, লাইবক থিবী রাধা ঐবু হুন্দোকপিরম্নগা চৎক্রে লেংখ্রে। লেংবিরো লেপনমক মতমগী খোংলৈনা মনিংতম্বা খোংচৎনা। মসিবু থাংজন্বা ঙম্বা কনা লৈগনি, স্বপ্ন কপটদা ঐগী বৃন্দাবন্দা লেংবিরম্লিম্মি, নিংতম্না রাধাবু রমনলীলা কংহনবি। হে হৈশিংবা রমনগী মবুঙো! তাইবংসিদা লেংবিরকলোগবা বিলাপ তৌরি।

(চ) চায়রবী ললিতা বিশাখা ২গী ময়াইদা চৎচরবী রাধা ২গী লেংবান্দ ইথুৎ থমজহুনা, জগোই শাবী ময়াম্না শুংশিরবা ঈশৈ, লোইন লোইননা শরুকপা, থারুকপা তাল কয়া কয়া লোইনহুনা রাধাগী লেংবান্দা শ্রীহস্ত পম্মনা শোকপিহুনা শ্রীরাস মণ্ডলদা জগোই শাবিথিবা গোবিন্দবু করম্বা মতমদা অমুক ফাংহনবিরকনি।

কিমিহ বহু ষড়ঙ্ঘ্রে ! গায়সি ত্বং যদুনা :
মধিপতি মগৃহাণা মগ্রতো নঃ পুরাণম্ ।
বিজয়সখসখীনাং গীয়তাং তৎ প্রসঙ্গঃ ;
ক্ষপিত কুচ রুজস্তে কল্পয়ন্তীষ্ট মিষ্টাঃ ॥ ১৪

বিজল্প—

(৩) ব্যক্তয়া সূয়য়া গূঢ়মান মুদ্রান্তরালয়া ।
অঘদ্বিষি কটাক্ষোক্তি র্বিজল্পো বিদুষাং মতঃ ॥

অন্বয়ানুবাদ—(মখল মথা অয়াম্বা খোম্বাংনা মহাকী খোজান কংম্রবগী কৃষ্ণবু শিংখাদুনা ঈশৈ শকলি থল্লদুনা হাইখি) ষড়ঙ্ঘ্রে= হে মখোং তরুক পানবা খোইমু! পুরাণং=মমাংঙৈদা তাখ্রবা, যদুপতি=যদুবংশগী মপুনা মকম অসিদা য়ুম থাদোক্লগা বন্দা লৈরবা করিগুম্বা অমা দান তৌবা ভমজত্রব। ঐখোই পুম্নমকী মাংদা মংনা রা কয়া হাইরি করিগুম্বা কান্দ কংগে নিংলিবনি, বিজয়সখ-সখীনাং=জয় পামলিবা অর্জ্জুনগী সখানা সখীশিংগী মমাংদা, তৎ-প্রসঙ্গ=অদুগুম্বা প্রসঙ্গ ওইবা ঈশৈদো, গীয়তাং = শকলিবা, ক্ষপিতকুচরুজঃ = আলিঙ্গন তৌবদা রাখিবা স্তনপিড়া ফংলবী গোপিশিংনা, ইষ্ট=পামজনা মাবু পূজা তৌজখিবা, তে=মহাকী, ইষ্টং=অপাম্বদু, কল্পয়ন্তী=থুনমক খোকহনবিয়ু হাইখি। ১৪

---

(৩) গূঢরূপ মানমুদ্রা থম্মোই ম্লুংদনা অথুপ্পা অমা, মপান খোংদনা য়াম্ল ফোংবা অসূয়া প্রকাশ তৌবা হাইবদি মধ্যবর্ত্তি ওইনা কৃষ্ণগী মফমদা শাওনা উপহাস ওইদুনা মীচি থেকনা ফোংদোকপা ভঙ্গিবু বিদ্বানশিংনা বিজল্প কৌই হাইনা উজ্জলনিলমণিনা হাইরি।

তববিরহে—গীত গোবিন্দে—

(অ) রণতি পিক সমবায়ে প্রতিদিশ মনুয়াহি।

হসতি মনু জনিচয়ে নিজবিরহ মপলপতি নেতি॥ ৫/৫

তত্র পূর্ব্বরাগঃ উজ্জ্বলনিলমণিঃ—

(আ) রতি র্যা সঙ্গমাৎ পূর্ব্বং দর্শণ শ্রবণাদিজা।

তয়ো রুন্মীলতি প্রাজ্ঞৈঃ পূর্ব্বরাগঃ স উচ্যতে॥

৮ পৃঃ ৩৮/১ শঃ

---

(অ) য়েংউ ইত্তা শ্রীকৃষ্ণসে রাহোং লাবা অমোম শঙ্গু শঙ্গুনা নোইনা কেনা কেনা জগোই শায়, খোংলি, কেনৈ, খোম্থাং য়ৈনা মাইকৈ শিনখুংনা, মখোই মতৌ অমদি খোঞ্জেন তারগা হরাওরি মানা, অচুগুম মীওই কয়ানা নোকচৈ হরাওজে তভুনা অত্তুবু কাইন মৈশা ফংলশিংদি কপচবনা থাইন মৈশা লাংলি। মসি জগৎ পুম্বগী হৌনশানে। অসুম্না রাধানা বিরহ দশা ওইরি।

(আ) অচুম ওইবা রতি প্রেম সঙ্গমগী মমাং ওইথিবা দর্শণ ১দি শ্রবণনচিংবা বিভ্রম কয়ানা প্রেমিক প্রেমিকাগী উন্মীলন ওইবা হাইবদি বিভাব ওইত্থনা য়াম্না হজোই-মুংশি-চান্ন আস্বাদমত্তী ওইবা প্রেম পূর্ব্বরাগ কৌই হাইনা অথংব পণ্ডিতশিংনা লৌনরম্মে।

মন্তব্য—শ্লোক অসিগী পূর্ব্বার্দ্ধনা অসূয়া মান গর্ভ কোংদোকই উত্তরার্দ্ধনা উপহাস কটাক্ষনা শ্রীকৃষ্ণদা উংলি। হাইবদি নবুঙোলো অহানবদা সখা সুবলগী মরূপ ওইরম্মি, হৌজিক্না পাণ্ডবকী বিজয়-সখা অর্জ্জুনগী মরূপ ওইরি হাইবা ফোংদোকই, হাইবদি হে ষট্পদ হে মধুপতি "শ্রীকৃষ্ণ আমাদের পরিত্যাগ করায়াছেন—আমি পঞ্চগানোপজীবী যদি বল।" শ্রীকৃষ্ণনা ঐখোই পুম্বা থাদোক-পিরমলে, ঐখোইদি শা বণ লেবানা হিংজবিনি।

হে মখোং ৬ পানবা ভ্রমর নহাক্কী নখোংদি ২ তনি, মরমসিনা মখোং ৪ পায় পশুগা য়েংনবদা মখোং ২ পানবা মীনা বুদ্ধি হেনফম ওই। নহাক অসি মখোং ৬ নি হাইরগা মখোং ৪ পানবা শাগা য়েংনরুবদা থরদি য়াৎলে। মরম অসিনা নহাক অসি তম্মাই পশুনি কদাইদগী ঈশৈনো, করিগী ঙংলি (খোংলি) বুদ্ধি হিননি নং করিগী খংদ্রিবা। মরম অসিনা গান তৌগনু "হে ষড়ঙ্ঘ্রে ইতি পশু ত্বাবচ্চতুষ্পাৎ ত্বং ষটপদঃ সার্দ্ধ পশুঃ কুত্র কিংবা গাতুমুচিতমিতি বুদ্ধ্যা ভাবার্থ জানাসি পশুত্বাৎ কিন্তু তব পশুত্বাৎ তুভ্যং বয়ং ন কুপ্যামঃ" সারার্থদর্শিনি "শ্রীবিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিপাদ" অদু ওইরবদি কদাইদা খোংলুগনি (ঙংলুগনি) মতুগী পাউতাক হাইবিগে। নহাক থবক অমা তৌ নং খোংলিবসিদি জাতিগী স্বভাবনি হাইতুনা, নহাক্কী অসিগুম্ব অর্জ্জুন সখা কৃষ্ণনা মথুরা বাসি সখিশিংগী মফমদা কির্ত্তণ তৌরুরো। অদুগুম্ব শ্রীকৃষ্ণদো মমাংঙৈদা মফম অসিদা লৈরম্ই। "সুবল সখা" ওইরম্মি হৌজিক অমুক ইলাপ লাপুনা অর্জ্জুন সখা ওইখরে। অমুক হন্না কৃষ্ণনা জয় ওইরে খুদুম চল্লে অসি হাইদুনা মহাক্কী মমিং "বিজয়" কৌরিরনি। অসিগুম্ব বিজয় অসিগা শ্রীকৃষ্ণ অমুক হন্না মরূপ ওইরে, করি করিগুম্ব মফমদা সখ্যতা অসি পুল্লগসু লৈ। অসিগুম্ব মহাক্কী "বিজয় সখা" কৃষ্ণসে হৌজিক সখি পুম্নমক অসি মথুরাগী রমণীনি, মখোইগী মফমদা চৎলিবা লোনম্ব কৃষ্ণগী গুণ পুম্নমক শকলি। অসিগুম্ব কৃষ্ণ সখি মথুরাদ লৈবী রমণীশিংগী অপাম্বনা রারবদ হৌজিক শ্রীকৃষ্ণসে লাপথোকখরে। অরাব অসিনা লাপথোকপ্রবদা মীমা হাইনৈ, মখোই অসি মীশিংগী বন্দনা গান তৌই অমদি প্রিয় সখান তাই

মখোই পুন্নমকপু মীওইবনা কয়া থল্লি করিগুম্বদা দানস্ম তৌই। মরম অসিনা নংনা মফম অসিদগী মহাক্কী মনাক্তা গান তৌরুরো। মফম অহুদা চৎলগা ঐখোইগী তুরবস্থা অসি বর্ণনা তৌবিরু অমস্তুং নহাক্কী প্রভু শ্রীকৃষ্ণগী কপট গুণস্নু শকউ। অতু ওইরবদি শ্রীকৃষ্ণ সখিশিংনা মখোইগী মাইকৈদা লাইবক ফৈ থনগমি অমস্তুং অহুনা মরম ওইদনা ইকাই খুম্নবা অমস্তুং ব্যবহার থোইদোকপা মুণ্ডাইবা কংবা হাইবদি অভাংদা অপাম্ব পোৎ পিবা মতুমক হাইনরি, নংনা মফম অসিদগী মফম অতুদা চৎলো। মফম অসিদনা ঐখোই অসে কল্লবা কৃষ্ণ বিরহ তাপ য়ারিবনি, অসিগুম্ব কৃষ্ণগী মফমদা প্রেমগী অভিনয় অমস্তুং লোনম ঐখোই মুম্বা থংই। মরম অসিনা মফম অসিদা অমুক করি মহাক্কী গুণ কির্ত্তণ অমদি মান তৌরি ফজবা ওইরোই, অমতা ভাইরবা অনুভব শক্তিনা নত্রগা বুদ্ধিনা ভমলোই। তাবদ পুক্লিংনা থংই মতুগী মতুং ইন্না গান তৌরি। পায়ক অহবুম্ব থওইদে, মতুদা অমুক হন্না হাই—মফম অসিদগী অতোপ্পা মফমদা চৎলো। অসিগুম্ব কৃষ্ণগী চান্নবী মথুরাদা নৈবী সুপীশিংগী মনাক্ত চৎথরো। অসিগুম্ব শ্লোক অসিদা "বিজন্ন" কৌবা চিজল্লগী ওগুবা ভেদতা কোংদোকই।

দিবি ভূবি চ রসায়াং কাঃ স্ত্রিয়স্তদ্দুরাপাঃ ;
কপট ! রুচির হাস ভ্রূবিজৃম্ভস্য যাঃ স্যুঃ।
চরণ রজ উপাস্তে যস্য ভূতি র্ব্বয়ং কা ;
অপিচ কৃপণপক্ষে হ্যুত্তমঃ শ্লোক শব্দঃ ॥ ১৫

তথাহি—গোবিন্দলীলামৃতে—

(ই) কাননে সুধাংসু কান্তি শুভ্র মঞ্জু বিগ্রহে ;
পুষ্পিতে সমস্থগাস্থ মে প্রিয়ালিবর্গ হে।
রন্তুমত্র বাঞ্ছিতানি চিত্ত বৃত্তি রুদ্ধহে ;
দেবমস্তু কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কৃষ্ণ কান্ত হে ॥

অন্বয়ঃ—কপট ! =লৌনম খোইমু ! দিবি=স্বর্গদা, ভূবি= পৃথিবীদা, রসায়াং=রসতলদা, যাঃ স্ত্রিয়স্যুঃ=স্ত্রি কয়া লৈবনি মখোইগী মমুংদা, কাঃ=করম্বা মুপীনা, রুচিরহাসভ্রূবিজৃম্ভস্য= লৌনম তৌবা মীগী পুক্লিং হুবা মিৎচি মিৎলৈদো, তৎ দুরাপাঃ= মথু ফংবদা অরাবনে, ভূতি=লক্ষ্মিনদি, যস্য চরণরজঃ উপাস্তে= ইবুঙো (শ্রীকৃষ্ণ) গী চরণবু সেবা তৌরি, বয়ং কা=ঐখোইনদি করম ফংদ্রিবনো, অপি=শ্রীকৃষ্ণবু, উত্তম শ্লোক শব্দঃ=উত্তম শ্লোক শব্দ ব্যবহার তৌরি, কৃপণপক্ষে=তোল্লবশিংদদি করি হাইগনি ॥ ১৫

---

(ই) হে চান্নরবীশিং ! ঙসি অসিগুম্ব বনসিদা মুংশিরবী সখি খোইমুশিংনা, চান্নজব সথা থিবিক লোইননা, থাগী মঙাল থাবলগা চান্নজব থরোনা পংতি পংতি শাৎলবা মাগী মাগী ফজব গুণ গুণ হাইবা ঈশৈ শুংদুনা কুমুদ বন তম্না পাইদুনা খোইমুগা থরোগা চান্নববু উরুরগা রাধা ঐস্নু পুক্লিং অভিলাষ পোক্লুনা (পুক্লিং থম্মাল শাতুনা) হে কৃষ্ণ হে কান্ত হাইদুনা হন্না হন্না শোঞ্জবদু ফংহনবিয়ু।

উজ্জ্বল—

(ঈ) হরে কুহক তাখ্যানং গর্ব্ব গর্ভিতয়ের্ষ্যয়া।
সাসূয়শ্চ তদাক্ষেপো ধীরৈ রুজ্জল্ল ঈর্য্যতে ॥

তথাহি—

(উ) মুরলী বাদন সময়ে অন্তর্গৃহ নিরুদ্ধ গোপিভিরপত্যানি,
মাতা পিত্রাদিশ্চ ত্যক্তানি যথা সম্ভবং জ্ঞেয়ং ॥

তথাহি—

(ঊ) হে রাধে বৃষভানু ভূপতয়ে হে পূর্ণচন্দ্রাননে কান্তে।
রমণীয় কোকিল রবে বৃন্দাবনেশ্বরী রাধিকে।
হে মদ্প্রাণ পরায়নে চ সুভগে হে সর্ব্বযুথেশ্বরী।
আগত্য ত্বরিতং ত্বমত্র বিপিনে মাং দিন মানন্দয়।
হে বৃন্দাবন নাগরী গুণনিধে হে দামোদর প্রেয়সি।
হে ললিতে প্রিয়সখে প্রাণাধিকে পাহি মাং।
হে শ্যামে সুভগে স্বভাব চপলে চিত্রে বিশাখাপ্রিয়ে।
হে চন্দ্রাবলি শ্যামলে ললিতে হে তুঙ্গবিদ্যে রমে।
হে ভদ্রে সুখদে চ চম্পকলতে হে স্বর্ণরেখে স্বভে।
অন্যা যাঃ মম বল্লভাঃ ব্রজপুরে তাস্তূর্ণ মাগচ্ছতাম্ ॥

---

(ঈ) গর্ব্ব গর্ভ ঈর্ষ্যানা মরম ওইদুনা হরি শ্রীকৃষ্ণদা অসূয়াগ লোইননা কাঠিন্য ওইনা মতম্ পুম্নমক্তা উৎপা ভঙ্গিবু উজ্জল্ল কৌই। শ্রীকৃষ্ণ বিরহ দশাদা রাধা দিব্যোন্মাদ অবস্থা কংথি।

তথাহি—গীত গোবিন্দে—

(ঋ) পততি পতত্রে বিচলতি পত্রে শঙ্কিত ভব দুপযানম্।
রচয়তি শয়নং সচকিত নয়নং পশ্যতি তব পন্থানম্॥ ৫/১০

---

(উ) "কৃষ্ণ প্রেম অমূর্ল্য গুণ হয়ে·········।" শ্রীকৃষ্ণ প্রেম থরদ ওইগুম নিংই আশাগী অনুরাগদি ভমথৈ লোমদে, রাসগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণনা রাস মণ্ডলদা লেংশিন্দুনা ক্লী কামবীজ হাপ্লুনা মুরলী মখোন্না লম্বী ওইদুনা শ্রীচরণান্তিকস্থদা যৌরকখি। মতাং অসি শ্রীজীব গোস্বামিনা সিদ্ধ সেবাদা কুপা ফংজখি।

(ঊ) অসুম্না শ্রীকৃষ্ণনা মরু মরু ওইবী গোপিশিং মিং হাপ্লুনা খোংব মুরলি খোঙ্গেন তারবদা শ্রীরাস লীলাগী যাত্রা তৌখি, কনা কনাগুম্বী গোপি থরদি মবুং মৌপুং পিতৃ মাতৃশিংনা থোং লোনশিন্দুনা থিংখি, মতাংসিদা সংসার বিষয় থাদোক্লবী গোপিশিং শ্রীকৃষ্ণতবু ধ্যান তৌজবদা হৃদিদগী হৌরকপা মৈনা মশা পুম্বা চাকুনা সিদ্ধ দেহনা শ্রীকৃষ্ণ ফংখি। মতাং অসি নিংশিংলক্লুনা রাধিকানা গীত অসি শক্লুনা উদ্ধব মাগী মফমদা বাহুদশাদা চিত্রজল্পগী "উজ্জল্প" না কৃষ্ণ বার্ত্তা হংজৈ।

(ঋ) হে রাধে! অদুম ওইবা কৃষ্ণ পক্ষিনা, উফৈথক্তা তোংলে, নহাক্কী (রাধাগী) লম্বী য়েংদুনা ভাইরি লাক্লরোইদ্র হাইনমু। উফৈ থক্তগী উফৈ থক কোইন কোইশাই পাইরি উশা থুদিং তোংদ লৈতে উনানা তত্তুনা কেল্লি।

(৯) মুখ মধিরং ত্যজ মঞ্জীরং রিপুমিব কেলি সুলোলম্ ।
চল সখী কুঞ্জং সতিমির পুঞ্জং শীলয় নীল নিলোচলম্ ॥ ৫/১১

---

(৯) হে সখী রাধে ! কুঞ্জদা লেংবিরো অভিসার, চরণগী নূপুর লৈতেংবিরম্নু, যত্ন তৌবিয়ু মখোনবু, মাহৈ মকা লাম্বিরনু ভূষণ লৈতেং থাদোকপিরো, অন্ধম্বনা ফুইনা মম্ন ব্রজপথদা লেংবিরো, নিলবস্ত্র ধারণ তৌবিরো ।

মন্তব্য—মকম অসিদা শ্রীরাধাগী উক্তি "মোহিনীম্ অধর সুধাং পায়য়িত্বা" হাইবসিনা ঐখোই পুম্নমকপু মোহিনী অধরসুধা পিথক্লগা শ্রীকৃষ্ণগী লোনম অসিনা ঐখোইবু থাদোকখি, কৃষ্ণগী মুংশি হৈতবা থোজান লৈতবদু ফোংদোকই । অমুক হন্না "ভবাদৃক্" শব্দ অসিদা খোইমুগী সঙ্গদা কৃষ্ণগা চাংদমনিঙাই ওইবা খোইমুগী মত চঞ্চলতা স্বভাব অদু থংনরি । "পদ্মা অপি বতহৃতচেতা" লক্ষ্মী দেবীনা মহাক্কী মনোহর ওইবা খোইথুম্নবা লোনম্বা অসিগুম্ব য়াঙাং অসিদা লক্ষ্মীগী শেংলবা পুক্লিং চেৎলবা য়াফম কয়া ফোংদোকই ! মতৌ অম্নুম্না ঐখোইনা লক্ষ্মীবু থোওইদবা য়াঙাংনা, কৃষ্ণসু রাধাবু প্রেম লৈতবা মওংদা ফোংদোকই ।

হে কপট ভ্রমর ! ঐখোইগী মুঙাইনবগীদমক শ্রীকৃষ্ণবু মকম অসিদা থাবিরক্লে, মসি নহাক্ক হাইংদ্রিবস্নু, মরমদি স্বর্গদা লৈবা, পৃথিবীদা লৈবা অমসুং পাতালদা লৈবী রমণী পুম্নমক্না, কনা কনাগুম্বী রমণীশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী পিগুম্না কামগী লিরুং ওমজবা মিৎয়েং মুংশিবা শ্রীকৃষ্ণবু উরগা ফংনিংলোইদবা লৈবরাও ? মহাকস্নু রমণীশিংবু ফংহনিংলিবনি । স্বয়ং লক্ষ্মী দেবীনা মহাক্কী চরণ ধুলি সেবিকানি

বিসৃজ শিরসি পাদং বেদ্ম্যহং চাটুকারৈ ;
রনুনয় বিদুষ স্তেহভ্যেত্য দৌত্যৈ র্মুকুন্দাৎ।
স্বকৃত ইহ বিসৃষ্টা পত্য পত্যন্যলোকা ;
ব্যসৃজদ্ কৃত চেতাঃ কিংনু সন্ধেয়মস্মিন্ ॥ ১৬

অন্বয়ানুবাদ—পাদমূলে = পাদমূলদা চংশিল্লকলিববু ঙাকপিয়ু হাইবনি খন্দুনা হাইখি, শিরসি = নহাক্কী নখোংদা কোকনা শোক্লগা ঐগী খোংবু, বিসৃজ্য = থাদোক্লগা, মুকুন্দাৎ অভ্যেত্য = মুকুন্দগী মফমদিদা লাক্লগা, দৌত্যৈঃ = দুতকী কর্ম্মদা, চাটুকারৈঃ = হৈ শিংব তে = নহাক্কী লৌনম পুন্নমক, অহং বেদ্মি = ঐ মুন্না খংলে, অকৃত-চেতাঃ = লৈশি লৈথোস্রবসু, স = মানা (কৃষ্ণনা), স্বকৃতে = মশান শেমজরগা, ইহ = ব্রজ অসিদা, বিসৃষ্টা পত্য পত্যন্যলোকাঃ = লংথোক্লমলবা মচাশিং মশুশিং অতোপ্পা লোক স্বর্গনচিংবা ঐখোই পুন্নমকপু, ব্যসৃজৎ = থাদোকপিখ্রে, তস্মিন্ = অদুগুম্বা মতোন্দা, কিংনু সন্ধেয়ং = করম্ব মতমদা ঐখোইনা ব্যবহার তৌরগদগে ? ॥ ১৬

---

মহাক্কী মনাক্তা লৈরবসু ঐখোইগীদি করিগী ওইরোইদবা। মরম পুন্নমক্তা ঐখোই অসে মহাক্কী অপাম্ব অদু তৌরিবনি। অমুক হন্না অপাম্ব ওইহ্রবী লাইবক থিবী ঐখোইগী মাইকৈদা অদুগুম্ব পুন্সগী মিংচৎ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী সংবাদ বাক্য অসি ফংগনি থাজদ্রে ॥ ১৫

ও হে মধুকর ! নংগী খোংবু নকোক্তা হাপ্পনি মদু থাদোকউ। শ্রীকৃষ্ণগী মফমদগী শিক্ষা তৌরগা দুতকী কর্ম্মনা প্রিয়বাক্যনসু মরম ওইদুনা পেলহন্নবা নহাক্তা মহাক্কী পুন্নমক য়ানবা তৌরিবদু ঐ মুন্না খংই। নংনা নবুঙোগী পাউ পিরগা (তম্নগা) মহাক্কী মফমদা

সংজল্প—

(এ) সোল্লুণ্ঠয়া গহনয়া কয়াপ্যা ক্ষেপ মুদ্রয়া।
তস্যা কৃতজ্ঞতা হ্যাক্তিঃ সংজল্পঃ কথিতো বুধৈঃ॥

ললিতমাধবে—প্রলাপ—

(১) ক নন্দ কুল চন্দ্রমাঃ ক শিখিচন্দ্র কালঙ্কৃতিঃ
ক মন্দ্র মুরলীরবঃ ক নু সুরেন্দ্র নীলদ্যুতিঃ
ক রাস রস তাণ্ডবী ক সখি জীব রক্ষৌষধি ;
নিধি র্মম সুহৃত্তমঃ ক তব হন্ত হা ধিক্ বিধিঃ।

---

অনুরাগ পোকলিবনি। তৌইগুম্বসুং মহাক্রা ঐগী মকমদা করিগুম্ব কান্দ চিত্ত সমর্পণ তৌদে। কৃষ্ণগীদমক্তদি ঐখোইনা পতি-পুত্র-নচিংবা অমসুং পরলোকী ওইবা হাইবদি পরলোক্তা তৌবা থবক পাংথোক্রবগীদমক পুম্নমক অসি থাদোক্লগা ঐখোই পুম্নমকপুদি থাদোকপিরিনে মতৌশুম নহাকী নবুতোগী মরমদা ঐখোই পুম্নমকী বিশ্বাসযোগ্যতানা তিম্নরগা অমুক করি ওইগনি। ১৬

(এ) সোল্লুণ্ঠ হাইবদি উপহাসাত্মক—নোক্নহুনা থংহনবা, অকৃতজ্ঞতা তৌবিমন থংদবা মনাই ওইববু য়েক্লবগুম ওইবা অমদি প্রেম শূন্যত্ব অনিত্যথনি হাইনা আক্ষেপ তৌবা ভঙ্গিবু সংজল্প কৌই।

(১) প্রোষিত ভর্ত্তৃকা শ্রীরাধানা হে সখি ললিতে নন্দ নিংথৌ মচা ইবুঙো কুলচন্দ্রনা কদাই, থাগী মকোইগুম ইংন ফজব শিখি-চন্দ্রনা কদোমদা, বিম্বাধরদ মুরলী খোংবা মুরলী বাদকনা কদাই, ইন্দ্রনীলমনি কান্তি দ্যুতি ওইব ইবুঙোনা কদোমদা, শ্রীরাসমণ্ডলদা তাণ্ডব জগোই শাগিবা রাসবিহারীনা কদাইদা, লাইবক থিরী

রাধাগী পুন্সিবু কনবিবা ঔষধিগী মশক ওইব নারায়ণ দেবনা অমুক কদোমদা, চান্নবী ইত্তা ঐগীত নত্তনা নহাক্কীসু সুংশি চান্নবা ওইব প্রেমময় পরমেশ্বরনা কদাইদা লেংঙ্গবা, অবাবনি অবাবতনা ঐগী ইশরক ওইহনবা হে বিধি নোংদমবা নংগী থুৎশেম কলমল্লি।

শ্রীকৃষ্ণ প্রিয়াশিরোমনি শ্রীরাধাগী মুখদা মথুরাবাসি রমণী পুম্নমক্কা মরম ওইরগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মতৌ অসিগুম্ব মপুং ফাব মিংয়েং, রাভাং অমস্তুং অপেক্ষানচিংবা পুম্নমক অসি তারবা উরবা উদ্ধবনা পুক্লিংদা খল্লি মতুদি কৃষ্ণগী মরমদা হাইরিবা পুম্নমক অমস্তুং মিংয়েং অমত্তা ভিন্নদবে তোভাল্লে। মরমদি কৃষ্ণনা রাধাবু থৌজানবিগে হাইনা উদ্ধব ঐবু দূত ওইনা থাবিরকপনি। শ্রীধরস্বামিনা মহাক্কী টিকাদ অস্তুম হাইখি—"ভা মাত ষ্মৈবং বোচ ত্বমগ্রস্মৃত্য অনঙ্গবিক্লব ত্বাং প্রসাদয়িতুং মামাদিষ্টবান্।" উদ্ধবনা পুক্লিংদা অস্তুম খল্লতুনা অমদি রা অসিনা শ্রীরাধানা ভ্রমরগী কুঞ্জ-ধ্বনিগী মরমদা মহাক্ক অস্তুম খনখিতুনা শ্রীমতি রাধানা হাইখিবনি।

ব্রহ্মাণ্ডাদি পরব্যোম, তাঁহা যে স্বরূপগণ,
তা সবার বলে হরে মন।
পতিব্রতা শিরোমনি, যাঁরে কহে বেদবাণী,
আকর্ষয়ে সেই লক্ষ্মীগণ॥
তাতে লক্ষ্মী সেই রমা, নারায়ণের প্রিয়তমা,
পতি ব্রতাগণের উপাস্যা।
তিহো এ মাধুর্য্য লোভে, সারি সব কামভোগে,
ব্রত করি করিলো তপস্যা॥ শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতনি॥

তববিরহে—জয়দেববাক্যং—

(২) ধ্বনতি মধুপ সমুহে শ্রবন মপি দধাতি ।
মনসি বলিত বিরহে নিশি নিশি রুপমুপ জাহি ॥ ৫/২২
ধ্যায়ং ত্বা মনিসং জপন্নপি তবৈবালাপ মন্ত্রাক্ষরং ॥

তথাহি—শ্রীমদ্ভাগবতে—

(ক) বীক্ষালকাবৃত্তমুখং নবকুণ্ডলশ্রী :
গণ্ডাস্থলাধরাসুধং হসিতাবলোকম্ ।
দত্তাভয়ঞ্চ ভুজদণ্ডযুগং বিলোক্য ;
বক্ষ: শ্রিয়ৈক রমনঞ্চ ভবাম দাস্যঃ ॥ ভাঃ ১০/২৯/৩৯
কাস্ত্র্যঙ্গ ! তে কলপদায়ত বেণুগীত ;
সম্মোহিতার্য্য চারি তান্ন চলেৎ ত্রিলোক্যম্ ।
ত্রিলোক্য সৌভগমিকঞ্চ নীরিক্ষরূপং ;
যদ্ গোদ্বিজ দ্রুমমৃগাঃ পুলকান্য বিভ্রন্ ॥ ভাঃ ১০/২৯/৩৯

---

(১) খোইমুশিংনা মধুপান তৌগদবগী গুণ গুণ হাইনা ভুংলববু উরু তারুরগা নাকোং অনি মেন্দুনা থাংজে, অহিং অহিংদনা প্রাণনাথ শ্রীগোবিন্দ কাইনরে হাইবগী মৈচাক্লা পুক্লিংগী অরাবা কয়া কয়াবু তত্তনা থাংজরি। অদুম্না অন্তর্দ্দশাদা ইবেম্মনা বিলাপ তৌরি । মতম কয়া চুপ্পা ইবুঙোতবু. অতৎ লৈতনা ময়েক অনিদং ওইবা কৃষ্ণ নামবু জপ তৌজরদুনা লেঞ্জরিবী ননাই রাধানি।

(ক) গোপিশিংনা শ্রীকৃষ্ণদা হাইজরি—ত্রিভুবনদা লৈরিবীশিংনা বেণু খোঙ্গেন তারবদা পুক্লিং শুঙ্খৎনিঙাইনি, মরমদি—ব্রজ গোপিশিংদি থম্বিখো-শা উচেক ফাওব তু চুংলিরনি, অসুম্না বর্ণনা তৌখ্রে।

"কৃষ্ণজিতি পদ্ম চাঁদ, পাতিয়াছে মুখফাঁদ,
তাতে অধর মধুস্মিত চার।
ব্রজনারী আসি-আসি, ফাঁদে পরি হয় দাসী,
ছাড়ি নিজ পতিঘরদ্বার॥"
গণ্ডস্থল ঝলমল, নাচে মকরকুণ্ডল,
সেই নৃত্য হরে নারীচয়॥
সস্মিত কটাক্ষবানে, তাঁ-সভার হৃদয়ে হানে,
নারীবধে নাই কিছু ভয়॥
অতি অর্চ্চ সবিস্তার, লক্ষ্মী শ্রীবৎস অলঙ্কার,
কৃষ্ণের যে ডাকাতিয়া বক্ষ।
ব্রজদেবী লক্ষলক্ষ, তাঁ-সভার মনোবক্ষ,
হরিদাসী করি বারে দক্ষ॥
কৃষ্ণ কর পদতল, কোটি চন্দ্রশুশীতল,
জিতি কর্পূর বে না মূল-চন্দন।
এক বার যারে স্পর্শে স্মর জ্বালা বিষ নাশে,
যার স্পর্শ লব্ধ নারীর মন॥

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃতগী অন্তলীলা—১৫ পরিচ্ছেদনি।

---

মরম অসিনা শ্রীমতি রাধানা হাইখি—হে খোইমু! মতমসি থংই মদুদি কৃষ্ণগী ফজবা রূপ লাবণ্য করি হাইগনি, অরাব লৈত্তনা রমণীশিংগী মণ (মপাঙ্গল) পুম্নমক হুখরে। মহাক্কী চাংদমনিঙাই লৈত্তবা ফজপ্রবা শ্যাম বর্ণনি, পুম্নমক উরি মহাকসি কবম মশকনো ঐগী আত্মা হুখরে বর্ণনা তৌবদা ঙমলোইদৌরবনি।

মৃগয়ুরিব কপীন্দ্রং বিব্যাধেহলুব্ধধর্ম্মা
স্ত্রিয়মকৃত বিরূপাং স্ত্রীজিতঃ কাময়ানাম্।
বলিমপি বলিমত্ত্বা বেষ্টয়ৎ ধ্বাঙ্ক্ষবদ্ য-
স্তদলমসিত সখ্যৈ র্দুস্ত্যজ স্তৎ কথার্থঃ॥ ১৭

অবজল্প—

(খ) হরৌ কাঠিন্য কামিত্ব ধৌর্ত্ত্যা দাসক্ত্যা যোগ্যতা।
যত্র সের্ষ্যাভিয়েবোক্তা সোঽবজল্প সতাং মতঃ॥

অন্বয়ানুবাদ—(তৌওবসুং শ্রীকৃষ্ণ চৌথিব কর্ম্ম কয়াবু খল্লুরগা কিবৈএ মতুমক হাইখরে) যঃ=হে লৌনব খোইমু মানা শ্রীরামচন্দ্র ওইনা, অলুব্ধধর্ম্মা=ধর্ম্ম অতু পামজ্রবসু অপাম্ব শারদুনা হাত্তোকপা অতু অরেম্বনি, মৃগয়ুঃ=ব্যাধনা ভৌবগুম সুগ্রীববু মাং থাহল্লগা, কপীন্দ্রং=বানর অথোইব বলিবু, বিব্যাধে=হাত্তোকপিথি মত্তৌ অতুম্না, স্ত্রীজিতঃ=নুপীগী মখা পোল্লবসু, কাময়ানাং=নুপীগী অপাম্ব অতুমক পোকলিবা, স্ত্রীয়ং=সুপর্ণখাবু, বিরূপাং=মানা অমদি মনাত্তোনবু, অকৃত=ককথংথি, ধ্বাঙ্ক্ষবৎ=কাক্না ভৌবগুম মহাকী শরীক চাথোক্লগা কোইনা পাইরিব অমদি বামনগী মশক লৌরগা, বলিং অপি=দৈত্য রাজ বলিমকী, বলিং=মহাকী লৈরিবা সম্পত্তি অসিদসু নত্তনা পৃথিবী পুম্বা, অত্ত্বা=লৌশিল্লগা, আবেষ্টয়েৎ=খোরিনা পুনথিবা, তৎ=অতুগুম নবুত্তোগী, অসিতসখৈঃ=অসিগুম শ্যাম বর্ণ ওইরব, চায়বা মহাকী মরূপশিং, অলং=কাল্লব্রবনি মতুমক হাইরি, তৎ কথার্থঃ=মতুমক অরেম্বনি হাইরবসু ঐখোইনা থাদোকপদি ওয়াত্রিবনি॥ ১৭

তথাহি—গীত গোবিন্দে—

(গ) বৃষ্টি ব্যাকুল গোকুল বন রসাদুদ্ধৃত্য গোবর্দ্ধনং।
বিভ্র দ্বল্লভাভি রধিকা-নন্দাচ্চিরং চুম্বিত শ্রীরাধা। ৪/২৩

---

(খ) শ্রীকৃষ্ণ দুঃগুম কনবা থম্মোই অমদি নিষ্ঠুর ওইব, কামুক অমদি ধুর্ত্ত ওইবনি। মঙোন্দা আশক্ত ওইবা অকিবগী শক্তমনি, মরমসিনা আশক্তি ওইরুবসি অযোগ্যনি আশক্ত ওইরুবনা অরাবগী ইশরুক ফংবনি হাইনা ঈর্ষ্যাগা লোইননা শকলিবা ভঙ্গিবু অবজ্ঞা কৌই। উজ্জ্বলনিলমণিদা শ্রীরূপকী বাক্যনি, বৈষ্ণব তোষণী শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিগী সারর্থ দর্শিণী টীকাদসু উৎলবনি।

** হৃদিদদি—অনুতাপ তৌরি—শ্রীরাধা সদা সর্ব্বদাই শ্রীকৃষ্ণ প্রেমে নিমগ্ন হইয়া অষ্টসখী পরিবৃত্তা কৃষ্ণ বিরহ বেদনা আপ্লুতা বিপ্রলম্ভ শৃঙ্গার রসে প্রতিমূর্ত্তি আছেন। মণের দুখের কথা কি বলিবো।

(গ) ইন্দ্ররাজ পূজা তোকুগা গোবর্দ্ধন পূজা তৌরুবদগী শাওরব শোরারেন চুহন্নকপা নোং-মুংশিং, বজ্র, অথাক-অরাও কয়ানা বাহন্নবদ গোবর্দ্ধনবু ফুক্লগা ওইগী খুদোন্দা মুমিং ৭নি চুপ্পা থাঙ্গত্তুনা শ্রীগোকুল বৃন্দাবনবু কনবিবা মতমগী মুঙাইবনা মরম ওইদুনা "দশম্যাং বিস্ময় কথা বাহুল্যম্" ১০নি পানবা তিথিদা বৃন্দাবন বাসি পুরুষকা ঐগী ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণবু প্রশংসা তৌরকুবদা ইমাগী বীর অথৌব হাইনা কেমশিন্নকুনা হরাওজবন থম্মোইদগী ঈহৌরকপা প্রেম ঘন বারি মিতগী শিঙ্গরকপা শিনা দেহ পুম্ব চোকুনা ইবুঙোগী

পাম্বোম অনিবু চুপখি, ইমাগী গোপালকৃষ্ণ ইচাবু অমুক হন্না উবা ফংলরোইদ্র তেংথাখি (রাজর্ষি) অদুগুম্বা শক্তমদো ননাই রাধাসু ফংজখি। হে ইবুঙো ননাই রাধাগী বৃন্দাবন লেংবিরক্লোগবা, অম্বুন্না শ্রীমতি রাধিকানা বিলাপ তৌরি।

মন্তব্য— হে মধুকর! কৃষ্ণনা ঐবু থাদোকপিরে অনাবনি ঐনদি হকচাং অমসুং লন-থুমদগী থাদোক্তে। মসি ঐগী লাইবক ফবনি হাইগদরা। মরমদি মহাক্নদি থরাই হকচাং লন-থুম সম্পত্তি বিমুক্ত ওইখরে। মসিগী অওইবা দৃষ্টান্ত অদু হাইরগে। অসিগুম্ব শ্রীকৃষ্ণসে হৌরবা রানি শ্রীরামচন্দ্র ওইরগা ব্যাধগী মতৌগুম্না নম-হাদুনা অপরাধ লৈজদবা বানর বলিবু তেম্না খাদুনা হাত্তোকখি। ব্যাধদি মাংস পাম্বদগী পশু হাৎপনি অমসুং শ্রীরামচন্দ্রদি বানর মাংস ভক্ষণ পামলুবদগী বানর হাৎপা নত্তে। অদুম ওইনমক মহাক্ন অরেম্বদা বলিবু হাত্তোকখি। মহাক্ন অসিগুম্ব শ্রীরামচন্দ্রবু খুদুম চনবা পামলুবদগী, অপাম্বনা রারবা সুপর্নখাগী মনা অমদি মনাত্তোন অনিমক কক্তুনা বিরূপ ওইহনখিবনি। অমুক হন্না কাক্কী মতৌগুম মীনা পিজবা পোৎ চাবগুম্না মচাকপু হন্না ফাই। মতৌ অম্বুন্না মহাক্ন বামন ওইনা দৈত্যরাজ বলিনা পিবা অর্ঘ্যনচিংবা ভোজন তৌরগা ছলবন তৌদুনা মহাক্ন লন-থুম পুম্নমক হুরগা অমুক মাগপাশনা পুনখি। মরম অসিদগী অসিগুম্ব শ্রীকৃষ্ণ অসিবু ঐখোইগী মরূপ ওইবা করি প্রযোজন লৈরি। মতাং অসিদা হাইদু অদু ওইরবদি করিগীদমক অত্তৎপা লৈতনা মহাক্কী লিলাবু গুণ-গান তৌরিবনো? মদুগী পাউখুমসু ঐনা হাইরি মদুদি—মহাক্কী রা হাইবদি (মহাক্কী লিলা কথা) নিংশিংবা, খন্নুবা, শক-শোনবা অসি থাজোকদবদা সুকত্তম ওমত্রিবনি দুঃসাধ্যনি।

অসুম্বা জগৎ অসিদা শ্রীকৃষ্ণ লিলা চরিত্র অসি কর্ণামৃতগী কনিক অসিনা, হাইবদি শ্রীকৃষ্ণগী গুণ নাম কির্ত্তণ তাবদ মুত্তাই অসিনা ঐগী নাকোং অসিদা চংশিনখি অসি করি অমুক হাইগনি ওম্মোক্ন মুত্তাইবা তাক্লনত নৈনিংবনি কল হাইববু অসিনি। অয়াম্ব মী পুন্নমক্না ইহলোক অমদি পরলোকী অন্নাব অতু কোকলিবনি। মখোইগী রাগ দ্বেষনচিংবা থম্মোইগী দ্বন্দবৃত্তি পুন্নমক মাংই। মাংই হাইবদি মখোইগী য়ুম অমসুং কাইনবগী অন্নাব শাগৈ নাতৈ পুন্নমক থুদক্না থাদোকই, করি উপাইনা কৃষ্ণ ফংগদগে অসিগুম্ব চিন্তান য়াম্ন তোম্না কাংগী মতৌগুম অফ-ফত্তগী বিচার তৌরগা সন্ন্যাসবৃত্তি পালন তৌদুনা ভিক্ষানা জিবিকা ওইগ্রবনি, হাইবদি মাংদা লৈরিবা নিংখিরবা অহাও-অথুম্ব পুন্নমক থাদোক্লগা য়াম্ন তোম্ন কৃষ্ণ ফংবগী মুত্তাইবা রাখল অতুদা চংশিনগদবনি হাইনৈ। মরম অসিদগী শ্রীকৃষ্ণগী কথাবু বিরোধী ওইরবদি করি ওইগনি।

শ্রীমতি রাধানা দিব্যোন্মাদিনী ওইদুনা কাইনব অসি চংসিল-লকপদা মহাকী তন্মাই অমদি মপানগী দশানি। মথল মথা অয়াম্ব রাখন্দা তরঙ্গ ওইবা অসি থম্মোইদা কাওই অমুকম্মু মাংই, করিগুম্বদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মান তৌই করিগুম্বদা নাপন, করি-গুম্বদা প্রণয় অশাওবসু ওই। শ্রীরাধানা প্রণয় রসদা শ্রীকৃষ্ণগী উদ্দেশতা ভজিনা থোইমুগী মফমদা হাইখি অসিগুম্ব থম্মোই পান্দব তমখিরবা শ্রীকৃষ্ণ লোইননা ঐখোইগী মরূপ ওইবসি কান্নব্রে। মহাকী বর্ণদি শ্যামবর্ণনি মবুক্তদি মুবনি। "তদলম্ অসিত সখ্যোঃ" হোৌখিবা মতমদা মহাক্ন কনাগী ধরাই কনাগী মশা অমুক হন্না

কনা।গুম্বগী খাংবদা ৱারব অৱাব কয়া খাংখি। মহু পুম্নমক ঐখোইনা তাখি। অসিগুম্ব নহাক্কী প্রভু শ্রীকৃষ্ণসিনা ত্রেতা যুগতা শ্রীরামচন্দ্রগী মশক্তা ব্যাধগী মত লৌৱগা ছল তৌহনা অপরাধ করিস্নু লৈজদবা বানর রাজা বলিবু তেম্না খাহনা হাত্তোকখি মশাগী স্বার্থগীদমক্কি। স্বার্থ করিনো? সুগ্রীব হনুমান্নচিংবগী উপাইনা হুখ্রবা সীতাবু স্মিব, মহাক্কী সন্ধান ফংলবদা মহাকপু হাত্তোকই। অদুগুম্ব সুগ্রীবগী পেন্নবগীদমক মহাক্কী মন্নাম্ব বলিবু গুপ্তভাবতা হাত্তোকই। করিগী হাংলিবা মনোবৃত্তিনি, ব্যাধনা পশুবোধ তৌবনি মাংস ভক্ষণগীদমক্তনি। অদু ওইরবনু বানরগী মাংসদি চাদে ব্যাধনস্নু মহু চাদে। শ্রীরামচন্দ্রস্নু বানর মাংস চাব পামদে। অদু ওইরবদি অরেম্বদা বানর বলিবু হাত্তোকখ্রে। "মৃগয়ুরিব-মপীন্দ্রং বিব্যধেহলুব্ধধর্ম্মা" অরেম্বদা রা ভাংলিবরা? মহাক্কা বলিবু হাংতবা "আপোষ" তৌরগা মহাক্কা লোইননা ভ্রাতা সুগ্রীবগী বিবাদ মিট মাট তৌরগা বলিগা লোইননা মরূপ ওইরম্নবদি মহুদা মহাক্কী সীতা থিবা অমস্নং সীতা হুরানবা রাবনগী হাংম্নবগী মরমদা সুগ্রীবগী মতৌগুম্ব মহাক্কীর বলিগী সহায়নদি য়াদ্রে অহুবু মসি তৌদ্রগা মহাক্কা বলিবুদি হাত্তোকই। মসি থোইদোক্ন তমথিবা থম্মোই পান্দবগী বানি মসি করিগীনো? মসিনা মাগী মিংচৎস্নু নম্রে। শ্রীকৃষ্ণনা রামচন্দ্র ওইরগা, সীতাবু খুহুম চল্লগা অপাম্বনা নক্কুংলবী রাবনগী মচন মুপী সুপর্নখা মনাকোং অমদি মনাতোন কক্লগা বিরূপ ওইহনখি সুপর্নখাগী করি দোষনো? শ্রীরামচন্দ্রগী রূপতা মহারূপু পতি বরন তৌব পামখি। রামনা মতম অসিদা ব্রহ্মচারি ওই অদু ওইরবদি মহাক্কী মনাক্তা সুপর্নখাগী প্রস্তাব অসি

নঙ্জিনীদগী কংখি। অমুক মতম অসিমক্তদা ক্ষত্রিয় নিংথৌশিংগী অমদি পুরুষশিংগী মরমদা বহুবিবাদ খাংবদা অয়াবনি। রামচন্দ্র বন্দা লৈখি সীতাগ লোইননা, মতম অসিদা সুগ্রীবু খুহুম চন্নগা মহাক্ক অতোপ্প অপাম্বনা নক্কংলবী মনিং তোনা চংলিবী, বরবু পামলিবী রমণী অমবু মনা অমদি মনাতোন ককলগা মশক থিহনখি মতুম্থ মহাক্ক অতোপ্প রমণী অমগী অযোগ্যতানি। "স্ত্রিয়মকৃত বিরূপাম্" (মহাক অসি নখোইগী কৃষ্ণ নত্রগা রাম) মরমদি করিগী থোইদোক্ক তমখিবা ওইরি। অসিগুম্ব ঘটনা পুম্নমক অসি কোং-দোকখম থোক্কে। অমুক হন্না হাইরি মহাকী তমথিবা তৌফম থোক্কবা থবক, থম্মোই পান্দবরা শ্রীরামচন্দ্রনা ক্ষত্রিয় ওইদবা অতু ওইরবদি মহাকী মরমদা নিষ্ঠুরতা অমম্তং কন্নবা থম্মোই ওইরমগনি তৌইগুম্বম্তুং মহাক পূর্বজন্মদা ব্রাহ্মণ জাতিদা মহর্ষি কশ্যপকী মচা "বামন" ওইনা অবতার তৌথরে। মতম অতুদা মহাকী অসিগুম্ব তমথিবা অমম্তুং থম্মোই পান্দবা স্বভাব (লমচৎ) অসি পরিবর্ত্তণ তৌদরে। মতম অতুদা মহাকপু ব্রাহ্মণ ওইহুনা অমুক মহর্ষি কশ্যপকী মচা ওইহুনা অমুক হয়া ব্রহ্মচারি ওই। অবস্থা অসিদা মহাকী চরিত্রদি শান্তিনি শমদমনচিংবা গুণাবলী অসি পরিবর্ত্তণ তৌই, থোইদোক্ক নিষ্ঠুরতা হৃদয়হীনতা অসি লৈরমদে। দৈত্যরাজ বলি ওইখি, পরম ধর্ম্মাত্মানি ভগবত্ ভক্ত প্রহ্লাদগী মশুনি, মশাগী বলবির্য্যনা মরম ওইহুনা মহাক্ক স্বর্গগী রাজ্য অধিকার তৌখি। তৌইগুম্বম্তুং দেবতাগী মফমদা মিচং মিথাই নাইনা কৃষ্ণসিনা মতম অতুদা ব্রহ্মচারি ব্রাহ্মণ পুত্র "বামন" ওইনা ধর্ম্মাত্মা বলিবু ছল তৌহুনা অরাব পিরগা স্বর্গ রাজ্যদগী অমম্তুং

মহাক্না য়ুম, শাগৈ লন-থুম পুন্নমক্তগী মাংগল্লগা ভুবিবরদা লংথখি । অসিদসু নত্তে মহাক্ন মহাকপু ককথৎ শুমদবা নাগপাশনসু পুনখি । অসিগী মমাংদা বলিনা পিবা পূজাগী উপহার লোইনা ভোজন তৌখিবনি । তৌইগুম্বসুং অসিবু কৃতজ্ঞতারা ? মহাক্ন প্রতিদান তৌবদা মহাকপু নাগপাশনা পুল্লগা ভুবিবর পাতালদা লংথখিবসিবু অমুক হন্না মতুমক তৌখি, মহাক্ন ছল তৌদুনা চংজরগা বলিগীদমক মদগী দান ওইনা খোংকম অহুমগী মকম ওইবা হাইজখি অমসুং বলিনা দান অদু য়াথ্রবনি তৌইগুম্বসুং খুদক অতুমক্তদা কপত্তি বিরাট পুরুষ ধারণ তৌরগা খোংকম অহুনা মরম ওইরগা খোং অনিনা ত্রিভুবন শিনথুংখি অমসুং মহাক্না নাভিদগী বিরাট পদ অসি ফোংদোক্লগা অসিগুম্ব খোং অনি আসনা বলিবু আক্রমন তৌরগা রসাতলদা থাদখ্রে । অসিগী মমাংদা দানবির বলিবু নাগপাশনা পুনখি । অসুম্না অকৃতজ্ঞতা-শঠতা-প্রতারন অমসুং নিষ্ঠুরতা করিগা চাংদমনগনি ? কত্তবা কাক্না মতৌগুম মীনা পিবা অচা-অথক চাথোক্লগা মহুদা অমুক হন্না মহাক্না মচিন অতুনা আঘাতু তৌই অমসুং অতোপ্প জাতিগী ওইবা কাকশিংবু কৌরগা পুন্নমক তিল্লগা চাক পিরিবা মীবু কোইশিল্লগা ফত্তবা থবক কয়া তৌরিবনি । অসিগুম্ব ফত্তবা কাক্না মতৌ লমচৎ অসি বামনরূপ-ধারি ভৌনন্না গোপিনাথ কৃষ্ণগীদি মিংচৎনি । মরম অসিনা শ্যাম-বর্ণ কৃষ্ণসে অকিবা পোকই, ঐখোই গোপ বালানি ইচম চমজবীনি ঐখোইবুদি করি অমত্তা থংবিদে । মতম অসিদা উরগা তারগা শংলিবসিনি ।

যদনুচরিতলীলাকর্ণ পীযূষবিপ্রুট্
সকৃদদন বিধূত দ্বন্দ্বধর্ম্মা বিনষ্টাঃ।
সপদি গৃহকুটুম্বং দীনমুৎসৃজ্য দীনাঃ
বহবইব বিহঙ্গা ভিক্ষুচর্য্যাং চরন্তি ॥ ১৮

অভিজল্প—

(ক) ভঙ্গ্যা ত্যাগৌচিতী তস্য খগানামপি খেদনাৎ।
যত্র মানুষয়ং প্রোক্তা তদ্ ভেদ মভিজল্পিতম্ ॥
উজ্জ্বলনিলমণি।

অন্বয়ঃ—(ঐখোইনা খংই ইবুঙো মাগী রা অসিদি বৃন্দাবন অসিদা লৈরিবা উ-রা উরিশিংমক্কসু মহাকী মগুণ শক-শোল্লি, থাদোকপা ঙমদরি ঙসি ফাওবা) যদনুচরিতলীলাকর্ণপীযূষবিপ্রুট্ সকৃদদন বিধূতদ্বন্দ্বধর্ম্মা বিনষ্টাঃ= অতুগুম্বা মীতৌ তম্নবা ওইবা মহাক্কা হাইরম্বা, চৎলম্বা, তৌরম্বা, অত্তমক্কা লিলা ওইনা খোইনা চুঙাইবা পোক্তুনা ঐখোইগী ধর্ম্ম পুম্নমক থাদোক্তুনা নাকোং অসিনা তাবদা কুণ্ডাইখিবা পুম্নমক অতুনা; বহবঃ= অয়াম্ব পুম্নমক্ক, বিনষ্টাঃ= পেঃথাক্কম খংদবা ১দি, দীনং= অৱাব অসিনা, গৃহকুটুম্বম্ = ইপা ইচা শাগৈ পুম্নমক, সপদি= খুদক অতুমক্তদা, উৎসৃজ্য= থাদোক্লগা, দীনাঃ= তোল্লবা, বিহঙ্গাঃ= চোঙা-তেনরা- কাংঙা ১দি রাহোংশিং অসিনা ফাওবা, ইহ= বৃন্দাবন অসিদা, ভিক্ষুচর্য্যাং= ভিক্ষারিগুম মথরাই পুতুনা হিংখদি হিংলি শিবসু ঙমদে থরাই কনবিয়ু হাইনা, চরন্তি= কোইনা চৎলি ॥ ১৮

তথাহি—

(খ` শ্রীকৃষ্ণঃ পূর্ব্বজন্মে ব্রাহ্মণ জাতি মহর্ষি কাশ্যপ পুত্র-ব্রহ্মচারি-বামনাবতারং কৃতবান্, তদা পরমধর্ম্মাত্ম-ভগবদ্ ভক্ত প্রহ্লাদ পৌত্র দৈত্যরাজ বলিং—প্রে স্ব মস্তকে পদং দত্ত্বা রসা তলে প্রেরিতবান্।

তথাহি—গীত গোবিন্দে—

ছলয়সি বিক্রমণে বলিমদ্ভুত বামনঃ, পদ নখ নীরজনিত জন পাবন। কেশব ধৃত বামন রূপ, জয় জগদীশ হরে ॥ ১/৫

---

(ক) শ্রীকৃষ্ণ কাইন মৈদি উচেক মপোক্ত পোক্ল কয়া কয়া ফাওবা ভ্রমরা ভ্রমরী, কোকিল, রাহোং, চমরী চামর ওইহনা সেব; ফংলিবা অসিনচিংবা মখল কয়া কয়াগী বৃন্দাবন বাসী পুম্নমক অরা থাংগমদ্রি পুম্নমক্কী অরা শরুক কয়া ফংলিবী রাধানদি করি ওইগনি ভঙ্গি অসি ওইহনা শ্রীমতি রাধানা শকখি, অস্নুমা পুম্নমক্কী খেন্ননা ওইরিবা শক্তমবু অথংবা মানুবশিংনা চিত্রজল্পগী মখল ৭ থোক্লা লৈববু অভিজল্পিত কৌই।

(খ) শ্রীকৃষ্ণনা পূর্ব্বজন্মদা ব্রাহ্মণ জাতি ওইনা মহর্ষি কাশ্যপ মুনি মচা ব্রহ্মচারি ওইহনা বামন অবতার তৌবিখি। মতম অদুদা পরম ধর্ম্মাত্ম ভগবদ্ ভক্ত প্রহ্লাদগী মশু ওইনা য়াম্না কনবা ধর্ম্মদা দানদা পাজলদা পুম্নমক্তা অরাংপ লৈত্রবা বলি রাজ জন্ম ওইখি, অদ্ভূত বামন ভগবাম্না ঐগী অহুম শুবা পাদ থমকম পিয়ু নিখি। হে অশুকপ ভগবান্ জগদীশ হে হরে! ননাইগী ইকোক্তা হাপ্লিরো শ্রীচরণ নিজখি। শ্রীচরণ মনাইগী কোক্তা হাপ্লিগ্রবদা, শ্রীভগবান বামন দেবনা রসাতলদা বলি রাজ লৈহনখি।

মস্তবা—অসুম্না কৃষ্ণকথা কীর্ত্তণ ওইরকপদা ভক্তভাব ওইবিরিব শ্রীমহাপ্রভুনা মাইকৈ কয়াদ পাইরিবা উচেকশিংনা পাইথররুগা শস্য কণ ওইবা মচিঞ্জাক থিরগা ময়াদা খৌবুম থন্না উম্নগা শ্রীকৃষ্ণ নাম শোন্দুনা বিলাপ তৌরকপা খোংলকপা উরুরগা (তারুরগা) কৃষ্ণ সেবাগীদমক পুম্নমক থাদোক্লগা ভিক্ষারি লম্বোইবা ওইজরবা শ্রীকৃষ্ণ চৈতন্যনা কৃষ্ণ বিরহ প্রেমবু ফংতুনা বিলাপ তৌখি। মসিবু বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা মগাক্কী সারার্থ দর্শিনী টীকাদা "যত্র খগ সদৃশী কৃত্য সজ্জমানাং খেদনাং তস্য ত্যাগ এব সমুচিত ইত্যন্ন তাপময়ং বাক্য" মিতি। অসিগুম্বা মুখ্য বস্তুবু শ্রীকৃষ্ণ প্রেমিক ওইবা কৃষ্ণ ভক্তশিংনা কৃষ্ণদগী তোঙান্না কাইনববু থামজবা (খাংজবা) ঙমজদে।

শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্য আস্বাদন পামজবনা কৃষ্ণ ফংননবগী উপায়দা মশাবু মশানা লাকশিঞ্জরগা যোগী ওইরগা ভিক্ষারী ১গুম ওইগ্রে।

সপদি গৃহ কুটুম্বং দীনমুৎসৃজ্য দীনাঃ।
বহব ইব বিহঙ্গা ভিক্ষুচর্য্যাং চরন্তি॥

শ্রীকৃষ্ণ মাধুর্য্য অসি অঙকপা শক্তি অমনি। বিষয় পুম্নমক কাউথোক্লগা (থাদোক্লগা) লোক অসিদা মশাগী মরমদা আকর্ষণ তৌরি। মতম অসিদা অমুক হন্না করিগুম্ব ভোগ্য বস্তু অপাম্ব অমত্তা লৈখিদরে। ভিক্ষারীগী জীবিকান মরম ওইহনা করিগুম্ব মঙং অমদা জীবন ধারণ তৌরগা কৃষ্ণ ফংননবগী অনুকুল ওইবা থৌরাংদা মশাগী তৌগদৌরিবা কৃতার্থ অদু পুক্লিংদা লেপথরে।

গোপিগী মতৌঙম মতম চুপ্পদা নাকোংদ শেংলব শঙ্খকুণ্ডল ধারণ তৌথরে অদুগী মতুং ইন্না কৃষ্ণ প্রেমদা কৃষ্ণ ফংননবগী রাখন্দা

পুন্নমক থাদোকুনা মতম পুন্নমক্তা শ্রীকৃষ্ণগী লিলাতবু তাখ্রে। কৃষ্ণ কথাদা পরমানন্দ অমম্বুং নাকোং কুণ্ডল ওইখরে। (কৃষ্ণলীলা মণ্ডল শুদ্ধশঙ্খ কুণ্ডল) — ইতি।

অমুক হন্না যোগীশিংগী নাকন্দ ঝুলি অমদি খুত্তা ভিক্ষারী পাত্র পুখম (থালি) নত্রগা খোংক্রম অকংবগী কল্লবা পাত্র পাইহনা ভিক্ষা চৎখি। মতৌ অম্বুম্না "কৃষ্ণদগী তোঙানব পুন্নমক ত্যাগীগী মতৌগুম যোগী ওইহনা শ্রীকৃষ্ণ ফংননবগী রাখল কৃষ্ণতবু খৌরাংব থালি খুত্তা প্যাইরগা অমম্বুং "কৃষ্ণরূপ আশারূপ" আশাদা নাকন্দা ঝুলি য়াল্লগা কোইনা চৎখরে অমম্বুং কৃষ্ণ কাইনবদা কৃষ্ণবু ফংননবা রাখল, চিন্তা তৌহনা ১০ শুবা দশা হৌগৎলক্লে। অসিগুম্ব চিন্তা অসিনা মহাক্কী হকচাং পুহনা চৎলি। যোগী ওইহনা কান্থা পুহনা মহাক্কী দেহ কুপশিল্লি। অসিগুম্ব মশক অসি কৃষ্ণ কাইনবগী চিন্তাগী মশক্কি. শিরা কান্থা অসিনা কৃষ্ণ কাইনবগী রারবা দেহ কুপশিল্লি। "চিন্তা কাঁথাউরি গায়" অমুক হন্না যোগীশিংগী মখুত্তা দ্বাদশ নাম লৈ। অম্বুম্না কৃষ্ণ ফংনিংবগী চিন্তান কৃষ্ণবু মুংশিবশিংদা "উদ্বেগ" কোব দণ্ড লৈ। কৃষ্ণ কাইনবদা রারবশিংগী করি হাইগনি অরাবনি ঐ করি তৌগনি? কদাইদা চৎলগা কৃষ্ণ ফংগনি, মতৌ করম্না কৈদৌঙৈ শ্রীকৃষ্ণ ফংগনি। মতৌ অম্বুম্না "উদ্বেগ" রাখল অসি ইচোই-চোইরে। কৃষ্ণগীদমক মহাক্কী পুক্লিং "উদ্বেগ" ওই মহাক্কী খুত্তা দ্বাদশ নামক দণ্ড পাই। কাইনবদগী পোকপা ১০ শুবা দশাগী মমুংদা "উদ্বেগ" অসি অমনি। অসিগী মথক্তা "উদ্ধৃত পয়ারনা" হাইরি "উদ্বেগ-দ্বাদশ হাথে" অসিনচিংবা।

মরম অসিনা মুনিশিং অয়াবা কয়া পোক্লবস্থ কৃষ্ণ কথাদি থক থাদোক্তে। ঐখোইস্মু কৃষ্ণ কাইনবগী কল্লবা মৈচাক্তি থাদোকপা ইভম-ভমদে।

কৃষ্ণ কাইনবগী য়ারব মী অচুনা কৃষ্ণ কাইনবদগী পোকপা অয়াবদো যোগীগী মতৌগুম ইন্দ্রিয় ভোগ্য বস্তু পুম্নমক থাদোকই। অসিগুম্ব বিরহ অসিদা চিন্তা-জাগরন-উদ্বেগ-কৃশতা-মলিনাঙ্গতা-প্রলাপ-দেহগী অয়াবনচিংবা ব্যাধি উন্মদ-মোহ অমসুং মৃত্যু নত্রগা মুর্চ্ছা অসিগুম্ব দশা ১০ অসি "বিপ্রলম্ভ" অবস্থা অসি হৌগংলি। মতম অসিদা পুক্লিংনা শরীর অসিদা লৈতে, হাইবদি—দেহ দৈহিক মরম অসিদা পুক্লিংগী অভিনিবেশতা লৈতবনি, মসিমক থাঙ্গংলিবা পয়ার অসিদা হাইরি—

মণ কৃষ্ণ বিয়োগী ; দুঃখে মণ হৈল যোগী সে বিয়োগে দশ দশা হয়। সে দশায় ব্যাকুল হইয়া মণ গেল পলাইয়া শূন্য মোর শরীর আলয়। কৃষ্ণের বিয়োগে দশ দশা হয়।

মতৌ অসুম্না শ্রীকৃষ্ণ কথা বর্ণন তৌবগী প্রভাবতা ভক্ত ওইবনা কৃষ্ণ প্রেমিক ওইবনি কৃষ্ণগীদমক্তা থম্মোইদা য়াব তৌফম থংদবদা মিপাইবা মতম অসিদা মহাক্ক কৃষ্ণগীদমক্তা পুম্নমক থাদোক্তুনা যোগী ওইনা ভীক্ষারী অমা ওইরকপনি, অসিগুম্ব য়া অসিগী মথক্তা থাঙ্গংলিবা শ্রীমম্মহাপ্রভুগী উক্তিদা পয়ারদা বর্ণনা অমদি ভাগবত অসিদস্মু শ্লোক অসিদা শ্রীরাধানা বাক্তিস্তুতি অবলম্বন তৌরগা শ্রীকৃষ্ণ লীলা কথাগী কথা অসি কোংদোকখরে। যাক—শ্লোক অসিদা চিত্রজল্পগী ৭ গুনা থাইদোকপদা অভিজল্পগী লক্ষণ অসি ফোংদোকখ্রে। উজ্জলনিলমণিনা হাইবনি। ১৪৯

হাইবদি শ্রীকৃষ্ণসে, মতম অসি উচেক্শিংনস্ত অরাবত্তু শরুক য়ারি। মতম অসিদা মহাকপু থাদোকপা মত্তিক ওই, বাক্য ভক্তিনা মরম ওইহুনা অনুতাপকী মরু ওইরি হাইহুনা জল্প অসিবু "অভিজল্প" কৌরিবনি।

অনুতাপকী ভঙ্গিদা দোষ কীর্ত্তন তৌরিবসি "অভিজল্প" গী মরু ওইবনি। কৃষ্ণ ভক্ত সজ্জনশিংনা কৃষ্ণ প্রেমিক ওই, কৃষ্ণদগী তোঙান্ন অমা খংবা লৈতে, অমস্তুং উচেক্শিংনা তৌবগুম মাইকৈ মাইকৈদা কোইনা পাইরগা মখোইগী অচা-থক অদুতবু অনুসন্ধান ১স্তুং নাপি, চৈতেক পুরক্লগা মখোইগী লৈফম (মহুম) শেম্নগা জীবন ধারণ তৌরিবনি! কৃষ্ণগী অসিগুম্ব তমখিরবা মত অসিনা মহাকী মনাই ভক্তনচিংবা পুম্নমক য়ুম অসিদস্তু নত্তনা পুম্নমক থাদোকহল্লগা মফম পুন্নমক্তা উচেকী মতোৌগুম ভীক্ষান্নীনা ব্রত তৌহুনা কোইনা চৎহল্লি। মতৌ অস্তুম্না সজ্জনশিংবু অরাব পিরগা মখোইবু তমথিব নিষ্ঠুরতাগী ব্যবহার তৌরি। মরম অসিদগী কৃষ্ণসে করম্না বিশ্বাস তৌগনি। মহাক লোইননা প্রণয় বন্ধন তৌবসি মত্তিক ওইবরা? কৃষ্ণনা থরাই ওইবা রাধা অরাব কয়া মাইয়োক্নরি। মসিমক ওসি মহাক্না শ্রীকৃষ্ণবু অফবা রাখন্দা অনুতাপনা পুল্লি। অসিগী মতুংদা কৃষ্ণনা মহাকপু থাদোকই, মহাকীদি কৃষ্ণবু থক থাদোক্তে। মতৌ অস্তুম্না অনুতাপকী মরু ওইরিবা রা ঙাংবদা চোইবা অসিনা মরম ওইরগা শ্রীমতি রাধানা শ্রীকৃষ্ণবু দোষ তৌবগী রা অসি শ্লোক অসিদা কীর্ত্তন তৌথরে। মরম অসিদগী অভিজল্পগী লক্ষণ চপ মান্নবদা শ্লোক অসি ফোংদোকই, মরমসিনা মসিমক "অভিজল্পগী" দৃষ্টান্তনি।

বয় মৃতমিব জিহ্ম ব্যাহৃতং শ্রদ্দধানাঃ—
কুলিকরুত মিবাজ্ঞাঃ কৃষ্ণবধ্বো হরিণ্যঃ।
দদৃশু রসকৃদেতৎ তন্নখস্পর্শতীব্র-
স্মর রুজ উপমন্ত্রিন্! ভণ্যতামন্যবার্ত্তা ॥ ১৯

আজল্প—

(ক) জৈহ্ম্যং তস্যার্ত্তি দত্বক নির্বেদাৎ যত্র কীর্ত্তিতম্।
ভঙ্গ্যান্য দুঃখদত্বঞ্চ স আজল্প উদীরিতঃ॥

অন্বয়ানুবাদ—উপমন্ত্রিন্=হে দূত! কয়িগুম্ব দূতকী মফমদা য়া খয়া হাইরকপা ওইরবদি অহানবদা নহাক লোইননা নির্জনস্থান মফম অসিদা কয়িনো হাইবদু হাইদ্রবদি মহুমক হাইরিবসিনি, অজ্ঞাঃ=খংদবনা (খওইদনা), কৃষ্ণবধ্বঃ=কৃষ্ণসাগী শজিগী ভার্য্যাঃ, হরিণ্যঃ=শজি অমোমগী মতোওম, কুলিকরুত=লোনম তৌরিব ব্যাধগী য়াহৈ (ঈশৈ) তারুবদগী মনাক্তা চংশিল্লুবদগী ব্যাধগী তেন্না পাল্লহুনা অয়াব নংখিবা অচুগুম্বা, বয়ং অপি=ঐখোই পুম্নমকসু, জিহ্মব্যাহৃতং=লোনম চাওব মবুক চুমদবগী য়া অচু, মৃতমিব= অচুম্বমক্তি খল্লুনা, শ্রদ্দধানাঃ=মচুদা য়াম্না থাজরুহুন, অসকৃৎ= হন্না হন্না, তন্নখস্পর্শতীব্র স্মররুজ এতৎ=মহাকী খুজিন্না শোকপদ অপান্বগী অয়াবদু ঐখোইনা খল্লি অচুগুম্ব অয়াব তারিবা ঐখোইগী অয়াবসি অমুক্তং খম্বহুনা, দদৃশুঃ=য়েংবিয়ু, অন্যবার্ত্তা=অতোপ্পা, মাগী য়া নত্তবা য়ারি খরদং, ভণ্যতাং=হাইবিয়ো তাগনবিয়ে ॥ ১৯

---

(ক) শ্রীকৃষ্ণ কুটিলতানি, কৃষ্ণগী কথা দুঃখ ফংহনবনি, অয়াব কয়া কয়া ফংহুনা শ্রীকৃষ্ণবু তোঙাম তোঙান্না ফংহল্লি, মতৌ অসুম্না অয়াবতনা মুঙাইবা ফংবা উৎপা ভজিবু আজল্প কৌই।

তথাহি—গীত গোবিন্দে—

(খ) ক্ষম্যতা মপরং কদাপি তবেদৃশং ন করোমি।
দেহি সুন্দরি দর্শনং মম মন্মথেন দুনোমি ॥ ৩/১৭

(খ) হে সুন্দরি! য়েংউ মাইথোং নিংখিবী, মিৎকী মিৎয়েং কজবী। মমাংগী (হৌখিবা) ঐগী ইরান পুম্বা ভাকপিয়ু। মতুং অসিদদি হে রাধে। নহাকী অপরাধ অমা কাওবা কৈদৌঙৈদম্ম তৌগ্ররোই। মরম অসিনা হে সুন্দরি মিৎকী অপেনবা শুইজবী ঐবু (কৃষ্ণবু) অমুক্তদি দর্শন পিনবিয়ু। ঐহাক অসি কাম পীড়া ফংলবনি মৈচাক অসি কোকদবদি নোঞ্জরিবা ঐবু অমুক্তং মিৎয়েং-কিরবদি (চানবিরবদি) কামগী লাইথুং কোকনি।

মন্তব্য—ওহে সুত! লৌবমত্রবী শেংজবী কৃষ্ণসার মৃগপত্নী শক্তি অমোমশিংনা ব্যাধনা ভাংবা শকপদা থাজরুবদগী তেন্না পান্দুনা অরাব কয়া কংই। অদুগুম্না ঐথোইনা কপট কৃষ্ণগী রাবু বিশ্বাস তৌরুবদগীনি, অসিগী মতুংদদি মহাকী খুজিন্না শোকপদগী পোকপা কামাগ্নি পীড়া অদু অনুভব তৌই। মরম অসিদগী নহাক অসি অরাব পিবনি কৃষ্ণ মাগী রা থাদোক্লগা অতোপ্পা রা অমা হাইয়ু। হে রাধে! নহাক্তনা শ্রীকৃষ্ণগী শক্তমনি লীলাগী লীলাময়ীনি, মতম পুম্নমক্তা রাধা নামবু জপ তৌরি। রাধা হাইবা মরেক অনিবু শ্রীকৃষ্ণনা কাউবা লৈতনা আলাপ বিলাপ তৌরি হাইবা উৎথরে।

অমুম্না রাধানা চিত্রজল্পগী মকুংদা ৮ শুবা আজল্পগী মুংদা ভ্রমর উদ্ধবকী মফমদা, কৃষ্ণ বিরহ দশা স্ফুট ওইরকপবু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অপরাধী ওইরবীনি খন্দুনা বিলাপ তৌখিবনি।

প্রিয়সখ ! পুনরাগাঃ প্রেয়সা প্রেষিতঃ কিং-
বরয় কিমনুরুন্ধে মাননীয়োঽসি মেঽঙ্গ ।
নয়সি কথমিহাস্মান্ দুস্ত্যজদ্বন্দ্বপার্শ্বং-
সততমুরসি সৌম্য ! শ্রীর্বধূঃ সাকমাস্তে ॥ ২০

প্রতিজল্প—

(ক) দুস্ত্যজ দ্বন্দ্ব ভাবেঽস্মিন্ প্রাপ্তি র্নাহেত্যনুদ্ধতম্ ।
দূত-সম্মাননেনোক্তং যত্র স প্রতিজল্পকঃ ॥

অন্বয়ানুবাদ—প্রিয়সখ = হে চানবগী মরূপ ! ত্বং = নহাকপু, প্রেয়সা = নবুঙোনা, পুনঃ প্রেষিতঃ = অমুক মফমসিদা থাবিরকুনা, আগাঃ = লাকইবসি, কিং = করিগীনো ? তহি = অদু ওইরবদি, অঙ্গ ! = হে দূত পাউপুবা ! ত্বম্ = নহাক, মে = ঐগী ইকমদগী, মাননীয়ঃ = পূজা তৌগদবা, অসি = ওইরিবনি, কিং অনুরুন্ধে = মরমদি নহাক করিগুম্ব অপাম্ব লৈরবস্নু, বরয় = হাইরোদনা নহাক নবুঙোগী মনাক্তা পুগে নিংলবা অদু ওইরবস্নু, ইহ = ব্রজ অসিদা লৈরিঙৈদা, অস্মান্ দুস্ত্যজদ্বন্দ্ব পার্শ্বং = লাম্থোকপা তমদ্রবা মহাক্ক থাদোক্কনা লৈরিবী লোইনরিবীনি, নয়সি = করম পুগনি, সৌম্য = চানরবা, শ্রীঃ = লক্ষ্মী কৌবী দেবীনা, বধুসাকম্ = কৃষ্ণগা লোইননা, অত্রাপি = মফম অদুদা, উরষি = থবাক্তা, সততং = অতৎপা লৈতনা, আস্তে = বিরাজ ওইনা ডাম্দুনা লৈরিবনি মিংলি ॥ ২০

---

(ক) শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদি অতোপ্পী প্রেয়সী রমণী মত্তম পুম্বদা রাক্তে, ইবুঙোগী চরণ অনি থাদোকপা ঙমজবী কনাসু লৈতে। চরণ নাক্ত চংজবগু কনা ঙমদে, অসিগুম্ব যুক্তি করা রাথন তৌনা লাক্লিবা দূত ভ্রমরবু ঙুংশি চানমা উৎপা ঈশেবু প্রতিজল্পগী লক্ষণনি।

ললিত মাধবে—

(খ) জঙ্ঘাধস্তট সঙ্গি দক্ষিণ পদং কিঞ্চিদ্বিভুগ্ন ত্রিকং
সাচি স্তম্ভিত কন্ধরং সখি তিরঃসঞ্চারি নেত্রাঞ্চলং।
বংশীং কুট্মলিতে দধান মধরে লোলাঙ্গুলী সঙ্গতাং,
রিঙ্গদ্ ভ্রূভ্রমরং বরাঙ্গি পরমানন্দং পুরঃ স্বীকুরু॥

স্তববিরহে—

(গ) চন্দ্রক চারু ময়ূর শিখণ্ডক মণ্ডলে বলয়িত কেশম্।
প্রচুর পুরন্দর ধনুরনু রঞ্জিত মেদুর মুদির সুবেশম্॥ ২/৩

---

(খ) ললিতানা শ্রীমতি রাধিকাদা হাইজে, হে বরাঙ্গি! অসুম ওইবা শ্রীকৃষ্ণ য়েংখিবু বাম জঙ্ঘগী মথাদ য়েৎকী চরনা সংলগ্ন ওই, মধ্য দেশনা খজিক বক্র ওই, লেংজুমনা খজিক স্তম্ভিত ওই, মিৎচিনা লিরুং মাননা থেক্রহনা বেনুগী মখুল (রন্ধ্র পুম্বদা অঙ্গুলিনা সঞ্চারণ তৌনা চান থাহনা, মরোল চাথুনা অমদি থরদং বিকশিত ওইরবা অধরদ বংশী ধারণ তৌহনা, পিগুম খোইমু জগোই শার-শারহনা, পরমানন্দ ওইহনা মাংদা ভানখোইরিবা অসিগুম্বা বংশী-ধারি নাক্তা পুক্নিং স্বীকার ওইবিজিররা? অমুক্তা হৈবেম্দা হঙংচৈ।

(গ) থাগী মকোক্তা চুম্না ফজনা য়েক্ন, মহোং মতু চুড়ানা ফজবা, খোই খোইরবা শমকান্না লিংখিরবা (চখোন্নবা), ফুইনা চৌরকপা নোংনা তম্বনিংঙাই ওইনা ফজব, নোংগী মরক্তা চুমথাংনা নৌহৌননা খোকপুঙস, সনা মনি মুক্তানা শ্রীঅঙ্গদা লৈতেংলিবা, আভরণ কয়ানসু লৈতেংবা চখোন্না ফজবরা (হুশিবা) হে শ্যাম সুন্দর ঐনী নুংশানসিনা অমুক উঙবা নংলবোইজ্ঞ?

মস্তব:—হে চায়বগী মরূপ মধুকর ! নহাক অসি প্রিয়তম কৃষ্ণনা খারকুনা মকম অসিদা লাক্লিবনি। অদু ওইরবনিনা হে দূত। নহাক ঐখোইগী খোইনা টুকাই থুমনিঙ্গাইনি। নংনা কুরি মলিবা মচু হাইরো। মতুং অসিদা ঐখোই পুমমকী মকমদা চংননবগী-দমক্তা নহাকপু মকম অসিদা প্রিয়তম শ্রীকৃষ্ণনা থারকপনি, অদু ওইরবদি ঐনা হাইরিবসিনি। হৌজিক ঐখোই অসে ব্রজদা লৈরি অমসুং শ্রীকৃষ্ণনা অতোপ্পী রমণিশিংগা লোইননা ব্রজদা লৈরি মসি থামলুবদা অরাবনি। মহাক্তা করম তৌদুনা ঐখোইবু কৃষ্ণগী মনাক্তা চংকদবগে হে মধুকর ! লক্ষ্মী কৌবী বধু অদু মহাক্ লোইননা মহাকী বক্ষস্থলদা অতৎপা লৈতনা ভান্দুনা লৈরি।

শ্রীকৃষ্ণ রাতনা থরাই ওইরিবী শ্রীমতি রাধাগী প্রলাব অসিবু উদ্ধবনা করিগুম্ব অমা হাইবা, ভাংবা তৌদনা মুন্না তারগা, উরগা মুক্ত ওইদুনা ইভঙ্ক ভকথরে। কৃষ্ণ কাইনবগী রাধাবী রাধামা অমুমা তাখি। খোইমুনা ভংলতুনা হাইরঞ্জি—হে মানকতি দেখি। মহাক্ত মতম অদুদা অংমা খংলবা, কৃষ্ণগী দোষ খংখিবা অদু ওইরবদি অসিগুম্ব শ্রীকৃষ্ণ অসিগা লোইননা গুরুবা (নির্জন) বন অহুদা শামবা মতমদা মহাকী মকমদা রা পুমমক অসি হাইহৌরম্রা ? পুমমক অসি খংলবদা প্রণয় বন্ধন করি তৌরি (মেসি শ্রীধর টীকানা হাইবনি)। "নন্বু এবং চেৎ পরম বিজ্ঞাভির্ভবতীভিঃ কৃষ্ণে তস্মিন্ কথং সখ্যং কৃতম্ ?" শ্রীবিশ্বনাথ টীকাগী বানি।

খোইমুগী রা অসি তারগা শ্রীমতি রাধানা হাইখি—হে মধুকর অহানবা মতমদা ঐখোইনা মহাকী চরিত্র খঙউদ্রে। "ন পারয়েহহং নিরবদ্য সংযুজাম্" ঐগা লোইননা ঐখোইগী শেংলবা থগোই অাম

সমর্পণ তৌজরবনি। মরমসিনা নখোইগা রাধা ঐগা লোইননা তিন্নবসে রাগদবা নত্তে য়াম্না শেংলবনি। নখোইগী প্রেমগী কন অসিদি করিগুম্ব মুমিত্তা শেংদোকপা গুল্লরোই। অসিনচিংবা মওং খম্মোইবু চিংশিনবা থোইনা থুমলবা র। অসি কৃষ্ণনা ঐখোইগী ইকমদা হাইবিখরে। মহাক্কী অসিগুম্ব রা পুন্নমক। ঐখোইগী পুক্লিংদা থাজবা পোকখি। মহাক্কী মুংশিরবা, ইংলবা রাহৈ অসি তাবদা কাউথোক্কুনা পংথবা অমম্মুং আত্ম হারা ওইখরে। লৌনম অমস্মুং কত্তবা রাবল করিস্নু থংখিদরে। মতম অসিদা মসিগী মরমদা করিস্নু থংদবা ওইখরে। অসিগুম্ব কপট বাক্য অসিদা প্রামাণ্য ওইনা থংলগা মতম অসি ঐখোইনা অরাবগী সাগর অসিদা লুপলি "যতত্তদ্ বাক্য প্রামাণ্য বদ্ধোব বয়ং দুঃখ সাবরে মগ্নাঃ।" ইতি

রাধাগী রা পুন্নমক তারগা থোইমুনা অমুক হাইরকই—হে দেবি থংলবরা? নহাক্কী প্রিয়তম ওইবা কৃষ্ণগী রা অসি তুত অমা ওইনা ঐনা পুরক্লিন্নবনি। অহানবমক্তদা মহু ঐগী চিন্দগী তারো—রা অসি তারবগী তুংদা খিচার তৌ। মহাক্কী মক্কমদা পেনখিবা অমদি শাওখিবা পুন্নমক।

থোইমুনা হংলক্লিবা রা অসিগী পাউথুমদা শ্রীমতি রাধানা অরাক কয়া অমা উপেক্ষা তৌরগা হাইরকই। নত্রে নত্তে হে থোইমু! নহাক্কী রা অমুক তাব পামই। মহাক্কী থোইরবা ভাব মপুং ওইবা থুন্নবা রা অসিগী মতুংদা মিথ্যা ওইবা র। অতুদা ঐখোইনা বিশ্বাস তৌররিবনি, মতুগী পরিণামদা ঐখোই রারিবনি। মমমদি মধুপুর চৎপা কান্দ মহাক্ক হাইখি—মতুদি ঐ থুনমক হল্লকনি লৈরমউ।

অসিনচিংবা কয়া মরুম মহাক (কৃষ্ণনা) মতু কাউথোকখরে, মাগী রা অতু পরিণাম তৌখরে ওইরবা ওইখরে। ঙসি ফাওবদা ব্রজ অসিদা হল্লকখিদরে। ঐখোইগী চন্নবা পুক্কিদো বিশ্বাস তৌরগা তপথহনা লৈরি, মসিবু ওইকম থোক্কবরাও ?

মরম অসিনা অসিগুম্ব কপট কৃষ্ণগী রা অসি ঐখোই তাব পামজদরে অতোপ্পা রা অমা হাইয়ু। "ভণ্যতাম্ অন্যবার্তা।"

মকমসিদা রাধাগী মান অরাব ১মুং অনুতাপ মপুং ওইবা রাক্য অসি প্রলাপ তৌহনা হাইরিবসিগী মশক ওইবা বিদ্যাপতিগী অমতা ওইবা পদ অসিবু আস্বাদন তৌগে হাইবগীদমক্তা থাক্কৎলক্কইএ—

সখিহে, না বোল বা আর। ভালে ভালে হাম, অলপে চিহ্নলুঃ ঐছন কুটিল কান॥ কাঠ-কঠিন, কমল মোদক, উপরে মাখিয়া গুড়। করয়া সকল বিষে পুরাইয়া উপরে দুধক পুর। সেফুলে তেজসি, সেফুলে পূজসি, সেফুলে ধরসি বান। কানুক বচন, ঐছন চরিত কবি বিদ্যাপতি ভান॥

অসিগুম্ব পদ অসি সংক্ষেপ ওইবা মার্ম্মর্থ অথুপ্পতু তাকপনি। হে সখি! নহাক্ত অমুক হন্না কানু শ্রীকৃষ্ণগী কথা অতু হাইরগনু। লাইবক অমুক করবী ঐনা মহাকী কুটিলতা ওইবা অতু খংলবনি।

মতৌ অমুম্না সনাগী চফুদা "দু" থম্না হাপ্লগা, মথক্তা শক্তোম্না থম্না উতলি, অতুগুম্ব বিষ কুম্ভগুম্বনি ঐ খংই। অমুম্না লৌনম্না, লৈ ফজবা হন্দোক্লগা পূজা তৌবনি। মতৌ অমুম্না লৈবু লৈনি খংগনি। কৃষ্ণগী চরিত্র অসিদি লৌনমতনা মরু ওইবনি। মরম অসিনা ইবুঙো মহাকী রা হাইবিরগনু অতোপ্পা অমা তানিংলেনে।

থম্মোই কাইরবী রাধানা দিব্যোন্মাদী অবস্থা অসিগী মখল-মখা অয়াম্ব বিলাপ হাইখ্রে। অসিগুম্ব অবস্থা অসিদা ইখং-খংহৌদনা মফম অসি মতুদা থোইমু অসি পাইরকই, কোইনা লৈহ্নুনা লৈ, মহাকপু উবদি ফংদে অতোপ্পা অমনা মতম থরগী দমক অতোপ্পা মফম অমদা চৎথি অমসুং মাংথি। থোইমু অহুবু উদবদা থোইদোক্ত অনুতাপ অমসুং মখল-মখা অয়াম্ব রাখল তৌখ্রে।

> অথোন্মাদেন তত্রৈব ভ্রমন্তমপি তং ভ্রমর মনমু সন্ধার
> ক্ষণমন্তর্হিতাং বা তমপশ্যন্তী স যেদং পরামমর্শ॥ ইতি

বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিগী সারার্থ দর্শিনী। রাধানা ভ্রমরবু উত্রবদা বিলাপ তৌখ্রে। হায় হায়! অরাবনি ঐগী কল্লবা রাঙাং অহুদা ভ্রমর হুত অহুনা শোইদনা মথুরাদা হনগ্রবনি অমসুং কৃষ্ণগী মফমদ থোদোক অসি শোইদনা হাইরমলগনি। মহাক্কী মচিন্দগী রা পুম্নমক অসি তারগা প্রিয়তম শ্রীকৃষ্ণনা ঐবু শোইদনা ইম্বোক্লগনি, রাধা ঐ হৌজিক করি তৌগনি, কদাইদা চৎকনি, ঐগী কল্লবা রাঙাংনা কৃষ্ণ অরাব ওইহুনা অপরাধ ওইরগদাব্রাও ঐবু, অরাবনি! ওম্বোকপনি! অসিগুম্ব রাখল অসিনা শ্রীমতি রাধাগী মান অদো লাপনা চৎখ্রে, মহাক্কী "কলহান্তরিতা" অবস্থা অহু হৌগৎলক্লে।

"ততো ভ্রমর স্বভাবত্তো ব্যবধানমপি প্রাপ্তংবা প্রদেশান্তরমেব গতংবা নিজোন্মাদমূর্চ্ছয়োরেক তরতস্তত্রৈব স্থিতমমপ্যনমুসংহিতং বাক্ষনং তমদৃষ্ট্বা সহজপ্রেমোৎ কণ্ঠাস্বভাবতোত্তদুপেক্ষা মাশঙ্ক্য মংক্ষু কলহান্তরিতা বস্থামিব প্রাপ্নুবতী॥" মসি বৈষ্ণব তোষণীদা হাইবনি।

মাননা নমথরবা রাধা কান্তগী চরন্দা অশাওবগা লোইননা হাইবদি প্রণয় মানদগী পোকপা অশাওবছ উপেক্ষা তৌরবা মতুংদা পুক্নিংগী অৱাবতু ফংই। "কলহান্তরিতা" হাইবদি প্রণয় কলহগী অরোইবদা অৱাব অমস্তুং অনুতাপকী মশক ওইবা অবস্থা অসি ওইরিবনি। মফম অসিদা প্রিয়তম কৃষ্ণনা থারকপা তুত ভ্রমর অছু উপেক্ষা অথিবা রাহৈনা হাইবদগী চৎথরব্রা পুক্নিংদা থল্লছুনা শ্রীমতি রাধানা মপুক্নিংদা খোইদোক্ল অনুতাপ তৌথি অমস্তুং প্রার্থনা তৌথি—ঐগী প্রেমময় ওইবা অয়াম্ব গুণগী তুংনফম ওইবা চানরবা কৃষ্ণনা অসিগুম্ব তুত অসি অমুক্তা থাবিরকউ। মহাক্ল মরম ওইদনা থাবিরক্লপা অসিগুম্ব ভ্রমর তুত অছু মফমসিদা লাকহন-বিরিব্রাও। মতৌ অসুম্মা থল্লদুনা রাধা খংহৌদনা অমুক হন্না ভ্রমর অছু মফম অসিদা উথরে। মহাক্ল মতম অছুদা খোইমুবু উরগা খোইদোক্ল ইকাই-খুম্নবগা লোইননা হাইজখি। হে ঐগী খোইনা চানরবগী মরূপ ! নহাক অসি ঐগীসু মরূপনি। নহাক অসি ঐগী অয়াকপা রাহৈনা রৈরবা অমস্তুং চৈহৎপদা ঐবু অপরাধ তৌবিদনা অমুক মফম অসিদা লাকপিরে, মসিদা নহাকী অফব পরিচয় অছু খংজরে অরাবনি! ঐ খংলে ঐডোন্দা ঐগী ইফমদা অ তৎপা লৈতনা প্রেমনা ভিনবা প্রিয়তম কৃষ্ণ সে ঐগী কোটি অপরাধ লৌবিদনা নহাকপু মহাক্ল অমুক হন্না থাবিরকলে। নহাক ঐগী প্রিয়তমগী মফমদগী লাকইবনি। মরম অসিনা নহাক ঐগী মরূপনি ইকাই-খুম্ননিঙাইনি অভিথিবি। নহাক প্রিয় অসিগী আচরণ অসিনা ঐবু অমুক্তা শেংদোকপিয়ু হাইবিয়ু। মমাংদৈদা নহাকপু কয়ামুক চৈথিবা মতম অছুদা ঐগী পুক্নিং তপথনা লৈবা ওমথিদে।

ঐগী অপরাধ কয়াবু লৌবিদনা থৌজানবিদুনা প্রসন্ন ওইবিয়ু। নহাক্ন ঐগী ইকমদা প্রার্থনা তৌবগী মরম হাইরো, নহাকী থৌজানবু ঐনা যক্ষা তৌগনি। নহাক্ন মতম অদুদা হাইরবা অদু ওইরবদি ঐখোই নহাক লোইননা মথুরাদ চৎলসি, মসি মহাক্ন পাম্নবা অদু ওইরবদি ঐনা হাইগি—নহাক মথুরাদ চৎলবদি লোইদনা উগনি, ঐখোইগী কান্ত প্রিয়তম কৃষ্ণনা রমণীশিংনা কোইশিল্লগা মখোইগা লোইননদুনা মুত্তাই ময়াই কাদুনা শান্নবা অদু উরগা মতম অদুদা শোয়ইনমক্কী পুক্নিং চাওখৎকনি। মরমদি মশাগী কান্তবু সপত্নী-শিংগা চাননা লোইনবদু উরগা কনান মুত্তাইবা তৌনবগে? মসিদা অনিমক্কী মাইকৈদা অয়াব ভোগ তৌবসি অনিবার্য্যনি। মরমদি ঐনা উই থংই লক্ষ্মী দেবীনা মহাকী বক্ষস্থলদা ডান্দুনা লৈরি। তৌইগুম্বসুং ব্রজ ভূমি অসিদা কৃষ্ণনা হেক লৈরিমথে, মতম অসিদা ব্রজ ভূমিগী নিরুপাধি ওইবা প্রেমগী লাইনা ওইরিবী শ্রীলক্ষ্মী দেবীনসু চিংনরদুনা মহাকী বক্ষস্থলগী নাকন্দা ক্ষীণ ওইবা স্বর্ণরেখা ওইনা লৈথরে। মরম অসিদগী ওসিদি অসিগুম্ব অবস্থা অসিদা মকম অদুদা চৎপা মতিক চাদে। ঐখোইনা চৎপ্রবদা শ্রীকৃষ্ণদা আসক্তা ওইবী রমণীশিংনা ঐখোইবু অপনবা শোইদনা পিগনি। মকম অসিদা কৃষ্ণগী নত্রগা ঐখোইগী নত্রগা মথুরা বাসিগা কৃষ্ণদা আসক্তা ওইবীগা করিগুম্বদা মুত্তাইবা ওইররোই। পুক্নিংগী অয়াব শোইদনা হেনগনি। মরম অসিনা হে প্রিয়সখে! হে দুত! নহাক্ন থোইদোক্ন নহাকী সখা, ঐগী ইবুঙো কৃষ্ণ লোইননা লাকও। অসিগুম্ব রাথল অসি থন্দুনা কমহাস্তস্থিত। শ্রীরাধানা রাথল অসিদা পুক্নিংগা পুন্নমক থংলদুনা ভ্রমর দুত অদুবু মশাগী ওইবা মনুংগী ভাব থক্লিবা পুন্নমক কোংদোকখরে।

শ্রীকৃষ্ণগী সজদা অতোপ্পা কয়াস্থ লৈরিবমি, মতু থাদোকই। মহাক অসি গুমদবা লৈতবনি (তুত্তাজন্মভাবঃ) মরম অসিনা মহাকী মনাক্তা চৎপা মতিক চাদবনি। মতৌ অসুম যুক্তি অতু য়েংলগা ইকাই-খুম্নবগা লোইননা তুতকী মফমদা হাইবন্নবু প্রতিজন্ম কৌই।

অসিগুম্ব শ্লোক অসিদা কৃষ্ণগী থবাক্তা, লক্ষ্মী দেবীগী মফমদা মানিনী শ্রীরাধানা ঈর্য্যা তৌবা তুতকী মফমদা ইকাই-খুম্নবা উৎপা অসি ফোংদোকই। অমুক তুতকী মফমদা, মহাকী অপাম্ব "বর" পিবদা মতিক চাত্রবনি হাইনা নিংখিবনি। রাধাগী অহানবশী মত উদ্ধবনা খল্লুদরে। খল্লুদ্রবস্থ ইকাই খুম্নবগা লোইননা তুতপু স্তুতি তৌই, রাধানা ব্রজ বৃন্দবন্দ চৎতবশী মরম অসি যুক্তি চান উৎলি। মরমসিদগী প্রতিজন্মগী লক্ষণ পুম্নমক ফোংদোকই।

শ্রীকৃষ্ণ কাইনবদা কাইনা বৈশা ল্যাংলবী রাধানা অন্তর্দ্দশাদা হে হরে কৃষ্ণ হে রসিক চুড়ামনি লীলা মখল মখল গোবর্দ্ধন ধারণ পুতনা বধ অঘাসুর, বকাসুর, অরিষ্টাসুর, যমলার্জ্জুন রাস লীলা ১স্নং কুঞ্জ লীলা অসিনচিংবা লীলা মখল কয়াদা তোঙান তোঙানবা মূর্ত্তি শকুম লৌরিবা (লৌবিখিবা) শ্রীকৃষ্ণ ইবুঙোনা ননাই গুইজবী রাধাবু অতৎ-অথম লৈতনা উহনবিখি (তাহনবিখি) বদগী কৃষ্ণ নাম রাম কৌবা, রাম নাম শোঙবদগী কৃষ্ণগী হ্লাদিনি, সন্ধিনী, সম্বিৎ, শক্তি মখল গনা থৌগল্লি, ইবেম্মদস্থ শক্তি গুমা তিল্লি অসিগুম্বা শক্তি কয়ানা থোগজখিবা পুম্নমক অসি নিংশিংলকপদগী রাধানা রসিক চুড়ামনি শ্রীরাম লেংবিরক্রোগবা হাইনা স্মরণ তৌখি।

অপি বত মধুপুর্য্যামার্য্য পুত্রোহধুনাস্তে-
স্মরতি স পিতৃগেহান্ সৌম্য ! বন্ধুংশ্চ গোপান্ ।
কচিদপি স কথা নঃ কিঙ্করীণাং গৃণীতে-
ভুজমগুরু সুগন্ধ মূর্দ্ধ্যধাস্যৎ কদা নু ॥ ২১

সুজল্প—

(ক) যত্রার্জ্জবাৎ স গাম্ভীর্য্যাং সদৈন্যং সহচাপলম্ ।
সোৎ কণ্ঠঞ্চ হরিঃ পৃষ্ঠঃ স সুজল্পো নিগদ্যতে ॥

অন্বয়ানুবাদ—(ঐগী ইবুঙো শ্রীকৃষ্ণনা হাইরকপা তাকপিরকপা ওইরবদি) সৌম্য=হে মধুকর ! আর্য্যপুত্রঃ=নন্দ মহারাজগী মচা শ্রীকৃষ্ণনা চৎথিবা বিদ্যা তম্নবগী রা অহু ঐনা তাগ্রে গুরু গৃহদগী হন্নক্লগা, অধুনা মধুপুর্য্যাং আস্তে কিং=হৌজিক মধুপুর অহুদা লৈররবা ওইরিনিনা, সঃ=অহুঙুম্না শ্রীকৃষ্ণনা, পিতৃ গেহান্=নন্দ যশোদাগী ব্রজ অসিদা, বন্ধূন্ গোপান্ স্মরতি কচিৎ ?=মরূপশিং গোপশিং নিংশিংবিরি মত্রা করিনো ? সঃ=শ্রীকৃষ্ণনা, কিঙ্করীণাং =মহাকী মনাই ওইরিবা, নঃ=ঐখোইগী, কথাং=ৱাশিং ঐখোই-গী ইকম্দা, গৃণীতে=হাইরকপগে করিনো ? বত=অরাবনি, কদানু=করম মতমদা, সঃ=ইবুঙো মহাকী, অগুরু সুগন্ধঃ ভূজং= মুংশিররা অগুরু চন্দনগী মনম্না করম্বা কান্দা মুংশিরব হস্তনা ঐখোইগী, মূর্দ্ধ্নি=কোক-থক অসিদা, অধাস্যৎ=হাপ্লিরকদগে ॥

(ক) অসিগুম্ব শ্রীকৃষ্ণ আর্জ্জব ওইবগী সরলতানি গাম্ভীর্য্যানি চিংলেমনি ১মুং সবৈন্যনি মীপুক থংদিবনি পুক্কিং চপল মানবনি, পুকচেল তিংবনি, অত্যন্ত উৎকণ্ঠান তিনব পুর্কচেল চাওনা শ্রীহরিবি হাইবা কোংদোকুনা চিত্রজল্পগী মথক ১০গী অরোইবা কিনাই উন্মাদগী বিলাপ ভঙ্গি উৎপা জল্পবু সুজল্প কৌই ।

ইঁবেম্মা শ্রীমতি রাধানা মপান্দা ঈশৈ শকুনা শাউনা কৃষ্ণ বার্ত্তা হংজে। অস্তরঙ্গদনা বিরহ দশা কুঞ্জলীলা-অভিসারিকা-বাসকসজ্জা উৎকণ্ঠীতা-খণ্ডিতা-বিপ্রলব্ধ কলহান্তরিতা-প্রেম লীলা, ওইখিববু নৌগৌননা ঙসি নিংশিংজরকই। শ্রীকৃষ্ণনা ইবেম্মদা—হে রাধে নং শাউরগমু ঐ লাল্লে হা ইখিবহসু ওয়া তৈনপ্রে। ইবেম্মনা কৃষ্ণদা অপরাধিনী ওইপ্রে অসুম্মা অঙাওবীগী পান্দমশুমুবী ইবেম্মনা হে ললিতে বিশাখে—ঐ ঙাওহের, ঐগী ইবুঙোগী কুশল বার্ত্তাদি হংদে, ঐগী রাতমক পংঙাং ঙাংই করিনো ঐনা তৌরিসিবো? অসিগুম্বা মমাংদ হৌখ্রবা লীলা কয়া কয়াবু ঙসিদি ইবেম্মনা ইনৌ-নোনা নিংশিংজরকপদগী—হে কৃষ্ণ! ইরান্না মপুং ফারবী ননাইবু অমুক্তদি ঙ:কপিখো শ্রীচরন্দা থুরুমজরি।

তথাহি—ভজে ব্রজৈক মণ্ডনং সমস্ত পাপ খণ্ডনং,
স্ব ভক্ত চিত্ত রঞ্জনং সদৈব নন্দ নন্দনম্।
সুপিচ্ছ-গুচ্ছ-মস্তকং-সুনাদ বেণু-হস্তকম্,
অনঙ্গ রঙ্গ-সাগরং নমামি কৃষ্ণ নাগরম্॥
কদম্ব পুষ্প কুণ্ডলং সুচারু গণ্ড মণ্ডলম্,
ব্রজাঙ্গনৈক বল্লভং ভজামি কৃষ্ণ দুর্লভম্।
সমস্ত দোষ শোষণং সমস্ত লোক তোষণং,
সমস্ত দাস মানসং নমামি বেণু বাদকম্॥
বিমুক্ত-মুগ্ধ গোপিকা মনো মনোজ দায়কং,
যশোমতেঃ কিশোরকং ভজামি দুগ্ধ চোরকম্॥
যদা তদা যথা তথা সদৈব কৃষ্ণ সৎ কথা।
তনোতু নো মনো মুদং প্রভো: কৃপা বিধীয়তাম্॥

ননাই রাধাদি অহানবা মুমিংকী দর্শণ ফংহনবিখিবনা পূর্ব্বরাগ ওইজল্লুনা শ্রীচরন্দ প্রোন কৎচবনা প্রথম বিবাহনি।

ভাণ্ডীরবন জলকেলী লীলাদা সনা কিগেগা লোইননা বংশি কৎচবনা দ্বিতীয় বিবাহনি।

জগৎনদি মপুরোইবনি হাইনম্বিবা আয়ন মাগী মমাংদা ইবুঙো কৃষ্ণনা। ঐ লৈরমগনি তাকপিখিল্লুনা মাগী মাংদা ভাম্বোইবিরম্মি, পুষ্প মালা ইবুঙোগী কণ্ঠদা কৎচখিবনা তৃতীয় বিবাহনি।

ইবুঙো নংগী প্রসাদ নত্তুনা চাতখ্ররোই সত্য সঙ্কল্প ওইজরবী ননাইনি। নিংজরি ননাইনা বৃন্দাবন্দ লৈজবা পুম্বা পাপ কোকপি হৈবা "হে কৃষ্ণ। ননাই ভক্তগী থম্মোই মচু লোকপিব নন্দ নন্দন হে কৃষ্ণ! বাহোং চূড়ান কোকী লৈতেং. মরোন থোক্লবা বেণু খুৎকী লৈতেং, অপাম্ব অনঙ্গরঙ্গ সাগর ওইবা খুরুমজরি কৃষ্ণ নাগরবু। কদম্ব মপাল কুণ্ডল নাইল থাগুম কজরবা গণ্ডস্থল, ব্রজাঙ্গনাগী অমতা ওইবা চান্নবা কাউজদে ফংঙমদবা কৃষ্ণ। অয়াম্ব পাপ কয়াবু মাংহনবিবা জীব ওইবা পুম্ববু পেনবি হৈবা ননাই ওইরবীগী থম্মোই উবিবা খুরুমজরি শ্রীমুখদা বেণু খোংব। উজরগদা পেঙ্গবী গোপিকা থম্মোইগী পুক্লিং অপাম্ব থম্বাল পিবিবা, যশোদা ইমাগী কিশোর-শক্তম, নিংজরি ব্রজগী শঙ্গোম হুয়ানবা। মতাং মতম মতম পুম্বা শ্রীকৃষ্ণ কথা মতম চুপ্পদা শন্দোকপিয়ু। ঐখোইগী পুক্লিং ওইহনবিয়ু কৃষ্ণগী থোজানবু। লেংবিরক্লোগবা ননাইগী শ্রীবৃন্দাবন্দ অমুক্তদি উহনবিয়ু নিংখিজরবা ইবুঙোগী তাণ্ডব জগোই অদো।

মতুবাঃ—হে সৌম্য মধুকরগা প্রিয়তম শ্রীকৃষ্ণ ব্রজ বৃন্দাবন্দ অসিমতুদা লৈরিব মতুরাও? মহাক্ক মহাক্কী পিতা মাতা, য়ুম ১সুং গোপ গোপীশিংবু নিংশিংলমখিগদ্রাও? মহাক্কী মনাই ঐখোইবু কদাইদা করি হাইখিবা। অমাবনি করম্ভ মতমদা ইমুডো মহাক্কী অগরু চন্দনগী মতৌগুম্ব খুৎনা কৈদৌঙৈ ইকোক্কা নাম্বিরগদ্রা?

দিব্যোন্মাদিনী কৃষ্ণনা থনাই ওইবী কৃষ্ণ কাইনরবী শ্রীরাধানা খুদক অতুমতুদা মহাকী মচিন্দা কষ্টে, মানে; অসূয়া, ঈর্ষ্যা, ওইবা ভ্রমরবু কৃষ্ণ হূত ওইনা তৌদুনা থাজৈশেংনা মশামরু প্রলাপ তৌখি, ইখং থংহৌদনা মহাক্ক কৃষ্ণগী মকমদা অশাওবস্তু লাপ্পা থাদোকরে, মহাকী পুক্রিংদা—অরাবমি অরাবনি ঐনা হূতশিংবু কারণা প্রলাপ তৌরি। প্রিয়তম কৃষ্ণনা থারকপা হূত অসিবু লৌকিক ফাওবা প্রিয়তম কৃষ্ণগী রা অমসুং হংদ্রি ঐনা, থাজৈশেংনা কৃষ্ণতবু উদ্দেশ্য তৌরগ। হূত অসিবু কঠোর বাক্যনা তিরস্কার তৌরি। (অরাবনি রাধা ঐনা মরাই কাবনা মরম ওইদুনা কুরিগী বিলাপ তৌরি-বনো? হঙ্গদবদি হংদনা, অসূয়া অনুতাপ তৌরগা মিপাইবগা-লোইননা হাইখি, মসি সারার্থ দর্শিণী বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তিনা হাইবনি) শ্রীরাধানা মতৌ অশুম তৌনা ভাব অসি উদয় ওইরকপদা মহাক্ক খুদক অতুমতুদা চাক্ষণা [illegible] অদুদা, সরলতা, গাম্ভীর্য্য-দৈন্য-চাপল্য, অমসুং উৎকণ্ঠাদা লোইননা থরা কুমুদুকা কপ কপা ভ্রমরগী মকমদা-দা অসি হংবরে-"আর্জ্জবাজৈ গাম্ভীর্য্যং-স চাপল্যং-সৌৎকণ্ঠং স গদ্গদ-কল্পধায়ং পৃচ্ছতি।" —মসি বৈষ্ণব টোষণীনা হাইবনি।

হে মধুকর ! ঐনা তাখ্রে শ্রীকৃষ্ণ মহাক্কী উপনয়নগীদমক্তা থোইনা লাপথ্রবা অবন্তিপুর কৌবা মফমদা লৈরিবা শ্রীসান্দীপনি মুনিগী আশ্রম গুরুকুলদা গায়ত্রী পুরশ্চরণ ১সুং শাস্ত্রাধ্যয়নগীদমক চৎখি। হৌজিক গুরুকুলদগী আর্য্য পুত্র কৃষ্ণ মধুপুর বৃন্দাবন্দ লেংবিরক্রব্রা ?

কৃষ্ণনা থম্নাই ওইরিবা, নন্দ মহারাজনা গুণ পুম্নমকী তুংনফম ওইরিবা শ্রীকৃষ্ণবু ব্রজ বৃন্দাবন থাদোক্লমলগা, একাকী মথুরাদা লেংবিখিবনি। মধুপুরদা ব্রজরাণী মাতা যশোদানা মতমচুদা হায়না খংলম্লগনি। সরলচিত্ত ওইবা শ্রীনন্দ মহারাজনা কৃষ্ণ রাওদনা বৃন্দাবন্দ হল্লকখি, অদু ওইরবদি মহাক্ল থোইদনা মচাবু কোল্লগা অক্রুরগী দোলাইদা থাঙ্গৎলগা বৃন্দাবন্দগী চৎখিবনি অমসুং মহাকী মতুংদা গোপীশিং ইমখিরনি। মরম অসিনা ব্রজ রাজ নন্দগী চমজবা (আর্য্য ওইবা) অসিনা ঐথোই পুম্নমকীদি অমাবনি। মসিদা রাধানা কৃষ্ণবু আর্য্য পুত্রনি হাইদুনা উৎলগা থোইমুগী মফমদা মহাকী রা পুম্নমক খংহনখরে।

"আর্য্য পুত্র" শব্দ অসিনা অমুক হন্না ব্যঞ্জনা অসি মতাং অসিদা খংহল্লি। সংসার অসিদা ঐথোইগী অতোপ্প পতি (স্বামি) অমা উররোই লৈরগোই মসি লোক প্রিতি মাত্রনি। (এবাস্মাকং বাস্তবঃ পতিঃ অন্তত্ত্ব লোকপ্রীতিমাত্রঃ, বৈষ্ণব টোষণী।)

ইবেম্মা শ্রীমতি রাধানা হাইজখি—অসিগুম আর্য্য পুত্র কৃষ্ণ অসে মথুরা বৃন্দাবন্দ মুঙাইনা লৈপ্রবা, অদু ওইরবদি খংহল্লিবসিমি, কৃষ্ণবু মতাংসিদা মহাকী পিতা মাতানা লানন পালন তৌখিবনি।

কৃষ্ণ মহাকপু মিকুপ অমা উদবদা মমিত্তা অন্ধকার ওইখি। মহাকী মাধুর্য্যময় ওইবা বাল্য-লীলা অমস্তুং ফত্তবা উপদ্রব কয়াদা মখোইনা কয়ামুক ওইবা অরাবা মুঙাইবা অনুভব তৌখি।

শ্রীদামনচিংব ব্রজগী সখাশিংমদি শ্রীকৃষ্ণসে প্রাণ প্রিয়নি। মখোইগী সঙ্গদা মহাক্ন অহকী মতিক আমোদ-প্রমোদ-রঙ্গক্রীড়া অমস্তুং গোষ্ঠ বিহারনচিংব অমদি গোচারণ তৌখিবনি। মখোইগী অরাব শ্রীমতি রাধানা নহাক্ন নিংশিংলি। মতৌ অসুম্না মুমগী কাদা, তুমফমদা অসিনচিংব মফমদা। খুদক্তা মহাকপু কাইনবদা খোই-দোক্না রাজরবা ব্রজ বাসী গোপ গোপীশিংনি।

করি অমুক হাইসিগে হে ঐখোইগী চাম্নবগী মরূপ দূত মধুকর, ঐখোইগী থরাইগী খোইদোক্ন থুম্নবা রা কয়া নংমু থংগল্লিবসিনি। মতমসিদা ইবুঙো মাগী পুক্লিং অপাম্ব সেবাগী মরমদা পুরস্ত্রীশিংনা, করিগুম্ব মতমদসু ফংলোই থংবসু থংলোই, মতমতুদা মহাকী মনাইনা ঐখোইগী রা অসি নিংশিংথি অমস্তুং ঐখোইগী রা অসি অমুকসু হাইখি—"ক্বচিদপি স কথা নঃ কিঙ্করীণাং গৃণীতে······।" বন মালা থোনবা কান্দ, মুরলী খোংদবা মতমদা, সঙ্গীতকী রাগ-রাগীনি তাল শেম্ব কান্দ, ক্বগোই ঈশৈনচিংবদা, শয্যা শেম্ব কান্দ, নিংথিরা ফজবা বর্ণনাগী মতমদা, চংলকপা রাহংগী পাউখুম পিবা মতমদা অমদি প্রেম-স্নেহ-মান-প্রণয়নচিংবদা। মতৌ অসুম্না করিগুম্ব মতমদা ঐখোইগী প্রাণ-মন অমদি মুংগী ওইবা প্রেম সেবাগী রা অসি পুক্লিংদ খন্দরা? অমুক হন্না মহাক্না করিগুম্বদা কাউথিত্নুনা দাসীশিংগী মিং হাইথিদবরাও? দাসী অসিনদি

সেবা তৌবদা অযোগ্যনি। অত্রেপ্প হৈ-শিংবীশিংনা সেবা তৌবত্ত উরগা মহাকৌদমক্ত রারবী সেবিকাশিং, অতুনা অযুক্তি ওইদবা বা কয়া পুক্লিংদা খনবরা? অরাবনি করম্ব মতমদা ঐনা শ্রীমুখগী কথা তাখ কংগদবা? কৈদৌডৈ শ্রীমুখকমল উগদগে? কৈদৌডৈ মহাকী অগরু চন্দন-খুং অতুনা ঐংখোইগী ইকোক্তা খঙ্খিখিগদরা, অরাবনি কৃষ্ণ খিরহিনী ওইরবী ঐখোইগী লাইবক কবা কৈদৌডৈ ওইরকবা, অশুম্বা নানা বিলাপ তৌরগা শ্রীমতি রাধানা মখোইগী পুক্লিংগী অরাবত্ত ফোংদোকখি।

শ্রীরাধাগী যাম্না তোনবা বাহৈ অদু উরগা তারগা কবি বিদ্যাপতিগী পদ অসি পুক্লিংদা ফাওরকই—

"প্রেমক অঙ্কুর জাত আত ভেল, নভেল যুগল পলাশা।
প্রতিপদ চাঁদ উদয় জৈসে যামিনী, সুখ লব ভৈ গেল নিরাশা॥
সখি হে অব মোহে নিঠুর মাধাই-অবধি রহল বিসরাই॥"
কোন জনে চাঁদ চকোরিণী বঞ্চব, মাধবী মধুপ সুজান।
অনুভবি কানু পিরীতি অনুমানিয়ে, বিধতি-বিহি নিরমান॥
পাপপরাণ মম আন নহি জানত, কানু কানু করি ঝুর॥
বিদ্যাপতি কহ নিকরুণ মাধব গোবিন্দ দাস রস পূর॥
মসি বিদ্যাপতি অমসুং গোবিন্দ দাসনা হাইবনি।

পদ অসি মর্মার্থ পদনি—

শ্রীকৃষ্ণ বিরহিনী রাধানা বিলাপ তৌরগা হাইখিবনি—

হে সখি, শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী অঙ্কুর অদু কখা কংবা, কাঙ্কেমরী মশক সূর্য্যগী মঙানগুম মৈশা ফংই) উই, মসিদা রাধা ঐগী কন্নি

ওইবা, মরম অসিনা অহিং ওইরক্লবদা প্রতিপদ তিথিগী চাঁদ (থা) অসি উদয় ওইরকই, অমুম অমুম ওইরকপনা মতৈ খংদা অন্তর্ধ্যান ওই, মঙান অসিগী কিরণ মুক্তাইবা খংদে। মতৌ অমুম্না ঐ অসি কৃষ্ণ প্রেমগী সুখ অতু লেশ মাত্র নিরাকারনি। অরাবনি ! সখি ! মাধবসে ঐগী ইমক্কমদা নিষ্ঠুরতা ওই। মথুরাদ নৈত্রব কান্দা হয়েং লাকনিদা হাইবিরকখিবসু শ্রীকৃষ্ণ লাক্তবগী মরম পিখি, মতুং মানা (কৃষ্ণনা) কাউথোকখ্রে। অরাবনি ! সখি ! ঐ অসি কয়াদ লাইবক থিপ্রবীনো. কনান খংগনি অসিগুম্ব থাগী মঙান অসিদা ১মুং সুজন থোইমু অসিনা মাধবী পুষ্পবু বঞ্চনা তৌত্রাও ? কানুকৃষ্ণগী প্রেম থল্লুরগা হাইবদি মহাক্না পেনখিবহু নিংশিংলগা ঐনা থল্লি, মতুদি মহাক্কী দোষ নত্তে, বিধাতাগী খুৎশেমদা শৃঙ্খলা নৈত্তে, মসি ঐগী বিধাতাগী দুর্দ্দৃষ্টি সৃষ্টিনি। সখি ! ঐগী পাপ কৃষ্ণগী তোঙানব ঐঙোন্দা নৈতে। মরমসিনা ঙসিদি কৃষ্ণ কৃষ্ণ হাইরগা কপচবনা ঐগী ইথৌনি । অরাবনি ! হে মাধব ! কল্লিগী অমুক তমথিবসি (বু)

শ্রীরাধানা ভাব অসি তৌরগা শ্রীমহাপ্রভুগী অস্বাদন অমসুং মুংদা বিলাপ তৌবা অসিগুম্ব প্রসঙ্গ অসিদা থোইদোকপা অস্বাদন তৌবগী মতিক চাবনি। বিরহিণী শ্রীরাধানা অমুম্না বিলাপ তৌখ্রে, মতৌ অমুম্নসু প্রভুনা বিলাপ তৌখি।

মোর সেই কলানিধি, প্রাণরক্ষা মহৌষধি,
হে সখি মোর তেঁহো সুহৃত্তম ॥
দেহ জীয়ে তাঁহা বিনে, বিধি করে এত বিড়ম্বন,
অরে বিধি তোঁ বর নিঠুর ॥

অন্যোন্যে দুর্লভ জন, প্রেমে করাঞা সম্মিলন,
অকৃতার্থান্ কেনে করিস্ দূর ?
অরে বিধি ! অকরুন, দেখাইয়া কৃষ্ণানন,
নেত্রমন লোভাইলি আমার।
ক্ষণেক করিতে পান, কাঢ়ি নিলি অন্যস্থান,
পাপ কৈলে দত্ত অপহার॥
কৃষ্ণে কেনে করি রোষ, আপন দুর্দ্দৈব-দোষ,
পাকিল মোর এই কর্ম্মফল॥
যে কৃষ্ণে মোর প্রেমাধীন,
তারে কৈল উদাসীন এই মোর অভাগ্য প্রবল॥

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত অন্ত্য ১৯ পরিচ্ছেদ।

হা হা সখি ! কি করি উপায় ? কাঁহা করোঁ কাঁহ যাঙ্।
কাঁহা গেলে কৃষ্ণ পাউ কৃষ্ণবিনু প্রাণ মোর যায়॥
মন মোর বাম দীন, জল বিনু যেন মীন,
কৃষ্ণ বিনু ক্ষণে মরিযায়।
মধুর-হাস্য-বদনে, মনো নেত্র রসায়নে,
কৃষ্ণ তৃষ্ণা দ্বিগুণ বাঢ়ায়॥
হা হা শ্যামসুন্দর, হা হা পীতাম্বরধর !
হা হা রাস বিলাস নাগর॥

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত অন্ত্য ১৭ পরিচ্ছেদ।

প্রকরণ অসিদা থম্মোই শোক বিলাপ তৌরিবী রাধাগী অদাবসি উদ্ধবনা মহাকী মনাক্তা চংশিল্লগা তাখি শ্রীউদ্ধবকী মচিন্দা অমুক হন্না কাপ্তিরব অমা হাইখিবা লৈতে। মহাক্ক আম্মা হারা ওইহনা কৃষ্ণ প্রেমগী করিগুম মশক অমা উখিদরে ১সুং তাখিত্রে।

উদ্ধবকী মখিৎ উবগী ক্যাননবা ফংলে অমসুং পোক্‌পগী মহৈ য়াল্লে, মহাক্কী জ্ঞান ভক্তিগী নাপন য়াংখ্রে, থোইদোক্ক তোল্লবা মান মপুং ফারে। ইতি—

কনান হাইথি—মশামক্ক কৃষ্ণতবু অখোইবা প্রিয় ওইজবা শ্রীরাধানা চিত্রজল্প মাধুরিগী খোরাংবা মহাক্কবু আস্বাদন তৌগে হাইবগীদমক থোইমু ওইনা লাকখিকনি। "প্রেয়স্যাশ্চিত্রজল্পমাধুরী পিপাসয়া কৃষ্ণ এব ভ্রমররূপমথাদিতি কেচিৎ।" সারর্থ দর্শিনীদা শ্রীবিশ্বনাথনা হাই। ভাগবতকী অসিগুম্ব শ্লোক অসিদা চিত্রজল্পগী ১০ গুবা শরক্তা লৈবা "সুজল্প" কজনা ফোংদোকই।

মতাং অসিদা ইত্তিং ত্তিংবা করিগুম্ব অফা-অপুন য়াওদবা, গাম্ভীর্য্য-দৈন্য-চপলতা অমসুং থোইদোকপা উৎকণ্ঠাগা লোইনবা শ্রীকৃষ্ণনা বিষয় ওইবা সং বাদনচিংবা থংহল্লিবা অসিবু "সুজল্প" কৌরিবনি।

মকম অসিদা শ্লোক অসিগী অহানবা পাদদা "অপি বত মধুপুর্য্যামার্য্য পুত্রোহ ধুনাস্তে" হাইবদি আর্য্য পুত্র কৃষ্ণ অসি করি মরমগীদমক হৌজিক কাওবা মথুরাদ লৈখ্রিবনো? শ্রীমতি রাধাগী অসিগুম্ব রাহৈ অসিনা মহাক্কী চম্নবা ইত্তিং ত্তিংবা "সরলতা" মতাং অসিমক্তদা ফোংদোক্লিবনি। শ্লোক অসিগী ২ গুবা পাদনা স্মরতিস পিতৃগেহান্ সৌম্য বন্ধুংশ্চ গোপান্ রাহৈ অসিদা মশাগী ওইবা রা অহু নিংশিংখি, মরমদি—অহানবদা প্রশ্ন ১ মৌরুদতা কৃষ্ণ কথা, মহাক্কী বন্ধু-বান্ধব গোপশিং নিংশিংবগী রা অসি থংহল্লগে হাইবগীদমক শ্রীরাধাগী পুক্নিং লাকশিনবা ২হুং লেমজবহু ফোংদোকই।

শ্লোক অসিগী ৩ শুবা অমসুং ৪ শুবা পাদদা ইবেম্মা রাধাগী অত্তোনবা রাখল, হৈ-শিংবা অমসুং উৎকণ্ঠা অদু নিংথিজনা ফোংদোকই। "অত্র প্রথমে পাদে আর্জ্জবং, দ্বিতীয়ে স্ব প্রসঙ্গান্নুখাপনেন গাম্ভীর্যাং, তৃতীয়াচ্চতুর্থয়ো দৈন্য চাপলোৎকণ্ঠা ইত্যয়ং সুজল্প" শ্রীবিশ্বনাথ সারর্থ দর্শিণী। শ্লোক অসিগী "কচিদপি স কথা নঃ কিঙ্করীণাং গৃণীতে" হ্রা অসিদা "কিংকরী দাসিশিংগী ঋাত্তনি কৃষ্ণবুদি হাইদে" হ্রাহং অসিদা শ্রীরাধাগী পুক্কিংগী অত্তোনবা অমসুং "ভুজম্ মূর্দ্ধি অধাস্যৎ কদা নু" হ্রাহৈ অসিদা হাইবদি করম্ব মতমদা অমুক হন্না মহাক্কী শ্রীকর কমল অতুনা কৃষ্ণদাসি ওইবা ঐখোইগী ইকোক অসিদা নানবিরকখিগদগে, হাইবা হ্রাহং অসিদা মুংগী উৎকণ্ঠা অরাব অমসুং চপলতাসু ফোংদোকই। মক্কম অসিদা "কদা" হাইবা পদ অসিদা নিশ্চয় লৈত্তবা ফোংদোকপা রাধাগী থম্মোইদা পরমকৈবল্যতা ফোংদোকই অমসুং বিতর্কতাব্যঞ্জক হাইবসিনা "নু" পদ অসিগী বিচার তোনবগীদমক নিশ্চয় তৌথি। মসি ফোংদোকুনা পরম উৎকণ্ঠা অসি উৎলি। মরম অসিনা "সুজল্প" মওং মতৌ লক্ষণ শ্লোক অসিদা বর্ত্তমান ওইনা হাইরি॥ ১৯—২১

শ্লোকোঽয়ং স্বাধিণ ভর্তৃকা নায়িকা—

১। "যস্যাঃ রতি গুণাকৃষ্টঃ পতিঃ পার্শ্বং ন মুঞ্চতি।
বিচিত্র বিভ্রমা সক্তা সা স্যাৎ স্বাধিন ভর্তৃকা॥"

তথাহি— গীত গোবিন্দে—শ্রীকৃষ্ণ বাক্যম্—

২। বদসি যদি কিঞ্চিদপি দন্ত-রুচি কৌমুদী,
হরতি দরতি মিরমতি ঘোরম্।
স্ফুরদধর-সীধবে তব বদন চন্দ্রমা,
রোচয়তি লোচন চকোরম্॥ ১০/১

---

(১) অতুবী রতি লীলাগী গুণ কয়ানা হিন্নব পতি নাক্তগী থাদোক্তনা, অতকপা মথল বিচিত্র সঙ্গম লীলা আসক্ত ওইবা রসবু স্বাধিন ভর্তৃকা কৌই।

(২) হে মনোহর বৃত্তে (রাধে) পুকচেল ফজরবী ইবেম্মা রাধে। মতাং চাদনা থোকপ্লব অশাওবদো থাদোক্লো, খুদক-সিমক্তনা কামগী মৈন্দা ঐগী থম্মোইসি চাক্লে, মুংশিবিহুনা মাইথোং থরাল লৈহি কংহল্লো। হে প্রিয়ে! কুন্দ পুষ্পনা ইকাইজরিব শ্রীমুখ কাথোক্তনা রাহে অমতং তাংলবদি রাগী মঙালনা থাবলগুম অফিবগী অলক ওইরবা মমরসি পুমঙাল্ ডানগনি, অদুগা কৃষ্ণ ঐগী অফিবগী অবহুসিমু শ্যাওব ক্লোকলে খংগনি। "মম লোচন চকোরম্" থাবু তমজবী মাইথোংনা মিয়েংরিরদি, কৃষ্ণগী মিং (নোংইন চেক্লা চকোর) না অমৃত অদুবু প্লায়রল্লি। ১০/১

৩। প্রিয়ে চারুশীলে মুঞ্চ ময়ি মান মনি দানম্,
সপদি মদনানলো দহতি মম মানসম্।
দেহি মুখ কমল-মধুপানম্॥ ১০/২

৪। স্থল কমল গঞ্জনং মম হৃদয়-রঞ্জনং,
জনিত-রতি-রঙ্গ-পরভাগম্।
ভণ মসৃণ বাণি করবাণি চরণ দ্বয়ং,
সরস-লসদ-লক্তক-রাগম্॥ প্রিয়ে॥ ১০/৭

৫। স্মর-গরল-খণ্ডনং মম শিরসি মণ্ডনম্,
দেহি পদপল্লবমুদারম্।
জ্বলতি ময়ি দারুণো মদন কদনানলো,
হরত তদুপাহিত-বিকারম্॥ প্রিয়ে॥ ১০/৮

---

(৩) হে প্রিয়ে! চারুশীলে জগৎনা ফিদমনিঙাই ওইজবী, হে লমচৎ-শাজৎ ফজরবী রাধে! ময়ি মনি দানম্ মানং মুক্ত— লায়েংবদা রারগদবা কৃষ্ণদা পিরিবা মান (অশাওবদো) থাদোক্লো নত্রবদি মতাং চাদনা থোকখ্রবা কামগ্নিনা থম্মোইসে মৈ হৌরক্লেনে হে রাধে! চাক্লবা মৈবু মুৎপিরো, পিনখিরো রাধাগী মাইথোং থম্বাল অমৃত কংহনবিরো।

(৪) হে মসৃণ বাণি! রাইহে থোম্থোক ফজরবী রাধে মংনা য়াথং পিনবিরো। কৃষ্ণ ঐনা রাধে মংগী লৈকং থম্বালবু ফজনা ফজরবা ঐগী থবাকী লৈতেং ওইরবা স্থূরত লীলাগী মিংথিরবা শক্তম্না ওইরবা চরণ ২বু থোইদোক্না কুইনা নিংথিরবা চা মহিনা লাক্লবদা মচু মাংদবা লৈতেংবগুম ওইজরনে।

তথাহি—গীত গোবিন্দে—

৬। গতবতি সখীবৃন্দে মন্দ-ত্রপা-ভর নির্ভর-স্মর-
শর--বশা-কুত স্ফীত স্মিত-স্নপিতা ধরম্।
সরস মনসং দৃষ্ট্বা রাধাং মুহু র্নব-পল্লব প্রসব-
শয়নে-নিক্ষিপ্তাক্ষী মুবাচ-হরিঃ প্রিয়াম্॥ ১২/১

(৫) হে রাধে মহাক্কী কামগী, হুগী মৈচাক কোক্লবা কজরবা তনৌরবা য়েন্নিং গুম্বা পাদ (মখোং) অতুনা কৃষ্ণ ঐগী কোক্তা লৈতেং ওইনা থাজৎপিরবে। কৃষ্ণ ঐত্তোন্দা মুংশি থংব্রব "মদনক মনাকল" কামগী তমথিরব মৈনা চাকলকলে, মরমসিনা রাধাগী খোৎলবা পাদনা কংলিবা অরাব মৈসিবু (মৈচাকসিবু) কোকলসনু।

(৬) অতুগী তুংদা শ্রীকৃষ্ণ-সরস্-মনস-রস-অনুরাগ, পুক্লিং ইছুন ওইরকই। সখী পুম্বনু লাপথোকখে, ইকাই থিবী মহোৌশা কামগী তেম্না খুমুম চন কেলী লীলা বিভ্রম চিন্নবান থক-খা হাইকেৎ মোকখিজ, খম্বালগুম মাইথোং শাৎকাইমিয়র, অনৌব য়েন্নিং উবানা, খোৎলবা লৈ-তনা লেমজর শয্যাদা, অনুরাগ পুর্ণ চিংন-চিংনা য়েংনর প্রিয়া মাগী মফমদা তাকশিথি।

রাধাগোবিন্দ শয়ণ মন্দির লেংশিনখি। ফিজং পদার রাংমদা লৈজরিবী সখীশিংনা মঙ্গুরী ওইজহুনা আরতি সেবা চামর কাংহাই, হুন্নাই তাম্বুলনছিংবা খৌদহে।

(৭) জয়তি পদ্মাবতি-রমণ জয় জয়দেব কবি-
ভারতী-ভনিত জয়দেব ভনিত মতিশাতম্‌ ॥ ৯ ॥
শ্রীভোজদেব প্রভবস্ত বামাদেবী সুত-
শ্রীজয়দেবস্ত পরাশরাদি প্রিয়বন্ধুকণ্ঠে
শ্রীগীত গোবিন্দ কবিত্ব মস্ত ॥ ১২/৩০

---

শ্রীভোজদেবনা পোকচবা বামাদেবীগী মচা শ্রীজয়দেব ব্রাহ্মণ কুমারনা পূর্ব্ব সঙ্কল্পিত ওইজখিব ৪ত্তবা শকম (সেবা) ওইজহনা মনাই পদ্মাবতী মঙ্গলাচরণ সূত্রনা লম্নজিং মৈরা ওইহনা ইজখিবা "গীত গোবিন্দ কাব্য" শ্রীরাধা মাধবগী চরন্দা কচ্ছখি, (কাবাবু) প্রিয়বন্ধু পুরাশরনচিংব ঋষি খিবিকী কণ্ঠদা লৈতেংহনা "কবিত্ব মস্ত" ভক্ত শ্রীজদের কবি ফংহনাবসহ। (শ্রীজয়দেব কবি) গীত গোবিন্দ কচ্চরবা তুংদা গৃহি আশ্রমদা গৃহস্থি ওইখি।

শ্রীরাধাগোবিন্দগী অষ্ট কালীয় লীলাদা শ্রীকৃষ্ণগী লীলাময়ী শ্রীরাধাগী কৃপা শ্রীরূপ গোস্বামি পাদনা সংক্ষেপ ওইনা ফংজৈ, শ্রীগৌরাঙ্গ চৈতন্যদেবগী মাথংনা ইজরগা কংচে। অসিগুম্বা রাগ-মার্গীয় ওইবা গোবিন্দ লীলামৃত, উজ্জলনিলমণি, ভক্তি রসামৃত সিন্ধুনচিংবা গ্রন্থ কয়া চৈতন্যদেবনা রাগানুগা মার্গীয় বাহ্যাভ্যন্তর লীলা কখিরমহনা ভক্ত বৈষ্ণবশিংগী কণ্ঠমনি ওইহনবিরম্মি, প্রভুগী কৃপানা শ্রীরাধাগোবিন্দগী রসামৃত সেবা ফংহনবি।

মতাং অসিদা ভ্রমর গীতকী শ্লোক ১১—২১গুবা কাওবদা শ্রীরাধিকাগী শ্রীকৃষ্ণ বিরহ দশা থুংপানগী ওইবা চিত্রজল্প মখল ১০ উজ্জলনিলমণি গ্রন্থ মনাই গোস্বামিনা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য প্রভুগী চরন্দা কংখি। হৌজিক ৪৭ অধ্যায়গী শ্লোক ২২দা শ্রীভোজদেবনা

৮। ইতি চটুল-চাটু-পটু-চারু-মুর-বৈরিণো,
রাধিকা মধি-বচন জাতম্।
জয়তি পদ্মাবতী-রমণ জয় জয়দেব কবি
(রমণ কবি ভারতী)
ভারতী-ভনিত-জয়দেব, ভণিত মতি শাতম্।
(প্রিয়ে)। ১০/৯

৯। শ্রীজয়দেব-ভণিত-মধরী-কৃত-হার-মুদাসিত-কামম্।
হরি-বিনিহিত মনসা মধিতিষ্ঠতু কণ্ঠতটী মবিরাম্। ১১/৯

অন্বয়ঃ—ইতি=মতৌ অসুমা, পদ্মাবতী রমণ=পদ্মাবতীগী মপুরোইবা, জয়দেব কবি=—জয়দেব কবিগী, ভারতী ভনিতং= রাহৈবা লেংলব', মুরবৈরিণঃ=শ্রীকৃষ্ণগী, অতিশাতম্=থোইনা মুথাইবা শিনররা হাইবদি অশাওবা কোকহল্লবা, চটুল-চাটু-পটু= ইথক-থক্কা মথল-মথা য়ায়া হৈশিংনা হাইজবা নিংথিন ফজ্জবা ওইদুনা, রাধিকাং অধি=রাধাগী মকমরা, বচন জাতং জয়তি= হাইখিরা শ্রীকৃষ্ণগী রাহৈ পুম্নমক জয় ওইরি।

---

(৯) শ্রীজয়দেব কবিনা লেংজরিবা লীকলাং পরেংশগী নিংথি-জরবা রমণী ওইবীশিংদগীদু হেন্না থোইনা শক্লিবা মঁশে অসিনা শ্রীরাধা কৃষ্ণগী ভজন সেবা চংজরিবা (শামজরিবা) নিজরিবা ভক্ত-শিংগী ওকশমদা অতৈং-লৈতনা থরাইনা পোম্বা ওইজন্না শক্লশনু শোল্লশনু। ইতি শম্।

শ্রীশুক উবাচ।

অথোদ্ধবো নিশম্যৈবং কৃষ্ণদর্শনলালসাঃ।
সান্ত্বয়ন্ প্রিয়সন্দেশৈ-র্গোপীরিদ-মভাষত ॥ ২২

উদ্ধব উবাচ।

অহো যূয়ং স্ম পূর্ণার্থা ভবত্যো লোকপূজিতাঃ।
বাসুদেবে ভগবতি যাসামিত্যর্পিতং মনঃ ॥ ২৩

অন্বয়ঃ—শ্রীশুক উবাচ=শ্রীশুক দেবনা হাইখি হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! অথ উদ্ধবঃ এবং নিশম্য=অসিগী মতুংদা উদ্ধবনা রা পুন্নমক তারগা অমসুং উবগ', কৃষ্ণদর্শনলালসাঃ=শ্রীকৃষ্ণ উননিংবগী লাংতক্নরবা গোপীশিংনা, গোপী প্রিয়সন্দেশৈঃ=চান্নবগী সুংশিবা রাহৈশিংবু, সান্ত্বয়ন্=নেমথহন্দুনা অহানবমক্তদা অহুকী মতিক, ইদং=মথাদা হাইরকদবা পুন্নমক, অভাষত=হাইখরে ॥ ২২ উদ্ধব উবাচ=উদ্ধবনা হাইজখি, অহো=অওকপনি, ভগবতি বাসুদেবে= ভগবান বাসুদেবদা হাইবদি ঐশ্বর্য্য ৬না থোগন ৺তৌরিবা বাসুদেবগী মচা শ্রীকৃষ্ণদা, যাসাং=ব্রজ গোপীশিংগী, মনঃ ইতি=মন বুদ্ধি হুকচাং পুম্বা লোইনা, অর্পিতং=কথোকপ্রে হাইবসি, সুনিশ্চিতং= অরেপ্পনি; যুয়ং=ব্রজ গোপীশিং, পূর্ণার্থাঃ পুরুষার্থ=মপুং ফারব, ভবত্যঃ=ব্রজ বৃন্দাবনগী ইবেম্মাশিংনা, লোক পূজিতঃ=জগৎনা পূজা তৌনরিবা ১দি তৌনকম ওইরবা অহুগুম্নবা শ্রীকৃষ্ণনি ॥ ২৩

---

শ্রীশুক দেবনা হাইখি, হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! উদ্ধবনা অসিগুম অওকপা কল্লান্ তিনবা প্রেম বিজ্ঞাপন অসিবু তারগা অমসুং মলামল্লা উরগা শ্রীকৃষ্ণবু অমুক উন্নবা য়াম্না থোইরাংলিবা অসিদা শ্রীকৃষ্ণগী সংবাদ অসি পিরগা থেমজিনগে হাইবগীদমক অহানবদা রাকম অসি হাইখিবনি ॥ ২২

দান ব্রত তপোহোম জপস্বাধ্যায়-সংযমৈঃ।
শ্রেয়োভির্বিবিধৈশ্চান্যৈঃ কৃষ্ণে ভক্তির্হি সাধ্যতে। ২৪

অন্বয়ঃ—দান ব্রত তপোহোম-জপস্বাধ্যায়-সংযমৈঃ=দানং দান ফাইবদি মতিক চাব মী ব্রাহ্মণ য়েংহুনা কংপা, ব্রতম্=একাদশি-নচিংবা ঝিশেষ তিথিদা উপাসনা তৌবা, তপঃ=চন্দ্রায়ণচিংবনা অকনবা তপস্যা তৌবা, হোমঃ=ত্রিসন্ধ্যাদা অগ্নি হোম তৌবা, জপঃ=কৃষ্ণ মন্ত্রনা মশিং নাইনা জপ তৌবা, স্বাধ্যায়ঃ=গুরুগী মফমদগী বেদ তম্বা, ইন্দ্রিয় সংযমৈঃ=কর্ম্মেন্দ্রিয় জ্ঞানেন্দ্রিয় অনিবু লাকশিনবা অসিনসু নত্তনা, অন্যৈঃ=দায়চিংবদগী অতোপ্পা, বিবিধৈ শ্রেয়োভিঃ চ=অতোপ অতোপ্পা মঙ্গলগী মশক ওইবা, কৃষ্ণে ভক্তিঃ=শ্রীকৃষ্ণনা মরম ওইবা ভক্তি কয়ানসু, সাধ্যতে হি=ইংঙো কংননবা পাংথোক্লিবনি। ২৪

---

উদ্ধবনা হাইখি! হে গোপী পুম্নমক! ভগবান বাসুদেবদা নখোই পুম্নমকী পুক্নিং ওয়োকপনি শোইদনমক্কী নখোইগী তৌফম থোকপা অমসুং লোক অসিনসু খোইদোক্না পুজা তৌনিঙাই ওইরিবনি। ২৩

দান-ব্রত-তপস্যা-হোম-জপ-বেদ ভ্যাস অমসুং ইন্দ্রিয় সংযম অসিনা মরম ওইদুনা অমসুং অতোপ্পা মথল কয়াগী মঙ্গলগী উপায় কয়ানা মরম ওইদুনা, কৃষ্ণগী মফমদা ভক্তি ভাব পোকলিবনি। ২৪

ভগবত্যুত্তমঃশ্লোকে ভবতীভিরনুত্তমা।
ভক্তিঃ প্রবর্ত্তিতা দিষ্ট্যা মুনীনামপি দুর্লভা ॥ ২৫
দিষ্ট্যা পুত্রান্ পতীন্ দেহান্ স্বজনান্ ভবনানি চ।
হিত্বাঽবৃণীত যূয়ং যৎ কৃষ্ণাখ্যং পুরুষং পরম্ ॥ ২৬

অন্বয়ঃ—দিষ্ট্যা = খোইনা লাইবক ফবা অমমা, ভবতীভিঃ = গোপী পুন্নমক্না, উত্তম শ্লোকে ভগবতি = পুন্নমক্কী অখোইবা কৃষ্ণদা, মুনীনাং অপি = মুনীশিংমক্কসু কংবদা য়ারবা, অনুত্তমা = খোইদোক্লা অখোইবা, ভক্তিঃ প্রবর্ত্তিতা = ভক্তি কৌবা অহেনবা অসিদগী হেনবা অমমুক লৈত্রবনি ॥ ২৫ যূয়ং = ব্রজ গোপীশিংনা লৈরিবা, পুত্রান্-পতীন্ দেহান্ স্বজনান্ ভবনানি চ = পতি পুত্রনচিংব লৈরিবা নখোইগী মশামকপুসু, হিত্বা = থাদোক্লগা, যৎ কৃষ্ণাখ্যং = কৃষ্ণ কৌবা, পরমং পুরুষম্ = অখোইবা পুরুষোত্তমদা, অবৃণীত = পুন্নমক কখোকপা উমলিবা অসে, দিষ্ট্যা অতং = মসিদগী লাইবক ফবা অমা লৈত্রবনি ॥ ২৬

---

লাইবক ফবগী মতুং ইন্না নখোই পুন্নমক্না মরম ওইদুনা পবিত্র কীর্ত্তি ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অদুগুম্ব মুনিশিংমক্কসু কংবদা য়ারবা অসিগুম্ব অখোইবা ভক্তি অসি জগৎ অসিদা থাদোকখি। নখোই অয়াম্বগী সৌভাগ্য কন্না পুত্র-পতি, দেহ-স্বজন অমসুং য়ুম পুন্নমক থাদোক্লগা শ্রীকৃষ্ণ কৌবা অখোইবা পুরুষদা বরণ তৌখি ॥ ২৫-২৬

সর্ব্বাত্মভাবোঽধিকৃতো ভবতীনামধোক্ষজে।
বিরহেণ মহাভাগা মহান্ মেঽনুগ্রহঃ কৃতঃ॥ ২৭
শ্রূয়তাং প্রিয়সন্দেশো ভবতীনাং সুখাবহঃ।
যমাদায়াগতো ভদ্রা অহং ভর্ত্তু রহস্করঃ॥ ২৮

অন্বয়ঃ—হে মহাভাগাঃ=হে লাইবক ফবনী ব্রজ গোপীকা। ভবতীনাং=ব্রজ গোপীশিংনা, অধোক্ষজে=কৃষ্ণগী মফমদা হকচাংনা পুক্নিংনা ১ক্টুং বাভাং শাজৎ পুম্নমক অসিনা, সর্ব্বাত্মভাবঃ=পুম্নমক অমত্তা ওইবা ভক্তিনা ইবুঙো মহাকপু কপ্পবনি হৌজিক অসিনা; বিরহেণ=কৃষ্ণ কাইনবগী অস্বাব ফোংদোক্লিবা অসিনা, মে=ঐগী ইফমদা, মহান্ অনুগ্রহঃ কৃতঃ=অচৌবা মুত্তাইবা থৌজান অমা কংল্লবনি অসিনা মরম ওইদুনা ঐসু মহে য়াঈরবনি॥ ২৭

ভদ্রাঃ=মঙ্গলগী মশক ওইরবী ইবেমশিংনা হৌজিক, ভর্ত্তুঃ=নবুঙো কৃষ্ণগী, রহস্করঃ=অথুপ্পা পুম্নমক, অহং=ঐনা অদুগুম্বা বা পুম্নমক, আদায়=লৌজরগা, আগতঃ=ব্রজগোপী পুম্নমকী নাক্তচ ঐ লাকচবনি, ভবতীনাং সুখাবহঃ=ইবেমশিংগী মুত্তাইনবা অমুক্তা প্রিয়সন্দেশঃ=চাননবা কৃষ্ণগী মধুরবাক্য, শ্রূয়তাং=তাব্বিয়সি।২৮

---

হে লাইবক ফবনা তিল্লবী সখী পুম্নমক! নখোইহিনা ভগবান কৃষ্ণগী মফমদা হকচাং মন ১ক্টুং বাচক পুম্নমক ভক্তি ভাব ওইরবনি, নখোইগী অসিগুম্ব কৃষ্ণ বিরহ অসিনা ওসিদি ঐগী ইফমদা থোইদোকপা অনুগ্রহ থৌজান অমদি কংলে। মরমদি—মতুংদমক্তা ঐনা মফম অসিদা লাকপা অসিনা অমসুং ভগবত প্রেয়সী ওইবী

শ্রীভগবান্ উবাচ।

ভবতীনাং বিয়োগো মে ন হি সর্ব্বাত্মনা ক্বচিৎ
যথা ভূতানি ভূতেষু খং বায়ুগ্নির্জ্জলং মহী।
তথাহঞ্চ মনঃ প্রাণ ভূতেন্দ্রিয় গুণাশ্রয়ঃ। ২৯

অন্বয়ঃ—শ্রীভগবান্ উবাচ=শ্রীভগবান্না তাকপিরকই, মে= ঐগী লোইননা, ভবতীনাং=নখোই পুন্নমক্তা, ক্বচিৎ কদাচিৎ অপি =কদাই করিগুম্ব কান্দসু, সর্ব্বাত্মনা=পুন্নমক্তী হৌরককম ওইবন, বিয়োগঃ নহি=কাইনবা হাইবহু নত্তে ওইদে, খং=আকাশ, বায়ুগ্নি=নুংশিং মৈ, জলং=ঈশিং, মহী=লৈপাক, ভূতানি= মথক্ত হাইপ্রবা পঞ্চ ভূতশিংসিনা, যথা=মখোইনা ভৌব অদুগুম, ভূতেষু=অচৎ-চন্ত লৈব্রিবা পুম্বা, তথা=অদুগুম্বা, অহং চ=ঐসু, মনঃ প্রাণ ভূতেন্দ্রিয় গুণাশ্রয়ঃ=মান-অপমাম্মচিংবা গুণশিংসিনা মরম ওইহুনা পুন্নমক্তী চংনকম তিনকম ওইদুনা লৈব্রিবনি। ২৯

---

নখোইগী আত্মা হান্না ওইবদা চাংদমনিঙাই লৈতবা প্রেমগী ভাব অসি উরগা ঐগী পুন্সি অসি মহৈ ম্যান্নে মিংলবনি, ১সুং মসি ঐগী ভৌকম থোকপা ইথৌনি হাইহুনা খল্লবনি। ২৭

হে কল্যানীশিং! ঐনা ঐগী প্রভু শ্রীকৃষ্ণগী অথুপ্প রাবু ঐনা কংজরে। মকুম অসিদা ঐনা মাগী রাবু পুরগা লাকপনি, নখোইগী সুখজনক প্রিয়তমগী রা পুন্নমক মুন্না তারো ঐ হাইজরগে। ২৮

শ্রীকৃষ্ণনা তাকপিরকই হে গোপীশিং ব্রজ গোপীগা কৃষ্ণ ঐগা ভংনদে কাইনদে, নখোইনা খংজ্রবনি মহুদি—মিনা মশাগী মচিন্নগী থোরকপা (লালানা) মতিম্না মশাগী মকোন মতোমতা শাজৈ, মহুন্ন

আত্মন্যেবাত্মনাত্মানং স্রক্ষ্যে হন্ম্যনুপালয়ে।
আত্মমায়ানুভাবেন ভূতেন্দ্রিয় গুণাত্মনা॥ ৩০

অন্বয়ানুবাদ—অহং = ভগবান ঐ অসে, আত্মনি এব = আধার ওইরিবা পুম্নমক্কী অরোইবদা চংফম ওইরিবা চিৎ শক্তিনা, আত্মনা = অতোপ্পা উপাই অমমা ময়ক থনবা লৈত্রব পুক্নিংতনা, আত্মমায়ানুভাবেন তৎস্বরূপ = সংকল্প তৌদুনা শোইদনা ফংননবা, ভূতেন্দ্রিয় গুণাত্মনা = জীবশিং ইন্দ্রিয়শিং গুণশিং অদুগী মশক ওইরিবা, আত্মানং = ব্রহ্মগী মশক ওইরিবশিং অসি, স্রক্ষ্যে = ঐনা শেম্লিবনি অনুপালয় = অমুক তাক শেম্লিবনি হিংহল্লিবনি, হন্মি = অরোইবদা অমুক মাংহল্লিবনি॥ ৩০

মশাদা অদুম তিনশিনথি। অদুগুম মৈ, ঈশিং, নুংশিৎ, আকাশ পৃথিবী ৫সি তৎমদে মথৌ ২ পাংথোকই ১দি জীবশিংগনু লৈমিন্নৈ, অদুগুম জীবগী গুণশিংগা তংনবা লৈতে॥ ২৯

কৃষ্ণ ঐ আত্মাগী আত্মনি অমত্তনি মায়া থাদোকপা ভমত্রিবগী অমদি ত্যাগীশিংগীসু আধারনি ভুংনফমনি, মরম পুম্নমক্কী চিৎস্বরূপনি, ভূত বিশেষ কয়াগী তোঙান তোঙানবা গুণশিংগী স্বরূপনি পুম্নমক শেম্লিবনি মোকলিবনি অদুগা মুত্যুসু ওইবনি। ঐবু কাওবা লৈতনা মতম পুম্বদা কৈ ম্লিংশিং ঐনা বিচ্ছেদ ওইদে॥ ৩০

আত্মা জ্ঞানময়ঃ শুদ্ধো ব্যতিরিক্তো গুণান্বয়ঃ।
সুষুপ্তি-স্বপ্ন-জাগ্রদ্ভি-র্মনোবৃত্তিভি-রীয়তে ॥ ৩১

অন্বয়ানুবাদ—জ্ঞানময়ঃ=জ্ঞানতগী মশক ওইবা হাইবদি মওং বিকার অসিনি-হাইবসু লৈতবা, শুদ্ধঃ=তক-তরুবা দেহ অসিগা নক্লদবা জীবাত্মান স্বষ্টিগী মতমদা সত্ত্বনচিংবা গুণ অসিনা মী, লাই-নচিংবগী দেহ অসিগা লোইনচ্চনা লৈ অদুগুম্ব জীবাত্মা অদু, ব্যতি-রিক্তং=গুণদগী তোঙাল্লি, আত্মা=জীবাত্মানা, গুণান্বয়ঃ=গুণ ওইজবনি বিকার লৈতবনি, সুষুপ্তি-স্বপ্ন-জাগ্রদ্ভিঃ=হৌগৎলকপদা মংদা উথিবা তৌথিবা পুন্নমক, মনোবৃত্তিভিঃ=মায়াগী বৃত্তিনি থবক ভাক্তনি পুক্লিংদগী ওইথিবনি অরোইবনি খল্লিবদু অশেংব নত্তে ॥৩১

অশেংবদি পুক্লিংদগী ওইথিবনি বিকার অসিনি হাইব লৈতবনি দেহদগী তোভাবা জীবাত্মান-স্বষ্টিগী মতমদা সত্ত্বনচিংবা গুণ অহুমগী মশক দেব মনুষ্যনচিংবা দেহশাংলোইনমা আত্মাদু ফংলিবনি। ১স্নং জীবাত্মান কার্য্যগী ভারতি কবদে, মরমদি জীবাত্মা অনিত্য নত্তে। জীবাত্মান নিত্য ওইবনা ভগবত কংলব্রিবনি। জীবাত্মা অসি দেহ ইন্দ্রিয়নচিংবদগী তোঙাল্লি মহু থংগনি কনাগুম মুঙাইনা তুমলুরবা জীবনা মংদা তৌথিবা উথিবা অদু হৌগৎলকপা কান্দ উথিবা পুন্নমক মরমগী থবকনি দেহদা লৈরিবা জীবাত্মান মহুদগী তোঙাল্লিবনি ফোংদোকই। পুন্নমক অসি থল্লুরগা লৌথিবনি, দেহ ইন্দ্রিয়দগী তোঙাল্লি আত্মা স্বতন্ত্রনি জীবাত্মা চিৎকার ওইবনি। ৩১

যেনেন্দ্রিয়ার্থান্ ধ্যায়েত মৃষা স্বপ্নবদুত্থিতঃ।
তন্নিরুন্ধ্যাদি ন্দ্রিয়াণি বিনিদ্রঃ প্রত্যপদ্যতে ॥ ৩২

অন্বয়ানুবাদ—উত্থিতঃ=তুমলুবদগী হৌগৎলবা মী অহুনা, মৃষা স্বপ্নবৎ=মায়াল ওইথিবা মং অহুত্তবু নিংই থন্দুনতা লৈ, ইন্দ্রিয়ার্থান্=শব্দনচিংবা পুম্নমকপু, যেন=অহুগুম্ব মায়া অহুতনা, ধ্যায়েত=নিংগদব ওইরিব, তৎ=অহুগুম্ব মন অহু, ইন্দ্রিয়াণি নিরুধ্যাৎ=ইন্দ্রিয়শিংনা থিংগদবা ওই, বিনিদ্রঃ=তুমদ-হিপত থাংব কল্লবা মীনা, প্রত্যপদ্যতে=ঐবু শোইদন ফংগদবা ওই ॥ ৩২

---

পুরুষ অহুনা মংদা উথিবা অহু তুমলুবদগী হৌগৎলবা কান্দ মংদা উথিবা মিথ্যা অহুতা থন্দুনা লৈরিব মীহুনা হৌরবা, ওইরিবা, ওইরকদবা, উরবা অমসুং তারবা শব্দনচিংবা পুম্নমক্তু পুক্নিংদা চিন্তা তৌহুনা লৈ। ঐবু ফংননবগী রাথন্দা অহুগুম্বা মন অহুনা ইন্দ্রিয় পুম্নমক লাকশিন্দুনা চংশিনগদবনি। মপানগী ইন্দ্রিয়শিংবু দমন তৌরগা হাইবদি অন্তমুখি ওইরবা, অহুগুম্ব মী অদো আত্মাগী মফমদা মিকপ থোক্লবনি চিৎ আনন্দগী মশক ফংলবনি। মতম পুম্নমক্তা ঐবুতা থল্লহুনা লৈরগদবা মীনি, ঐবু শোইদনা ফংই হাই-রিবা অসে সংসার দুঃখ ভব সাগর লাম্থোক্লবা উপাইনি ॥ ৩২

মন্তব্যঃ—শ্রীকৃষ্ণগী মরূপ সেবক শ্রীউদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণ প্রেয়সী গোপীশিংগী অসিগুম্বা মমাংদা বর্ণনা তৌরবা থোইদোক্লা অঙকপা প্রেম অমসুং মথোইগী কৃষ্ণ কাইনবগী অৱাব অবস্থা অহুসু উথি। মতৌ অসুম দুংশি কাইনবগী অরাবসি উদ্ধবনা করিগুম্বদসু উথিত্রি

তাবস্থ তাখিদ্রি। অসিগুম্বা প্রেম অবস্থাসিদা শ্রীকৃষ্ণনা পুম্নমক্কী মকমদা থৌজানখিবা কৃপা অদু উহনখি। মখোই পুম্নমক্কী মঙ্গল ওইনরগীদমক উদ্ধবনা য়াম্না থুপ্পা বিচার তৌখি। মতমচুদা উখিবা অদুগুম্ব কৃষ্ণ প্রেয়সী গোপীশিংগী প্রেম বিকার অসি খরনি শান্ত ওই অমস্তং মখোইনা উদ্ধবক্কী না অদু তানিংবনা বাহ্যাবস্থা কংখি।

উদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণ উনবনিংবগী থম্মোই লাংতক্করিবা গোপীশিংবু মখোইগী মুংশিবা অথোইবা কৃষ্ণগী সংবাদ পিরগা থেমজিন্নবগীদমক থৌরাংখি। অহানবমক্তদা উদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণগী ঐশ্বর্য্য-মহিমা-গুণ অসিনচিংবা মতিক-মগুণ অমস্তং মখোইগী প্রেম মতিক-মগুণ ফোংদোকপা না হাইখি মখোইগী অসিগুম্বা প্রেমগী বিকার অমস্তং মখোইগী চাংদমনিঙাই লৈতবা আত্ম হাবা ওইবা প্রশংসা তৌরগা মখোইগী থাখল অদু মাংখিনবগীদমক। উদ্ধবনা হাইখি হে ব্রজ-গোপী পুম্নমক! ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চাননবী নখোইসে থ গংনিঙাইনি থন্নানি থাগৎপদা মতিক চাবনি। স্বর্গ-মর্ত্ত রসাতল মবোন ওমক অসিদা নখোইগা চাংদমনিঙাই লৈত্রবনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা নখোই পুম্নমক্কী অসিগুম্ব প্রেম অসিদি অমুক্তা উখিদ্রি অমস্তং তাখিদ্রি। উরগা তারগা ঐগী অসিগুম্ব জীবন অসি সার্থক ওইরগনি। জগৎনা পূজা তৌরবিবা অসিবু মখোইগীদি কৃত্য কৃতার্থ ওইরি, মরমদি ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা নখোই পুম্নমক্কী পুক্নিং দেহ ইন্দ্রিয়নাচিংবা পুম্নমক চিংনবা য়াওদনা লোইনমক কখোকই। ভগবানগী অতোপ্পা ভক্তশিংগী মন ভগবান্দ কখোকই, তৌইগুম্বস্তং নখোই পুম্নমক্কীদি ঐগী হাইবা থাখল ১ লৈতনা পুম্নমক কখোকপা ওমলিবা করিগুম্বদা উখিদ্রি।

এতদন্তঃ সমাম্নায়ো যোগঃ সাঙ্খ্যং মনীষিণাম্ ।
ত্যাগস্তপো দমঃ সত্যং সমুদ্রান্তা ইবাপগাঃ ॥ ৩৩
যত্ত্বহং ভবতীনাং বৈ দূরে বর্ত্তে প্রিয়ো দৃশাম্ ।
মনসঃ সন্নিকর্ষার্থং মদনুধ্যান কাম্যয়া ॥ ৩৪

অন্বয়ঃ— (উদ্ধবন গোপীশিংগী মকন্দা হাইখি), সমুদ্রান্তা = সমুদ্র অসিনা মখোইবী অরোইবা ওইরিবা, আপগাঃ = তুরেনশিংনা তৌবগুম, সমাম্নায়ঃ = বেদনা তাক্লিবা সাধনা অদুনা, মনীষিণাং = রাখল লৈবা মুনিশিংগী, যোগঃ = আত্মানা আত্মাগী রাখল অদুনা, সত্যঃ = ফংবা শ্রীকৃষ্ণ মতুনা, দমঃ = ইন্দ্রিয়শিং লাকশিনবা, ত্যাগম্ = অচুম্ব রা লাংবা পুন্নমক অসিনা, এতদন্তঃ = পুম্নিং ফাজিনবা অসিনা মী অদুগী ফলনি অসিনা মরম ওইদুনা কৃষ্ণ ফংলিবনি ॥ ৩৩

প্রিয়ঃ = নুংশিব শেনব মশক ওইব, অহং = এমা, ভবতীনাং = নখোই পুন্নমক্কী, দৃশাং = মিংশিং অদুনা, দূরে বৈ যৎ বর্ত্তে = অরাপদা লৈরিবা অদু, মদনুধ্যান কাময়া = ঐবু নিংশিংবা মতম-চুপ্পদা থনগদব ওইরিবা, মনসঃ = পুক্কিংনা নিংদুনা লৈরিবনি ॥ ৩৪

হে গোপী পুন্নমক ! তুরেন পুন্নমক অসিনা সমুদ্র ফংননবা চেনশিল্লি, হাইবদি সমুদ্রদা চংশিল্লি চেনশিল্লি অসুম্না থংলি মনিষি-শিংনা আত্মজ্ঞান ফংননবগী বেদনা তাকপা কর্ম্ম যোগ তৌই। আত্মানা পরমাত্মাগী মশক ওইরিবা জ্ঞান যোগ, বৈরাগ্য, মথল-মথা অয়ম্বা তপস্যা অমদি ব্রত করা তৌরিবনি। ইন্দ্রিয় অসিনা ঐবুতা লাকশিনবা অসিনা মরম ওইনা ঐবু নিংলিবসি সত্যনি। পুন্নমক ফংননবা চংশিল্লক্লিবনি, হাইবদি ফংননবগী অরোইবা সাধননি ॥ ৩৩

যথা দূরচরে প্রেষ্ঠে মন আবিশ্য বর্ত্ততে ।
স্ত্রীণাঞ্চ ন তথা চেতঃ সন্নিকৃষ্টেঽক্ষিগোচরে ॥ ৩৫
ময্যাবেশ্য মনঃ কৃৎস্নং বিমুক্তাশেষবৃত্তিযৎ ।
অনুস্মরন্ত্যো মাং নিত্যমচিরান্মামুপৈষ্যথ ॥ ৩৬

অন্বয়ানুবাদ—স্ত্রীনাং=গোপীশিংগী, মনঃ=নখোইগী পুক্কিংনা, দূরচরে=অরাপ্পদা লৈরিবা, প্রেষ্ঠে=চান্নব অহুগী মকমদা, যথা আবিশ্য=প্রিয় অহুদা নিংহুনা, বর্ত্ততে=লৈরিবা, তথা=অহুগুম্না, সন্নিকৃষ্টে=নকশিন্না লৈরিবা, অক্ষিগোচরে=মিৎ ইন্দ্রিয় অসিনা, চেতঃ=থম্মোই পুক্কিং অসিবু, তথা ন=অহুগুম্না পুক্কিং চংনা লৈতবনে ॥ ৩৫ যৎ=মরম অহুদগী, বিমুক্তা শেষবৃত্তি=নখোইগী লৈরিবা মন বাক্য-ব্যাপর পুম্নমক, মনঃ=পুক্কিংনা, ময়ি=কৃষ্ণ ঐত্তোন্দা, কৃৎস্নং=পুম্নমক, আবেশ্য=থম্লগা, নিত্যং=অতৎ-অথম লৈতনা, মাম্=ঐবু, অনুস্মরন্ত্যঃ=নিংহুবত্তা লৈরবদা, অচিরাৎ=থুনমক, মাং=কৃষ্ণ ঐবু, উপৈষ্যথ=নমাক্তা শোইদনা লাকনি ॥ ৩৬

---

নখোইগী প্রিয় ওইবা ঐনা নখোইগী মিৎয়েং নত্রগা মিৎ পুম্নমক্কী লাপনা লৈরি, মসি নখোইনা অতৎপা লৈতনা নিংননবগী অপাম্ব নখোইগী অমত্তা চাইবা মনগী হৈ শিংবা থোক্লনবগীদমকনি, হাইবদি নখোইনা পুক্কিং অনি লোংদনা ধ্যান তৌবগীদমক্তনি। মরমদি একাগ্র ওইনা নিংবা অসিনা, নখোইনা নখোইগী থম্মোইদা ঐবু নখোইনা অনি শুদবনি অমত্তনি হাইনা অনুভব তৌরিএ। ৩৪

প্রিয়তমনা লাপনা লৈপ্রবদা গোপীশিংগী মন মহাকী মফমদা লৈ, প্রিয়তমনা নক্ল লৈরবদি মিংকী ভমাংদা লৈ, নখোইগী পুক্কিং মহাক্কী মফমদা চংশিন্দুনা লৈরিবনি। পুরুষশিংগী মাইকৈদা অসুম্না থংনরিবনি। ৩৫

যা ময়া ক্রীড়তা রাত্র্যাং বনেঽস্মিন্ ব্রজ আস্থিতাঃ।
অলব্ধরাসাঃ কল্যাণ্যো-মাপুর্মদ্ বীর্যচিন্তয়া॥ ৩৭

অন্বয়ানুবাদ—কল্যাণ্যঃ=হে মঙ্গলগী মশক ওইবীশিং! যা= নখোই পুন্নমক্না, শোইদনা তৌগদবা ঙম্বুগী সেবা থাদোক্লগা, অস্মিন্ বনে=বৃন্দাবন অসিদা, রাত্র্যাং=শরৎকী অহিংদা, ক্রীড়য়া - রাস শান্নবনা মরম ওইহূনা, ময়া=ঐগা লোইমনা, অলব্ধরাসাঃ =পাংনেচিংবনা চংশিনবনা রাস ফংদ্রবনা, ব্রজে অবস্থিতাঃ=ব্রজদা লৈরম্বনা, মদ্ বীর্যচিন্তয়া=ঐবু নিংশিংদুনা থাজবীশিং নখোইমা, মাং=ঐবু, আপুঃ=শোইদনা ফংখি, চিংমরকগী অস্মক্না শ্রীকৃষ্ণ নাকা তমজখি॥ ৩৭

গোপী নখোইগী লৈরিবা সংস্কারগী বিষয় পুন্নমক থাদোক্লগা মতম পুন্নমক্না নিংডুনবা লৈবনা নখোইগী সিদ্ধ দেহনা কৃষ্ণবু ফংখি। পৌর্ণিরস্থ নখোইগী ননাক্তা ঐ লোইদনা লাকনি। ৩৬

হে কল্যানিশিং! নখোইনা ব্রজ অসিদা শরৎকী অহিংদা ঐগা লোইমনা রাস শান্নখিবা অদুতবু ওসি নখোইনা কাওবা লৈতনা নিংশিংদুনবা লৈরি, মরমসিনা নখোইমা শোইদনা থুনমক কৃষ্ণ ঐবু ফংগ্রবনি (ফংখিগনি) চিংনবা থাদোক্লো। ৩৭

মন্তব্য—নখোইনা পুক্নিংগী সঙ্কল্প বিকল্পনচিংবা বৃত্তি পুন্নমক, লাপ্না লৈবকে অদুবু-নখোইনা পুন্নমক্না পন্তিমচিংবগী সেবা থৌরম কয়া থিংজিল্লমলপা (থাদোক্লবলগা) ঐগা লোইনমা রাস ক্রীড়া (শান্নবা) ফংখিরবা, নিজ নিজ-গৃহগী থবক তৌদুনা লৈখি। মতম অদুদা গোপী নখোইনা পুন্নমক্না ঐগী নাসতবু শোনথিবনি ঐবু ফংগনি।

শ্রীশুক উবাচ।

এবং প্রিয়তমাদিষ্টমাকর্ণ্য ব্রজ যোষিতঃ।
তা উচুরুদ্ধবং প্রীতাস্তৎ সন্দেশাগতস্মৃতীঃ॥ ৩৮

শ্রীশুক উবাচ=শ্রীশুকদেবনা হাইখি, হে পরীক্ষিৎ তাঃ ব্রজ-যোষিতঃ=ব্রজ গোপীশিংগী মফমদা, এবং=অস্থুম্না উদ্ধবনা বর্ণনা তৌরবদা, প্রিয়তমাদিষ্টং=প্রিয়তম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী উশদেশ অদু, আকর্ণ্য=পুক্নিং চংনা তারগা, তৎ সন্দেশাগত স্মৃতীঃ=অদুগুম্বা পাউতাক অদুদগী খংলকপা মহাকা লোইননা রাস শান্নখিবা কয়া নিংশিংলকুনা, প্রীতা=থোইদোক্ন পেল্লদুনা, উদ্ধবং উচুঃ=উদ্ধবকী মফমদা গোপীশিংনা হাইখি॥ ৩৮

---

মন্তব্যঃ—শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎ নিংথৌগী মফমদা হাইখি—মহারাজ মতৌ অম্নুবা অহাবমক্তদা উদ্ধবকী মচিন্দগী ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু গোপীশিংনা খংখিবনি, ভগবান শ্রীকৃষ্ণসি অচিন্ত্য শক্তিনা তিনববি জগৎ অসিগী মরম ওইবনি হৌরকফম ওইরিবনি। মহাকা লোইনবা করিগুম্ব কান্দ গোপীশিংগা কাইনদে, মসিমক গোপীশিংনা খনখি মহুদি মথোই পুম্নমক্কা মতম খংনা শ্রীকৃষ্ণ ভগবান নবজলধর শ্যামবর্ণ অঙকপা কয়ান তিনবা বিগ্রহ রূপ অসিতবু উখি থংখি অমস্থুং আস্বাদন তৌখি উদ্ধবকী মফমদগী।

শ্রীকৃষ্ণনা তাকলি—আমা পুম্নমক শিনথুংবনি মশক অসিনি হাইরদি নৈতে। করিগুম্ব অমনা মরম ওইদুনা মহাকপু উবা ফংলোই। মরম অসিনা গোপী পুম্নমক্কী হৌরকফম ওইবা শরীর-ধারী শ্রীকৃষ্ণগা তিন্নরিবনি কয়া বিহার তৌরিবনি। মসি করম

ওইরিবা মিথ্যারাও ? গোপীশিংগী য়াখল অসিগী পাউথুম অসুমা শ্রীকৃষ্ণনা হাইখি— আত্মা অসি থাঙ্গে শেংনা জ্ঞানময়নি বিকার লৈতবনি য়াম্না শেংবনি অমসুং দেহনচিংবনগী তোঙাম্লি, তশেংনমক আত্মা অসি প্রকৃতিগী সত্বনচিংবা গুণ অহুম অসিনা ফংবা ঙমদে। করিগুম্বদা দেহগসু লোইনদবনি। মরমদি মহাক অসি অসঙ্গনি। মখাগী ওইবা মায়া শক্তিদা চংলগা মহাক্ত দেহনচিংবা লোইনয়া লীলীকয়া তৌরি। জীবগী তুম্বা, মং-মংবা, জাগরণ অসি মায়াগী থবক্তি। মায়াগী ওইবা পুম্নমক অসিনা অহুম অতুম্বা অবস্থা ফংলগা পুক্লিংগী মতুং ইন্না মথং মথং প্রাজ্ঞ পণ্ডিত ওই, তশেংনমক মহাক অসি পুম্নমক্তগী ভেদনি। মীওইবনা স্বপ্নদর্শণ তৌরগা মিকপ থোক্লকপদা মংদা উথিবা পুম্নমক মিথ্যানি ওইদবনি থল্লি, অসিগুম্ব পুক্রবনা হৌগ্রবা, ওইরকদবা অমসুং ওইরিবা, তাগ্রবা, উগ্রবা শব্দনচিংবা পুম্নমক পুক্লিংদা নিংতুনা লৈ।

অসিগুম্ব মন অসিবু থিংজিনবা অমসুং অন্তর্মুখী ওইরগা অতৎপা লৈত্তনা কৃষ্ণ ঐবু ফংই। অহুম ওইরবদি শোইদনা ফংবা কৃষ্ণ ঐগা কাইনয়রোই। মরম অসিদগী হে গোপী পুম্নমক! জ্ঞান স্বরূপ ওইবা পুম্নমকী হৌরকফম ওইবা অমসুং শিন-থুংবা ঐগা লোইননা নখোইগী জ্ঞান রূপ ওইবা আত্মাগী ভাবনা অহুনা মরম ওইতুনা মতম পুম্নমক্তা মুত্তাইরি। মতৌ অহুম্না মপানগী ওইবা অয়া-মুত্তাইগী ভাবনা অসিনদি করি প্রয়োজননো ? করি অমুক হাইগনি ঐগী শ্যামসুন্দর মূর্ত্তি অসি মতম পুম্নমক্তা খন্দুনত্তা ঐগী মরমদা নখোইগী য়াম্না কনবা চিন্তা অমসুং সমাধিগী মরমদা মহু মুত্তাইনা তুমদুনা লৈবগুম ওইনা থল্লি।

যো মম তাদৃশবিগ্রহরূপাত্মা ভবতিভিনির্দ্ধারিতঃ সতু সুষুপ্ত্যা-দিবৃত্তিষু ভবতীভি ররক্তে অনুভূয়তে এব মৎ সমাধেরেব ভবতীষু সুষুপ্ত্যবৎ ভাসমানত্বাৎ ॥ (বৈষ্ণব তোষণী)।

অস্থুম্বা বর্ণনা তৌরি :—

"জাগ্রৎস্বপ্নসুষুপ্তেষু যোগস্থস্য চ যোগীনঃ।
যা কাচিন্মনসো বৃত্তিঃ সা ভবেদচ্যুতাশ্রয়া ॥"

হাইবদি তুমদবা, মতাইনা তুম অমসুং মং-মংবা অবস্থা অহুম অসিদা চংশিন্দুনা যোগীশিংনা পুক্নিংগী অনিংবম্বু ফোংদোকই, মসি ভগবান অচ্যুতদা চংজরগা অমাং-অতা লৈতবনি খন্দুবা লৈরিবনি। মরম অসিদগী আত্মা জ্ঞানময়নি, খবক পুম্নমক্তা জ্ঞান তিনবনি। খোইদোক্ত অথোইব গুণনা তিন্নি। (বৈষ্ণব তোষণীনা হাইবনি।)

শ্রীল বিশ্বনাথ চক্রবর্ত্তি পাদনা মফম অসিদা বিশেষ ওইবা মাধুর্য্য অমা লোথরে। ভগবান কৃষ্ণগী রূপ ওইবা মহাক্ত মহাকী "সারার্থদর্শিণী" টীকা অসিদা হাইখি। হে গোপী পুম্নমক। পরমাত্মা ওইবা ঐ অসি "জ্ঞানময়" নি পুম্নমক খংলিবনি হাইরদি মফমসিদা মথুরাদা লৈরগা ঐনা নখোইগী মরমদা লোকেন্না খংলিবনি, নখোইকু করিগুম্বদা খক কাওখোক্তে অমদি ঐগী রূপ লোংবা নির্মল আত্মানি মরম অসিনা অসিগুম্ব মথুরা অসিদা লৈরবসু মথুরা পুরীগী রুমনিং-শিংগা লোইনবদা করিগুম্ব দোক লৈতবনি, করিগুম্ব মফমগী লোবনা শোকপা; হমলোই ঐ অসি মতম পুম্নমক্তা অসংগনি, নির্লিপ্ত নিরঞ্জননি। অমদি মরম অসিনা ঐ অসি "ব্যতিরিক্ত" হাইবদি

— কোনাক্ষ লৈরিবনি।

মরমসিদগী নখোইবু তাইনব অসি অয়াবনি "সুহৃদ্ বিয়োগঃ-খিন্নঃ।" মতৌ কমদোনা অতোপ্পা রমণীশিংবু পাকহুগদৌরিবনো ? "কথং অন্যাং রোচয়ামি" ? পরমাত্মা ওইব ঐ অসিদি "গুণাশ্রয়" ওইবদি নখোইগী কজরবা থুম্নবা মিৎয়েং য়েংলকপনচিংবা অহুনা "সৌন্দর্য্যমধুর কটাক্ষাবলোকাদীন্ অন্বেমি" গুণ পুম্নমক্কা তিল্লিবনি চাইবদি ধ্যান্ন মরম ওইহুনা অসিগুম্ব গুণ অসি ভত্তনা ফংলিবনি। "ধ্যানেন নিরন্তরং প্রাপ্নোমি" অসিগুম্ব ঐ অসি নখোইনা মতম পুম্নমক্তা অনুভব থন্দুনতা লৈ। নখোই সুষুপ্তি অবস্থা অসিনা মমাংদা ওইগ্রবা রূপ গুণনচিংবা অসি সামান্য ওইনা "রূপ গুণাদি সামান্যম্" অমদি তুম্বগী অবস্থা অসি নখোইনা অনুভব থন্দুনা লৈ। জাগরণ অবস্থাদ নখোইনা থাঙ্গেশেংনা ঐগী নোকপা অপাম্বগী মিৎয়েং সন্তোস মাধুর্য্যনা তিম্ব মশক অহুত্তবু থল্লি। অসিগুম্ব রাথল নখোইগী নকমদা তশেংন ফোংদোক্লিবনি মসি (সারার্থদর্শিণী টিকাদা বর্ণন তৌরি)।

শ্লোক অসিগী অহুম শুবা শক্তমগী অর্থ অসিনি, ভগবান কৃষ্ণনা হাইখি—হে গোপী পুম্নমক ! নখোইনা নখোইগী সুষুপ্তি অবস্থাদা নখোই মখোইগী মনবুদ্ধিনা আশ্রয় তৌহুনা ঐবু শ্যামসুন্দর মুরলী-ধরগী রূপতবু থম্নগা লৈবা, "সত্য" নি অমসুং তশেংনা অহুভবু থল্লি মসি অচুম্বনি মিথ্যা নত্তে। মহুমক ঐগী লেংদবা মশকনি অমসুং অসিগুম্ব মওংসিদা "রূপ" অসি অশোংবনি থনগদবনি। গৌতমীয় তন্ত্রদা শ্রীগোপালস্তবরাজদা অসুম্না নিত্যরূপ বর্ণনা তৌরি যথা—

"নবীন নীরদ শ্যামং নীলেন্দী বরলোচনম্।
বল্লবী নন্দনং বন্দে কৃষ্ণং গোপাল রূপীনম্ ॥

অমিমাচিংথা।

বেদ পুম্নমক্না পুখোক্লিবা অওইবদি (অশেংবদি) পরং ব্রহ্ম শ্রীকৃষ্ণনি। বেদদা উপনিষত্তা অসিনচিংব শাস্ত্রশিংদা হাইরি—

"বেদৈশ্চ সর্বৈর অহমেব বেদ্যঃ বেদান্তকৃদ্ বেদবিদেহ চাহম্"

ইতি গীতা ১৫/১৫

সর্ব্বেবেদা যৎ পদমা মনন্তি—তপাংসি সর্ব্বানিচ যদ্ বদন্তি।
যদিচ্ছন্তো ব্রহ্ম চর্য্যং চরন্তি—তত্তে পদং সংগ্রহেন
প্রবক্ষে-ওমিত্যেৎ॥ (কঠোপনিষৎ।)
ওমিত্যেকাক্ষরং ব্রহ্ম ব্যাহরন্ মামনু স্মরন্—
যঃ প্রয়াতি ত্যজন্ দেহং স যাতি পরমাং গতিম্॥

ইতি গীতা ৮/১৩

মরম অসিদগী বেদ পুম্নমক্ক মরম ওইরগা ঐ অসি (অখোইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনি) হাইনা খংনরিবনি। বেদান্তনা হাই পুম্নমক্না প্রণয় তৌরিবা কর্ত্তানি ঐ অসি। অসুম্না বেদ পুম্নমক্কী রহস্য ওইবা ১দি মর্ম্মার্থনি হাইনা খংই ঐবু। গীতা ১৫/১৫ হাইরিবনি।

ঐ অসি নখোইগী মিংয়েংগী মাংমদা লৈরবসু নখোইগী পুক্লিংদা মতম পুম্নমক্তা অতংপা লৈতনা থ্যান তৌরি। অসুম্না নখোইনসু ঐগী মিংয়েং অপা হৃয়দেশদা লৈরি ঐগী পুক্লিং মতম চুপ্পদা নখোইবু থল্লি। মরম অসিনা নখোইগী নফমদা ঐগী মন অসি চংশিনবনা প্রেম ভেংদংনবগী ঐনা থল্লি নখোইদগীদি লাপ্না লৈরি। ঐগী পুক্লিং অসি নখোইত্তবু থম্মুনা লৈরিবনি। "তং খলু মং কর্ত্তৃকং মদনুধ্যানং তং কাম্যয়া তন্মেতোরেব।" অদুম ওইনমক ঐগী প্রেম্না নখোইগী প্রেম অহু মাম্নবদি নত্তে। মরমদি নখোইগী প্রেম্না মতম চুপ্পদা নিত্যসিদ্ধনি "পূর্ব্বত এব সিদ্ধং মদ্বিষয়ম্।"

মরম অসিনঃ শ্রীভগবাননা গোপী পুম্নমক্কী মফমদা হাইখি— নখোইনা ঐবু নিত্যনি খল্লহুনা নখোইগী পুক্কিংদা লেংদনা থমলি। ঐঙোন্দগী তোঙাম অমা খল্লুবা লৈতনা অতোপ্পা রাখল থাদোক্লবনি অস্থুম্না বৃত্তিশূন্য ওইবা থুপ্লবা পুক্কিং অদোগা লোইননা ঐবু নিংই, ঐবু শোইদনা ফংই অমস্থুং অমুক কাইনবগী মৈচাক ভোগ ফংই। অসিগী দৃষ্টান্ত লৈ মদুদি— ঐনা বৃন্দাবন্দা অহিং অথেংবদা রাস-ক্রীড়া হৌগৎলকপদা গোপী পুম্নমক্না পতি, মচা, গৃহকার্য্য পুম্নমক থাদোক্লমলগা ঐগী ইনাক্তা রাস মণ্ডলদা লাকখিদো মতম অদু ঐগা লোইনবগীদমক অকন্না উৎকণ্ঠাগা লোইননা নখোইগী মন বিষয় পুম্নমক থাদোক্লগা ঐতবু নিংহুনা ধ্যান্দ পুক্কিং লুপই (লুপপি) নখোইগী কল্লবঃ ধ্যানগী ফলনা ঐবু ফংলিবনি। নখোইগী স্থূল দেহ অসি থাদোকই। দেহ থাদোক্লগা গুণদগী হেন্দোকপা শেংলবা সত্বময় ওইবা দেহ ধারণ তৌরগা নখোইনা ঐগী লোনম লৈতবা নিত্য বৃন্দাবন্দা নখোইনা নখোইগী মন বৃত্তি য়াওদবা অমস্থুং ঐবু নিংবদা য়াম্না থুপ্লবা ভাবতা লৈখি। নসিদগী অরেপ্পা ঐবু ফংলিবনি অমুক কাইনবা লৈররোই।

উদ্ধবনা গোপীশিংগী মফমদা শ্রীকৃষ্ণগী বা অমদি ভ্রমর গীতকী ওইবা পাউ মতাং অসিদা লোইরে॥৩০

গোপ্য উচুঃ।

> দিষ্ট্যাহিতো হতঃ কংসো যদূনাং সানুগোঽঘকৃৎ।
> দিষ্ট্যাপ্তৈর্লব্ধ সর্ব্বার্থৈঃ কুশল্যাস্তেঽচ্যুতোঽধুনা ॥ ৩৯

অন্বয়ঃ—গোপ্যঃ উচুঃ = ব্রজ গোপীশিংনা হাইখি, দিষ্ট্যা = হাইবসি নুঙাইবা ফোংদোকপা অব্যয় পদনি, যদুনাং অঘকৃৎ = যদু বংশগী পাপ পুন্নমকপু, অহিতঃ = পাপী ওইবা, কংসঃ সানুগঃ = মপাঙ্গল মথৌনা লৈরবা কংসনা স্বপরিবার অনুচরশিং মঙ্গলগা লোইননা, হতঃ = শ্রীকৃষ্ণনা মাংহনখরে, দিষ্ট্যা লব্ধ সর্ব্বার্থৈঃ = লাইবক্লা তমখিবনা সনা লুপা কয়াসু ফংলবা. আপ্তৈঃ = যদু বংশগী অহল ওইরবা বসুদেবগা লোইননা, অচ্যুতঃ = ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, অধুনা কুশলী আস্তে = হৌজিক মঙ্গল ওইনা লৈবিরিবরা ? ৩৯

---

গোপীশিংনা হাইখিবসি, শ্রীশুকদেবনা পরীক্ষিৎকী মফমদা হাইখি। অসিগুম্ব ব্রজরমণী গোপীশিংনা প্রিয়তম শ্রীকৃষ্ণগী আদেশ অসি তারগা ভগবান্না নকসিল্লকপা বার্ত্তা অমদি সংবাদ অসি নিংশিংদুনা নুঙাইখরে। মতম অসিদা উদ্ধবনা হাইখি—য়ান্না লাইবক ফবগী ফলনি, যদুশিংবু অন্নাব পিব ফত্রবা কংস লোইননা মাংখরে। মসিমু য়ান্না লাইবক ফবগী ফলনি। ভগবান শ্রীকৃষ্ণ পুক্নিং নুঙাইবগা লোইননা হৌজিক মঙ্গল ওইনা লৈখরে। ৩৯

কচ্চিদ্ গদাগ্রজঃ সৌম্যঃ ! করোতি পুরযোষিতাম্ ।
প্রীতিং নঃ স্নিগ্ধ স ব্রীড়-হাসোদারেক্ষণার্চ্চিতঃ ॥ ৪০
কথং রতিবিশেষজ্ঞঃ প্রিয়শ্চ বরযোষিতাম্ ।
নানুবধ্যেত তদ্বাক্যৈ র্বিভ্রমৈ শ্চানু-ভাজিতঃ ॥ ৪১

অন্বয়ঃ—হে সৌম্য ! = হে ইবুঙো । গদাগ্রজঃ = শ্রীকৃষ্ণনা, স্নিগ্ধ স ব্রীড়-হাসোদারেক্ষণার্চ্চিতঃ = তনিক ২ ইকাইবগা লোইনব। মিনোক পুক্চেন চাওব পুক্লিংগী অপাম্ব মপুং কাহনবা মিনোক অঙুনা মহৌশাগী ওইনা মুঙাইহল্লম্মি, নঃ = ঐখোইগী তৌবিক্কম খোকপা, প্রীতিং = নুঙাইবা অপেনবা অতুগুম, পুরযোষিতাং = মফম অতুগী পুরনারীশিংগী মরমদম্ম, করোতি কচ্চিৎ = করম তৌরিবা ? ॥ ৪০ (অতোপ্পা গোপীশিংনস্মু হাইখি) বরযোষিতাং = অথোইবী পুরনারীশিংগী, প্রীয়ঃ রতিবিশেষজ্ঞঃ = রতিবিশেষদা থোইনা চানবিব শ্রীকৃষ্ণনা, তদ্বাকৈঃ = পুরনারীশিংগী মফমদা মুং-শিবা রাহৈ কয়া কয়া, বিভ্রমৈশ্চ = মুঙাইনবা হয়াওনবা কয়াস্থ, অনুভাজিতঃ = রাহৈ কয়া হাইবিহুনা, কথং ন অনুবধ্যেত = মহুদা পুক্লিং চংবা হাইবদো শোইদনা ওইরমগনি খল্লি ॥ ৪১

---

কনা কনাগুম্বী গোপীশিং হাইখি—হে সৌম্য ! ভগবান কৃষ্ণনা ঐখোইগী মফমদা পেনবিখিব অহুনা মুঙাইবিখি। মতম অমদা মহাক্না মথুরাদা লৈবী রমণীশিংগী তরু-তরুবা তনিক-তনিকপা ইকাইবগা লোইনবা মিনোক অমপুং পুক্চেন চাওবা মিংল্লেমা মরম ওইহুনা পুরনারীশিং মখোইগী মফমদা পেন্নবিহুনা (হয়াওনা) লৈবিখিবা নত্রাও ? ॥ ৪০

অপি স্মরতি নঃ সাধো গোবিন্দঃ প্রস্তুতে কচিৎ।
গোষ্ঠীমধ্যে পুরস্ত্রীণাং গ্রাম্যাঃ স্বৈরকথান্তরে ॥ ৪২

অন্বয়ানুবাদ—(অরেম্বদা চিন্তা তৌরগা রা কয়ামুক হাইখি) সাধো! = হে ইকাই খুম্নিংঙাই ওইবা! পুরস্ত্রীণাং = মথুরাদা লৈরিবা পুরনারীশিংগী, গোষ্ঠীমধ্যে = সভা অতুদা, স্বৈরকথান্তরে = মনিং মথা তৌনা ঙাংবদা, প্রস্তুতে = করিগুম্বা রাকম অমদা, গোবিন্দঃ = শ্রীকৃষ্ণনা, কচিৎ = করিগুম্বা, গ্রাম্যাঃ = গ্রাম্যবার্ত্তা ওইবা রাঙাংনা, নঃ = ঐখোইবু দি, স্মরতিঅপি = নিংশিংবিরম-গদ্রাও? ৪২

---

অসিগী মতুংদা কনা কনাগুম্বী গোপীনা হাইখি—শ্রীকৃষ্ণসে অখোইবী রমণীগী চাননবনি অমসুং রতিগী বিষয়দা খোইদোক্না থংবনি। মরম অসিদগী হৌজিক মহাক্না অসিগুম্ব মথুরাবাসী রমণীশিংগী রা ১দি হয়রাও-তয়াম্বগী মরমদা খোইনা ইকাই-খুম্নরগা কনাগুম্বনা ১দি মখোইগী মফমদা খোইনা পুক্নিং চংলুদে ॥ ৪১

অতোম্মা গোপী অমনা হাইখি — হে সাধো! গোবিন্দনা মথুরাদা লৈবী রমণীশিংগী সভাদা অতুকী মতিক অপাম্ব রা অতু হাইরগা করিগুম্বদা মহাক্না হাইখি—গ্রাম্যস্ত্রীশিংবু ঐহাক্না (কৃষ্ণনা) নিংশিংলমগদ্রাও? ৪২

তাঃ কিং নিশাঃ স্মরতি যাসু তদা
প্রিয়াভি-বৃন্দাবনে কুমুদ-কুন্দ শশাঙ্করম্যে।
রেমে কণচ্চরণ নূপুর রাস গোষ্ঠ্যা-
মস্মাভিরীড়িত-মনোজ্ঞকথা কদাচিৎ ॥ ৪৩

অন্বয়ানুবাদ—(অতোপ্পা গোপী কয়া অমনসু হাইখি) তদা= ব্রজসিদা লৈরিঙৈদা, যাসু=অহিং থৃদিংদা, কুমুদ্-কুন্দ শশাঙ্করম্যে =থরো থম্বাল কুন্দশিংনা অহিংগী ফজরবা, বৃন্দাবনে=পুক্লিং লুনা ফজরবা বৃন্দাবন্দ, ঈড়িতমনোজ্ঞকথা=ব্রহ্মানচিংবা দেবতা ঋষি-শিংনা স্তুতি তৌবদা হরাওরব শ্রীকৃষ্ণনা, প্রিয়াভিঅস্মাভিঃ কণচ্চরণ নূপুর রাস গোষ্ঠ্যাং=অহুগুম্বা ইবুঙোগী চরণগী নূপুর খোঙ্লেম্না রাস মণ্ডল অহুদা, রেমে=শান্নখিবা অহু, অধুনা=হৌজিক অসিদা, কদাচিৎ=করিগুম্বা কান্দ, সঃ=শ্রীকৃষ্ণনা, তাঃ নিশাঃ স্মরতি= অহুগুম্বা রাসগী অহিং অহু ঐখোইবু নিংশিংবিরিদরাও? ৪৩

---

অসিগী মতুংদা কনা কনগুম্বীনা অমুকসু হাইখি—হে সৌম্য! কৃষ্ণনা ব্রজদা লৈখিবা মতম অহুদা অহিং পুন্নমক্তা থরো অমসুং কুন্দ পুষ্প, চন্দ্রমালান মরম ওইদুনা রমণীগী ফজরবা বৃন্দাবনসিদা ঐনা মখোইগী পুক্লিং হুবা রা কয়া হাইদুনা লৈখি। হাইরিবা কিতম অসিদা শ্রীকৃষ্ণনা প্রিয়তমা ওইবীশিংনা ঐখোইপা লোইনদা মহাকী চরন্দা লৈবা নূপুরগী মখোন্না রাস মণ্ডল অসিদা শান্নখি। হৌজিক করিগুম্বা কান্দ মহাকী অসিগুম্বা রাত্রিগী কথা অনি নিংশিংলমখিগদরা? ৪৩

অপ্যেষ্যতীহ দাশার্হ স্তপ্তাঃ স্বকৃতয়া শুচা।
সঞ্জীবয়ন্ নু নো গাত্রৈ র্যথেন্দ্রো বনমম্বুদৈঃ॥ ৪৪

কস্মাৎ কৃষ্ণ ইহায়াতি প্রাপ্তরাজ্যো হতাহিতঃ।
নরেন্দ্রকন্যা উদ্বাহ্য প্রীতঃ সর্ব্বসুহৃদ্ বৃতঃ॥ ৪৫

অন্বয়ানুবাদ—ইন্দ্রঃ = দেবরাজ শোয়ারেন্না, যথা অম্বুদৈঃ = নোং তাবনা, বনং = গ্রীষ্মকানগী অশাব অতু মাংগ্রবদা, দাশার্হঃ = ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা, স্বকৃতয়া = ইবুঙোমক্না, শুচা = অরাবনা মরম ওইহৃনা, তপ্তাঃ নঃ = অরাব তারবা ঐখোই পুন্নমকপু, গাত্রৈঃ = খুৎ শোক্না পাইবিহৃনা, সঞ্জীবয়ন্ = অরাব কোকহনবীথিবা ইবুঙোনি, কিং নু ইহ = করিনো হৌজিক ইবুঙো মহাক্না ব্রজ অসিদা, এষ্যতি = অমুক লাকপিথিগদরাও ? ৪৪ (অতোপ অতোপ্পা ব্রজগী গোপীশিংনস্থ হাইজখি) অহো = ওস্নোকপনি, সম্প্রতি কৃষ্ণঃ হতাহিতঃ = হৌজিক য়েক্লবা কংসনচিংবা কয়া মাংহনখিবা কৃষ্ণনা, প্রাপ্তরাজ্যঃ = নিংথৌ ওইরে নুঙাইরে, সর্ব্বসুহৃদ্ বৃতঃ = চানবা ম্নংশিরবা শিতৃনচিংবনা কোইশিল্লবা, নরেন্দ্রকন্যাঃ = রাজ কন্যাশিংবু লুহোংলগা, প্রীতঃ = নুঙাইনা লৈঙ্গবদা, কস্মাৎ = করি মরমদগী, ইহ = ব্রজ অসিদা, অপি আয়াতি = অমুক লাকপিগদরনে ? ৪৫

---

দেবরাজ ইন্দ্র শোয়ারেন্না নোংগী মপেন্না মরম ওইহৃনা গ্রীষ্ম-কালগী মৈচাক্না চাক্লবা ঐখোইবু নোং চুবনা অমুক হিঙ্গংহনবিগি। অমুঙমা ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মখোইগী ওইবা কাইনবগী মৈচাক্না চাক্লবদা ঐখোই পুন্নমকপু মহাকী খুৎনা হেক শোকপিবদা শিক্ল-বদগী হিঙ্গংলকপদা নুঙাইবগুম ইবুঙো ব্রজ অসিদা লাকদরা ? ৪৬

কিমস্মাভি র্বনৌকোভি রন্যাভি র্বা মহাত্মনঃ।
শ্রীপতেরাপ্তকামস্য ক্রিয়েতার্থঃ কৃতাত্মনঃ॥ ৪৬

অন্বয়ঃ—( অমুক হন্না গোপীনা হাইখি ) মহাত্মনঃ=পুক্লিংগী অপাম্বনা মপুং ওইরবা, আপ্তকামঃ=মফম অদুদস্থ পুক্লিংগী অপাম্ব ফংলবা, কৃতাত্মনঃ=অন্তকরনা খুদুম চল্লবা, শ্রীপতেঃ=শ্রীকৃষ্ণগী, বনৌকোভিঃ অস্মাভিঃ=বন বাসি ওইবী গোপী ঐখোই, অন্যাভিঃ =পুরবাসি ওইবীশিংনা, কিং=কনানস্থ, অর্থঃ=কান্নবদু, ক্রিয়েত =করি করম ওইরিবগে হে ভ্রমর॥ ৪৬

---

অতোপ্পা গোপীশিংনা হাইখি—হে গোপী পুম্নমক! শ্রীকৃষ্ণনা য়েক্লবা কয়া মাংইনখরে, রাজ্য ফংখরে চানব কয়ান কোইশিন্দুনা লৈখরে অমসুং রাজকন্যাশিংবু বিবাহ তৌরগা মুতাইনা লৈখরে। মহাক্ল করিগুম্বদা মফম অসিদা লাক্লরোইদ্রা? ৪৫

কনা কনাগুম্বী অতোপ্পা গোপীশিংনস্থ হাইখি—হে সখী পুম্নমক! নথোইনা প্রকৃতিগী তত্ত্ব জ্ঞান খংদবনি। মহাত্মা কৃষ্ণসে পূর্ণ কামনি মশামক পূর্ণ স্বরূপনি অমসুং তশেংনা শ্রীলক্ষ্মী দেবীগী পতি মপু ওইরিব্রনি। মরম অসিনা বন্দা লৈবী ঐখোইনা মরম ওইরগা অমদি অতোপ্পা রাজ নন্দিনীশিংনা মরম ওইদুনা মহাকী করম্ব কনানা কল্লি পুরকপ্রবগে। ৪৬

পরং সৌখ্যং হি নৈরাশ্যং স্বৈরিণ্যপ্যাহ পিঙ্গলা।
তজ্জানতীনাং নঃ কৃষ্ণে তথাপ্যাশা দুরত্যয়া ॥ ৪৭
ক উৎসহেত সন্ত্যক্তু মুত্তমঃ-শ্লোক-সংবিদম্।
অনিচ্ছতোঽপি যস্য শ্রীরঙ্গান্ন চ্যবতে ক্বচিৎ ॥ ৪৮

অন্বয়ানুবাদ—স্বৈরিণী = মনিং-মথা তৌবী, পিঙ্গলা = মমিং পিঙ্গলা কৌবী কনাগুম্বী রমণী, অপি = অমসুং, নৈরাশ্যং হি = নিংজবদ থম্মোই কাইরবী, পরং সৌখ্যম্ = থোইনা চখোনবদো নুঙাইবতা পামজবী অতোপ্পা গোপী অমনা, আহ = হাইখি, তৎ = অদুগুম্বা পাউত্তাক অদুবু. জানতীনাং = মুন্না খংলবী অমসুং, নঃ = ঐখোইগী, কৃষ্ণে = কৃষ্ণগী মরমদা, তথাপি আশা = অদুগুম্বা অনিংবদো, দুরত্যয়া = ফঙমদবা ওইখি ॥ ৪৭ উত্তম-শ্লোক-সংবিদম = অথোইবা ব্রহ্মানচিংবনা ভত্তনা নিংলিবা শ্রীকৃষ্ণবু. সন্ত্যক্তং = ইবুঙোবু হেক থাদোকদবদা, কঃ = করম্ব মীনা, উৎ সহেতঃ = থাদোকপা ঙমগদবা কনানো লৈরোইদবনি, অনিচ্ছতঃ = মহাকপু লিংত্রবসু, অপি যস্য = অমসুং কৃষ্ণগী, অঙ্গাৎ = থবাক্তগী, শ্রীঃ = লক্ষ্মীদেবীনা, ক্বচিৎ = করিগুম্ব কান্দ, ন চ্যবতে = থাদোক্তে ॥ ৪৮

---

মনিং-মথা তৌবী হাইবদি মমিংনা পিঙ্গলা কৌবী অসিনা হাই মতুদি পুক্নিংগী অপাম্ব থাদোকপা হাইবসিসু নুঙাইবা অমনি, মতু ঐ খংইবনি মতুমক ঐগী মরমদদি কৃষ্ণবু হেক কাইনবা হাইবা অসি ঐঙোন্দদি অরাবনি ॥ ৪৭ শেংলবা মিংচৎ ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী ব্রহ্মানচিংবা লাই অমদি ঋষিশিংমক্তা ইবুঙো মহাকপু থাদোক্কে থক্লোইদবনি, খল্লমগদ্রাও? মহাকপু নিংদবা ওইরবদি শ্রীলক্ষ্মী দেবীনা মহাক্কী বক্ষস্থলদা লৈরিখিগদ্রাও থাদোকললোইদ্রাও? ৪৮

সরিচ্ছৈল বনোদ্দেশা গাবো বেণুরবা ইমে ।
সঙ্কর্ষণ সহায়েন কৃষ্ণেনাচরিতাঃ প্রভো ॥ ৪৯
পুনঃপুনঃ স্মারয়ন্তি নন্দগোপসুতং বত ।
শ্রীনিকেতৈস্তৎ পদকৈর্বিস্মর্ত্তুং নৈব শক্নুমঃ ॥ ৫০

অন্বয়ানুবাদ— হে প্রভো=হে উদ্ধব ! সঙ্কর্ষণ সহায়েন= সঙ্কর্ষণ বলরামগা লোইননা, কৃষ্ণেন=শ্রীকৃষ্ণনা, আচরিতাঃ= বৃন্দাবন অসিদা ইবুঙো মহাক্ত তৌরম্বা পুন্নমক কনানা কাওগনি ঐথোই কাওব য়াদে, ইমে=অসিগুম্ব ঐথোইনা উরিব, সরিচ্ছৈল-বনোদ্দেশাঃ=তুরেন-চীং-গোবর্দ্ধণ বন মফম কয়া অমদি, গাবঃ= যশী-যন্না ও পুন্নমক্ত, বেণুরবাঃ=ইবুঙো মাগী মুরলী খোঞ্জেন তাবদা হেক্তা খংই ঙাওই ॥ ৪৯ পুনঃপুনঃ নন্দগোপসুতং=ব্রজ গোপী ঐথোইনা হন্না হন্না কয়া তৌহুনস্রু নন্দগোপগী মচা শ্রীকৃষ্ণবু স্মারয়ন্তি=থম্মোইদা চংশিন্দুনা লৈগ্রবা মাবু করম হেক কাওগনি, বত=অঙকপনি মথক্তা হাইগ্রবা মফমশিং অসিদা, শ্রীনিকেতৈঃ= নিংথিজবা কয়ান ভিনবা আশ্রমশিংদা, তৎপদকৈঃ=মুংশিং অসিদা লৈরিবা চরণ চিহ্নশিং ঙসি কাওবা লৈরি, বিস্মর্ত্তুং=পুক্নিং অসিদগী হেক কাওথোকপা, ন এব শক্নুমঃ=কাওব ঙমদবনিনে ॥ ৫০

---

মরম অহুনা হে প্রভো উদ্ধব ! শ্রীকৃষ্ণনা বলরামগা লোইননা তুরেন, চীং অমসুং বনগী মফম কয়াদ কোইনা চত্তুনা শান্নখরে ॥ ৪৯ অসিগুম্বা মফম পুন্নমক্তা মহাক্কী ধ্বজ-বজ্রনচিংব খুদম কয়ান লৈতেং ওইবা পাদচিহ্ন পুন্নমক অসি হৌজিক কাও লৈরিবনিনে। মতম অসিদা মহাক্কী শ্রীচরণ চিহ্নগা লোইননা তুরেন কয়া চীং অমসুং

গত্যা ললিতয়োদার-হাসলীলাবলোকনৈঃ।
মাধ্ব্যা গিরাঃ হৃতাধিয়ঃ কথং তং বিস্মরাম হে ॥ ৫১

হে নাথ! হে রমানাথ! ব্রজনাথার্ত্তিনাশন।
মগ্নমুদ্ধর গোবিন্দ! গোকুলং বৃজিনার্ণবাৎ ॥ ৫২

অন্বয়ানুবাদ—হে উদ্ধবঃ=হে ঐখোইগী চানবা! ললিতয়া= পুক্নিং মুংঙাইবা, গত্যা=মহাক্কী খোংথাং শাজৎ, উদার-হাসলীলা-বলোকনৈঃ=পুক্নিংগী মুঙাইবা গমন গতি অমদি মিয়েং, মাধ্ব্যা= তাব মুঙাইরবা থুম্নবা, গিরা=ৱাহৈশিং অহুনা, হৃতধিয়ঃ=ঐ-খোইগী থম্মোই অসে হুখ্রবা, তং=শ্রীকৃষ্ণহুবু, কথং=করম্বা উপাই অমনা, বিস্মরাম=করম কাওব ঙমগদগে ॥ ৫১ হে নাথ কৃষ্ণ! = হে জীব পুম্নমক্কী মপু ওইবা! হে রমানাথ! =হে লক্ষ্মীগী মপু ওইরিবা! হে ব্রজনাথ=হে ব্রজদা লৈরিবা গোপ গোপী ঐখোইগী পুন্সিগী মপু ওইরিবা! অর্ত্তিনাশ! =হে পুম্নমক্কী অৱাববু কোক-পিবা! গোবিন্দ! =হে ইন্দ্রিয়গী মপু ওইবিবা! বৃজিনার্ণবাৎ= অৱাবগী সমুদ্রদা, মগ্নং=লুপখিগদবা অসিদগী, ইদং=অসিগুম্বা, গোকুলং=ব্রজ মণ্ডল অসিবু, উদ্ধর=ঙাকপিয়ু ॥ ৫২

---

বনগী মফম কয়া অমদি যণগী মপৈ, বংশিগী খোঞ্জেল্লা হন্না হন্না নন্দ নন্দন শ্রীকৃষ্ণগী কথা কয়া ঐখোইনা নিংশিংলি। অৱাবনি! মহাকপু করম কাওসিগে, হে কৃষ্ণ কনপ্রেদকো নংগী প্রেমসে ॥ ৫০

হে উদ্ধব! শ্রীকৃষ্ণগী পুক্নিং হুবা শাজৎ, পুকচেন চাওবগী মিনোক লীলা কয়াগী মিংয়েং অমসুং থুম্নবা তাবদা মুঙাইবা ৱাহুনত্তা লৈনিংবা ৱাঙাংনা ঐখোইগী পুক্নিং অসি হুরবনি। মরম অসিনা ঐখোইনা করম তৌনা কাওব ঙমগনি ॥ ৫১

হে নাথ কৃষ্ণ ! হে রমানাথ ! হে ব্রজনাথ ! হে অরাব কোকপিবা ! হে গোবিন্দ ! ঐখোই অসি গোকুলগী অরাব সমুদ্র অসিদা লুপ্তুনা লৈরিবা অসিবু নংনা অমুক্তংদি উদ্ধার তৌবিরখো ॥ ৫২

মন্তব্যঃ— শ্রীকৃষ্ণ পুম্নমক্কী স্বামীনি, পুম্নমক্কী মপুনি ব্রজরামাশিংনা উদ্ধবকী মচিন্দগী প্রিয়তম শ্রীকৃষ্ণগী বার্তা অসি ফংলগা কয়ামুক ওইবা পরিনাম তৌনতুনা হরাওনখি। মরমদি কৃষ্ণনা থারক্লিবা পাউ অসিনা মরম ওইরগা মখোইগী শ্রীকৃষ্ণনা মমাংগী রাফম বিষয় কয়া নিংশিংলক্তুনা মুঙাইনখি, (তৎ সন্দেশাগত স্মৃতীঃ) ব্রজদা কৃষ্ণগী হৌখ্রবা লীলা কয়া মখোইগী পুক্লিংদা নিংশিংলক্তুনা অমুক ইনৌ-নৌনা মতু আস্বাদন তৌখি। কৃষ্ণগী মফমদা মখোইগী অসিগুম্ব রূপ অসি স্বাভাবিক ওইনা পুক্লিং মুঙাইখিত্তুনা উদ্ধবকী মচিন্দগী কৃষ্ণনা থারকপা তত্ত্বজ্ঞান তিনবা পাউভাকী রা অতু তারগা কৃষ্ণগী মফমদা মখোইগী রাথল কান্তভাব অমম্মুং মতুমী মতিক চাব কার্য্যাবলী অছু অমুক নিংশিংবা ঙমথিদরে মাংখরে। শ্রীকৃষ্ণনা থারকপা রা কয়া অতু মখোইগী মফমদা কৃষ্ণ উনবমক মাননা হাইরগা পুক্লিংদা লৈখিব অমম্মুং কৃষ্ণদর্শন নিংশিংলকপসি মখোইগী পুক্লিংদা চাংদমনবরে অমদি নিত্য লীলানা ফোংদোক্তুনা শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা শোইদনা তিননবা অমদি তিননবতু নিংশিংলকপা অমম্মুং শেংলবা শ্রীকৃষ্ণনা থারকপা রা অতুনা মরম ওইরগা ফোংদোকই। জাতিস্মরন ব্যক্তিশিংগী মতৌগুম মখোইগী অসিগুম্বা সংস্কার অসিনা মখোইগী থম্মোইদা ফাওখরে, পুম্নমক অসিনা মরম ওইতুনা ব্রজরামাশিংনা শাইদোক্লা মুঙাইবা ফাওখরে কংজরে।

মতম অসিদা গোপীশিংনা উদ্ধবকী মফমদা হাইখি—অহো ! উদ্ধব ! কৃষ্ণ ফংবদা ঐখোইগী নুঙাইবা নুঙাইতবা করিস্থু লৈতে। ঐখোইগী ইশাগী নুঙাইবা ঐখোইনা মহু খল্লুদে, কৃষ্ণ মাগী নুঙাই-বদো ঐখোইগী অপাম্বনি। মহাক্ত নুঙাইরগা ঐখোইগী মঙ্গল ওইরিবনি। (অহো অস্মাকং নিজসুখেন সিদ্ধেনাসিদ্ধেনৈব বা কং তস্য সুখমেবাস্মাকং সর্ব্ব মঙ্গলম্ ইতি বৈষ্ণব টোষণী।) মসি য়াম্না লাইবক ফবগী রানি, মহুদি যদুবংশগী অরাব শিব কংস মনাই কয়াগা লোইননা মৃত্যু ওইখি, অমদি কৃষ্ণনা নুঙাইরগা অমদি পুক্নিং নুঙাইরগা যদুকুল লোইননা মঙ্গল ওইরিবনি অসুম্না থংই মহুবু ঐখোইগী নুঙাইরিবনি। মমাংডৈদা কংসনা মরম ওইদুনা ঐখোইনা ইবুঙোগী মরমদা করিগুম্ব মথলগী চিংনবশিংদো লৈতরে।

অসিগী মতুংদা শ্রীকৃষ্ণগী নুঙাইবা বিষয় অমু খল-খলদুনা গোপীশিংনা কৃষ্ণগী মফমদা প্রেমগী য়াম্না তপ্পা খোরাংবা উৎকণ্ঠাগী মতুং ইন্না কৃষ্ণ ব্রজদা লৈব মতম, মহাক্কী প্রেম বিলাসগী অরোইবা কোংদোকপা থম্মোইদগীনি। মতম অসিদা মথুরাদ লৈবী কোনুংগী নুপীশিংগী রূ নিংশিংলদুনা নুপীগা লোইননা স্বভাব অদুগী নাপল অদু পুক্নিংনা উৎলি। মখোইগী অসুম্না নিংলকপা অসিদা শ্রীকৃষ্ণ গদাগ্রজনি। লাইশিংবু ঙাক্লবা মনাও গদ শ্রীকৃষ্ণগী অতোনবা মনাওনি। মরম অসিদগী "গদ" মহাক্কী কনিষ্ঠভ্রাতা ওইরগা গদ শব্দগী উপলক্ষণা শ্রীকৃষ্ণনা মতম অসিদা মথুরাদা লৈবদগী পেনবা থম রাংলি অমসুং গোকুলদা লৈবশিংদগীদি থজিক্তং কোমথোক্পা মসি মহাক্কী স্বভাবনি। মসিমক্ত গোপীশিংগী পুক্নিংদা থনখি।

মতম অসিদা মথুরা নিবাসী জগৎকী মপু ওইবা কৃষ্ণনা গোপী ঐখোইগী ইকমদা পেল্লিবনি থংই অত্থবু থর কোমথোকই হাইবসি মথুরা নিবাসী কৃষ্ণনা গোপী ঐখোইদগী রমণীশিংনা থরদি পেনবা অসিনা মরম ওইবনা গোপীশিংনা মূল শ্লোক্তা "গদাগ্রজ" হাইরগা শ্রীকৃষ্ণবু থংনখি। মরমদি—শ্রীকৃষ্ণ মহাকসি অপরূপ সুন্দরনি, ফিজেৎ-লৈতেং, চৎপা, ঙাংবা অসিনচিংবা পুন্নমক্না ঐখোই গোপী-শিংগী থম্মোই জয় তৌরিবনি অমদি মথুরা রমণীশিংনা মধুর বাক্য বিলাস তৌত্থনা ইকাই খুন্নরিবনি। অসুম্না মাইকৈ মাইকৈগী শঙ্কবু সমাধান তৌই। মসিবু শ্রীকৃষ্ণ কৃপানা উদ্ধবকী থম্মোই মন্দিরদা ঙানবিগ্রে।

মতাং অসি শ্রীমন্মহাপ্রভুগী শ্রীকৃষ্ণ প্রেমগী উন্মাদনা ঙাওরত্থনা শ্রীরাধা ভাব খল্লত্থনা শ্রীকৃষ্ণ কাওদে, কৌই, কপ্পি, কৃষ্ণ থিরকই—

কহ সখি! কি করি উপায়? কৃষ্ণাদ্ভুত বল হক,
মোর নেত্র চাতক না দেখি পিয়াসে মরি যায়॥
লীলামৃত বরিষণে, সিঞ্চে চৌদ্দভুবনে,
হেন মেঘ যবে দেখা দিল।
দুর্দ্দৈব ঝঞ্ঝা পবনে মেঘ নিল অন্যস্থানে,
মরে চাতক পীবে না পাইল॥

শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত অন্ত্যলীলা ১৫ পরিচ্ছেদ।

মন মোর বাম দীন, জলবিনু যেন মীন, কৃষ্ণ বিনুক্ষনে মরি যায়।
মধুর হাস্য বদনে, মনোনেত্র রসায়নে কৃষ্ণ তৃষ্ণ দ্বিগুণ বাড়ায়॥
হা হা কৃষ্ণ প্রাণধন, হা হা পদ্মলোচন, হা হা দিব্য সদগুণ সাগর।
হা হা শ্যামসুন্দর হা হা পীতাম্বর ধর, হা হা রাস বিলাস নাগর॥
শ্রীচৈতন্যচরিতামৃত অন্ত্যলীলা ১৭ পরিচ্ছেদ।

হে সখি! শ্রীকৃষ্ণসে অঙকপনি নোংগুম্বনি "কৃষ্ণাদ্ভুত বলা হক" অসিগুম্ব কৃষ্ণগী রূপ অসি নোংগী মতৌগুম্ব অঙকপনি অহানবদা নোংদা থা থোক্তে (অর্থাৎ উদিত হইলে ও দৃষ্ট হয়না) থোক্লবসু উদে, তৌইগুম্বসুং কৃষ্ণগী মশক ওইবা মোং অসিদা কলঙ্ক পক্তে লাবণ্যনি মঙাম্না তিনবনি, ঝলমল ওইদুনা "থা" থোকই। ২ শুবদা সাধারন মেঘদা নোংথাংনা লেংদনা লৈতবগুম, কৃষ্ণরূপ ওইবা মেঘদা পীতাম্বর ওইনা লৈ বিজলীনা মতম চুপদা ঙাল্লি। "সৌদামিনী পীতাম্বরস্থির রহে নিরন্তর।" হে সখি! ঐথোইগী মিংকী মশক ওইবা নোঙ্গৌবি অসে মকম অসিদা কৃষ্ণরূপ ওইনা নোং উদনা অরাম খৌরাংবনা শিরগনি। আকাশদা নোংগী ঈশিংগী মতৌগুম্ব কৃষ্ণরূপ মেঘ অসিনা লীলামৃত থিকথবিদুনা মরোন ১৪মক চাইশিনবিরে। (ভুবনবসীর) ভুবন বাসীগী ত্রিতাপ্প চাক্লবা অদু কনবিথরে। মেঘনা ঈশিং পিদুনা পৃথিবী অসি অরাবা অশাবা কয়া মাংখরে তৌইগুম্বসুং হে সখি! ঐথোইগী কৃষ্ণসিনা মেঘ ওইনা মহাকী লীলাগী মশক ওইবা অমৃত অসিনা থিকপিদুনা মরোন ১৪গী করুনবগী অরাবনা চাকপদু লৈজরে। অরাবনি (২) সখি! অসুম কৃষ্ণগী মশক ওইবা মেঘসি উবদদা ঐথোইগী ভাগ্যনি।

ঐখোইগী মতম কুইনা খোৱাংলবা মিংকী মশক ওইরবা নোঙ্গৌবি অসি নোংগী ফজবা ঈশিং অসি থক্লগা মতম কুইনগী খোৱাংবা কোকথরে। মতম অসিদা চপ চাবা মতমনি ঐখোইগী লাইবক থিবদো মাংখরে। (মতম অসিদা অক্রুরনা তৌখি কৃষ্ণবু মথুরাদা পুথ্রবগী থোকখ্রিবা থৌদোক অদু নিংশিংলকই) অরাম-খোৱাংবনা রারবা নোঙ্গৌবি অদু ঈশিং ফংখিবরা ? মতম অসিদা অরাম-খোৱাংলবা (চাতকিগুম্লবী শ্রীরাধানি অমদি শ্রীমহাপ্রভুনি) অসুম্না খংনরি। সখি! অরাবনি অরাবসি করি তৌগনি কদাইদা চংকনি ? করম্ব মকমদা চংলগা মহাক (শ্যামসুন্দর দর্শন) ফংগনি। (কাঁহা করি, কাঁহা যাঁউ কাঁহা গেলে কৃষ্ণ পাঁউ।)

হে সখি! ঐগী মন অসি প্রতিকুল ওইদুনা অমসুং য়াম্না তোম্না শ্রীকৃষ্ণবু ফংদবসি অরাবনি। ঐগী পুক্নিং ঐগী রা করিসু খংদে, মরমদি প্রতিকুল ওইবা অসি মহাকী অবস্থা খংই অতৎপা। লৈতনা রানিঙাইনি তোল্লবনি ঈশিং য়াওদনা লৈব ঙাগী মতনি। ঈশিং য়াওদনা ঙান মুহূর্ত ১মা ফাওবা হিংবা ঙমদে মসি ঐখোইগী প্রতিকুল আচরননি। ঐনা পামই কৃষ্ণবু কাওথোকপা অমসুং ঐনা পামই কৃষ্ণগা লোইনবা। হে কৃষ্ণ! ঐবু রাহনবিরি, অসিগুম্ব কৃষ্ণ সঙ্গগী আশা অকনবনি, তোল্লিদা ঐগী পুক্নিং। (রাধাগোবিন্দ নাথগী ব্যাখ্যানি।) গোপীশিংগী অমদি শ্রীরাধাগী ভাবতা লৈবা শ্রীমহাপ্রভুগী মথক্তা হাইখ্রিবা বিলাস অসি দ্বিজ চণ্ডীদাসনা রাধাগী মুখদগী পদ অসি থংখিবনি, মহুদি পদ অসিদা শ্রীরাধানা শ্রীকৃষ্ণবু

কাউথোকপা পামই অমদি কাওননবা চেষ্টা তৌই কাউথোকপা হুঙম-ঙমখিদে। অসিগুম্ব ভাব অসি পদসিদা হাইরি—

"যত নিবারিয়ে চিত্ত নিবার না যায়।
আন পথে ধাই পদ কানু পথে ধাই॥
এ ছার রস না মোর হইল কি বাম।
যার নাম না লইব লয় তাব নাম॥
এ ছার নাসিকা মুঞি যত করুণ বন্ধ।
তবুত দারুণ নাসা পায় শ্যাম-গন্ধ।
যার কথা না শুনিব করি অনুমান।
পরসঙ্গ শুনিতে আপনি যায় কান॥
ধিক রহু এ ছার ইন্দ্রিয় গন সব।
সদা সে কালিয়া-কানু হয় অনুভব॥"

দ্বিজ চণ্ডীদাস।

অসুম্না মঙ্গল কয়াগী তুংনফম ওইরিবা শ্যামসুন্দর শ্রীকৃষ্ণগী রূপ-গুণ মাধুর্য্যনচিংবা পুম্নমকপু নিংশিংলগা মহাকপু করিগুম্বদা কাউঙমদে। মরমসিদগী শ্রীগোবিন্দ দাসনা পদ অসি হাইখিবনি—

নব নব গুণ গন, শ্রবন রসায়ন, নয়ন রসায়ন অঙ্গ॥
রভস সম্ভাষণ হৃদয় রসায়ন, পরশ রসায়ন সঙ্গ॥
সখি। রসাময় অন্তর যার।
শ্যামসুন্দর গুণ গন সাগর কো ধনি বিমুরয়ে পার॥

ইতি গোবিন্দ দাস।

মতৌ অমুন্না শ্রীকৃষ্ণ কথা অসি হাইর-হাইরদুনা অমসুং মহাক্লীদমক কপ্প-কপ্পদুনা ব্রজগী গোপীশিংনা অমুম্না কষ্ণ দর্শনগী কল্লব লালসা য়েংলদুনা হে কৃষ্ণ! হে রমানাথ! হে ব্রজনাথ! হে আর্ত্তিনাশন! হে গোবিন্দ! অসিনচিংবা হাইদুনা, কৌদুনা, পান্থোম রাংনা থাজংলদুনা কৃষ্ণ বিরহনা কপখি। শ্রীমন্মহাপ্রভুনা মতৌম্মুন্না মকম অসিদমু শ্রীকৃষ্ণবু কৌরদুনা হন্না হন্না—"হা কৃষ্ণ প্রান ধন মুরুলি বদন হে রাধে প্রেমময়ী করি নিবেদন" অসিনচিংবা হাইদুনা বিলাপ তৌখি।

অসিগুম্ব কৃষ্ণসে ব্রজ গোপীশিংগী তোঙাহ্ব শ্রীরাধাগী প্রানদগী শরুক ১০০/১০০ হেন্নবা গুণগী প্রিয়তমনি, মসিবু উদ্দেশ্য তৌরগা শ্রীমতি রাধানা প্রার্থণা তৌজখি—

"বঁধু! তোমার গরবে গরবিণী হাম রূপসী তোমার রূপে।
হেন মনে লয় ও দুটি চরণ সদানিয়ে থাকি বুকে॥
আনের আছয়ে অনেক জনা আমার কেবলই তুমি।
আমার পরাম হইতে শত শত গুণে প্রিয়তম করি মানি॥"

জ্ঞানদাস।

রাধানা কৃষ্ণগী মকমদা রাসি হাইদুনা আত্মনিবেদন তৌখরে—

বঁধু! কি আর বলিব আমি।
জিবনে মরনে জনমে জনমে জনমে প্রাণ নাথ হইত তুমি।
তোমার চরণে আমার পরানে বান্ধিল প্রেমের ফাঁসি।
আমি সব সমর্পিয়া—একমন হইয়া নিশ্চয় হইলাম দাসী॥

ইত্যাদি দ্বিজ চণ্ডীদাস।

অসিগুম্ব কৃষ্ণ বিচ্ছেদ অসিদা থোইদোকপা অরাবগা লোইননা শ্রীরাধাগা লোইনবা ব্রজ গোপীশিংগী অসিগুম্বা "মোহনাখ্য" তোল্লবা বিপ্রলম্ভগা লোইনবা অবস্থা অসিদা "উৎঘূর্ণা" দশা অসি মফম অনিদা ফোংদোকই। কৃষ্ণ সখা উদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণগী থুপ্লবা ইচ্ছা অমসুং তোঙাম্বা কৃপা অদু উবা অসিদা লাইবক ফবা ওইথরে, মথং মথং মথা থংথরে—

কৃষ্ণ প্রেমের আস্বাদন তপ্তইক্ষুচর্ব্বণ, জিহ্বা জ্বলে না যায় ত্যজন॥ উদ্ধবনা মতাং অসিদা ধন্যনি অমসুং তৌগদবমকনি হাইথরে অমসুং ওইথরে। শ্রীবৃন্দাবন নিংথিবা ফজবা খিবিক্লা ৎিল্লবা স্থাননি। উরু উরু য়েংউ য়েংউ থুদিং অরাংপা লৈত্রবা জীবগী চংজফম ওইরবা শ্রীবৃন্দাবন্নি বন্দনা তৌথরে। শ্রীবৃন্দাবন অরাং লৈত্রবা বন ১২না ফজরবনি শেংলবা শুদ্ধময় স্থাননি কল্পবৃক্ষনা লৈতেংলিবনি, পুক্লিং হুনা অরাং লৈত্রবা হৈনম লৈনম কয়া কয়াগী ফজরবা নিংজরিবশিংগী নিংজফম ওইবা শ্রীবৃন্দাবন্নি। অসুম্না ধ্যান তৌগ্রে অমসুং শ্রীকৃষ্ণ প্রার্থণা তৌজগ্রে।

শ্রীমদ্বৃন্দাবন রম্যং দ্বাদশ বন শোভিতম্।
শুদ্ধস্বর্ণ ময়স্থানং কল্পবৃক্ষ সুশোভিতম্।
নানা পুষ্প বন রম্যং তত্র গন্ধেষু পুর্ণিতম্।
ধ্যেয়ং বৃন্দাবন ধামং সেবন স্থান শোভিতম্॥

প্রার্থণা—গমন মধুর শান্তং সর্ব্ব যোগেন্দ্র কান্তং।
নব নব শিশুমধ্যে কিঙ্কিনি যাল রূপম্।
জয় জয় ব্রজনাথ কৃষ্ণচন্দ্রং নতোস্মি॥
হে রাধে হে বৃন্দাবনচন্দ্র শ্যামসুন্দর।
তব চরণ সরোজে দীনং মাং সেবয়তু ' ইতি।

শ্রীশুক উবাচ।

ততস্তাঃ কৃষ্ণসন্দেশৈর্ব্যপেত-বিরহজ্বরাঃ।
উদ্ধবং পূজয়াঞ্চক্রুঃ জ্ঞাত্বাত্মান মধোক্ষজম্॥ ৫৩
উবাস কতিচিন্মাসান্ গোপীনাং বিনুদন্ শুচঃ।
কৃষ্ণলীলাকথাং গায়ন্ রময়ামাস গোকুলম্॥ ৫৪

অন্বয়ঃ—শ্রীশুক উবাচ=শ্রীশুকদেবনা হাইখি, হে মহারাজ=পরীক্ষিৎ, ততঃ=অসিগী মতুংদা, তাঃ=ব্রজ গোপীশিংনা, কৃষ্ণ-সন্দেশৈঃ=উদ্ধবনা হাইখিবা শ্রীকৃষ্ণগী কথাশিংনা, অধোক্ষজং=শ্রীকৃষ্ণ ইন্দ্রিয়দগী ভোঙানবনি পুন্নমক্না খংবনি পুন্নমকী আত্মা ওরাইনি জীব পুন্নমক্ত লৈবনি, জ্ঞাত্বাআত্মানং চ=পুন্নমকী আত্মানি খংলদুনা, ব্যপেত বিরহজ্বরাঃ=শ্রীকৃষ্ণ কাইনবগী অরাব নংলবা গোপীশিংনা, উদ্ধবং=উদ্ধবপু গুরুমক্লি খল্লদুনা, পূজয়াঞ্চক্রুঃ=পূজা তৌখ্রে॥ ৫৩ উদ্ধবঃ=উদ্ধবনা, গোপীনাং=ব্রজ গোপীশিংগী, শুচঃ=অরাব অদু, বিনুদন্=কোকহনগে নিংলদুনা, কতিচিন্মাসান্=ব্রজসিদা থা কয়ামুক, উবাস=লৈখিবনি, কৃষ্ণলীলাকথাং=শ্রীকৃষ্ণগী মরি লৈনবা রা, নাম কয়া, গায়ন চ=শক শোন-মিন্নদুনা, গোকুলং=ব্রজ বৃন্দাবনদা, রময়ামাস=মহৈ২ নুঙাইহল্লিখি।৫৪

---

শ্রীশুকদেবনা হাইখি—হে মহারাজ পরীক্ষিৎ। ভগবান কৃষ্ণগী সংবাদ অসিদা অসিগুম্ব গোপী পুন্নমক্না শ্রীকৃষ্ণসে ইন্দ্রিয়শিংদগী ভোঙাল্লি পুন্নমক খংবনি। পুন্নমকী আত্মানি অমসুং পুন্নমক শিনথুংলিবনি অমদি মখোই পুন্নমকী আত্মস্বরূপনি হাইনা খংখি। মসিদা মখোই কাইনবগী সন্তাপ অদু লৈখিদ্রে। অসিদা মখোইনা ইকাই খুম্নবগা লোইননা উদ্ধবপু সৎকার তৌখি॥ ৫৩

যাবন্ত্যহানি নন্দস্য ব্রজেঽবাৎসীৎ স উদ্ধবঃ।
ব্রজৌকসাং ক্ষণপ্রায়াণ্যাসন্ কৃষ্ণস্য বার্ত্তয়া ॥ ৫৫

অন্বয়ঃ—যাবন্ত্য=হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! স উদ্ধবঃ=অদুগুম্ব চান্নবা মনাই উদ্ধবনা, নন্দস্য ব্রজে=নন্দরাজনা পাল্লিবা ব্রজভূমি বৃন্দাবন্দা, যাবন্তি অহানি অবাৎসীৎ=য়াম্না থুনা মথুপুরদা হনগনি খল্লম্বদো হৌজিক্তি হাইনিংঙাই লৈত্রবা মুমিৎ কয়ানিমুক লৈগ্রে হনগে খনখিগ্রে, কৃষ্ণস্য বার্ত্তয়া (নিরন্তর কৃষ্ণ কথা আলোচনেন)= অতৎপা লৈতনা কৃষ্ণগী কথা, নাম, লীলা কয়া আলোচনা তৌদুনা, হাইবদি ব্রজৌকসাং ক্ষণপ্রয়াণি আসন্=অর্থাৎ (ব্রজবাসিজনানাং তাবন্তি অহানি-ক্ষণতুল্যত্বেন অবগতানি অভবন্) শ্রীবৃন্দাবন বাসি পুম্নমক্কা লোইনা লৈমিন্নরবা মুমিৎ কয়াশিংবু মিকুপকা প্রমাণ ওইনা খন্দুনা লৈখি, হাইবদি শ্রীবৃন্দাবন থাদোক্কপা ঙমখিগ্রে ॥ ৫৫

---

উদ্ধবনা গোপীশিংগী অন্নাবগী মৈচাক অদু কোক্লনবগীদমক থা কয়ামুক গোকুলদা লৈখি অমসুং ভগবান কৃষ্ণগী লীলা কথা অদু শক-শোন্দুনা গোকুল বাসিশিংগা মুঙাইনা মতম লেনখি ॥ ৫৪

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! মহাত্মা উদ্ধবনা নন্দগী ব্রজ অসিদা মুমিৎ কয়াশিমুক লৈখি অমদি কৃষ্ণগী বিষয় ওইবা কথাবার্ত্তা কয়া ব্রজবাসিগী মফমদা মতম কয়া অদু মিকুপ অম ওইনা খনখি ॥ ৫৫

সরিদ্-বন-গিরি-দ্রোণী বীক্ষন্ কুসুমিতান্ দ্রুমান্।
কৃষ্ণং সংস্মারয়ন্ রেমে হরিদাসো ব্রজৌকসাম্॥ ৫৬
দৃষ্ট্বৈবমাদি গোপীনাং কৃষ্ণাবেশাত্মবিক্লবম্।
উদ্ধবঃ পরম-প্রীতস্তা নমস্যন্নিদং জগৌ॥ ৫৭

অন্বয়ঃ—হরিদাসঃ=শ্রীকৃষ্ণগী সেবক উদ্ধবনা ব্রজ অসিদা লৈরিবা, সরিদ্ বন-গিরি-দ্রোণীঃ=যমুনা তুরেন, বনশিং, গোবর্দ্ধন চীং, গুহা হাইরিবা পদার্থশিং অমদি, কুসুমিতান= ফজনা শাৎলবা লৈশিং, দ্রুমান্=কদম্বচিংবা উপালশিং, পশ্যন্=য়েংল য়েংলদুনা, ব্রজৌকসাং কৃষ্ণং সংস্মারয়ন্=যমুনা তুরেন্নচিংবা তোঙান তোঙাম্বা কৃষ্ণনা শান্নরম্বা লীলা কয়াবুসু নিংশিং নিংশিংদুনা, রেমে=থোই-দোক্না পুক্নিং নুঙাইবা (পোকখি) ফংজখি। ৫৬ উদ্ধবঃ গোপীনাং এবমাদি=উদ্ধবনা অয়াম্ব গোপীশিংনা, কৃষ্ণাবেশাত্মবিক্লবম্=কৃষ্ণগী মফমদা মথোইগী পুক্নিং থোইদোক্না হাপচিনবা মওংশিংদু, দৃষ্ট্বা= উরকপদা, পরমপ্রীতঃ=থোইনা পেল্লদুনা, তাঃ=গোপীগী মফমদা, নমস্যন্ ইদং জগৌ=খুরুমজদুনা মগুণ শক-শোনখি॥ ৫৭

---

হরি ভক্ত উদ্ধবনা ব্রজগী মলুং অসিদা লৈরিবা তুরেন, বন, চীং গুহা অমসুং লৈ শাৎপা পুম্নমক য়েংলদুনা মকম খুদিংদা কৃষ্ণ লীলাগী মরমদা প্রশ্ন কয়া তৌদুনা ব্রজ বাসিশিংবু কৃষ্ণ কথা নিংশিংহন্দুনা নুঙাইনা মতম লেনখি॥ ৫৬

উদ্ধবনা মতম অসিদা গোপীশিংগী, কৃষ্ণদা পুক্নিং লুপ্পা মথক্তা উথ্রবা, মশক বিহ্বলা ওইবা অঙাওবীগী মতৌগুম্বা অদু উরগা হাইনিংঙাই লৈতনা পেনখি নুঙাইখি। মথোইশিং অসিবু খুরুম্লগা মহাত্ম্য জ্ঞান ফংলবনি হাইখি, মতিক মগুণ শকখি॥ ৫৭

এতাঃ পরং তনুভৃতো ভুবি গোপবধ্বো
গোবিন্দ এব মখিলাত্মনি রূঢ়ভাবঃ।
বাঞ্ছন্তি যদ্ভবভিয়ো মুনয়ো বয়ঞ্চ-
কিং ব্রহ্মজন্মভিরনন্ত-কথারসস্য। ৫৮

অন্বয়ানুবাদ—অখিলাত্মনি=জীব পুম্নমকী আত্মা ওইরিবা, গোবিন্দে=অতোপ্পা অমদা পুক্লিং চংলুবা লৈতনা শ্রীকৃষ্ণমক্তদা, ভবভিয়ঃ=মোক্ষ ফংগে নিংলিবা, মুনয়ঃ=মুনিশিংমক্সু, যৎ বাঞ্ছন্তি=অতৎপা লৈতনা নিংলিবনি, বয়ং চ=ঐখোই পুম্নমক্সু অহুগুম্না ভক্ত ওইরবস্যু, গোপবধ্বঃ এবং রূঢ়ভাবাঃ=গোপবধু-শিংগীদি অচেৎপা রাখম্না তিন্নবসি মরম অসিদগী, এতাঃ পরং= থোইদোক্ত গোপীশিং জন্ম অসিদদি, ভুবি তনুভৃতঃ=ব্রজ অসিদা পোকপগী কাননরে, অনন্ত কথারসস্য=মপান নাইদবা ভগবতকী কথাতনা মুঙাইবা ওইরিবা অসিগুম্ব ফংলবদা, ব্রহ্মজন্মভিঃ=ব্রাহ্মণ ওইবগী মপোকশিংনা নত্রগনা চতুর্ম্মুখ ব্রহ্মাগী মপোক্না, কিং=করম্বা অথোইবা মপোক্তা পোকপনা কৈদোরুনি অথোইবনি। ৫৮

---

মোক্ষ ফংনিংবা সংসার অসিবু কিবা মুনিশিংনা সর্ব্বাত্মা ওইবা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অথোইবা প্রেম অহু অপাম্ব ওইনা লৈখি ১মুং মুমুক্ষু গৃহস্থশিংনা গোবিন্দগী মফমদা অথোইবা প্রেম পামহুনা লৈ। ওস্থোকপনি গোপবধুশিংনদি পুম্নমক শিনথুংবা গোবিন্দগী মফমদা পরম প্রেম ভাব ফংখি। মরম অসিদগী জগৎ অসিদা থাঙ্গৈশেংনা দেহ ফংবগী মহৈ মাল্লে। হরি কথাদা একান্ত অনুরাগ পোকই মখোই ব্রাহ্মণ, বৈষ্ণব, পিতা, মাতা, সন্তান মচা-মগুদা উর্দ্ধময়ন অমসুং দীক্ষামু ফংই, পুম্নমকী অথোইবা মপোকনি। ৫৮

কেমাঃ স্ত্রিয়ো বনচরী-র্ব্যভিচারদুষ্টাঃ
কৃষ্ণে ক চৈব পরমাত্মনি রূঢ়ভাবঃ।
অন্বীশ্বরোহনুভজতোহপি সাক্ষাৎ-
শ্রেয়স্তনোত্য-গদরাজ ইবোপযুক্তঃ॥ ৫৯

অন্বয়ানুবাদ—পরমাত্ম কৃষ্ণে=জীব পুম্নমক্কী পরমাত্ম ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা, এবঃ=অসিগুম্বা ফংবদা বারগদবা, রূঢ় ভাবঃ =লেংদনা লৈরবা স্নেহ মুংশিবসে ফংজরবদা, ক=করম্বা মফমদা করিমুক লৈরমখিগদগে? ইমাঃ স্ত্রিয়ঃ চ=অসিগুম্ব গোপীশ্বা মপোক ফংজবা অসিবু, ক=কদাই লৈরমখিগদগে? বনচরীঃ=বন্দা লৈবা সৎ সঙ্গ য়াওদবা, ব্যভিচারদুষ্টাঃ ন=লমচৎ ফত্তবা হাইবদি নীতি নিয়ম থাদোক্লগা ভগবতবু থংদবনদি নিন্দা, অথংবনদি শাস্ত্রগী থাগৎনিঙাই, মশাগী লমচৎকী ব্যভিচার ওইরবসু মফম অসিদদি ব্যভিচারিণী রা নত্তে, নু=ওস্তোকপনি য়ায়া ঙকপনি, উপযুক্তঃ=কনাগুম্ব মতিক চান সেবা তৌরিবা, অগদরাজ ইব= মাইবনা মুম্না থংলবা অনাবদা হিদাক্লা অমৃত ওইবগুম, ঈশ্বরঃ= শ্রীকৃষ্ণনা, অবিদ্বুবঃ ইব=মী অতৃগী স্বভাব থংদ্রবসু, শাক্ষাৎ= মশামক্না, অনুঃ=অতৎপা লৈতনা, ভজতঃ=নিংজরিবা মীতৃগীদি, শ্রেয়ং=অথোইবা ফল অতৃদি, তনোতি=শোইদনা পিরিবনি॥ ৫৯

---

পরমাত্মা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা শাস্ত্র প্রসিদ্ধ অসিগুম্ব অথোইবা প্রেম ভাব কদাই করম ওইরক্লিবা? অমদি অসিগুম্ব দ্বিজাতি ওইবা সংস্কার লৈতবা গ্রামগী ওইবা গোপ রমণীশিংসিনা কদোমদা? অসিগুম্ব ভগবৎ প্রেম অসি মথোইগী পোকফম ওইবরা

নায়ং শ্রিয়োহঙ্গ উ নিতান্তরতেঃ প্রসাদঃ
স্বর্যোষিতাং নলিনগন্ধরুচাং কুতোহন্যাঃ।
রাসোৎসবেঽস্য ভুজদণ্ড-গৃহীত কণ্ঠ-
লব্ধাশিষাং য উদগাদ্-ব্রজ-সুন্দরীণাম্‌। ৬০

অন্বয়ঃ—উ=ওয়োকপনি, রাসোৎসবে=রাসক্রীড়া শান্নবদা, অস্য=শ্রীকৃষ্ণগী, ভুজদণ্ড-গৃহীত-কণ্ঠলব্ধাশিষাং=ইবুঙো মহাক্কী পাম্বোম অনিনা আলিঙ্গন পিনবিথিব থৌরিনা, ব্রজ সুন্দরীণাম্‌= ব্রজগী গোপীশিংগী, যঃ=অহুঙম্ব ইবুঙোগী থৌজান্দো, উদগাৎ= ফংজপ্রবনি, অঙ্গে=শ্রীঅঙ্গদা, নিতান্তরতেঃ=থোইদোক্ন লৈরিবা, শ্রিয়ঃ=লক্ষ্মীনা, অপি অয়ং প্রসাদঃ=অসিগুম্ব থৌজান অসিনস্থু, ন=ফংখিদবনি, নলিন গন্ধরুচাং=ঋম্বালগী মতৌগুম ননম মুংশিব ফজবা করান তিন্নবনি, স্বর্যোষিতাং=স্বর্গদা লৈবা অপ্সরাশিংনা ফংবস্থু নত্তে, অন্যা=অতোপ্ন সুপীশিংনদি, কুতঃ=অসিগুম্ব প্রসাদ থৌজাল ফংগদরাও ? ৬০

---

নত্রগা ওইদবরাও ? মরমসিদগী মথোই অসি বন চারিণী ওইরবস্থু ব্যভিচারি দোষদা রাগদবদি নত্তে। মথোই অসি ভগবৎ প্রিয়ানি, ভগবৎ প্রিয় হাইবসি কনাগুম্ব ওইসন্থু জাতিগী রা লৈতবনি অমদি করিগুম্ব রাথলদা ভজন তৌদ্রবস্থু করিগুম্ব অমনা মহাক্কী মফমদা প্লজা তৌনিংবা হেক্কা পোকপনি। ওয়োকপনি কনান থংব গুমগনি মুতম অসিদা অমৃত থকপা (থকলিবা) অহু ওইরবদি অমৃত থক্লিবা মী অহু করিগুম্ব মথলগী অনাব লৈত্তে, অম্নুমা থংদবা মী অহুনা করিগুম্ব রাথল, মতুম অদুদা ভগেংনমক ভজন তৌই, মসিদা পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা থোইদোক্না মঙ্গল ওইবা পিরিবনি। ৫৯

আসামহো চরণরেণুজুষামহং স্যাং
বৃন্দাবনে কিমপি গুল্ম লতৌষধীনাম্।
যা দুস্ত্যজং স্বজনমার্য্যপথঞ্চ হিত্বা
ভেজুর্মুকুন্দ পদবীং শ্রুতিভি র্বিমৃগ্যাম্। ৬১

অন্বয়ঃ—অহো! =অতকপনি, যাং=অসিগুম্ব ব্রজগী গোপী-শিংনা, দুস্ত্যজং স্বজনং=থাদোকক্কম থোক্তবা পতি পুত্রশিং, আর্য্যপথং চ=আ দগী আর্য্যশিংনা চৎনরকপা লম্বি অমুবু, হিত্বা=থাদোক্লম্লগা, শ্রুতিভিঃ=বেদনা ভাকপা লম্বি কয়ানা, বিমৃগ্যাম্=থিগদবা ওইরিবা, মুকুন্দ পদবীং=মুক্তি পিন হৈবা শ্রীকৃষ্ণগী পক্বি অমু ফংননবগীদমক, ভেজুঃ=শ্রীকৃষ্ণতবু নিংবা হাইবমু ওইপ্রবনি, বৃন্দাবনে আসাং = অসিগুম্ব শ্রীবৃন্দাবন্দ গোপীশিংগী চরণধুলি ফংনিংলিবা, গুল্ম লতৌষধীনাং=ঐনা অসিগুম্ব গুল্ম লতা ঔষধি-শিংগী মধুংদা, কিম অপি=করিগুম্ব শোৎ অমবু, স্যাম=ফংরা য়াবা হাইরিবসিগী মমুংদা ঐনা ফংলোইদবা করি লৈগনি অমুবু গোপী প্রেমদি···। ৬১

---

ওহোকপনি! রাস শায়বা মতমদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী ভুজদণ্ড অমুনা গোপীশিংগী থোরিদা কোনবিথিবা অমুনা মথোইগী পূর্ণ-মনোরথ ওইখি। অসিগুম্ব ব্রজ রমণীশিংগী মকমদা অমুম্না শ্রীভগবতনা থোজানবিরি, ভগবতকী থবাক্তা লৈরিবা মহাক্র একান্ত রতিনা তিনবী শ্রীলক্ষ্মী দেবীগী মকমদা অমুম্না থোজানবিদবনি। থম্বালগী মতৌগুম স্বর্গ ফংশিনবা অমদি মলেক-মতাম্না তিন্নবী

যাবৈ শ্রিয়ার্চ্চিতমজাদিভি রাপ্তকামৈ-
র্যোগেশ্বরৈ রপি যদাত্মনি রাসগোষ্ঠ্যাম্।
কৃষ্ণস্য তদ্ ভগবত শ্চরণারবিন্দং
ন্যস্ত্যং স্তনেষু বিজহুঃ পরিরভ্য তাপম্॥ ৬২

অন্বয়ানুবাদ—ভগবতঃ ঐশ্বর্য্যাদি=ঐশ্বর্য্যনচিংবনা মপুং ওইবা, কৃষ্ণস্য যৎ চরণারবিন্দং=শ্রীকৃষ্ণ চরণ কমলবু (শ্রীচরণ ২বু), শ্রিয়া =লক্ষ্মীনা, অজাদিভিঃ=ব্রহ্মানচিংব খিবিরু, আপ্তকামৈঃ=ফংখ্রব ঐশ্বর্য্যশিং অসি, যোগেশ্বরৈঃ=যোগেশ্বরশিংনমু, চ অপি আত্মনি =মখোইগী পুক্সিংদা লেংদনা, অর্চ্চিতং=পূজা তৌখ্রবনি, রাস-গোষ্ঠ্যাং=রাস মণ্ডলদা, যাঃ=গোপীশিংনা, বৈ = শোইদনা, স্তনেষু=মখোইগী বক্ষ অহুদা, ন্যস্তং=থমখ্রবা ইবুঙো মহাকী, তং=অদুগুম্ব চরণ কমল অদুবু, পরিরভ্যঃ=আলিঙ্গন তৌরগা, তাপং=অপাম্বনা চাক্লবা পাপ, বিজহুঃ=পুম্নমক থাদোকখি॥ ৬২

---

স্বর্গ লোকী অপ্সরাশিংগী মকমদা অসিগুম্ব থৌজান অসি তৌবিদে। অতোপ্প রমণীশিংগী মকমদদি অসিগুম্ব ভগবত অনুগ্রহগী মতিক চাব ওইব্রে মসিদা করি হাইনিংঙাই লৈখিগদ্রা॥ ৬০

অরাবনা মখোইনা থাদোকদবা ওইবা স্বজনশিংগী পতি পুত্র সেবানচিংবা শিষ্টশিংনা রারবা ধর্ম্মগী লম্বি থাদোক্লবা বেদ পুম্নমক্লা থিনরিবা মুক্তি পিন হৈবা মুকুন্দগী চরণ নিংদুমা লৈথরে। অসিগুম্ব বৃন্দাবনগী ব্রজ রমণীশিংনা চরণ ধূলি সেবা তৌরি। ঐনা অদুগুম্ব গুল্ম লতা অমসুং ঔষধিশিংগী মনুংদা করম্ব অমা ওইনি॥ ৬১

বন্দে নন্দব্রজস্ত্রীণাং পাদরেণু মভীক্ষ্ণশঃ।
যাসাং হরিকথোদ্ গীতং পুনাতি ভুবনত্রয়ম্॥ ৬৩

শ্রীশুক উবাচ।

অথ গোপীরনুজ্ঞাপ্য যশোদাং নন্দমেব চ।
গোপানামন্ত্র্য দাশার্হো যাস্যন্নারুরুহে রথম্॥ ৬৪

অন্বয়ানুবাদ— (ময়ম অসিদগী) যাসাং=ব্রজ রমণীশিংনা, হরিকথোদ্ গীতং=শ্রীকৃষ্ণগী মরমদা শকপা শোনবনা ময়ম ওইহুনা, ভুবনত্রয়ং=স্বর্গ-মর্ত্ত-পত্তাল ত্রিভুবনবু, পুনাতি=শেংলিবনি, অহং =উদ্ধব ঐনা অহুগুম্ব, নন্দব্রজস্ত্রীণাং=ব্রজ রমণী গোপীশিংগী, পাদরেণুম্=চরণ ধুলিবু, অভীক্ষ্ণশঃ=হন্না হন্না, বন্দে=খুরুমজরি ফংহনবিয়ু পদরেণু॥ শ্রীশুকঃ উবাচ=শুক মহামুনিনা বর্ণন তৌরি, ভো=হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! অথ=অসিগী মতুংদা, দাশার্হঃ= নিংথৌ বংশদা পোকপা যদু বংশগী মন্ত্রী উদ্ধবনা, গোপীঃ=ব্রজগী গোপী পুন্নমকপু, যশোদাং নন্দমু এব চ অনুজ্ঞাপ্য=শ্রীকৃষ্ণমাতৃ যশোদা অমসুং কৃষ্ণ পিতা নন্দগী অসিনচিংবা অয়াম্বগী আজ্ঞা লৌরগা, গোপান্ আমন্ত্র্য=অতোপ অতোপ্প গোপশিংবুসু থংহল্লগা বিদায় নিজরগা, যাস্যন্=মথুরা চৎনবগীদমক, রথং=রথগী থক্তা কাথংখরে॥ ৬৪

---

লক্ষ্মী দেবীনা ব্রহ্মানচিংবগী অপাম্ব পি অমসুং যোগিঋষিশিংনা মহাক মহাক্কী থম্মোইদা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী চরণ কমল সেবা তৌখি, রাস মণ্ডলদনা গোপীশিংগী থবাক্তা নিজকর কমল অহু থমই। অহুগুম্ব সেবা অহুবু তৌজবদা থম্মোই লাইনা পুন্নমক মাংখি॥ ৬২

তং নির্গতং সমাসাদ্য নানোপায়ন-পাণয়ঃ।
নন্দাদয়োঽনুরাগেণ প্রাবোচন্নশ্রুলোচনাঃ ॥ ৬৫

অন্বয়ানুবাদ—(মতম অমুদা) নানোপায়ন-পাণয়ঃ = মথল-মথা অয়াম মতিক চাব থুৎ শোক্লবা (আপিক্লল) নন্দনচিংবা যশোদা গোপী পুম্নমক্না, নির্গতং তং = ব্রজপুরদগী থোরক্লবা পুম্নমক্না উদ্ধবকী মনাক্তা, সমাসাদ্য = লাক্লগা, অনুরাগেণ অশ্রুলোচনাঃ = শ্রীকৃষ্ণগী অমদি উদ্ধবকী মফমদা থোইদোক্ন প্রেম পোক্লহুনা মহৈ মহৈ মিৎতা পি তানরহুনা, প্রাবোচন্ = মথং মথৎ মুংশিবা রাহৈনা হাই-নরকখি প্রেম ক্লোংদোকখি ॥ ৬৫

---

মরম অসিদগী মখোই পুম্নমক হরি কথা অসি রাংনা হৌনা শক্লুনা ত্রিভুবন অসি শেংদোকই। ঐনা অসিগুম্ব নন্দ ব্রজগী রমণীশিংগী চরণ ধূলিবু হন্না হন্না খুরুমজরি ॥ ৬৩

শ্রীব্যাস নন্দন শুকদেবনা হাইখি—হে পরীক্ষিৎ মহারাজ! অসিগী মতুংদা পুকচেন চাওবা উদ্ধবনা গোপীশিং অমসুং যশোদা নন্দগী অমদি অতোপ্পা গোপশিংগী অয়াব (বিদায়) লৌরগা মথুরা বৃন্দাবনদা চৎলনরা রথ থক্লা কাখৎখরে ॥ ৬৪

মতম অসিদা উদ্ধবনা মথুরা চৎলমদাই অসিদা অহল ওইরবা নন্দ যশোদানচিংবা ব্রজগী অয়াম গোপ গোপীশিংনা মুংশিবা রাহৈ কয়া কয়া অমদি মুংশিবা কাইনবগী ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা অমসুং উদ্ধবকী মফমদা পিগা লৌইননা পুম্নমক্না হাইনখি ॥ ৬৫

মন্তব্যঃ—ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী কৃপা শক্তি পুরিবা সখাসু ওইবা সেবকসু ওইবা উদ্ধবসি, কৃষ্ণনা থরাইনি ব্রজ রমণীশিংগী থোইদোক্ত পামলিবা কৃষ্ণগী অমৃতগুম্না থুম্নবা পাউ অমদি রা পুম্নমক লোইনা তমজপ্রে। ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী রা (পাউ) তারগা ব্রজ গোপীশিংনা মুম্না থংখবে, মতুদি—শ্রীকৃষ্ণসে ইন্দ্রিয় পুম্নমক্তগী রাংমদা লৈ পুম্নমক থংবনি। পুম্নমক্কী আত্মানি শিনথুংলিবনি আত্মা ওইনা (লৈবিবনি) শ্রীকৃষ্ণসে মখোইগী থরাইগী ৎরাইনি, অসুম্না খ্বাইদগী হেন্ন চাম্না খল্লগা গোপীশিংগী, শ্রীকৃষ্ণ বিরহ সন্তাপ অহু থরদি মরেং তাখি।

মরমদি থরাইগা হকচাংগা লোইনবগুম গোপীশিংগা লোইনৈ শ্রীকৃষ্ণসে তংনা থানবসু লৈতে, অসিনা মরম ওইদুনা খম্মোইদা অসুক্কী মতিক মরেং তাই, নেমথৈ, ভাব রাথল বিরহগী মৈচাক পুম্নমকসি লাপখি, মসিবু ওইকম থোক্তবরা ?

পুম্নমক ওইসমু গোপীশিংনা কৃষ্ণ বাক্যমা (কথামৃতনা) মরম ওইদুনা থংখি। "যথা সাবম্মান্ সদানু ভবতি তথা বয়মপি তন্নিত্য বিনা ভাব স্ফুর্ত্তেঃ" (বৈষ্ণব টোষণী।) মখোইনা মসিমক থংখি, শ্রীকৃষ্ণগী আদেশ পাউতাক মতুং ইন্না মখোইনা থিন্দনা গোপীশিংনা তশেংনমক স্থুলভাব (লেংদব ভাব) থংজখি। অসুম্না গোপীশিংনা কয়াযুক পরিনাম তৌদুনা প্রকৃতিদা লৈথরে।

"যথা কৃষ্ণেনাদিষ্টং তথাত্মানমচিরাৎ কৃষ্ণং প্রাপ্স্যন্তঃ তথৈবা বোদ্ধব্যঞ্চ কৃষ্ণমচিরাৎ স্বং প্রাপয়িষ্যন্তং জ্ঞাত্বা নিশ্চিতেত্যর্থঃ।

বৈষ্ণব টোষণী।

গোপীশিংনা মতম অসিদা মথল্ল কয়াগী পরিনাম্না শান্তি ওইনা লৈরগা ইকাই খুম্নবগা লোইননা উদ্ধবপু অবস্থাগী মতুং ইন্না বিশেষ অতিথি সংকার তৌখি। "সাম্প্রত্যে বোদ্ধবং যথা স্বাবস্থামাতিথ্যোচিতং পূজয়াঞ্চক্রুরিতি পূর্ব্বমারব্ধাপি পূজা দুঃখেন বিতথা জাতেত্যধুনা তু বিশেষেনৈবেত্যর্থঃ।" (বৈষ্ণব টোষণী।)

অসিগী মতুংদা উদ্ধবনা গোপীশিংগী অন্না মৈচাক কোক্লনবা থা খর গোকুলদা লৈখি অমসুং ভগবানগী লীলা কথা শক্লনা গোকুল বাসিশিংবু মুঙাইহনখি। অস্নুম্ন কৃষ্ণ লীলাদা পুক্লিং চংনা মুঙাইনা উদ্ধবকা লোইননা ব্রজধাম অসিদা মতম কয়ামুক লৈখরে, তৌখিবা খংখিদরে। হরি ভক্ত হরিদাস উদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণগী লীলা রাহং পাউখুম প্রশ্নোত্তর তৌদুনা মশামকম্ভু মুঙাইজখি।

উদ্ধব শ্রীহরিগী দাসনি, মহাক অসি ভক্তশিংগী মকোকনি মী পুম্নমকী থম্মোইবু ভগবত্তা চিংশিনবি। ভগবতকী মরমদা শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মিকপ থোক্লুনা ভগবৎপু নিংশিংই অমসুং হরি কথা কির্ত্তন তৌই, মরি লৈনবা প্রশ্ন কয়া তৌদুনা হরি ভক্তশিং মুঙাইবা কয়া পিখি। মহাকী হরিদাস মিং অসিনা তোঙান্ন কান্নবা মপোক মহৈ য়াম্লবনি।

অস্নুম্না থা কয়া অমা বৃন্দবন্দা লৈবা মতমদা উদ্ধবনা উজখি। ভগবান কৃষ্ণদা পুক্লিং লুপ্পা প্রেমগী অনুরাগসি, অতোপ্পা মফমদা উবা ফংলরোইদবনি। অস্নুম ওইনমক শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা গোপীশিংগী অঙকপা প্রেমভক্তি অসি উবা ফংজখি, বিহ্বলতা দিব্যোন্মাদনচিংবা প্রেমগী বিপ্লবনি, অতোপ্পশিংগী মফমদদি ওইথোকলোই হাইবা

উদ্ধবন খংগ্রবনি। মশাগী লাইবক ফববু নিংশিংজে ধন্যবাদ তৌখি তশেংনমক ক্ষেত্রিয় কুলদা পোকপা কৃষ্ণ সখা উদ্ধবকী প্রণাম অসি বৈশ্য কুলদা পোকলবী লাইবক ফরবী, সাধারণ ওইবী রমণীশিংনা কংদে। মরমদি উদ্ধবনা গোপীশিংবু খুরুমগে নিংলগা মখোইগী মতিক মগুণ ফোংদোকুনা মখাগী স্তুতি গান অসি তৌজখরে। "ত্বাঃ নমস্যন্নিদং জগৌ" অমুম্না স্তুতি গান অসি তৌরম্বুনা মখোইগী মরমদা, মসি উদ্ধবকী পুক্নিংগী প্রণামনি।

উদ্ধবনা খংখি মহুদি— কৃষ্ণপ্রেয়সি গোপীশিং অসি জগৎসিদা সর্ব্বশ্রেষ্ঠ দেহ ধারী জীবনি। মরমদি স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণ সচিদানন্দ ঘন পরং ব্রহ্ম অমসুং অয়াম্বা অমাং-অতা লৈতবা অমৃত চেনবা মুর্ত্তিনি। অসিগুম্ব ইবুঙো মহাক অসে গোপীশিংগী অথোইবা অনুরাগ, প্রেম অমসুং (জগৎ ৩) যুগ ও অসিদা মহাক্না চাংদমনিঙাই লৈতবনি। মসিদগী লাম্থোক্লিংবা জীবশিংনা মুক্ত ওইবা মুণি-ঋষি পুরুষশিংনা মতৌ অমুম ভগবত প্রেম অসি ফংননবগীদমক আকাঙ্ক্ষা তৌজখি। তৌইগুম্বসুং মসি ফংজনবগীদমক লাইবক ফরিবদো অথোইবনি। মরমদি অসিনি শ্রীনারায়নগী থবাক্তা ঙাল্লিবা লক্ষ্মী দেবী মশামক্তসু অসিগুম্ব ফংফম থোকপদি ফংদ্রিবনি অতোপ্পগীদি করি অমুক হাইগনি। কৃষ্ণ প্রেমনা অথোইবা ওইবী গোপীশিং অসি পুম্নমকী অথোইবা ওইবা দেহ পুরিবা জীবশিংনি মসিমক উদ্ধবনা মুম্না খংজখরে। কৃষ্ণ প্রেমদা হুকচিনবা বিগ্রহনি, গোপ জাতিনি অমসুং গোপী ভুপীনি হাইহুনা হম্বনা মেংবা থওইদবা তৌরোইদবনি হাইবসিসু উদ্ধবনা স্তুতি তৌজে।

মুমুক্ষু ওইবা মুনিশিংনা মখোই সংসার ভাব অসি কিরহনা ভগবন্তা চংজখি অমসুং সর্ব্বাত্মা গোবিন্দগী মফমদা থোইদোকপা প্রেম ভাব আকাঙ্ক্ষা তৌরিবনি অরাবনি অসিগুম্ব গোপবধূশিংনা সর্ব্বাত্মা গোবিন্দগী মফমদা প্রেম ভাব ফংখ্রিবসি অতাংবনি।

মরম অসিদগী জগৎ অসিদা মথল পুম্নমক্কী রস মাধুর্য্য পুম্নমক্কী তুংনফম ওইবা চিংলেম্বা বিগ্রহ শ্রীকৃষ্ণনি। হাইরিবা অসিদা গোপীকাশিংগী লুম্নবা লুরবা মহাভাবনি। গোবিন্দে এবমখিলাত্মানি রূঢ় ভাবাঃ। মসিমক মহাভাবকী মশক ওইবী গোপীশিং অসি ভগবান পরমকান্ত শ্রীকৃষ্ণগী লীলা, গুণ, মাধুর্য্য মশক কয়ানি। মরম পুম্নমক্তা থোইদোক্ল কল্লবা অনুরাগ প্রেমনি। মরম অসিনা কৃষ্ণ কথা, কৃষ্ণগী প্রসঙ্গ থাদোকদবা গোপীশিংদি ওইথোক্রে।

"অন্যা কথাসু অরসো যস্য তস্য বিপ্রজন্মভির্বা কিং যতস্তৎ কথাসু রাগা ভাব এব তত্তৎ সর্ব্ববৈকল্য প্রতিপাদকেতি ভাবঃ।"

ব্রজ গোপীশিং অসিদি অসিগুম্ব অথোইবা কৃষ্ণ প্রেম অসিনা মথোইগী জীবন অসে পোকপগী মহৈ য়াল্লবনি। ব্রাহ্মণচিংবা অথোইবা মপোক্কগী মথোইসিনা পুমথোই থোইবনি অহুবু ভক্তি য়াওদবদগীদি ভক্তি লৈরবা জীবনা অহেনবনি।

"যথা—"বিপ্রাদ্দ্বিষড়্-গুণ যুতাদর বিন্দ নাভ
পাদারবিন্দবিমুখাৎ শ্বপচং বরিষ্টম্।
মন্যে তদর্পিতমনোবচনেহিতার্থ
প্রাণং পুনাতি সকুলং নতু ভূরিমানঃ।" ভাগঃ ৭/৯/১০

যস্যাস্তি ভক্তির্ভগবত্য কিঞ্চনা
সর্ব্বৈগুণৈস্তত্র সনাসতে স্নুরাঃ ॥
হরাবভক্তস্য কুতো মহদ্ গুণাঃ
মনোরথেনাসতি ধাবতো বহিঃ ॥ ভাগবত ৫/১৮/১২

যন্নামধেয় শ্রবনানুকীর্ত্তনাৎ যৎস্মরণাদপি ক্বচিৎ।
শ্বাদোঽপি সদ্যঃ সবনায় কল্পতে কুতঃ
পুনস্তে ভগবন্নু দর্শনাৎ ॥ ভাগবত ৩য় স্কন্ধ ৩৬/৬

অপিচ—শূদ্রা ভগবদ্ভক্তা স্তেতু ভাগবতা মতাঃ।
সর্ব্ববর্ণেষু তে শূদ্রা যেন ভক্তা জনার্দ্দনে ॥
ইতি পদ্মপুরানে মাঘ মাহাত্ম্যে।

শ্বপচোঽপি মহীপাল! বিষ্ণোর্ভক্তা দ্বিজাধিকঃ।
বিষ্ণুভক্তি বিহিনো যো যতিশ্চ শ্বপচাধিকঃ ॥
নারদ পুরান, ভক্ত মালা ॥ ৬

ব্রাহ্মণঃ ক্ষত্রিয়ো বৈশ্যঃ শূদ্রো বা যদি বেতরঃ।
বিষ্ণুভক্তি সমাযুক্তো জ্ঞেয়ঃ সর্ব্বোত্তমোত্তমঃ ॥
স্কন্দ পুরান রেবা খণ্ড, ভক্ত মালা ॥ ৬

হে ভগবন! করিগুম্বদা মহাকী নাম তাজবা, থুরুমজবা ১সুং নিংশিংজরবদি চণ্ডান ওইরবসু থুদক্তা সোমযাজী ব্রাহ্মনগী মতোগুম পূজা তৌই। অমুগুম্না নহাক উরবদা জীব অতু কৃতার্থ ওইরে। হাইরিবা বিষয় অসিদা করি অমুক হাইরম্বিগনি। ভগবান্ কপিল-দেবগী মফমদা দেব হুতিনা স্তুতি তৌবা বাক্যনি। (ভাগঃ ৩/৩৩/৬)

শ্রীহরিগী মফমদা মখোইগী করিস্ত লৈজদবা য়াম্না লাইরবা মী অদুনা নিষ্কাম ভক্তি পোক্লবা মহাকী শরীর অদু দেবতা পুম্নমকী গুণ লৈরবনি নিংগনি। তৌইগুম্বস্নুং অদুগুম্ব হকচাং অদুনা বিষয় পুম্নমক্তা পুক্নিং চংবা মহাকী শরীর অদু মহৎ গুণগী মওং লৈবিব্রা ? মহাকী পুক্নিংগী অপাম্ব জগৎ অসিদা ওইথোকলোই অরেপ্প লৈতবা মহাও য়াওদব বিষয় কয়ান চেল্লিব্রা ? (মথক্কী শ্লোক্তা হংগ্রে।)

শূদ্রনা মতম অসিদা ভগবত ভক্ত ওইবা মহাক অদু শূদ্র ওইদরে। ভগবান জনার্দ্দনদা ভক্তি লৈজরবদি মখোই বর্ণ পুম্নমকী মন্নুংদা শূদ্রনি হাইরবস্নু অথোইবনি থনগনি। পদ্ম পুরান।

হে মহারাজ! চণ্ডাল্লা মতম অসিদা ভগবান বিষ্ণুগী ভক্ত ওইরবদি মহাক বিষ্ণুদা ভক্তি পোক্লবা দ্বিজনি অপেক্ষা তৌগনি। মহাক অদু অথোইবনি অমদি বিষ্ণুদা ভক্তি লৈতবা যতি—তপস্বী-মুনি চণ্ডালদগীদি তোল্লি থংগনি। (নারদ পুরান ভক্ত মালা—৬)

জাতি, বর্ণ, সদাচারী, দুরাচারী থোইদোকপা অমনা হরি ভক্তিদা পুক্নিং চংবা হরি নামবু ভাব পাম্ব পুম্নমকপু শ্রীসূত-না প্রণাম তৌখরে।

পুম্নমক মী অথোইবা হরি ভক্তিগী রস আস্বাদন তৌবদা মুগুাইবা পোক্লিবা পুম্নমকপু ঐনা খুরুমজরি। মরমদি মখোই শোইদনা মঙ্গল ওইগনি, মখোই পুম্নমক অদু মুক্তি ফংলগদবনি।

মখোইনা হরি ভক্তিদা পুক্নিং চংবা, লুপ্পা, লমচৎ ফবা ওইসনু ফজবস্নু ওইসনু, মরমদি মখোইগী চরন্দা মতম চুপ্পদা হন্না হন্না খুরুমজরি। (সূত বাক্য ভক্ত মালা।)

মরম অসিদগী উদ্ধবনা হাইখি—ব্রজগোপীশিং অসি ভগবান কৃষ্ণদা রতি সম্পন্ন ওইবনি মহাভাবনা তিনবনি হাইদুনা মখোইগী মুপী ওইবীগী ধর্ম্ম অমদি বন্দা কোইনা চৎপগী খোইনা ৱারুনিঙাই ওইদে। মরম অসিনা শ্রীলক্ষ্মী দেবীনা ভগবান শ্রীনারায়নগী খবাক্তা লৈবীনি হরি প্রিয়ানি করিগুম্ব দোষ লৈতবনি। অমুক ফম্না মুনিশিংনা ভগবান শ্রীহরিবু ভজন তৌই হাইরগা মখোইগী বন্দা চৎপা লৈবগী দোষ অতু লৈরে হাইরবসু অখোইবদি শ্রীহরিবু ভজন তৌগে হাইবগীদমক্তা পুম্নমক থাদোক্লগা মখোইগী লৈতেং ওইজরিবনি। অসিগুম্ব অসি ব্রজ গোপীশিংগী অপাম্বনি উপপতিগী ৱাখল্দা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা তিন্নবা, শান্নমিন্নবা, অসি ব্যভিচারিগী দোষ নত্রবনি। মরমদি মফম অসিদা শ্রীকৃষ্ণসে স্বয়ং ভগবাননি খংগদবনি (খংউ) করিগুম্ব ভাবত্তা মহাক্কা লোইননা তিননবা ফংজরবা মীদো খোইদোক্ল মঙ্গলগী মশক্তি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণসে নিত্যনিরঞ্জননি মৈগুম্বনি, আকাশগুম্বনি, পুম্নমক শিনথুংবনি। মতম চুপ্পদা পোৎ পুম্নমক্কা লোইনৈ মঙোন্দদি পক্তে, অসঙ্গনি দোষ মরিক অমা পক্ত্রবনি। মসিমক কনাগুম্বনা করিগুম্ব কান্দ মওং অমনা মরম ওইদুনা শোকলুবদা দোষ লৈত্রে। আনন্দদা লৈরগা মহাকপু সঙ্গ ওইবনি অমদি নিংলিবা মী অতু দোষ মাংগ্রগা মঙ্গল ওইরিবনি। মরম অসিনা মী অতু অরা-ৱাদ লৈরোই অসুম্না খংদবা মীনা ভগবতকী স্বরূপত্ত ফংদ্রবদা করিগুম্বা ভাবত্তা খংদনা মহাকপু নিংবা অতু ওইরবসু পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণনা খোইনা মঙ্গল পিরিবনি। (শ্রেয়স্ততো গদরাজ ইবোপযুক্তঃ।)

পরমেশ্বর শ্রীকৃষ্ণসে মঙ্গলগী মশকনি মশামক মঙ্গলনি। (সত্যং শিবম্ সুন্দরম্) মরম অসিনা মহাক অসি স্বভাব ওয়া মতম চুপ্পদা মঙ্গল ওইছুনা লৈ। মরমদি লিনগী হুনা মীওইবগী মৃত্যুনি, অসিগুম হু অসিনা করিগুম মফমদা করিগুম রোগশি (হিদাক) সু ওইরিবনি। অয়েম ওইদ্রবসু অতোপ্পদদি দোষনি, মসি অমুক হয়া রাস শাননকম অসিদা চংশিল্লকপদা গুণ ওইবনি। মসিএক উজবা ফংলিবনি।

রসগী মকম অসিদা অয়াম বিরুদ্ধ কয়া চংলকপা হাইফম ওইবা অমসুং লেংদনা লৈবা রস হেক্সংলগা গুণগী মতোগুম হাইবদি গুণদা ওয়া তিল্লগা মগুণ হেনগৎপগুম, মফম অসিদা বিরুদ্ধ সঞ্চারী অসি দোষ লৈতে। "সঞ্চার্য্যাদের্বিরুদ্ধস্ত বাক্যসোক্তি র্গুণাবহা।" মসি কাব্য প্রকাশনি। (বৈষ্ণব টোষণী)। অসুম্ন ভগবান শ্রীকৃষ্ণগা লোইননা ব্যভিচার তৌরিবা গোপীশিংগী মফমদা দোষ করিসু লৈতবনি গুণতমক হেনবা ওইবনি।

উদ্ধবনা অসুম তৌনা কৃষ্ণপ্রেয়সী ব্রজ গোপীশিংগী মহিমা অমসুং মগুণশিং থাগৎলছুনা মথোই পুম্নমক্না পরম পূজ্য ওইবা অসি শন্দোকখি। মখোইনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মহাভাবকী প্রেম রস অহু ফংসবদা মথোইতনা অথোইবা ওয়া তিল্লবনি অথোইবা লনগী লননি থনথরে। মহাক অসি করিগুম্বদা করিগুম দোষনা পকতে, উদ্ধবসু লৈতবনি। উদ্ধব অসি থোইদোক্না অতোনবগী রাধনগা লোইননা মথোইগী গুণশিং বর্ণনা তৌখি স্তুতি তৌখি।

উদ্ধবনা অমুকস্থু হাইখি—গোপীশিংগী মফমদা ভগবান কৃষ্ণগী অসিগুম্ব চানবিবা অমম্বুং থৌজান শন্দোকুনা মপান নাইদবা অসি মমাংদা অতোপ্ন কনাগুম্বনা ফংখিদ্রি। "অত্যন্তা পূর্ব্বশ্চায়ং ভগবদ্ প্রসাদঃ"—(শ্রীধরস্বামী পাদ।) মরমদি রাসগী উৎসবতা স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণনা মশামক্না অথোইবা প্রেম পায়রুনা পাম্বোম অনি তিংথোক্লগা ব্রজ গোপীশিংবু কণ্ঠদা আলিঙ্গন পিনবিখি। হাইরিবা অসিদা ব্রজ গোপীশিংগী পুক্লিংগী অপাম্ব মপুং ফাহনবিখি মথোইনস্থু কৃর্ত্তার্থনি থনখি। অসিগুম্ব ব্রজ সুন্দরীশিংগী মফমদা থৌজানবিবা প্রেম অসিনা ইবুঙো মহাকী বক্ষ স্থলদা লৈরিবা শ্রীলক্ষ্মী দেবী মশামক্ত ইবুঙোগী থৌজানচু ফংথিদে হাইনরিবনি।

ব্রজগী গোপীশিং অসিদি লক্ষ্মী অদুদি নত্তে কৃষ্ণগী প্রেমসি ওইজবতনি তিননবা অসিস্থু কাইনবদি লৈত্রবনি। ভগবান কৃষ্ণগী মশাগী ওইবা বিবেশ মুর্ত্তিদা, বক্ষ স্থলদা, মহাকী অংশ ওইনা সনাগী ময়েক্ল ইরগুম মতম চুপ্পদা লেংদনা লৈথয়ে। মহাকা লোইনবসি করিগুম্বদা থাদোকলোই, ভগবানগী লীলা মথা পোনবনি। মসিমক উদ্ধবকী রা অসিগী অভিপ্রায়নি, অসিনা মরম ওইদুনা শ্রীলক্ষ্মী দেবীদগী ব্রজ গোপীশিংসে অধিক পুজ্যানি অমম্বুং মতিক মগুণ লৈ হাইবসি ফোংদোক্লবনি।

অসিগী তুংদা উদ্ধবনা ব্রজ গোপীশিংনা কৃষ্ণ প্রেম চাংদমনবদা মশাগী (উদ্ধবকী) ওইবা কৃষ্ণ প্রেমনা পূর্ণ ওইগুমথরে, করিগুম্বদা অসুম থল্লগা মশাগী অত্তোনব মুংগী ভাব অদু থংথরে। গোপীশিংগী প্রেম ফংবগী রাথল থল্লদুনা মহাকী পুক্লিংদা থনখি (থংখি) মদুদি

ব্রজ গোপীশিংগী চরণ ধুলিনা মরম ওইহুনা চামথোক্লগা গোপীগী কৃপা ফংজবতনা অথোইবনি হাইনা খনগ্রে। অসুম নিশ্চয় তৌরগা উদ্ধবনা মথোইগী চরণ ধুলি ফংননবগী রাথল তৌখি। ব্রজধামগী উরি-রাৱিশিংগুম পোকচগে হাইনা খনখরে।

"তাসাং তস্মিন্ উদ্বুদ্ধলোক ধর্ম্মাতিক্রমিরাগানাং তাদৃশীনা মপি শ্রুতি দুর্লভ তৎপদবী মনুগতিং ব্যঞ্জন তচ্চরণরজ এব তত্র সাধনং নিশ্চিন্বন্ প্রচুর তৎস্পর্শ যোগ্যং তত্র স্থাবর জন্মাপ্যাশাস্তে আসামিতি॥" (শ্রীবৈষ্ণব টোষণী।)

উদ্ধবনা য়াম্না তোল্লবা রাথল্দ প্রার্থণা তৌখি। মথোইনা থাদোকপদা রারবা স্বজন অমদি পতি পুত্রনচিংবগী সেবা পুন্নমক্লা য়াম্লবা অচুম্ব লম্বি অমসুং ধর্ম্মগী ওইবা লম্বি পুন্নমক থাদোক্লগা, "দুস্ত্যজং স্বজনমার্য্য পথঞ্চ হিত্বা" লাই পুন্নমকসু পান্নরিবা মুক্তিপদ অসু লৌরদুনা মুক্তি পিনহৈবা শ্রীচরণ অসু নিংজখরে।

মরম অসিদগী উদ্ধবনা ব্রজ বৃন্দাবন অসিদা মী, উ-রা, নত্তুবা মৃত্তিকা (লৈপাক) ওইনা পোকপনা হেন্না মমল য়ামই। মরমদি লৈপাক ওইজরবদি, চথে'ক-চংশিন্দা মথোইগী চরন্দা পকই, অসিগুম্ব উদ্ধবকী রাথল্লা মরম ওইদুনা মপুং ফান তোল্লবা অভিমান য়াওদবত্থু কোংদোকই। মহাক্ল নাপিগুম বেম্বদগী হেন্ন তৌনবা মপোক পামখরে। "তৃণাদপি সুনিচেন তরোরিব সহিষ্ণুনা অমানিনা মানদেন কীর্ত্তনীয়ঃ সদা হরিঃ॥" অর্থ—নাপিদগীসু তোম্না উপামগুম খাংব কম্না, মীনা শোম্লবা থাগৎপা লৈতনা য়াওদনা শ্রীকৃষ্ণ নাম শোঙবা পুম্নিদো পামজৈ।

বিস্তঃ-বুদ্ধি অসিনচিংব মওং, নাপল তৌবা অহঙ্কার পুম্নমক ইফুন্দা (উফুলদা) লোইনা লৈখি। করিগুম্ব মতমদা শ্রীবৃন্দাবন্দা গোপীশিংগা লৈমিন্নবা তিননবগী ভাবতা উদ্ধবকী পুক্লিংগী অমকপা রাখন থনখিবা লৈখিদরে। উদ্ধবনস্থ ব্রজ গোপীশিংগী মুংগী মগুণ থংখি, মরম অসিদগী মতম অসিদা উদ্ধবকী মরমদা করিগুম্ব রাখল লৈবস্থ ওইসম্ব গোপীশিংগী চরন্না শোকপা, লতা বৃক্ষগী মশক ওইবা মপোকতো প্রার্থনা অসিগী মতুংদদি মশা মতোমতনা ফংজগনি। থাগৎনিঙাইনি উদ্ধব! লাইবক কৈ।

ব্রজ গোপীগী চরণ ধূলি ফংবনবা উদ্ধবনা থৌরাংখি. অসিগুম্ব গোপীগী মরমদা মহাক্ত অমুক হাইখি—লক্ষ্মী দেবী মশামক্ত ব্রহ্মা, শিবনচিংবা অধিকারি ওইবা দেবতাশিং অমদি ভক্তশিংগী অপাম্ব আত্মারাম ওইবা মুনিশিং অমস্থং অথোইবা যোগেশ্বরশিংনা মহাক মহাক্কী থম্মোইদা ভগবান কৃষ্ণবু পূজা তৌদুনা লৈখি, তৌইগুম্বস্থং তশেংবা হেক ফংবদি নত্তে। পুম্নমক অসি ব্রজ রমণীশিংনী রাস মণ্ডলদা শ্রীকৃষ্ণ, পুম্নমক্ত নিংনম্নিবা ফংবদা রারবা চরণ কমল মখোই মখোইগী হকচাংদা (থবাক্তা) ধারণ তৌবা অমদি আলিঙ্গন তৌরগা থম্মোইগী অমম্ব কোকখি। অদুম্না ব্রজ গোপীশিংগী গুণ মহিমা অমস্থং শ্রীকৃষ্ণবু খুম্নম চমবা থোইদোকপা সৌভাগ্যনি প্রেমনি।

লক্ষ্মী দেবী মক্তস্থ শ্রীনারায়নগী চরণ কমল ফংগে হাইবগীদমক অকনবা তপস্যা তৌখি মতুমক ফংজখি সেবাগী অধিকারস্থ ফংজখি। তৌইগুম্বস্থং গোপীশিংগী মত্তোগুম্ব মহাক্কী থবাক্তা চরণদি থমখিদে মতাংসিবু ভগবতকী কালীয় নাগ পত্নীশিংনা স্তুতি তৌরি।

"কস্যানুভাবোঽস্য ন দেব বিদ্মহে, তবাঙ্ঘ্রিরেণুস্পর্শাধিকারঃ।
যদ্বাঞ্ছয়া শ্রীর্ললনা চরৎ তপো বিহায় কামান্ সুচিরং ধৃতব্রতা॥"

হে দেব! ঐখোই খংদয়ে কনাগী রাখন্দা অসিগুম্ব কালীয় পত্নীশিংনা, নহাকী চরণ রেণু কংজবগী অধিকার ওইরিবা? শ্রীলক্ষ্মী দেবী মশামক অপাম্ব পুম্নমক থাদোক্লগা, শাংলবা মতম কয়া ব্রত তৌরুনা অরাব থাংথি। অসুম ওইনমক (অসিগুম্ব শ্রীচরণ) অহু কংদবদি নত্তে মাগী বক্ষ স্থলদদি লৈথি। ভাগবত ১০/১৬/৩৬

ব্রজ গোপীশিংনা মহাকী ওমথৈ লৈরুনা রাংলবা অসিগুম্নবা শ্রীকৃষ্ণগী রূপ অসিবু খুদুম চপ্পথি। অহুগুম্ব রাসদা গোষ্ঠদা মহাকী শ্রীচরণ করলনা মখোই মখোইগী বক্ষ স্থলদা (থবাক্তা) থম্লগা শ্রীচরণবু আলিঙ্গন তৌথি। হাইরিবা অসি ব্রজ গোপী প্রেমগী অখোইবা মহিমা শক্তিনি।

মথৈথংদা উদ্ধবনা থনথি মহুদি ঐ অসি য়াম্ন পিকপনি শিংথাব য়াব নত্তে। লেংলবা রাখন্দা অসিগুম্বী মতিক মগুণ লৈবী, প্রেমনা তিনবী ব্রজ দেবীশিংগী চরন্দা নমস্কার তৌবগী যোগ্যতা ফাওবা ওইদ্রি। অসুম থল্লিবা ঐগী ময়মদা অরাব কয়া থংদরুমা তপথরিবা মরম অসিদগী ঐনা, ব্রজ গোপীশিংগী চরন্দা জাতিগী ওইবা অমদি পুক্লিংদা অমকপা লৈতনা (থমদনা) শ্রীচরণমক্তি থম্দুনা চংজরি। মত্তৌ অসুম থল্লিবা উদ্ধবন, কদুগদ ওইবা য়ুমৈনা, ভক্তি তংকপা থরগা লোইননা হাইজথি। মখোইগী শ্রীহরি কথা বিষয় ওইবা উচ্চারণ অসিনা ত্রিভুবনবু শেংদোকলি। ঐনা অসিগুম্ব নন্দ ব্রজগী গোপ রমনীশিংগী চরণ ধুলিবু হন্না হন্না খুরুমজরি।

অসিগুম্ মতিক মগুণ লৈরবা ব্রজ গোপীশিংগী মপুং ফারবা প্রেম অরাংব মুরদা মহৈ মহৈ সম্বন্ধ ওইবা অসিনা মথক মথা ময়াই হাইবদি "ভূ র্ভুবঃ স্বঃ" অসিনা ত্রিভুবনবু শিনথুংনা শেংদোকলি। ভগবত ভাববিরোধি ওইবা হাইবদি ভগবদ্ ভাবকী ওয় তৈনবা অমসুং ভগবত সম্বন্ধি ওইবা পুকচেন শেংববু লাপ্না ইম্বোকপা মীওইশিংবুসু মপুক্কিং শেংদোক্লিবনি। "মদ্ ভক্তি যুক্তঃ ভুবন পুণাতি" অসিগুম্ব ভগবত্ত বাক্য অসি নিংশিংগদবা ওই।

মতাং অসিদা মহাভাবতা ওইরি শ্রীল শ্রীব্যাস দেবনা হাইবা পুয়মকী তাৎপর্য্য অদু শ্রীল গোস্বামিপাদনা মহাকী বৈষ্ণব তোষণী টীকাদা অম্সুয় বর্ণনা তৌখরে।

ভগবত ভক্ত পুয়মকী ভক্তশিংগী মনুংদা শ্রীকৃষ্ণগী ভক্তশিংতনা অখোইবনি, মরমদি শ্রীকৃষ্ণসে স্বয়ং ভগবাননি (কৃষ্ণস্তু ভগবান্ স্বয়ং) অসি হাইনা শাস্ত্রদা কয়া লাওথ্রবনি। অসিগুম্ব কৃষ্ণ ভক্তশিংগী মনুংদা অমুক হয়া ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী লীলা পরিচরনশিংতনা মাপী অঙ্গরজনি। অতোপ অতোপ্প ভক্তশিংনা মহাকী মতুং ইল্লবনি। মখোইশিংসিবগী মনুংদা অমুক হয়া শ্রীউদ্ধবনা পুয়মকী অখোইবনি। মরমদি পুরান পুয়মক্তা উদ্ধবকী মরমদা মখোই অম্সুয় হাইব পুয়মক অসি উব ফংই। "যন্ত ভাগবতেষু অহম্" "ভক্তমেকান্তিনং কচিৎ" "অহং ভক্তুরহস্কর" "কৃষ্ণস্য দয়িতঃ সখা" "নোদ্ধবোহণ্বপি মন্যু নঃ" অসিনচিংবা, উদ্ধবকী মকমদা দস্ত ১সুং মতিক মগুণ অমদি অখোই অহেন অরাম্বা ভক্তশিংগী মনুংদা উবা ফংদে, মসিমক ভগবান কৃষ্ণগী মহিষীশিংগী মনুংদসু কনাগুম্ব কনাগুম্বী উবা ফংদে।

অসিগুম্ব উদ্ধবনা জয় ওইরসমু ঐখোইনমু ঐখোইগী মতিক চাদবা অমস্নং পিরুবা অন্তকরণা মরম ওইদুনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণগী প্রেয়সি ব্রজ গোপীশিংগা লোইননা ভক্ত উদ্ধবকী জয় গান তৌবি, হয়া হয়া বন্দন। তৌরি লোইননা মখোইগী চরণ অমদি হৃদি মুংগী ভাবতা ঐখোইনা খুরুমজরি হাইবসি মতমপুম্বদা কাউবিরোইদবনি।

বিজয়ন্তাম্ শ্রীকৃষ্ণ প্রেয়স্তো ব্রজদেব্যঃ
মহাভাগবতঃ কৃষ্ণ সখা উদ্ধবশ্চ।
শ্রীকৃষ্ণ প্রেয়সী বৃন্দান্ মহাভাব স্বরূপিণীঃ
ব্রজদেবীরহং বন্দে বৃন্দাবনবিহারিণীঃ।
কৃষ্ণ সুখ প্রদাত্রীশ্চ কৃষ্ণারাধন তৎ পরাঃ
নমামি ব্রজ গোপীস্তাঃ কৃষ্ণ প্রেম প্রদায়িনীঃ।
শ্রীউদ্ধবং কৃষ্ণ সখং নমামি
গোপী পদে লিপ্তরজঃ প্রলিপ্তম্।
ভর্তুর্মহস্বনর্ঘ্যকরং চ শুদ্ধ
গোপীস্বভ্যাদকং প্রেমলুব্ধম্॥
পরমেশে সদাসক্তং চিত্ত শান্তি প্রদায়কম্
উদ্ধবং জ্ঞানিনং ভক্তং প্রণমামি মুহু র্মুহুঃ॥ ৫৩-৬৩

মনসো বৃত্তয়ো নঃ স্যুঃ কৃষ্ণ পাদাম্বুজা-শ্রয়াঃ।
বাচোঽভিধায়িনীর্নাম্নাং কায়স্তৎ প্রহ্বণাদিষু॥ ৬৬
কর্ম্মভির্ভ্রাম্যমাণানাং যত্র ক্বাপীশ্বরেচ্ছয়া।
মঙ্গলাচরিতৈর্দানৈ রতির্নঃ কৃষ্ণ ঈশ্বরে। ৬৭

অন্বয়ানুবাদ—নঃ=ঐখোই পুম্নমক্কী, মনসঃ বৃত্তয়ঃ=পুক্নিংগী নিংলুবা পুম্নমক অদি, কৃষ্ণ পাদাম্বুজা-শ্রয়াঃ স্যুঃ=শ্রীকৃষ্ণ চরন্দা চংজবা পিনবিসনু, বাচঃ=চিন্দগী থোকখিবা শব্দ অসিনা, নাম্নাং অভিধায়িনীঃ = শ্রীভগবানগী নাম শোনবদা স্তুতি-কীর্ত্তন তৌবদা, কায়ঃ চ=ঐখোইগী হকচাং অসি শিজিন্নবসনু, তৎপ্রহ্বনাদিষু= ইবুঙো মহাক্কী সেবা থুরুম্বদা পামজনা চংশিনবা ওইহনবিসনু। ৬৬ ঈশ্বরেচ্ছয়া=ঈশ্বরগী ইচ্ছান, কর্ম্মভিঃ=ইশা মশা মশানা তৌখিবা কর্ম্ম অতুগী মতুং ইন্না, যত্র ক্ব অপি=মফমমুদা কনাগুম্বগী যোনিদা, ভ্রাম্যমাণানাং নঃ=কোইচৎ চত্তুনা পোক্লগদবা ঐখোই অসে, মঙ্গলাচরিতৈঃ=অফবা মঙ্গল ওইগদবা মফম, দানৈ চ ঈশ্বরে শ্রীকৃষ্ণ =দান তৌব কথোকপদা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা, রতিস্যাৎ=পুক্নিং চংবা ভক্তিগা লোইন্না লোইনজবা মতম পুম্নক্তা ওইহনবিসনু॥ ৬৭

---

ঐখোইগী পুক্নিংগী বৃত্তি পুম্নমক ভগবান কৃষ্ণগী চরণ কমলদা চংজবা ওইসনু। ভাংজবা পুম্নমক মহাক্কী নাম অমসুং লীলানচিংবা কীর্ত্তন তৌবদা পুক্নিং চংবা ওইসনু, হকচাং অসিনা মহাক্পু থুরুম্বা অদি মহাক্কীদমক শ্রদ্ধা ওইবা রাখন্দ সেবা তৌজবা ওইসনু॥ ৬৬ কর্ম্মগী ফল পিরা পরমেশ্বরনা ঐখোইগী তৌজবা কর্ম্ম পুম্নমক্কী মতুং ইন্না অহুম অমুবা মপোক্তা পোক্লরসু পরমেশ্বর কৃষ্ণচন্দ্রগী মফমদা ঐখোইগী পুক্নিং থমজবা অসি পিনবিশনু॥ ৬৭

এবং সভাজিতো গোপৈঃ কৃষ্ণভক্ত্যা নরাধিপ।
উদ্ধবঃ পুনরাগচ্ছন্মথুরাং কৃষ্ণ পালিতাম্॥ ৬৮

কৃষ্ণায় প্রণিপত্যাহ ভক্ত্যুদ্রেকং ব্রজৌকসাম্।
বসুদেবায় রামায় রাজ্ঞে চোপায়না-ন্যদাৎ॥ ৬৯

অন্বয়ানুবাদ—নরাধিপ! =হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! গোপৈঃ= নন্দনচিংবা অয়াম্বা গোপ গোপী পুম্নমক্না, কৃষ্ণভক্ত্যা=শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈরিবা ভক্তিনা মরম ওইদুনা, এবং=মতৌ অসুম তৌনা, সভাজিতঃ=সম্মান তিনবা ওইরবা, উদ্ধবঃ পুনঃ কৃষ্ণপালিতাং= উদ্ধবনা কৃষ্ণনা ঙাকলিবা, মথুরাং=মধুপুর বৃন্দাবন্দা, আগচ্ছৎ= হল্লকখরে॥ ৬৮ (মথুরাদা লাকলবা উদ্ধবনা) কৃষ্ণায় প্রণিপত্য= =ভগবান শ্রীকৃষ্ণ খুরুম্নগা, ব্রজৌকসাং=ব্রজদা লৈরিবা নন্দনচিংব অয়াম্ব গোপ গোপীশিংগী, ভক্ত্যুদ্রেকম্ আহ=পুক্নিং অমি লোংদন ভগবদ্‌কী মফমদা লৈরিবা ভক্তি ভাব কয়াগী মরমদা বর্ণনা তৌরদুনা হাইজখি, বসুদেবায়=কৃষ্ণ পিতা বসুদেব, রামায়= শ্রীবল রামগীদমক, রাজ্ঞেচ=উগ্রসেনগীদমক, উপায়নানি=গোপ- শিংনা পিরকপা খুদোন-পোৎপুম, অদাৎ=পুথোক্নুনা পিখরে॥ ৬৯

---

হে মহারাজ পরীক্ষিৎ! নন্দনচিংবা গোপশিংনা তৌবা অসি- গুম্বা কৃষ্ণ ভক্তি অসিনা মরম ওইদুনা সম্মানগা লোইননা উদ্ধবনা কৃষ্ণ অমুক ফংনবগীদমক মথুরাদা চৎখরে॥ ৬৮ মথুরাদা য়ৌরগা উদ্ধবনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু খুরুম্নগা ব্রজ বাসিশিংগী ঐকান্তিক ওইবা ভক্তি ভাবকী রা পুম্নমক ভগবানগী মফমদা তমজখরে। বসুদেব, দেবকী, বলরাম, কৃষ্ণ অমদি উগ্রসেনগীদমক গোপ অমদি গোপীশিং পুম্নমক্তগী পুজরকপা খুদোন-পোৎশিং পুথোক্নুনা পিখরে॥ ৬৯

মন্তব্যঃ—শ্রীভগবদ ভক্ত, কৃষ্ণ সেবক, কৃষ্ণ সখাশিংগী থৌরাং শ্রীউদ্ধবকী সন্দেশ রাখল মতিক চাব মুংগী ভাবতা উদ্ধবনা কৃষ্ণগী আদেশ অমসুং তাকলিবা থবক পুম্নমক লোইখরে। অসিগী মতুংদা মহাক্ত ব্রজ বাসিশিংগী মফমদগী বিদায় লৌরগা মথুরাদা শ্রীকৃষ্ণগী মনাক্তা চৎননবা থৌরাং পুম্নমক লোইখরে। মাতা যশোদা ১দি নন্দ মহারাজনা তোঙান তোঙান খুদোন-পোৎ পিখি। হে উদ্ধব! ঐখোইনা পিরকপা খুদোন-পোৎনি তম্মুকো নংনা।

শ্রী ব্রজ বৃন্দাবন থাদোক্লগা অমদি কৃষ্ণ প্রেমিকা ব্রজ গোপী-শিংগী সৎ-সঙ্গ থাদোক্লগা চৎপদা মহাক্কী পুক্লিংনা পামদে। অদুবু শ্রীকৃষ্ণগী সেবাদ মহাক্কী জীবনগী লক্ষনি অমসুং ব্রতনি। মহাক্কী মবুঙো কৃষ্ণনা লৈবা মফমদা মহাকীসু মফম অদু মকুদা মনাক নক্না লৈজবা পামজবনি, তোঙানবা ১না ব্রজ বাসিশিংগী, নন্দ যশোদাগী অমসুং কৃষ্ণ প্রেয়সী ব্রজ গোপীশিংগী কৃষ্ণ কাইনবগী অরাব অসি মশামক্লা উরগা প্রভু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা খংহল্লুনবা মরম অসিদগী মহাক শ্রীকৃষ্ণগী নাক্তা চৎলিবনি। মসিমক মহাক্ত অরাব পুরবা পুক্লিংনা চৎলিবনি।

অহানবদা উদ্ধবনা কৃষ্ণ প্রেয়সী গোপীশিংগী থম্মোইগী অরাব রাখল্লা বিদায়গী প্রার্থনা তৌরগা মথুরাদা চৎপা পামখি। গোপী-শিংগী মফমদগী মহাক্ত কৃষ্ণ প্রেমগী মরমদা শিক্ষা ফংখি। মথোইগী মুঙাইবা থুপ্নবা শ্রীকৃষ্ণ উরগা তারগা মথোইগী লমল শিংদোকপা ওয়খিদরে। মসিমক অহানবদা মথোইগী মফমদগী অরাবগা লোইনবা মথুরা চৎননবগী অনুজ্ঞাগ লোইনবা প্রার্থনানি।

অসিগী মতুংদা উদ্ধবনা থোইদোক্না থুপ্লবা বাৎসল্য প্রেমময়ি ওইবী কৃষ্ণ মাতা যশোদাগী মফমদগী বিদায় প্রার্থনা তৌখি। মাতা যশোদানা কৃষ্ণগী মফমদা বাৎসল্য অসি অমুকী মতিক শেংই অমসুং গভীর ওইবা পরিপক্কনি, মসিদা কৃষ্ণবু ঐশ্বর্য্য বুদ্ধিগী মশক ওইদে। শ্রীউদ্ধবকী মাধুর্য্য ভাবময় মহিমাসু খংহনবনি।

ভগবান শ্রীকৃষ্ণদি ব্রজগোপীনা অপাম্বনা (মাধুর্য্যনা) নিংজবদা ফংই, শাওনা নিংলবসু, কিনা নিংলবসু, মরূপনি থল্লবসু মুংশিনা মচানি থম্না নিংলবসু অমদি ভগবান্নি হাইনা নিংলবসু লোইনমক ফংহল্লি। অদুবু পুম্নমক্কী অহেনবদি ব্রজ গোপীশিংনা নিংজরিবা মাধুর্য্য প্রেম অসিতনা পুমথোই অথোইবনি।

অসিগুম্বা মাধুর্য্য প্রেমসি উদ্ধব মমাংদা খংলমদে ওসিদি শ্রীরাধিকাগী কৃপানা প্রেমময় ওইবা মাধুর্য্য ফংজপ্রে। অমুম ওইবা উদ্ধবনা সান্ত্বনা তৌজরগা ব্রজ গোপশিং শ্রীসুদামনচিংবা, ইবেম্মা ব্রজেশ্বরী রাধিকা, মাতা যশোদা অমদি পিতা নন্দ মহারাজদগী অনুমতি (বিদায়) লৌজরগা মথুরাদা হল্লনবগী থৌরাং তৌজখি।

মতৌ অসুম্না পুম্নমকী মফমদগী বিদায় লৌরগা মথুরা চৎননবা অয়াব ফংলবা উদ্ধবনা ব্রজগী বহির্দ্বারদা লৈরিবা রথ নাক্তা থুংখরে। মতম অসিদা নন্দনচিংবা গোপশিং কৃষ্ণ-বলরাম-বসুদেব-দেবকী রাজা উগ্রসেন অসিনচিংবা পুম্নমকী দান তৌননবগী মথল কয়াগী থুমোন-পোৎ কয়া পাইদুনা উদ্ধবতা পিননবগীদমক মফম অদুদা য়াম্না থুনা লাকখি। মহৈ মহৈ (মা-মাগী) থুদোন-পোৎ অদুগী মথক্তা পিরিবা মী অদুগী মমিং-মথানচিংবা লৌইনা ইজখি।

ব্রজেশ্বরী শ্রীযশোদাগী মচা শ্রীকৃষ্ণ, বলরাম অমদি রোহিণী, শ্রীদেবকীগীদমক মবনিত, ক্ষীর, লড্ডুক অসিনচিংবা মথল কয়াগী চাননবা পোৎথাজখি। শ্রীকৃষ্ণ প্রেয়সী ব্রজ দেবীশিংনা মখোইগী মিৎকী পিনা চোৎলবা মশা মশাগী ওইবা ফজবা পোৎ কয়া গুঞ্জা-মালানচিংবা থাজখি, মখোইগী চান্নবা প্রাণকান্ত শ্রীকৃষ্ণগীদমক। শ্রীদামনচিংবা শ্রীকৃষ্ণ সখাশিংনসু থাজখি, প্রাণসখা শ্রীকৃষ্ণগীদমক মখোইগী কুইরবা অমসুং হান্নবা খনগৎলবা বনগী লৈ অমসুং উহৈ কয়া, শ্রীব্রজেশ্বর নন্দনা থাখি মচা কৃষ্ণ বলরামদা, কস্তুরী গজমুক্তা পরেংনচিংবা শ্রীবসুদেবগীদমকসু, ঘিদা মুল্লবা অচাপোৎ কয়া রাজা উগ্রসেনগীদমক শঙ্গোম্নচিংবগী মখলশিং। ময়াম অসি পুনশিল্লগা উদ্ধবতা পিখি, মখল-মখা অয়াম্ব অলঙ্কার কয়ানি।

অসুম তৌতুনা পুন্নমক্তা মখোইগী থম্মোইনা অমদি মিৎকী পিগা লোইনরবা তোঙান তোঙানবা পোৎ তোঙান তোঙানবা প্রিয়জনশিংগীদমক্তা উদ্ধবকী মথুত্তা শিন্নখরে। (বৈষ্ণব টোষণী)

কৃষ্ণানুরাগী ব্রজ বাসিশিংগী অসিগুম্ব দান মসিগী মমল করিগা পরিমান তৌগনি মসিগী মমল লৈতবনি। মসি মহাক মহাক্কী (মা-মাগী) থম্মোইগী অপাম্ব অনুরাগ প্রেমগী দাননি। কবিনা হাইখি—ভক্ত ঐখোইনা দেবতাশিংবু খুংনি। দেবতানি, গোলক বৈকুণ্ঠগী মপু পরমেশ্বরনি। মশিক্কক ভক্ত ওইবা মীনা দেবতাবু মহাক্কী থম্মোইদা "প্রিয়ধন" নি হাইদুনা মহাক্কী মাধুর্য্য রস অদু পুক্নিংদা চেংনা থমই। রা অসি হাই— "যতনে হৃদয়ে রাখেন আদরিণী শ্যামাকে" মসিমক ওসিংদি পূর্ণব্রহ্ম স্বয়ং ভগবান শ্রীকৃষ্ণ

পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণগী চরন্দা মতম চুপ্পদা পক্তনা লৈরগদবনি। "মনসঃ বৃত্তয়ো নঃস্যু কৃষ্ণপাদাম্বু শ্রয়াঃ" ঐখোইগী রাভাংশিংনা অদুগুম্ব ইবুঙো মহাকী নাম অমসুং লীলা কীর্ত্তন্দা পুক্নিং সেবাদা লুপলি। ঐখোইগী শরীর অমসুং হকচাংগী চেষ্টা পুন্নমক মতম পুন্নমক্তা য়াম্ন নোল্লুকপগা লোইননা সেবা তৌবদা, প্রণাম তৌবদা শিজিন্নদুনা লৈজরিবনি। নহাক্ন মসিমক হাইবিন্নু—নখোইগী পরমেশ্বর প্রভু শ্রীকৃষ্ণসি কর্ম্মগী ফল পিবনি। মসিমক ঈশ্বরগী অনিংবনা ঐখোইগী নিজ কর্ম্মগী মতুং ইন্না কনাগুম্বগী যোনিদা নত্রগা করিগুম্ব মফমদা কোইনা চৎলিবনি, অদুম অদুম্বা মপোক্তা অমসুং মফমদা অদুগুম্ব শুভ কর্ম্মনচিংবা তৌরিবা অমদি দান কয়া কয়া তৌবা অসিনচিংবা অসিনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ঐখোইগী পুক্নিং অসি থমজরিবনি।

("রতি র্নঃ কৃষ্ণ ঈশ্বরে।)"

মতাং অসিদা অসিগুম্ব শ্রীনন্দনচিংবগী প্রার্থণা অঙকপনি। কৃষ্ণগী মফমদা মখোই পুন্নমক্কী রাগ ভক্তি, বৈধি ভক্তি পুন্না লৈম্রে। খোইদোক্ন প্রেমগী অনুরাগসু মপুং ফাখ্রে। অসিগুম্ব অনুরাগ অসিগী মতুং ইন্না মখোই পুন্নমক্কী রাধন্দা কৃষ্ণতবু উথি, আস্বাদন অমসুং ব্যবহারনচিংবা তৌথি। মখোইগী অসিগুম্ব প্রেম ভাবতা করিগুম্ব ঐশ্বর্য্যগী রূপ অমদি মহিমাগী ভাব লৈতে। মখোইনা শ্রীকৃষ্ণগী অখোইবা মহিমা না ভিনবা পরমেশ্বর ওইনা উদে। মখোইনা উই মদুদি—পরম প্রিয় ওইনা, মখোইনা উই মচা ওইনা, মরূপ ওইনা অমসুং চারুবা ওইনা। মরম অসিদগী শ্রীনন্দনচিংবসু রাস্ত ভাব ওইনা প্রার্থণা তৌরে, মসি ওইখোক্তবা

অঙকপা থোৱাংনি। মখোইনা শ্রীকৃষ্ণগী মথান নাইদবা তৌবা-ভম্বা মপুং ফাব জ্ঞান, অমসুং মতিক মগুণ থংলিবনি। জগৎকী ঈশ্বরনি থংই। মসিমক ভাগবত্তা শ্রীঅম্বরীষ মহারাজগী মতাংদা অমসুং শ্রীনলকুবর-মনিগ্রীব উদ্ধার মতাংদা অসিগুম্ব প্রার্থনা অমদি রারি অসি তারিবনি যথা—

মহাভাগবত মহারাজ অম্বরীস করম্বা রাখল তৌদুনা জীবন লেনখি মহাক্কী জীবন চরিত্র শ্রীল শুকদেবজীনা হাইখরে :—

বাসুদেবে ভগবতি তদ্ভক্তেষু চ সাধুষু।
প্রাপ্তো ভাবং পরংবিশ্বং যেনেদং লোষ্ট্রবৎ স্মৃতম্॥
সবৈ মনঃ কৃষ্ণপদারবিন্দয়োঃ বচাংসি বৈকুণ্ঠ গুণানু বর্ণনে।
করৌ হরের্মন্দিরমার্জ্জনাদিষু শ্রুতিং চকারাচ্যুত সৎকথোদয়ে॥
মুকুন্দ লিঙ্গালয় দর্শনে দৃশৌ-তদ্ভৃত্য গাত্র স্পর্শেঽঙ্গ সঙ্গমম্।
ঘ্রাণং চ তৎ পাদ সরোজ সৌরভে-শ্রীমত্তুলস্যা রসনং তদর্পিতে॥
পাদৌ হরেঃ ক্ষেত্র পদানুসর্পণে-শিরো হৃষীকেশ পদাভিবন্দনে।
কামং চ দাস্যে, নতু কামকাম্যয়া যথোত্তমশ্লোক জনাশ্রয়া রতিঃ॥
(ভাগবত—৯/৪/১৭-২০)

অমুক হন্না কুবেরগী মচা শ্রীনলকুবর অমসুং শ্রীমনিগ্রীব অসি দেবর্ষি নারদনা পিব শাপগী লাম্ছোক্লনবগীদমক ভগবান শ্রীকৃষ্ণবু শ্রীনন্দনচিংবনা তৌখিবা অসিগুম্ব প্রার্থনা অসি তৌখরে যথা—

বাণী গুণানু কথনে শ্রবণৌ কথায়াং-
হস্তৌ চ কর্ম্মসু মনস্তব পাদয়োর্নঃ।
স্মৃত্যাং শির স্তব নিবাস জগৎ প্রণামে-
দৃষ্টিং সতাং দর্শনেঽস্তু ভবত্তনুনাম্॥ (ভাঃ ১০/১০/৩৮)

তাব অসিসী প্রভাবতা অসিগুম বিশ্ব জগৎ অসি করিমু উখিদরে মহাও য়াওদয়ে। লৈপাক মতুম অসি লৈপাকনি হাইনা থংই, অসিগুম মিংথৌ অম্বরীষনা ভগবান বাসুদেবদা অমদি ভক্ত সাধু পুম্নমক্তা অসিগুম অথোইবা ভাব অসি কংখরে। মহাক্ত (মহারাজ অম্বরীষনা) মহাকী মন শ্রীকৃষ্ণপদার বিন্দদা, রাওাংনা বৈকুণ্ঠ ধামগী শ্রীহরিগী গুণ শকলি, খুৎ অনিনা শ্রীহরিগী মন্দির মার্জ্জন শিং-শেংবদা শিজিন্নবিবনি। নাকোংনা (কর্ণদ্বয়) ভগবান অচ্যুতগী কথা রারি কয়া তাবদা শিজিন্নবিবনি। মিৎ অনিনা শ্রীনারায়নগী মুর্ত্তিনচিংবা কয়া দর্শন শিজিন্নরি, হকচাং পুম্নমক অসিনা ভগবৎ ভক্তশিংগী হকচাং শোরুবদ, নাতোন অসিনা ভগবৎকী পাদ পদ্ম শোকলুববা লৈ তুলসিগী মনম অহু নম্বদা শিজিন্নরি, লৈয়েং অসিনা ভগবান মফমদা কৎলুবরা অন্ন নচিংবা প্রসাদি লৌবদা শিজিন্নরি মহাও (অথুম-অক্তাও) গী রস ফংলি।

মহাক্ত মহাকী চরণ অনি (খোং অনি) না ভগবতকী তীর্থ কয়া পরিক্রমা তৌবদা অমসুং কোক অসিনা মহাকপু খুরুম্নদা অমদি অপাম্বনা ভগবতকী মনাই ওইনা লৈজবা অসিন্নি। ভগবানগী প্রসাদ ফংবা ভগবত ভক্তশিংগী মকমদা সেবা তৌরিবনি।

উদাহরণ নলকুবর অমদি মনিগ্রীবনা ভগবান শ্রীকৃষ্ণদা প্রার্থনা তৌজখয়ে—হে ভুমন্! হে ভগবান! ঐখোইগী চিন্না নহাকী গুণ কীর্ত্তন শকচরি, নাকোং অনি অসিনা ইবুঙো নহাকী নত্তিক নত্তুন তাজরি, খুৎ অনি অসিনা নহাকী শ্রীচরণ অনিবু সেবা তৌজরি, মিৎ অনি অসিনা শ্রীমুর্ত্তি অমদি সাধুশিং দর্শনদা শিজিন্নজরি।

পুম্নমক অমত্তা ওইনা অচুগুম্ব শ্রীভগবত চরন্দা প্রার্থনা অমদি অসিগুম্ব ভাব অসি হেক হিংলিবা মথৈ ভগবানগী ওইবা মহত্তশিং খংবদগী মনাইগী ভাবতা ভক্ত ওইনা লৈজবা অসিমি। অমুক শ্রীনন্দনচিংবগী প্রার্থনা, মতম চুপ্পদা পরমেশ্বর কৃষ্ণদা অশাম্ব পুক্নিং থমজবা, অসুম্ন প্রার্থনা অসিগী মতুং ইন্না ভক্ত বিদ্যাপতি পাদ ঐখোইনা তাজে।

যথা—কিয়ে মানুষ পশু-পাখী কিয়ে জনমিয়ে অথবা কীটপতঙ্গ।
করম বিপাকে গতাগতি পুনঃ পুনঃ মতিরহু তুয়া পরসঙ্গ॥
(বিদ্যাপতি।)

অমুক হন্না হাইরি মচুদি :— শ্রীনন্দনচিংবা ব্রজবাসি পুম্নমকী পুক্নিং মতম পুম্নমক্তা কৃষ্ণ চিন্তানি, কৃষ্ণগী নাম, লীলা, কথা পুম্নমক তাবদা, পুক্নিংনা নিংশিংবদা শকপদা পুক্নিং লুপ্পা, শ্রীকৃষ্ণতম্ব খন্দুনা মতম চুপ্পদা লৈব, লেংদবা মহুত্তা খন্দুনা লৈবা অসি স্বভাবনি। মরম অসিনা মহাকী মরমদা অমুক নোনা কৃষ্ণদা পুক্নিং চংবা ১সুং কৃষ্ণগী কথা কীর্ত্তনচিংবগী মরমদা, কৃষ্ণ সেবাদা পুক্নিং লুপ্পা, কৃষ্ণদা প্রার্থনা অসি পুম্নমকী ওইরিবনি। মসিদা রস ভাব অমদি ভাব-বিরোধ করিসু কাইনবা লৈতে। মরম অসিনা মতাং অসিদা খল্ল-নৈনবদি প্রযোজননি কানগনি।

মতাং অসিদা শ্রীবৈষ্ণব টোষণী টীকাদা শ্রীল গোস্বামী পাদনা অমসুং সারার্থ দর্শিনী টীকাদা শ্রীল চক্রবর্ত্তি পাদনা মচুমক হাইখরে মসিমক মফম অসিদা ইরি, মসি বিষয় অসিগী শেংলবা পরিস্কার ওইনা উৎলম্নি।

শ্রীল চক্রবর্ত্তি পাদনা মহাকী সারার্থ দর্শিণী টীকাদা হাইখরে, শ্রীনন্দ মহারাজগী অসিগুম্ব প্রার্থনা য়াম্ব মরু ওইবমি, শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা মথোইগী মহা অনুরাগ অসিগী চাওখ্রবা আবর্ত্তনি, কাইনবা অসি প্রেমগী মখা লোনবনি, "দৈন্য" মমিং অসি সঞ্চারি ভাবনি। "মহানুরাগ মহাবর্ত্ত এবায়নম্।" মরম অসিদগী "মন" অসিনচিংবা ইন্দ্রিয়শিং অসি ক্ষণ খুদিংগী শ্রীকৃষ্ণ রূপনচিংবদা "নিমগ্নত্বেঽপি মনসো বৃত্তয়ঃ কৃষ্ণ পাদাম্বুজশ্রয়াঃ স্যুরিতি স্যাদিতি দৈন্য সঞ্চারিণো মহা প্রাবল্যং জ্ঞাপয়ন্তি। কিঞ্চ, সখ্য-বাৎসল্যোজ্জ্বলপ্রেমবতাং স্বভাব এবায়ং যৎ বিরহ—বৈবশ্যেন বিষয়ালম্বনস্য স্বাস্মি, ঔদাসিন্য—জ্ঞানেন চ জানিতে মহাদৈন্যে স্বস্বভাব বিচ্যুতির্দ স্বভাব—গ্রহনঞ্চ॥"
(সারার্থ দর্শিণী)

হাইবদি শ্রীনন্দনচিংবা ব্রজ বাসিশিংনা শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা চাওখ্রবা অনুরাগদগী অচৌবা অমা লাকুনা লৈরিএ। মরম অসিদগী মথোই পুম্নমক্কী পুক্লিংনচিংবা ইন্দ্রিয় পুম্নমক ক্ষণ খুদিংগী শ্রীকৃষ্ণগী রস শুমচিংবা নিংশিংবদা পুক্লিং লুপ্তুনা লৈরি, মথোই পুম্নমক্কী "মনসো বৃত্তয়ঃ কৃষ্ণ পাদাম্বুজাশ্রয়াঃ স্যুরিতি স্যাৎ" অসিনচিংবা প্রার্থনান মথোইগী লেংদবা ভাবকী মমুংদা চৎলিবা "দৈন্য" ভাব অসি কোংদোকই। অমুকন্সু হন্না হাইরি মমুদি—শ্রীকৃষ্ণগী মকমদা সখ্য বাৎসল্য অমদি লংলবা ভাবনা ভিনবা ভক্তশিংগী স্বভাবনা অসিগুম্ব কৃষ্ণ বিরহ (কাইনব) গী অবস্থা অসিনা শ্রীকৃষ্ণনা মথোইগী মকমদা পুকচেন চাওথোকই। শ্রীকৃষ্ণগী পুকচেন চাওবা অসি খংবদগী মথোইগী মপুক্লিংদা কল্লবা দৈন্য ভাব অহু কাওরকই।

শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ইচম-চম্বা ভাবক্তা মনাই ওইবগী য়াথল অমু পোকই। মখোইগী মশাগী ওইবা দাস্য ভাব অসি মখোই লেংদনা লৈবা ভাবকী মতুংদা চৎলি। দাস্য ভাবকী মতিক ওইবা প্রার্থনা অমু ত্তৌরি, মসিমক প্রার্থনাগী মরু ওইবা মচন্তনি।

শ্রীনন্দ ১দি যশোদানা মতম অসিদা খল্লুবগী মরমদা "সারার্থ দর্শিনী" টীকাদা শ্রীল বিশ্বনাথনা অস্নুমা হাইখি— নন্দ মহারাজনা অস্নুমা খল্লগা মহাক্ন হাইখি—শ্রীকৃষ্ণগী মতৌগুম মপান নাইদবা গুণগী তুংনফম ওইরিবা অভাং ওইরিবা মচা (কৃষ্ণ) গী মফমদা পিতা, মাতাগী খম্মোই অসি মহৌশাদগী কল্লি। হৌজিক অসিদসু হেন্না মুংশি। মমাংদা হৌখিবা মতমদা ঐখোইবু পিতা, মাতানা অস্নুমা য়োক-থাকই য়াম্ন আদারণা লোইননা মুংভাইরিবনি। জগৎ অম্রিদা তশেংনা মচা মুংশিবগী মথা পোনবা ওইখিবা অমত্তা ভাইবা খুদমদি—রাজা দশরথনি মহাক্ন মচা রামচন্দ্র বন্দা চৎপ্রে ভাবদগী মথাক থাদোকক্লিবনি। অমুবু শাংথবা মতম অসি কৃষ্ণ বিরহগী অৱাব অসিদা ঐখোয় হৌজিক হিংলি, কৃষ্ণ কাইনবদা ঐখোই শিবদি ভঙ্গ্রি শিদরি।

"অনুরাগেণ প্রাবোচরিত্যুক্তত্বান্মনস ইত্যাদি রম্নরাগ কৃতৈ-বোক্তির্নত্বৈশ্বর্য্য জ্ঞানকৃতা। তস্মাৎ তস্য ঐশ্বর্য্যপ্রধানং মতবালোর্চ্য স্বাত্যন্তং থব্যঞ্জকেন স্বাভীষ্টং প্রার্থয়ন্তে মনস ইতি ভাষ্যাম্। যদি ভবন্তিরসাবীশ্বরত্বে নৈব মন্যতে, যদি চাস্মাকং তৎ প্রাপ্তি দূরত এব, তথাপি তত্রৈবাস্মাকং তদুচিতা বৃত্তয়ঃ সর্ব্বাঃ স্যুঃ নতু তত্তউদাসীনা ইত্যর্থঃ॥" (শ্রীবৈষ্ণব তোষণী)

নন্দনচিংবা গোপশিংনা উদ্ধবতা পিন্না থম্নবা রিংনা অনুরাগগা লোইননা অপুম্না হাইখি—ঐখোইগী পুক্নিংগী মেৎকা পুন্নমক, কৃষ্ণগী চরন্দা লৈথ্রসনু। অমদি শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা লৈবা অনুরাগগী ফলস্থ নির্গত ওইরি, শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মখোইগী মতিক মগুণ ঐশ্বর্য্যজ্ঞান মখোইনা হাইখি মহুদি—শ্রীকৃষ্ণ স্বয়ং ভগবাননি অমসুং অনন্ত শক্তিনি ঐশ্বর্য্যমহিমানা ভিনবনি। মখোইনা অসিগুম্ব ঐশ্বর্য্যনা মপুং ওইবনি হাইনা হয়া হয়া থজগা মশাগী নমহৎপা খোইদোক্ত অরাবগা লোইমনা মখোইগী অপাম্ব অহু হাইজখি—"মনসঃ বৃত্তয়ঃ নঃ স্যুঃ কৃষ্ণ পাদাম্বুজাশ্রয়াঃ……" অসিনচিংবা অভিপ্রায় অসিনা মতম অসিদা উদ্ধবনচিংবা ঐশ্বর্য্য ভাব প্রধান ওইবা কৃষ্ণ ভক্তশিংনা শ্রীকৃষ্ণবু ঐশ্বর্য্য রূপমক্তি থজি। ঐখোইসু প্রার্থনা অসিনা পুক্নিংগী বৃত্তি পুন্নমক শ্রীকৃষ্ণদা মতম চুপ্পদা পক্নুনা লৈরিবনি। ঐখোইগী অপাম্বা বৃত্তিদি শ্রীকৃষ্ণদগী পুকচেন ওম্বোকপদি ওমলয়োক্ট। মরম অসিদগী শ্রীকৃষ্ণ নিংবগী ফলদা কৃষ্ণবু ফংত্রবদা খোইদোক্ত অরাব অতোনবনি মসি শ্রীনন্দনস্থ হাইজবনি।

মতাং অসিদা ফোংদোক্লিবা আলোচনা অসিদগী রসগী মঙান অমদি রস অহু বিরোধ ওইবা, বিষয় মতাং অসিদা ওইথোকলোই হাইবা ভাব পোক্লবদি মহু মহাও য়াওদবা ফল ওইরগদবনি।

অসিগী মতুংদা নন্দনচিংবা গোপশিংনা ওইরিবা কৃষ্ণ ভক্তি উৎপা অসিনা মরম ওইদুনা ইকাই-খুম্নরগা উদ্ধবনা শ্রীকৃষ্ণ উনবগা মধুপুরদা চৎখি। মতুম অসিদা শ্রীউদ্ধবনা ব্রজ গোপীশিংগী সজদা শ্রীবৃন্দাবনগী ভাব মাধুর্য্য থম্নরগা গোপীশিংগী চুরণ ধুলি ফংবগী

অপাম্বদা বৃন্দাবনগী উরি-রারি, বৃক্ষলতা ওইনা পোকপদা অপাম্ব নিজখি। অতুম ওইনমক মতাং অসিদা শ্রীকৃষ্ণগীনাক্তা য়োঁজবদি লেপখরে, হায়বদি মতম অসিদা মবুক্তো প্রভু শ্রীকৃষ্ণনা মথুরাপুরদা লৈরি। অমদি উদ্ধব কৃষ্ণগী দাসনি থোইনা চাননজরিবা ভৃত্যনি, সেবকনি। মরম অসিদগী মনাইনা মপুগী মনাক্তা লৈবা মহৌশানি, মরম অসিনা উদ্ধবনা মথুরাদা লৈজবনি। উদ্ধবকী রাথল অমা লৈজৈ মহুদি— কৃষ্ণ বিরহ, ব্রজ বাসীশিংগী কাইনবসি উদ্ধবনা উরগা থল্লহুনা চংখি। পুন্নমক অসি প্রভু শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা নিবেদন তৌজবনি। মসিমক্ত উদ্ধবনা হনগ্রিবনি, মথুরাদা য়োরগা ভগবান শ্রীকৃষ্ণ খুরুম্নগা ব্রজ বাসীশিংগী একান্ত ওইবা ভক্তি ভাবকী কথা অহু বর্ণনা তৌখরে, অসিনা মরম ওইহুনা শ্রীকৃষ্ণ কাইনবগী রারবা ব্রজ বাসীশিংগী অরাবদো কোকই, নত্রবদি থাঙ্গেশেংন লাক্লমলোই অশুম্ন উদ্ধবনা শ্রীবসুদেবনচিংবা অয়াম্ব অমদি ব্রজ বাসীশিং মওং-মতৌ লোইনা তমজখ্রে। শ্রীনন্দনচিংবনা থাথিবা খুদোন-পোং পুন্নমক মহাক্ত শ্রীকৃষ্ণ; শ্রীবলরাম, শ্রীবসুদেব, দেবকী অমসুং নিংথৌ উগ্রসেনগী মফমদা লোইনমক নোল্লুক্লা পিখরে।

উদ্ধব মক মথুরাবাসীনি। মথুরা ঐশ্বর্য্যনা মপুং ওইবা মফমনি। উদ্ধব শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ভাব ভক্তিনা ভিগ্রবনি, শ্রীকৃষ্ণ মহাশক্তি পূর্ণ ঐশ্বর্য্য ভাবনা ওইরিবনি। অমদি ব্রজভূমি অসিদি মাধুর্য্যনা প্রধাননি, প্রেম ভক্তিনা প্রধান ওইবনি ভাগবত (ভক্তগী) মফম অশেংবনি। 'মফম অসিদা ব্রজ বাসীশিংনা মাধুর্য্য ভাবনা প্রধান ওইনা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা মরু ওইরিবনি, মাধুর্য্যনা প্রধান ওইবা শ্রীকৃষ্ণগী মফমদা ঐগী হাইবা অসি রাওদবা প্রেম ভক্তি

অসি উংখরে অমসুং আস্বাদন তৌথরে, মথুরাবাসী ওইবা উদ্ধবনা মথুরাদ হনখরগা (চংপ্রগা) লৈজরে, উদ্ধবনা অহাংবা মতমদা কৃষ্ণবু একান্ত ওইনা ভিররগা রা অসি হাইজখি— হে কৃষ্ণ ! হে প্রভো ! ইবুঙো নহাক অসি ভক্তগী মথা পোনবনি। ভক্তিনা মরম ওইনা নহাকপু ফংবনি, ভক্তিভনা শাস্ত্র পুম্নমকী মরুনি, অসিগুম মাধুর্য্যনা প্রধান ওইবা ভগবত ভক্তিনি মসি ঐনা শাস্ত্র ভমলগনু খংবা ভমলোই, ভসি ঐনা খংই মতুদি—শ্রীকৃষ্ণনা চান্নবা ভক্ত অথোইবা ব্রজ বাসীশিংগী ভক্তি ভাব উজরগা নহাকী কৃপা শোইদনা ফংই হাইবসি ননাইনা ভশেংনা খংজরে। পিতা শ্রীনন্দ মহারাজনা নহাকী মফমদা চাওপ্রবা কাউভমদ্রবা অনুরাগনা লৈ। নহাকী মাতা যশোদা রাণীনা নহাকী মফমদা থোইদোক্ল প্রেম লৈজে, অচুনা মতম চুম্নদা গদ্ গদ কণ্ঠ ওইবা রা মতেক মতেক ভাংবা, খোরি ফুম্বা মহাক্ল করিগুম্ব রা অমা ভাংথোকপা ভমদবা মথোন থোক্তবা অভংপা লৈতনা মিংকী পিরাং শিম্বরিবা অরাবনি। মিং অসি উন-উনা উখিদরে থম্মোই অসি কাইগদৌরেনে। ইমাগী গোপাল কৃষ্ণ ইমাগী ইবুঙো নংগী ফজবা ললিত ত্রিভঙ্গরূপ ওইবা মোহন মুর্ত্তিবু উজরগা ইমাগী অরোইবা মতম থরাই থাহল্লুকো……।

নহাক্ল পুম্নমক অসি তারবমু তাদবগুম ওই, মধুপুরনা ব্রজদগী হেনখ্রবরনে? উদ্ধবকী মচিন্দগী রা পুম্নমক তাখি; শ্রীকৃষ্ণ মতাং অসিদা তপথবা ভমদনা রাংনা স্বর হৌনা কপখরে। অতোপ্পা মুমিং অমদনা উদ্ধবনা অহিংগী মতমদা শ্রীকৃষ্ণ চরন্দা চজংচখি। ইবুঙোগী চান্নরবী গোপীশিংগী মুংশিবগী প্রেমনা চান্নবা রা কয়া। প্রেমগী মৈ লোইবা নাইদে কনাকনু খংদে ! কৃষ্ণগী কথাবু তারবদা

অসিগুম্ব প্রেমানলনা কৃষ্ণ চাক্কহন্নকই। অমুকম্সু থংই শ্রীকৃষ্ণনা থোইজোক্ল লুবা চারবী শিরোমণি শ্রীরাধাগী অবস্থা রারি মহাকী রাধাগী দিব্যোগ্নদগী কথা "চিত্রজল্প" রারি পুন্নমক উদ্ধবনা শ্রীচরন্দা হৃক্কংচখি, হাইব্রিবা রা পুন্নমকসি উদ্ধবকী মচিন্দগী থংলগা কৃষ্ণনা অহিং চুম্লা ভূমদা-হিগুনা রম্মোইগী মৈচাক খাংবা গুমদনা লৈখি। মহাকী সাক্ষী ১ লৈতে, কনাবসু থংখিদে থংবসু লৈতরনি, লীলাদা হৈ-লিংবা রশিক রস মুল্লা থংবা গুম্ব প্রভু ভগবান শ্রীকৃষ্ণগুনা মহাকী (শ্রীরাধাগী) অঙকপা খাংগুমদ্রবা প্রেমানলনা. অহিং কয়া কয়া ১দি শ্রীবৃন্দাবন ধামগী গুইপ্রবা, হৌপ্রবা, হৌজিক হৌজিক গুইরিবা ১দি গুইবরকদবা রাখল পুন্নমক লোইননা, থম্মোইদগী হৌরকপা প্রেম-বারিনা শ্রীনন্দা থোগক্ষুনা রায়া ইংমা তপা পুক্লিং চংনা লৈখরে। অসিগুম্বা লীলাবু মথুরা বৃন্দাবন্দা অমদি দ্বারকা ধামদা শ্রীকৃষ্ণনা অবতার গুইবিখি অরোইবদা শ্রীকৃষ্ণ স্বর্গারোহন গুইবিখি, অন্তরঙ্গ লীলাদি মতম পুন্নমক্তা "শ্রীবৃন্দাবনং পরিত্যজ্য পাদমেকং ন গচ্ছতি।" ইতিশম—

ইতি শ্রীমদ্ভাগবতে মহাপুরাণে পারমহংস্যাং সংহিতায়াং বৈয়াসিক্যাং দশমস্কন্ধে উদ্ধবপ্রতিযানে সপ্ত চত্বারিংশোঽধ্যায়ঃ ॥৪৭॥

মতাং অসিদা উদ্ধবনা বৃন্দাবন্দা লাকপা ৪৭ শুবা অধ্যায় লোইরে।

---

# মঙ্গলাচরণম্

## শ্রীগোবিন্দলীলামৃতম
শ্রীরাধাগোবিন্দৌ জয়তাম্।

শ্রীগোবিন্দং ব্রজানন্দ সন্দোহা নন্দমন্দিরম্।
বন্দে বৃন্দাবনা নন্দং শ্রীরাধা সঙ্গ নন্দিতম্॥ ১॥

যোঽজ্ঞান মত্তং ভুবনং কৃপালু রুল্লাঘয়ন্নপ্য করোৎ প্রমত্তম্।
স্ব প্রেম সম্পৎ সুধয়াদ্ ভুতেহং শ্রীকৃষ্ণচৈতন্য মমুং প্রপদ্যে॥ ২॥

শ্রীরাধা প্রাণ বন্ধোশ্চরণ কমলয়োঃ কেশ শেষাদ্য গম্যা,
যা সাধ্যা প্রেম সেবা ব্রজ চরিত পরৈর্গাঢ় লৌল্যৈক লভ্যা।
সা স্যাৎ প্রাপ্তা যয়া তাং প্রথয়িতু মধুনা মানসী মস্য সেবাং,
ভাব্যাং রাগাধ্ব পান্থৈর্ব্রজ মনু চরিতং নৈত্যিকং তস্য নৌমি॥ ৩॥

কুঞ্জাদ্ গোষ্ঠং নিশান্তে প্রবিশতি কুরুতে দোহনান্না শনাদ্যাং,
প্রাতঃ সায়াঞ্চ লীলাং বিহরতি সখিভিঃ সঙ্গবে চারয়ন্ গাঃ।
মধ্যাহ্নে চাথ নক্তং বিলসতি বিপিনে রাধয়াদ্ধা পরাহ্নে,
গোষ্ঠং যাতি প্রদোষে রময়তি সুহৃদো যঃ স কৃষ্ণোঽবতান্নঃ॥ ৪॥

## আনন্দ বৃন্দাবন চম্পুঃ
বন্দে কৃষ্ণ পদার বিন্দ যুগলং যস্মিন্ কুরঙ্গী দৃশাং
বক্ষোজ প্রণয়ী কৃতে বিলসতি স্নিগ্ধোঽরুণ রাগঃ স্বতঃ।
কাশ্মীরং তল শোণিমো পরিচিতঃ কস্তুরিকাং নীলিমা।
শ্রীখণ্ডং নখচন্দ্র কান্তি লহরী নির্ব্যাজমাতন্বতে॥ ১॥

যদি হরিস্মরণে সরসং মনো, যদি বিলাস কলাসু কুতূহলম্।
মধুর কোমল কান্ত পদাবলিং, শৃণু তদা জয়দেব সরস্বতীম্ ।৭।
গীতং গুম্ফতি তাণ্ডবং ঘটয়তি ব্রাতে প্রহেলীক্রমং।
বেণুং বাদয়তে স্রজং বিরচয়ত্যা লেখ্য মভ্যস্যতি।
নিভৃত নিকুঞ্জ গৃহং গতয়া নিশিরহসি নিলীয় বসন্তম্ ॥ ৮ ॥

## কৃষ্ণ কর্ণামৃতম্

চিন্তামণি জয়তি সোম গিরি গুরু র্মে,
শিক্ষা গুরুশ্চ ভগবান্ শিখি পিচ্ছ মৌলিঃ।
যৎ পাদ কল্পতরু পল্লব শেখরেষু—
লীলা স্বয়ম্বর রসং লভতে জয় শ্রীঃ ॥ ১ ॥
স্বচ্ছেশবং ত্রিভুবনাদ্ভুত মিত্যবেহি,
মচ্চাপলঞ্চ তব বা মম বাধিগম্যম্।
তৎ কিম্ করোমি মুরলি বিলাসি,
মুগ্ধং মুখাম্বুজ মুদীক্ষিতু মীক্ষণাভ্যাং ॥ ২ ॥
অয়ি দীনদয়ার্দ্রনাথ মথুরানাথ কদাবলোক্যসে।
হৃদয়ং ত্বদলোক কাতরং দয়িত ভ্রাম্যতি কিং করোম্যহম্।
হস্তমুৎক্ষিপ্য নির্য্যাসি বলাৎ কৃষ্ণ কিমদ্ভুতম্।
হৃদয়াৎ যদি নির্য্যাসি পৌরুষং গণয়ামি তে ॥ ৩ ॥

## শ্রীগোবিন্দরতি মঞ্জরী

শ্রী গোবিন্দঃ প্রকৃতি বর্দ্ধনা বিশতু হৃদ্ গোবিন্দ মীক্ষে মুদা,
গোবিন্দেন সুখং লভেয় ন পরং দাতাস্মি গোবিন্দকঃ।
গোবিন্দস্য পদার বিন্দ যুগল ধ্যানায় নির্বন্ধিনী,
গোবিন্দে রতিরস্তু মে কৃপয় হে গোবিন্দ তুভ্যং নমঃ ॥ ১ ॥

অমল কমল কান্তিং নীল বস্ত্রাং সুকেশীং।
শশধর সম বক্ত্রাং খঞ্জনাক্ষীং মনোজ্ঞাং ॥
স্তন যুগ গত মুক্তাং দাম-দীপ্তাং কিশোরীং।
ব্রজপতি সুতা কান্তাং রাধিকামাশ্রয়েহহম্ ॥ ২ ॥

মালা স্থূলতরা চিরেণ বলিত ব্যালীব নালীকজা—
শয্যা পুষ্পময়ী কৃতা শবময়ী জাতো বিধাতা স্মরঃ।
কিং কুর্য্যঃ কিমিহ ব্রুবে হরি হরি কাহং লভে নিবৃত্তিং-
রম্যং বাসগৃহং মমাস্ত যদভূৎ শার্দ্দুল বিক্রীড়িতম ॥ ৩ ॥

অংসাবলম্বিত বাম কুণ্ডল ভরং মন্দোন্নত-ভ্রূলতং
কিঞ্চিৎ কুঞ্চিত-কোমলাধর পুটং সাচি প্রচা রেক্ষণম্।
আলোলাঙ্গুলি পল্লবৈ র্মুরলি কামা পুরয়ন্তং মুদা
মূলে কল্প তরো ত্রিভঙ্গ ললিতং জানে জগন্মঙ্গলম্ ॥ ৪ ॥

নবজল ধর বর্ণং চম্পকোদ্ভাসি কর্ণং,
বিকশিত নলিনাস্যং বিস্ফুরণ্ মন্দহাস্যং
কনক রুচি দুকূলং চারুবর্হা বচূয়ং
কিমপি নিখিল সারং নৌমি গোপীকুমারং ॥ ৫ ॥

বন্দে শন্দৌ নিরুপম গুণৌ ভক্ত বাৎসল্য পূর্ণৌ,
প্রেমানন্দৌ সহনিজ গণৌ ভাব ভূষা প্রমূর্দ্ধৌ।
মন্দাক্রান্তৌ স্ফুরন্ত নিপুণৌ রত্ন সিংহাসনস্থৌ,
বাঞ্ছা পূর্ণৌ স্মিত সুবদনৌ রাধিকা কৃষ্ণচন্দ্রৌ ॥ ৬ ॥

সচ্চিদানন্দ স্বরূপায় কৃষ্ণায়া ক্লিষ্ট কর্ম্মণে।
নমো বেদান্ত বেদ্যায় হরয়ে বুদ্ধি সাক্ষিণে ॥ ৭ ॥

বিভ্রৎ বেণুং জঠর পটয়োঃ শৃঙ্গ বেত্রে কক্ষে-
বামে পাণৌ মসৃণ কবলং তৎ ফলান্যঙ্গুলীষু।
তিষ্ঠন্মধ্যে সপদি সুহৃদো হাসয়ন্ নর্ম্মভিঃ স্বৈঃ,
স্বর্গে লোকে মিষতি বুভুজে যজ্ঞ ভুগ্ বাল কেলি ॥ ৮ ॥

## ভক্তিরসামৃত সিন্ধুঃ

অখিল রসামৃত মুর্ত্তিঃ, প্রসৃমর রুচি রুদ্ধ তারকা পালিঃ।
কলিত শ্যামা ললিতো, রাধা প্রেয়ান্ বিধুর্জয়তি ॥ ১ ॥
হৃদি যস্য প্রেরণয়া, প্রবর্ত্তিতোঽহং বরাক রূপোঽপি।
তস্য হরেঃ পদকমলং, বন্দে চৈতন্য দেবস্য ॥ ২ ॥

বিশ্রাম মন্দির তয়া, তস্য সনাতনো র্মদীশস্য।
ভক্তি রসামৃত সিন্ধু র্ভবতু, সদায়ং প্রমোদায় ॥ ৩ ॥

## গৌরাঙ্গ মঙ্গলাচরণম্

### শ্রীমহাপ্রভু মঙ্গল সূত্রম (অষ্ট কালীয়)

১। শ্রীগৌরাঙ্গ মহাপ্রভো শ্চরণয়ো র্যা কেশ শেষাদিভিঃ।
সেবা গম্যতয়া স্বভক্তবিহিতা সান্তৈ র্যয়া লভ্যতে।
তাং তন্মানসিকীং স্মৃতিং প্রথয়িতুং ভাব্যাং সদাসত্তমৈ-
র্নৌমি প্রত্যাহ্নিকং তদীয় চরিতং শ্রীমন্নবদ্বীপজম্ ॥

## লীলা সূত্রম্

২। রাত্র্যন্তে শয়নোত্থিতঃ সুরসরিৎ স্নাতাবুভৌ যঃ প্রগে,
পূর্ব্বাহ্নে স্বগণৈ র্জসত্যুপবনে তৈ র্ভাতি মধ্যাহ্নকে।
যঃ পুর্য্যা মপরাহ্নকে নিজ গৃহে সায়ং গৃহেঽথাঙ্গনে,
শ্রীবাসস্য নিশামুখে নিশি বসন্ গৌরঃ স নো রক্ষতু ॥

## শ্রীগৌরাঙ্গ ধ্যানম্

৩। প্রতপ্ত কনক প্রভং বিমল পূর্ণ চন্দ্রাননং-
গলন্নয়ন বারিভিঃ সপদি সিক্ত ভূমি তলং।
স গদ্ গদ গিরং মুদা সকল দেব চূড়ামণিং-
শচী সুতা মহং ভজে করুণ সাগর নাগরং॥

## প্রণামং

৪। বন্দে গুরু নীশ ভক্তা নীশ মীশা বতরকান্।
তৎ প্রকাশাংশ্চ তচ্ছক্তীঃ কৃষ্ণ চৈতন্য সংজ্ঞকং॥ ১॥

৫। স্মারং স্মারং মুহুস্তদ্ ব্রজমনু চরিতং ভাবসিন্ধৌ বগাহ্য,
গায়ং গায়ং স্বনাম প্রণয় পুলকিতো হেমদণ্ডঃ প্রকাণ্ডঃ।
ধাবং ধাবং সমন্তাৎ পতিত জনগণান্ প্রেমমত্তান্ প্রকুর্ব্বন
জীয়াদানন্দ মূর্ত্তিঃ সকরুণ-নয়নঃ কৃষ্ণ চৈতন্য নামা॥

৬। শ্রীরাধয়াঃ প্রণয় মহিমা কীদৃশো বা নয়ৈ র্বা,
স্বাদ্যো যেনাদ্ভুত মধুরিমা কীদৃশো বা মদীয়ঃ।
সৌখ্যং চাস্যা মদনু ভবতঃ কীদৃশং বেত্তি লোভা,
ত্তদ্ভাবাঢ্যঃ সমজনি শচীগর্ভসিন্ধৌ হরীন্দুঃ॥

৭। অনর্পিত চরীং চিরাৎ করুণয়া বতীর্ণঃ কলৌ-
সমর্পয়িতু মুন্নতো জ্জ্বলরসাং স্বভক্তি শ্রিয়ং।
হরিঃ পুরট সুন্দর দ্যুতি কদম্ব সন্দীপিতঃ
সদা হৃদয় কন্দরে স্ফুরতু বঃ শচীনন্দনঃ॥

৮। রাধা কৃষ্ণ প্রণয় বিকৃতি র্হ্লাদিনী শক্তিরস্মা-
দেকা ত্মানা বপি ভুবি পুরা দেহভেদং গতৌ তৌ।
চৈতন্যাখ্যং প্রকট মধুনা তদ্দ্বয়ং চৈক্য মাপ্তং,
রাধা ভাব দ্যুতি সুবলিতং নৌমি কৃষ্ণ স্বরূপং॥

৯। শ্রীচৈতন্য প্রভুং বন্দে বালোঽপি যদনুগ্রহাৎ।
ভবেন্নানা মতগ্রাহ ব্যাপ্তং সিদ্ধান্ত সাগরং॥

১০। কৃষ্ণোৎ কীর্ত্তন গান নর্ত্তন্ কলাপাথো জনিভ্রাজিতা,
সদ্ভক্তাবলি হংসচক্র মধুপ শ্রেণী বিহারাস্পদং।
কর্ণানন্দি কলধ্বনি র্বহতু মে জিহ্বামরু প্রাঙ্গনে-
শ্রীচৈতন্য দয়ানিধে তব লসল্লীলা সুধা স্বর্ধুনী॥

১১। সিংহ স্কন্ধং মধুর মধুরং স্মেরগণ্ডস্থলান্তং,
দুর্ব্বিজ্ঞেয় য়োজ্জ্বল রস ময়ং চার্জ্জনানা বিকারং।
বিভ্রং কান্তিং বিকচ কনকাম্ভোজ জগৎ ভাতিরামং-
মেকীভূতং বপুর বপুব রাধয়া মাধবাখ্যং॥

১২। পঞ্চ তত্ত্বাত্মকং কৃষ্ণং ভক্ত রূপ স্বরূপকং।
ভক্তাবতারং ভক্তাখ্যং নমামি ভক্তশক্তিকং॥

১৩। জয়তাং সুরতৌ পঙ্গো র্মম মন্দ মতের্গতী।
মৎ সর্ব্বস্ব পদাম্ভোজৌ মদন মোহনৌ॥

১৪। দীব্যদ্ বৃন্দারণ্য কল্পদ্রুমাধঃ শ্রীমদ্রত্নাগার সিংহা সনস্থৌ।
শ্রীশ্রীরাধা শ্রীল গোবিন্দ দেবৌ,
প্রেষ্ঠালীভিঃ সেব্যমানৌ স্মরামি॥

১৫। আজানু লম্বিতভূজৌ কনক বদাতৌ,
সঙ্কীর্ত্তনৈক পিতরৌ কমলায়তাক্ষৌ,
বিশ্বম্ভরৌ দ্বিজবরৌ যুগধর্ম্মপালৌ,
বন্দে জগৎ প্রিয়করৌ করুণাবতারৌ ॥

## গুরু বন্দনা

১। ওঁ নারায়ণং নমস্কৃত্য নরঞ্চৈব নরোত্তমং।
দেবীং সরস্বতীং ব্যাসং ততো জয়মুদীরয়েৎ ॥

২। পঙ্গুর্ভ্রমন্তি ব্রহ্মাণ্ডং মূর্খো বেদার্থ বিন্দুবেৎ।
যৎ কৃপালেশ মাত্রেণ বন্দে তং গুরুমীশ্বরম্ ॥

৩। ওঁ যদক্ষরং পরিভ্রষ্টং মাত্রা হীনং চ যদ্ভবেৎ।
পূর্ণং ভবতু তং সর্ব্বং ত্বৎ প্রসাদান্মহেশ্বর ॥
(মহেশ্বরি, জনার্দ্দন, ইত্যেবং ॥)

৪। গুরুর্ব্রহ্মা গুরুর্বিষ্ণু গুরুর্দেবো মহেশ্বরঃ।
গুরু রেব পরং ব্রহ্ম তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ॥

৫। ন গুরোরধিকং তত্ত্বং ন গুরো রধিকং তপঃ
তত্ত্বজ্ঞানাৎ পরং নাস্তি তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ॥

৬। মন্নাথঃ শ্রীজগন্নাথো মদ্‌গুরুঃ শ্রীজগদ্‌গুরুঃ।
মদাত্মা সর্ব্ব ভূতাত্মা তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ॥

৭। অখণ্ড মণ্ডলাকারং ব্যাপ্তং যেন চরাচরম্।
তৎ পদং দর্শিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ ॥

৮। স্থাবরং জঙ্গমং ব্যাপ্তং যেন কৃৎস্নং চরাচরম্।
তৎপদং দর্শিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

৯। চিদ্রূপেণ পরিব্যাপ্তং ত্রৈলোক্যং সচরাচরম্।
তৎপদং দর্শিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

১০। অজ্ঞান তিমিরান্ধস্য জ্ঞানাঞ্জন শলাকয়া।
চক্ষুরুন্মিলিতং যেন তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

১১। শোধনং ভবসিন্ধোশ্চ প্রাপনং সার সম্পদঃ।
যস্য পাদোদকং সম্যক তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

১২। অনেক জন্ম সম্প্রাপ্ত কর্ম্মেন্ধন বিদাহিনে।
আত্মজ্ঞানাগ্নি-দানেণ তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

১৩। জ্ঞানশক্তি সমারূঢ় তত্ত্ব মালা বিভূষিতঃ।
ভুক্তি মুক্তি প্রদাতা চ তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

১৪। চৈতন্যঃ শাশ্বতঃ শান্তো ব্যোমাতীতো নিরঞ্জনঃ।
বিন্দুনাদ কলাতীত তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

১৫। সর্ব্বশ্রুতি শিরোরত্ন সমুদ্ভাসিত মূর্ত্তয়ে।
বেদান্তাম্বুজ সূর্য্যায় তস্মৈ শ্রীগুরবে নমঃ॥

১৬। গুরুরাদি রনাদিশ্চ গুরুঃ পরম দৈবতম্।
গুরোঃ পরতরং নাস্তি শ্রীগুরবে নমঃ॥

১৭। ব্রহ্মানন্দং পরম সুখদং কেবলং জ্ঞান মূর্ত্তিম্,
দ্বন্দ্বাতীতং গগণ সদৃশং তত্ত্ব মস্যাদি লক্ষ্যম্।
একং নিত্যং বিমল মচলং সর্ব্বধী সাক্ষী ভূতম্,
ভাবাতীতং ত্রিগুণ রহিতং সদ্গুরুং তং নমামি॥

১৮। স্বাদং স্বাদং মধুর মধুরং গৌরলিলা বলি মাং।
মাদং মাদং কিমপি বিলসত্ কৃষ্ণলিলা মৃতাব্ধিম্।
বারং বারং শুণল হরিকাং রাধিকায়াঃ প্রপ্রঞ্চ,
স্বারং স্বারং প্রণয়সদনং শ্রীগুরুং চিন্তয়েদ্ভিরং॥

১৯। মার্গং মার্গং মৃগয়ুতি মৃগং মাগমাগেণ মৃগ্যং,
রাসং রাসং রসয়তি রসং ভক্তি সিদ্ধান্ত রাস্যম্।
রামং রামং রময়তি রমং গৌরচন্দ্রং স্বধামম্,
ভক্তিভ্যাসং ভজন রচিতং শ্রীগুরুং তং নতোঽস্মি॥

২০। বন্দেঽহং শ্রীগুরোঃ শ্রীযুত পদ কমলং শ্রীগুরূন্ বৈষ্ণ
শ্রীরূপং সাগ্রজাতং সহগণ রঘুনাথান্বিতং তংসজীবং
সাদ্বৈতং সাবধুতং পরিজন সহিতং কৃষ্ণ চৈতন্য দেবং
শ্রীরাধাকৃষ্ণপাদান্ সহগণললিতা শ্রীবিশাখান্বিতাংশ্চ

২১। বাঞ্ছাকল্প-তরুভ্যশ্চ কৃপা সিন্ধুভ্যো এবচ।
পতিতানাং পাবনেভ্যঃ বৈষ্ণবেভ্যোঃ নমো নমঃ॥

২২। দীব্যদ্ বৃন্দারণ্য কল্পদ্রুমাধঃ,
শ্রীমদ্রাত্নাগার সিংহাসনস্থৌ।
শ্রীশ্রীরাধা শ্রীল রাধাগোবিন্দ দেবৌ,
প্রেষ্ঠালীভিঃ সেব্যমানৌ স্মরামি॥

ইতি গুরুবন্দনাং সমাপ্তম্॥



## লাইরিক ফংফম :—

১। শ্রীশ্রীগোবিন্দজী ব্রহ্মসভা, ইম্ফাল।

২। জ্ঞানদা সংস্কৃত মহাবিদ্যালয়ঃ ইম্ফাল।

৩। ডি ফ্রেণ্ডস্ ইউনিওন্ প্রেস, বাবুপাড়া ইম্ফাল।

৪। অইবা অমম্নুং প্রকাশিকগী য়ুম।

৫। শ্রীরাজেশ বুক ষ্টোর, গবর্ণর রোড ইম্ফাল।

---

## ফোংগ্রবা লাইরিকশিং :—

১। নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ।

২। দ্বিতীয় নিত্য পূজা পদ্ধতিঃ

৩। তৃতীয় " " "

৪। নিত্য কর্ম্ম পদ্ধতিঃ।

---